# যীশু ইন্দিয়াদা লৈখী

মহাক্কী মীয়াম্না খণ্ডনদ্রিবা [illegible] তিংবা
মমাঙ অমদি মতুংগী পুন্সি




হোলগর কর্সতেন

লোন্ হন্দোক্পা - টিং[illegible]চিন্দ্র শর্মা




# যীশু ইন্দিয়াদা লৈবা

হোলগর কর্সতেন

লোন হন্দোকপা - টিঃ শচিন্দ্র শর্ম্মা

ইল্লুষ্ট্রেসন ৫৭ (য়াংখৈতরেৎ) য়াওরবা

২০০৩ ইং



স্পিরিচুয়েল ষ্টডি সোসাইটি

ইম্ফাল, মণিপুর

যীশু ইন্দিয়াদা লৈখী হায়বা লাইরিক্সী জর্মনি লোন্দা ইহান হান্না ইং ১৯৮৩দা ফোংখী। ইং ১৯৮৬ তা অমুক ইংলিস লোন্দা হন্দোক্লুনা লন্দন্দা ফোংখী। ইংলিস লোন্দগী টি শচিন্দ্র শর্ম্মনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচবনী।

মৈতৈলোনগী অফোঙবা :

স্পিরিচুয়েল ষ্টডি সোসাইটি, ইম্ফাল, মণিপুর।

কোপী মশিং ১০০০ (লিশিং অমা)

অহানবা খুৎনম ২০০৩ ইং

মমল লুপা ঃ ১০০/

Typeset at CYBERTREE COMP[illegible] Imphal
Printed at AMAR OFFSET PRINTERS
[illegible] Road Imphal [illegible]



Cover: The authentic portrait of THE REAL JESUS [illegible] his original shroud


Printed in Germany by Ebner Ulm

# খরদং ৱামাঙ য়াঙবা

ঐনা হোৎলগর কর্সতেনগী লাইরিক অসি মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা হৌরকপদা মীঙোন্দগী ৱায়বা লাইরিক ওইবনা লোইদ্রিঙৈদা পীরো হায়দুনা থৌজিল্লকপদগী লোইশিন্দনা পীথোকখী । ইনাউ এলঃ সোনামনি(থাঙ্গ ঙারমদা পোকপা) চুরাচান্দপুর গোভঃ কোলেজগী অঙ্কগী লেকচররনা অমুক থিবীদুনা কোপি অমমুক ফংহনখী অদুগা হন্দোকপা লোইশিনখী । ইনাউ অসিনা মমল যাল্লবা তেংবাং অমা পীবিখিবগীদমক শিংঙমদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে ।

খৃষ্টানিতিনা ক্লেম তৌবগী মতুং ইন্না যীশুসি ইশ্বরগী থৱায়না লৈশাবী মেরীগী অঙাং খাউদা চঙদুনা মীরোল্লগা লৈশাবী অশেংবনা পোকপনি । অদুমওইনমক ইতিহাসকারনা থিজিন্দুনা ফংবা ককপা য়াদ্রবা অচুম্বা ৱারীদুদি মসি নত্তে, মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা নিয়মদা পোকপনি, রোমান সিফাই পান্থেবা কৌবা অমগী অরোৎপা মচানী । জুলিয়স অবদেল পান্থেরাসি মতমদুদা যেরুজালেমগী নীংনশঙদা শক্তি ওইনা থবক তারম্মী অদুগা মেরীনা ফক্লাংদা যান্নবা পার্দাগী লৈরোং লোনবী ওইনা নীংনশঙদা থবক তৌরম্মী । ৱারী মতাংসি রোমান মাইচৌ সেলসসনা যেরুজালেমদা কয়ারক চৎতুনা প্রমান কয়া থোমজীল্লবা মতুংদা ইরম্বনী । মতুংদা রোম্না খৃষ্টান ওইরক্লবা কান্দা খৃষ্ট মতুং চহি ৩২৫দা রোমান কেথোলিকশিংনা মমল য়াল্লবা লাইরিক্লিগী কোপিশিং খোমজিন্দুনা মৈ থাদোকখী । লাইরিক মৈ থাখিবগী রোমান রেকোর্দসি খঙলক্লবা কান্দা ইংলিশ রাইতর জেমস এনথোনি ফ্রোদনা ১৯শুবা সতাব্দিদা অমুক থিগৎতুনা ইথোকখী। মহাক্লা চীংনবগী ৱাংমদা প্রমান তৌদুনা উৎখী মদুদি যীশুসি ইশ্বরগী অমত্তা ঙাইজবা মচা নত্তে, ওন্ন তৈনবদা পান্থেরাগী অমত্তা ঙায়বা অরোৎপা মচানি ।

ইংলিস অইবসিগী ৱারীসি অইবা ওইনা শীংনবা ঙমদ্রবসু চর্চশিংনা মথোয়গী তুংইনবশিংদা জেমস ফ্রোদবু শয়তান্না ইনশিনবা অঙাওবা অমনী হায়না শন্দোকখী অমদি পান্থেরা কৌবা রোমান সিফাইসি ৱাখন্না শাজিনবা মমিংনি হায়বম্মি । ইতিহাসকারশিংনা পান্থেরাসি যেরুজালেমদা থবক তাবল্লবা মতুংদা জর্মনিদা অমুক তারম্মী অমসুং মহাক মফমদুদা শিথী হায়দুনা চপচানা পীখী । ২০ শুবা চহীচা লোইশিল্লকপা মতমদা চহী থরগী মমাঙদা আর্কিয়োলোজিসশিংনা রোমানশিং লৈরম্বা অরীবা মফম অমা তৌথোক্কুনা থিজিনখী । মদুদা সাইন্টিসশিংনা জুলিয়স অবদেল পান্থেরা কৌবা যীশু মতমগী

রোমান সিফাই অমগী মোংফম ফংথী । মদুনা রোমান মাইচৌ সেলসসনা ইরম্বা ব্বারীদ্ অচুম্বনি হায়বা উৎথী ।

যীশুগী মপা অয়াবসি শা ঙা চাদবা যীশুগী মতমদা লৈরম্বা ইসেন ওরদর হায়না খঙনবা লাইনিংকাঙলূপ অদুগী ময়ূম মকৈ পান্দবা লম্বোইবা অমনি মমিং যোসেফ কৌই । যোসেফনা লাইনীংলম্বী পামজবদগী যীশু মমা মচাবু ইজিপকী আলেক্সেন্দরিয়াদা পুদুনা চৎথী অদুগা যীশুবু পীক্রিঙৈদগী মতমদুদা লৈরম্বা বৌদ্ধ লাইনিং তম্ফম বিহারা হায়না কৌবা কা ৩২ লৈবা মহৈ লোয়শঙদা লাইনিংপথাপ তক্কনথী । মতুংদা মশাগী চহি ১২ শুবদা মমাগী হৌবকফম লমদম গালিলদা চৎতুনা মতম খর লৈথী । মতুংদা মখা তানা অমুক লাইনিংপথাপকী মহৈ তমথনবা ইন্দিয়াদা চৎথী । মহাক্না জগন্নাথ পুরীদা মতম খর ব্রাহ্মনশিংদগী বেদ তমথী । মতুংদা অমুক হিমালয়গী লমদা চত্তুনা মশাগী চহী কুম্ব্রারোম শুবা ফাওবা বুদ্ধিসকী লাইনিংপথাপ তমখী । তম্বা লোইরগা ইজরেলদা হনখিদুনা ধর্ম্ম শন্দোকপা হৌথী। অনৌবা ধর্ম্মদুবু যাদবা ফরিসি অমদি সদ্দুকীশিংনা লৌতুনদুনা মহাকপু উকারন্দা পাং তিংহনথী । মহাক পাং তিংবদা হিংহৌথী । মহাক্না পাং তিংথবা মতুংদা গালিলদা, দমাসকসতা নিসিবিসতা অন্দ্রপাদা, তর্কীদা ইবান্দা মথং মথং ধর্ম্ম শন্দোক্তুনা চৎথী । অবোইবদা তক্সিলা ফাওরগা কাশ্মীর তম্পাক যৌরকখী। শ্রীনগবগী অঞ্জিমবদা শিথী অমসুং মফমদুদা ফুমথী ।

যীশুনা উ কাবন্দা কবম্না তিংহৌবনো হাযবগী মতাংসি ইযাম্বা হোলগর কর্সতেন্নো য়াম্না মচা খায়না লাইবিক্সিদা নৈনবী । বাইবলদা যীশু পোকপা, ঈজিপ লৈবাক্তা থৈরুবা অমদি চঠী অহুমলোম ইজরেলদা ধর্ম্ম শন্দোক্লম্নগী ব্বারী নত্তনা ফংদে । অসিগুম্না বাইবলদা পন্দবা চহীশিংদা যীশু কদায়দা লেরুবগে অমদি যীশুগী পুন্সিদা করি করি থোকখিবগে হায়বা অহবনা ইতিহাসিক অমদি বৈজ্ঞানিক ওইবা অচেৎপা প্রমানগা কোম্ননা মথং মনাউ নাইনা নৈনবি। আসিগুম্বা অচৌবা ধর্ম্মগুরু যীশুগী ব্বাবীসি মীয়াম্না নৈনবদা কান্নগনি খঞ্জদুনা মীতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা মীযামদা থমজবনি ।

**শচিন্দ্র শর্ম্মা**

হোলগর কর্সতেন ইং ১৯৫১ দা মগদেবর্গ (জর্মন দেমোক্রেতিক রিপব্লিক) তা পোকখী। ইং ১৯৬২ দা মহাক্কী ইমুং মনুং ফেদরেল রিপব্লিক ওফ জর্মনিদা স্লূম হোংলকখী। ইং ১৯৭৩/৭৪ দা মহাক্কী অহানবা নোংপোক্কী খোংচৎ চৎখী। মহাক্না তর্কী, ইরান অমসুং আফগানিস্তান্দা কোয়খী। ইং ১৯৭৮ দগী ১৯৭৯ ফাওবা মহাক্না ধর্ম্মগী ওঝা অমা ওইনবগীদমক ক্লেবর্গতা (ক্লেগ ফোরেস) লৈবা কোলেজ ওফ প্রোতেস্তেন চর্চতা তমখী। মদুগী মতুংদা মহাক্না থা কয়া ইন্দিয়াদা লৈদুনা সাইন্টিফিক ওইনা থিজিন হমজিনখী। ইং ১৯৮২ ফাউবা ক্লেবর্গ মনাক্তা লৈবা ভোকেসনেল স্কুল অমদা রিলিজিয়স ইদুকেসনগী ওঝা অমা ওইরম্মী। মতাংদুদগী মহাক্না পাউজেনচে অমত্তগী মখা পোন্দবা অইবা অমা ওইনা লৈদুনা অনৌবা যুগকী তোঙান তোঙানবা পাউজেনচেশিংদা আর্তিকল হাপখী। মহাক্না লম কয়া কোয়খী, অযাম্বনা নোংপোক্লমদনী। অইবগী ওফিসিয়েল ওইবা লৈফমদি ক্লেবর্গতনী।

# ৱাহৌদোক

লৌশিং কাঙলোন(সাইন্স) অমসুং শিনশারোল (তেক্নোলোজি) চাওখৎলকপদা ঙসিগী মালেমসিদা খোঙজেন থুনা জাৎ-বিজাৎ খায়নদবগী খোঙথাং অমগা লোয়নদুনা চৎলী, অদুগা ধর্মনা মরায় চায়থরক্লী। অচুম্বা ৱাখল্লোন চাওখৎলকপা অমসুং হিংবগী মওং খৃদিংমক ব্যাখ্যা তৌনবা হোৎনরকপসিনা লাইব্রারীগী, ধর্মগী অমদি পৃক্রীং ইস্কুলগী মরীদা নত্তনা মীওইবগী সেবাগী ৱাখল্লোন ফাওবা ঙমখৈ লৈতনা শোকহল্লে । লোয়শং লিংদুনা লৈরবা চর্চশিংগী থৌওং থৌদাংদা ধর্ম অমসুং সাইন্সকী মরক্তা, থাজবা অমসুং লৌশিংগী মবক্তা খেৎনহল্লকপসি অপীকপা মরম অমা ওইদ্রে । জাৎ বিজাৎ খাযদবগী অহোংবা অসিদা মখোযগী মব্রা চৎপা হন্থরক্কনি কিবদগী লমজিং লমতাকপগী থবক্তা মীৎনা উদুনা খঙবা লৌশিংগী শরুক অমত্তা য়াউহল্লত্রে ইশম শন্না হায়রবদা লমজিং লমতাকপগী থবক্তা বিজ্ঞানগা লাইব্রারীগা হেন্না খেৎনহনবগী তঙাইফদবসু কনশিনহল্লে । ফল ওইনা বৈজ্ঞানিক ওইবা বাখল্লোন অমসুং ধর্মগী থাজবা অনীগী মরক্তা ঙসিগী মীওইববু বাংলূপ অনী থোক্লা খায়দোত্তুনা ককঙাওনহনবসি শীংথাবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈখ্রে । খৃষ্টকী পাউজেন লোয়নমক অচুম্বনি হায়বা যানিংদবা মশীং হেঙ্গৎলকপা অমদি খৃষ্টান লাইনিংগী নিয়মশিংগী অচুম অরান য়েৎনবা হেঙ্গৎলকপনা মবম ওইদুনা লাইনিঙবা পাম্বগী ৱাখল্লোন অসুম পীকশিল্লক্লে । খৃষ্টান লাইনিংগী মচি হায়বদি ঈশ্বর, খৃষ্ট, চর্চ, ঈশ্বরদগী তাকপিরকপা লাইবাউ, হায়রিবশিং অসি ফাওবা লাইনিংমায়চৌ অমসুং মীচম অনীমক্কী মরক্তা কম্থীথোক্লা য়েৎনবা হিরম অমা ওইরে ।

খৃষ্টান লাইনিঙগী যুমফম ওইরিবা পাউজেলশিং অসি মখাতানা অচুম্বনি হায়না কনানসু লৌনরভ্রেং, হার্য়াবিবসি চর্চ মশাগী অখঙ অহৈ অমসুং অশীন অরাঙগী কাঙবু ফাওবা য়াওরিবনি মসিদগী খৃষ্টানগী মহৌশা চৎনরকপা নিয়মশিং মৃৎপগী মতম য়েৎননিঙাই লৈতনা খৃৎনা লাম্বা ফংনা নক্লে । চর্চকী লাইনিঙফান ইহাং হাঙজিল্লকপগী পাউ অসিনসু ময়েক শেংনা তাক্লবনি । ইং ১৯৭৯ দা তৌবা স্তেতিস্তিকেল সর্ভে রিপোর্ত অমগী মতুং ইন্না ফেদরেল রিপব্লিক ওফ জর্মনিগী নাগরিক অহুমগী অমনা চর্চশিংগী ৱাপাউ তায়, মদুগী মনুংদা চাদা ৭৭না চর্চ কাঙলূপ অমত্তগী মেম্বর ওইদনা খৃষ্টান ওইবা য়াব্রা হায়না য়াম্না

চেৎশিন্না হংই । কাঙলূপ থায়দনা মীয়ামদা ব্রাহং পাউহং চথবদা খৃষ্ট অসি ঈশ্বরনা থাবকপা স্বর্গলৈবাক্কী পাউজেনবনি হায়বসি মী অযাম্বনা থাজনদ্রে। মসিগী মবমদি খুল্লিংলবা অমসুং লোযশঙ নাইবা চর্চকী লূচিংবশিংনা খৃষ্টানিতিগী হোংলক্লিবা খোঙচৎসি মখোয়গী তুংইনবশিংদা তাকপগী থবক্তি অঙকপা ফংনা থওইদে অমসুং মীযাম পূনবা লাইনিঙফমদা ইতিহাসিক ওইনা অমসুং অচুম অবান নৈনদুনা তন্নীবগী থবক তৌদে । লূচিংবশিং অসিনা বাইবলদা যাওবা বাবোলশিংদা নপশিন্দুনা চপচাবা অদুদমক তন্নী অমসুং ব্রাবোলশিংদু অচুম অবান খঙদনা অচুম্বা ওইনা লৌনবা তন্নী । তশেংবমক থৌদৌ অসিদি ধর্মগী মাযোক্তা লৈতবা অর্মদি খৃষ্টানগী মাযোক্তা লৈতবা মী মবক্তা ফাওবা খৃষ্টান লোষ্ট শাবীশিংগী মবায চাযথবকপদা বন্না পাংশিনবনী।

ঐখোযনা ভাস খৃষ্টানিতি হায়না খল্লবিনসিদি তশেংনা যীশুগী পাউতাকশিং অমসুং মানা শন্দাক্কে খঞ্জবস্ন। বাখল্লোন অদুগা মবী অমঙা লৈনদবগুম্বনি হোউভাক শন্দোক্লিবাসাদ পনতোপ তোম্পা অমনি অমসু 'পালিনিজম হায়না শখিং লোনবা যাউ । চন্নগনি হায়না শন্দেকাগবশি মাস খৃষ্ট পাউজেলগী ওং নৈনবনি । চশেংবাদ নিযমশিং অসি হোৎদ হৌনা ব্রাখল্লোন্দ মপুংফানা খেৎনবনা লোনগী নমথাক্কী খৃষ্টানিতি হংদ ভাস খৎনর্বরা অসিদি পোলিনিজম্নু মুচ বিজ্ঞান ওইনা শকখত্রবা নান্দ চাউখৎলকপনী । পোতেস্তেন লাইনিঙনাযচো নবেম্বু মেজগবন। হামিল ব্রনবং। তাং অমা পল্লী 'ইমিল ব্রনংগা চচপু বাখল। শেবান্নববা মযম কৌই সাপ লোনবকপদগী নিযম অমা শেমখী নমগা অমগা নিঙতন্না পুন্দনা ফোঙদোক্লাংব মাংদোক্লবা মদুবু নংখা তন্না কাঙলূপ অমনা যেংশিন্ননা লূচিংবশিংগী কাঙলূপ অমা থমখী । শেল্লেদি হাযবগা মনংহৎনা যেংলুবগদি মীযাম্না পাম্না অদুগী মন্না তৈনবদা থবক পাঙথোকই । অচুম্বমক লৈবিবা লমজং লমতাকপগী খনলা অচুম অবান নৈনবগী অযাবা পীবে। অদুবু কবম তৌবগে হাযববু চচ কাবিবা খৃষ্টান অমদদি চমম্নবা বাবীশিংদা থাজখিবা মাঙোন্দা পীবা থৌদা অমসং মশেন লমন তোনশিন্নবগী লাংনা ফাখিবনা চপচানা অচুম্বদু নৈননবা লম্পা ঙমদে । কলিসু খংদনা চর্চকী থৌহনাশন মথাদা যোকখৎলকপনা মবম ওইদনা মতম শাংনা কনানসু যেৎনবত্রংবনা অদুমক চুম্বোই খন্দুনা চৎলি ।

মীৎযেং শান্না যেংলদনা অবাঙবা আশাগী পাউজেন পুবদুনা মহাক থোবকখী, পাউজেন্দ নুংশবা অর্মদি অফবা মতোগীনি অদুগা মীওইবনা মদুবু কাবদা ওষ্লোক্লবা মদুবু চদা ব্রাতৈ বাতা থৈদোকপদা শক্তি তানবদা অমসুং ললোন পোৎতা নম্বর যীশুনা মাগী মমিংদা তৌবিবা মযামসিন

পাল্লমগদ্রা ? চহী লিশিং অনী হৌখ্রে, মতমদুদগী নহা ওইরিবা যীশুনা থৌনা ফনা লোয়শঙ লীংবা চর্চতগী, ধর্মগী মমিংদা শক্তি পাযবগী, মখোয়না শেম্না আইন্দগী, মখোয়গী মথোয কাজবগী, মখোযগী হোংদোক হোংজিন যাদবা, মখোযগী শাস্ত্রগী ব্যখাদা যেৎননিঙাই ওইবা, মখোযগী পুরিৎ লুচিংবা ওইবগী অমসুং মখোয়দা য়েৎপা য়াদবগী দাবী, মখোযগী থাক ৱাংজবা অমসুং কাংলূপ খায়বগী নিতিদগী মীয়াম্বু চিংথোরক্কবা হোৎনখী । যীশুনা মীওইবা পুম্নমক্কা ঈশ্বরগা মরী শর্মজিনবা পামখী অমসুং মশাবু ধর্মগী অৱাংবা থাক্তো কাখৎচনিংবগী অপাম্বা লৈজখিদে ।

যীশুগী খোল্লাউদু মথা শাংথনা নিয়ম চুন্না মীয়ামদা যৌবকখিদে। মথা তাথবকপদা খুদোংচাবা থিবা অৱাংবা লুচিংবা কাংবুগী, শিনফম নাইবা খল লান্মীগী শেন্দোং তান্ফম ওইখ্রে । যীশুবু শীন্দোক শীঞ্জিন তৌথোকখ্রে কথেন্দা যোল্লে, নিযম পবেং শেল্লে অদুগা লাইবিব লেংথোকখ্রে। অচুম্বা অমসুং অচেৎপা থাজবা মাঙখ্রে, মদুগী মহুতা পকচেল পাকপা বাখন থোকপা লৈএবা পুরোহিতখুতগী ৱানা চুম্বা যীশুনা তাকাপবম্বা যম্লোন্নবনু শিবা অমসু খাং হৈবগী শাউত্রেল মাঙখে অমসুং অচুম অবান নৈনবা ধর্মনিযমদা চপযুৎবেন মহৎ শিনজিনখ্রে। মকোক থোংবা তাংবা মরুবনা অমম মাতেবনু খুদোংথী ।। লংই ল্লে, হিংসা অমদি ঈম্মু নাইমু তানবগী লম্বীদা শিংনা চংখ্রে । হায়বিবা মৰ বাস পামান চৎপশিংগী থবক হানদগী চুসি ফংবা চথবল্লী অমসুং মথা না তাডান তোঙানবা নিতিদা যম্ফম ওইবা থল্লান কাংলুপশিংবু পুনশিন্নবা তোংনবদা খ্বাইদগী চাউবা অপনবা ওইবিবনী। প্রোতেস্তেন লাইনিংমাযচৌ ওজা জাতনা ইবম্মা "ঐনা এগী লাইনিংমাযাচৌ ওইবগী পুন্সিদা যাম্না থম্মোই শোকপা কযারক থেংনখী । ৱাখল হলহনবা হুহৎপা ইকাইবা ফংবা, ইকাইখুম্নবা মাঙহনবা কযা মাযোক্নখী, হায়াবনাশং অসি লাইথাঙদবা, ঈশ্বর লৈ তাযনা যাদনা থাজফাত্তবাশিংনা তৌবা নত্তে, মখোযদি ঈশ্বর যাদবসু মী নম। ওইবগী মীনুংশি চেল্লী । অদুগা অচুম অবান খঙদনা চপ যুংনা থাজবা মসিগী লম্বী অসিখক্তনা ঈশ্বর যংগাল্ল তাযনা থাজবা ধর্মগী যাউশেনবশিং অসিনা হায়বিবশিং অসি তৌবনি । ঐনা মবং ওইবা বাফম অমদা থম্মোই শোকপদা নত্তনা কাউবা যাদনা নীংশিংদুনা তোবে ঐনা ঈশ্বরবু থাজজবা " ।

ধর্মগী খোঙচৎতা লৌশিং হেঙ্গৎলক্কুনা ৱাখল খনবা ওস্বগী চাং হেঙ্গৎলিবমখি থাজবগী মমল হম্লবকই । অফ ফত্ত খঙবগী শক্তিদা থাজবা

অমসুং মশানা মুন্না থল্লগা প্রমান তৌববা মতুংদা থাজবা অসিনা অশেংবা অচুম্বা ফংনবা পাম্মে ওইনবে, মহৈ মশিংগী থাক ব্রাংখৎলিমখৈ সংসাব ব্রাংমগী ব্রারীগী মগুন হস্থরকই অমসুং মফমদুদা হিংদুনা লৈবগী অচুম্বদুসু মাঙই । মসিগী মকওইবা মরমদি ঈশ্বববু মশক লান্না তাকপগীনি। ঈশ্ববগী মঙান অসি ব্রাখন্না শাগৎপা অবাম্পা মফম অমদা লেংদনা লৈবা নত্তে । ঐখোয় খৃদিংমক্কী ঈশাদা লৈবিবনি অমসং মসিনা পুন্সি অসি লোম্বা নাইদবা পুন্সি মপৃম অমগী অতেনবা শবঙক খবনি হাযবসি খঙহল্লী।

চহী চা কযা নোংচৃপ লমগী মীশিংবু মহাক্কা ঈশ্ববগা কাযনববা পুন্সিনি হাযনা তম্বীদুনা লাকই । চাওখৎলবা কুনগুবা চহীচাশিদদি খ্বাইদগী লিববা থাইনগী মীশিংগী ঈশ্ববগী মবমদা হংবা ব্রাহংগী পাউখুম অমসু পুন্সিগী অর্থ হনবসি শোযদ্রবা অচুম্বনি হাযনা লৌনবা হস্থবে, মালেমগী মফম কযাদা স্পিবিচুযেল সেন্টব কযা লিংখৎনবে মখোযনা খুল্লিংবা চচকী শিদংতৎপা লুচিংবশিংনা পীবা ঙমদবা বাহংগী পাউখুমশিং পীনবা হোৎনবে তুংগী মীবোনগী মতমগা চান্নবা মালেম পম্বগী ওইবা ধম অমা লীংখৎপগী বাখল অসুম চাউথোবক্নী । মসিনা ঈশা ঈথন্নবু মুন্না শবখঙজবগা থিজিন্দুনা ধর্মগী মঙাল অমা ফংনবা হোৎনবা, তাইবঙপালগী মীওইবা খৃদিংমক্কী পুন্সি মহিংবু ধমগী ব্রাবীদা পুন্সিনবনি । হাযবিবসি ব্রাখল লৃপথনা খনবা, ঈশাগী লৌশিং শীজিন্নলা অমসুং ধ্যান তৌবনা পাম্মে ওইবগা ফংনবা হোৎনবনী ।

ধর্মদা নুংগী ওইবা ব্রাখল্লোন অসি মথ্বাই হাপ্পুনা মতমপৃম্বগী ওইনা লাক্নে অমসুং লাক্কুনা লৈবগনী মসি নোংপোক্নমগী ব্রাখল্লোন্নী মকওইনা ইন্দিযাদগীনী মীওইবা ঐখোয ব্রাখল্লোন অসিগী চপচাবা মনুংগী অর্থ খঙদোক্নবা নোংপোক্নমদা মায ওল্লসী । নোংপোক্নম আসি খ্বাইগী মক অমসুং ঈশ্ববগী মনুংহুজিনবা ব্রাখল্লোনগী হৌবকফল্লী ।

ঐখোযনা মমৈদা ঈশ্বব থাজবা মৎখিবগী অপাম্বা নত্রগা থব্রাযগী ওইবা অমসুং লমচৎ মাল্লকপগী কিবগী কান্নবা লৈতে । থাঙ্গৈ শেংনা ঐখোযনা পাম্বদি ঐখোয়গী তাইবঙপানবগী পুন্সি অসি লোইবগা লৈহনবীগনি হাযনা

হিংলিঙৈসিদা ৱাশকপিবা তাইবঙপান ৱাংমগী পুন্সিগীদমক অনৌবা থৱাইগী মযোল অমা চোংহনবনী । ঐখোযনা ধর্মবু পাকশন্না লৈথা তাহনবা পাম্বা নত্তে মদুগী ওন্ন তৈনবদা ঐখোযদা ঈশ্বরগী মবমদা অচুম্বা খঙবগী পোমশাংনবকপা ৱাখল্লোন অমা ফুমদুনা চংলী । ভার্যাবিবর্সি অখঙ অৗক্র নত্রগা ঈশ্বরনা খন্দোকপিবর্শিংগীদমক নত্তে তৌইগুম্বসুং তাইবঙপানবা অপন্নবু কোনশিনবা ওয়্বা মাপেলগী লাইনিঙ অমথাক্কনী । হাযবিবা লাইনিঙ অসিগী লমথুংখমসি ৱাখলথেনবা অমসুং তুংকেইদবা নালেম অমগীদমক নত্তে নত্রগা মপাঙ্খোংগী ওইবদা কাহেন্না মমল লৈহন্নবসু নত্তে। তৌইগুমসুং তাইবংপান বাংমগী সংসাবদা মায ওনশিনবা চাউনা থৱাযগী লম্বীদা পাকশন্না মীৎকপ থোকহনবনী অসুম্না তৌবসিনা ফত্তবা পুম্নবু মাঙহনবগী অচুম্বা লম্বীনী ।

অচুম্বগী লৌশিংগী পাম্নৈনা
ফত্তবা পুম্নবু মাঙহল্লী
অশেংবা লৌশিং লৈবা মীনা
খোঙফম চেৎনা লেপ্পী
মীনম্বগী লৌচল হাইদোক্কুনা
শৈটিন থাংদ্রবা অতিযাদা থোকপা নুমিৎকুম্না ।।

বুদ্ধ

# মাঙওইননা ৱাহৈ খরদং

মসি তশেংনা তাঞ্জা চারুবা থৌদোক্কী মদুদি ইং ১৯৭৩ দা যীশুনা ইন্দিয়াদা লৈখিরম্বা য়াই হায়বা থিওরিসি তাখী । য়াম্না থাজদবা অদুগা ঐগী ৱাখন্দা ৱাফম অসি মেন তাফাত্তবা অমা পোক্লম্মী, ঐনা যীশুগী চপচাবা পুন্সিগী ৱারীসি থিগৎনবা হোৎনরম্মী । ঐনা থুনা লংলা লংজিন ফংদবগী থুদোংচাদবা মায়োক্লরম্মী, অদুদগী অখঙ-অহৈগী থাক্তা থিজিনবা অমসুং মরমচাবা যীশুগী ইতিহাসিক ওইবা পুন্সিৱারী অমা শাগৎকে খনখী । মী অসি তশেংনা কনানো ? মহাক কদায়দগীনো ? মহাক কদায়দা চৎখী ? মরম করিদগী মহাক্কি মাগী হৌমীন্নবশিংগী মরক্তা অসুক ঙকপা অমা ওইনা উরিবনো ? মহাক তশেংনা করিবু পাম্বনো ?

ঐগী থি হুম্বগী খোঙচৎতা অকোনবদা ইন্দিয়াদা থুংলম্মী, মফমদুদা ঐনা মীশিংদুগা শকখং মায়খংনদুনা যীশুনা ইন্দিয়াদা লৈখিবগী হিরমদা য়াম্না কৃপ্না নৈনরে । ঐনা মখোয়দগী ঙক্লবা পাউগী পুকৈ অমা য়াম্না পুক্নীং থৌগৎপা অমসুং মমল য়াম্লবা তেংবাংগা লোয়ননা ফংলম্মী।

ফোঙলিবা লাইরিক অসিদা ঐনা ঙম্বমথৈ অৱাংবা একাদেমিক ষ্টাইল অমদা ইননবা হোৎনৈ, অসুন্না তৌবনা অচুম্বা অমসুং মশাগী ওইফম থোকপা লাইরিক্কিদা য়াওরিবদু মাঙহন্দনবনি অমসুং লাইরিক অসিদা য়াওরিবা অকৃপ্পসিংদু খঙদনা নাম্বোকখিদনবা তোৎনৈ । মতাং কয়ামুক্তা য়াম্না থৌনাফনা হায়বা অদুগা খরদনা ঙমদবা মান্না উগনি । লাইরিক অসিনা থিজিন হুমজিনবগী পাক্লবা মফম অমা মরী লৈনবা হিরম কয়ামুক্তা পীগনি । থিজিন হুমজিনবগী থবক্কি মী অমখক্তগী ওইনদি চাউমল্লী । লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ক্লেমশিং অসি অমত্তং নাতৈ চাদে অমসুং ওন্নতৈনবদা প্রমান পীগে হায়বা ঙল্লবদি থোরকউ হায়না ঐনা লোয়শং নাইবা চর্চশিংদা শীংনরী । শীংনবা অসিদা চর্চশিংনা করি উৎলকপগে হায়বদু খঙবদা য়াম্না নুংঙাইবা পোক্কনী ।

খৃষ্টানগী মীৎয়েংবু ঐনা মাঙহনবা হায়বসি ঐগী পন্থুং অমদি অপাম্ব নত্তে নত্রগা অপামবা অমবু মাগী থাজবদ্ চেগায় মচেৎকুম চাইখায়দুনা থম্বগী অপাম্বা লৈতে । ইশম শমনা লোম্বা নাইদবা অমসুং খৃষ্টগী মশাগী অশেংবা

অচুম্বা পাউজেন্দু মশাগী হৌরকফম লম্বীদা অমুক হন্না পুরকপসিখক কন্না মরু ওইবনী, অশেংবা পাউজেনশিংদু মীচং মীখায় লৈতবা কাংলুপকী মশা মথন্তবু ধর্মগী অন্নাংবা লুচিংবনি হায়জবা নাতৈ চাদনা ব্রাংজনিংবশিংনা শকথঙবা ঙম্বগী ব্রাংমদা লৈথৎপীরবনী । মরম অসিনা লাইরিক অসিনা অনৌবা ধর্ম অমা মীয়ামদা লাউথোকপা নত্তে , অচুম্বা থব্রায়গী লম্বী অমসুং মমাঙ্গেগী ধর্মগী হৌফম মরু অদুদা চেৎনা লেপ্পুনা অনৌবা তুং অমগীদমক ইচম চম্না খোঙ হাংদোক্রম্বতনী।

ঐনা তৌরিবসি লং লাইবনি থনগনু
হৌগৎলো লাল্লবদি প্রমান পীরোলাউ
লাইব্রারীগী ইতিহাস অপুম্বা
অরানবগী অমসুং শক্তিগী
মফম মরাং খঙদবা পোৎযান ওস্থোক্লিবশিং ।

**যোহন্ন ব্রোল্কগাং ভোন গোয়েথে**
মার্চ ১৯৮৩

ইংলিস লোনগী 'খাঁগু ইন্দিযাদা লৈখি'' হায়বসি মপঙ ফাহন্নবা হোৎনবদা চহী অনী হেন্না চঙখী । হাযবিবা মতমসিদা জর্মনিদা তবেৎলক নমদুনা পুখোকম্মে লোন হন্দোকপা অসিদা শেমদোক শেমজিন তৌখ্রে অমসুং অবেবা লৌশিংগী থাক্তা কথারক হন্না ফগৎহল্লে । ঐভোন্দা হাযবীরম্মী মদুদি ঐগী ইশাগী খুৎইসি বৃটিসকী অপাবশিংনা করিগুম্বদা য়াম্না কম্বাকলেংনন। থোকপা য়াই । ঐনা ঐগী মযাম্না তৌনদবা খুৎইসি ঐগী অনিংবদু ময়েক শেংহন্নবা অমসুং অচুম্বদা শাংদোক্তনবা থওইনা তৌবনী । ঐভোন্দা ভাব তাহল্লম্মী মদুদি বৃটেন্দদি মীচঙ মীখায় নাইদবা অমসুং পূকচেল ভিংবা অপাবশিংনা মশিং য়াম্না থেংনগনী । ওইনিংবা ওইরবস্ লৈবাক অসিদদি মসি ওইথোক্লে মদুদি বিসোপ অমা (রিঃ রেভঃ দভিদ জেনকিন্স, দুবহামগী বিসোপ) না থৌনা লৈনা ইস্তর মেসেজদা খুষ্টনা শিরুবদগী হৌগৎলকপগী মতাংসিদা মহৌশাগী চৎনবকপা খৃষ্টানগী ব্রাথল্লোন অদুদা মশাগী ওইনা চিংনবা ফোংদোকখি।

(দেলি তেলেগ্রাফ, মার্চ ৩০, ১৯৮৫)

**ঐচঃ কেঃ সেপ্তেম্বর ১৯৮৫**

# হীরম লামায়



## চেপ্তর অহানবা



## চেপ্তর অনীশুবা

নিযম অদুগী লৌশিং লৈবতা নত্তনা মখোযদি বুদ্ধবুসু যাই । মতৌ অসুম্না মখোযনা লামাশিংগা যাম্না নকশিন্নে । খৃষ্টানশিংগা ঐখোযগা খেৎনবিবা হাযববু বুদ্ধগী অৱাংবা পাউতাকশিং লৌবগা খৃষ্টানশিংনা বুদ্ধদগী পুমতোপ তোপ্পা লৈখ্রে অমদি মখোই মশাগী তোঙানবা দলাই লামা অমদা থাজখ্রে । ঐখোযগী দলাই লামা মতোমতনা ঈশ্বরগী থৌজাল, বুদ্ধগী খুভম, ঈশ্বর লৈবাক্কী চানবীবা অমসুং শ্বর্গ লৈবাক অমদি মালেমগী মরওা থবক তৌবগী পাঙ্গল অদু ফংবনি।

"অদোম্না হাযবীবা খৃষ্টান দলাই লামা হাযবদু কনানো ?" নোতোভিতচনা হংজৈ । "ঐখোযগীদি ঈশ্বরগী মচা খমা লৈজৈ মহাক্কী মফমদা পুক্নিং লুপ্পা পাথনা তৌবা, মাঙোন্দা চঙজবা অমসুং ঐখোযগী থাকৎহম ওইবা মহাক অদু ঐখোযগীদমক মহাক অমতা ঙাযবরা ঈশ্বরনি" ।

"ঐখোযনদি মাদু মঙং অদুম্না লৌদে সাহেব । ঐখোযনসু নখোযনা ঈশ্বরগী মচা ওইনা লাৎপা মহাক্তুবু ইথায় খুম্নজৈ । অদুব ঐখোযনদি মহাকপু ঈশ্বরগী মচামক্তুম খন্দে ঈশ্বরনা মঙলানহৎলবা [illegible] [illegible] মাইদগী মথোল লেবা অমনি হাযনা লৌই । অশেংনা হাযববদা বুদ্ধ হাইনসা ঈশ্বরদগী লাৎপা অশেংবা থবাক্তনি মহাক। মসা(নাম) হাযনা কৌবা অশেংবা মীশক [illegible] ওইনা পোকরপনি মহাক। থাদনি মহা অমদি মী সাংদনা বাংলবা অমদি অচুম্বা লাইনিংবু পৃথিবী শীঙ্গু না শন্দোকখী । নখোযনা নখোযগী মালেমগী দলাই লামাদা 'ফাদর ওন দি ইউনিভর্সেল চর্চ' হায়না মীংথোল পীবগা মরমদা ঐ থকদং হাযজানিংই । অশেংবদি মদু অচৌবা পাপ অমনি অমদি লান্না লমাজংশ্রবশিংদুসু ঈশ্বরনা ডাকপিসন্ । অসি হাযবগা লামানা মহাক্কী লাইনিং চক্র অদু উক্ত্রাখৎখী । লামানা পোপ পন্দুনা হাযবনি হাযবা থক্তুদুনা নোতোভিতচনা মখা হংখৎখী। "পুম্নমক্নী খনগৎলবা বুদ্ধগী মচা, মহাক অদুনা নখোযগী লাইনিংবু মালেম শীন্দুংনা শন্দোকই হাযনা হাযবিবা মহাক অদুবু কনানো ?

বাহং অসিদা লামাগী মমিৎ অদু লংখৎলক্লম্মী । মহাক্না আতৈদা ঙক্না যেংলদুনা ৱটৈ খর হংখি। মদুনা নোতোভিতচবু চঙক্রহলম্মী । অশেংবা খঙহল্লদুনা মহাক্না হায ইসা হাযবসি অচৌবা লাইনিংমাযচৌ অমনি মহাক অখোইবা বুদ্ধগী হেক মতুংদা লাকপা অহানবা মাযচৌনি, মহাক দলাই লামা থৃদিঙমক্তুগী অহেনবনি, মরমদি মহাক বুদ্ধগী থৱাযমক্কী শরুক্কী । মহাক্না নখোয়দা তাকপী অমসুং মীওইবনা শিবগা থৱাযবু ঈশ্বরগী মনাক্তা চৎনবা মহাক্না লমজিংবী, মহাক্না নখোযবু তাইবঙ মপুগী থৌজাল ফংবদা মতীক

চাহনবী, মদুদি অফবা অমদি ফত্তবা মীপূম খূদীংনা থজ্ববা লৌশিং পীবী। মহাক্কী মমিং অমদি মহাক্না তৌরম্বা থবক খূদীংমক ঐখোয়গী শেংলবা লাইরিক্তা চিংখদনা ইশিন্দুনা থম্মী।

মতাং অসি য়ৌরকপদা লামাগী ব্রাশিং অসিনা নোতোভিতচপু চঙকুহল্লম্মী মরমদি মহাক্না পল্লিবা খৃষ্টান দলাই লামা হায়রিবা লাইনিংমায়চৌ ইসা হায়বসিগী পাউতাক অমদি পুন্সি কৎখিবগী মতাংসি যিশু খৃষ্টকা পুম্মান মান্নশিল্লরুম্মী।

লামানা মহাকনা হাযবা ব্রাহে অমত্তা চিংখদনা অর্থ হন্নবা ইন্টরপ্রিতরদা যাথং পীরম্মী। লাইরিকশিং অদু কদায়দা থম্বগে অদুগা ইবনা কনানা ইবগে হাযনা অরোইবদা মহাক্না লম্বোইবদা হংলম্মী।

"থোক্লিবা থৌদোক্কী মতুং ইন্না তোঙান তোঙানবা মতমদা মরুওইবা ব্রারোলশিং ইন্দিয়া অমসুং নেপালদা ই, মখোয়শিং অদু লহসাদা লিশিং লিশিং লৈ। অতোম্পা কোপিশিংসু অচৌবা মেনাস্তরি খরদা লৈ। মখোয়শিং অদু তোঙান-তোঙানবা মতমদা লামাশিংনা লহসাদা লৈবা মতমদা ই অমসুং মখোয়না কোক্লেন মায়চৌ দলাই লামাগা লৈমীন্নখিবা মতমগী নিংশিং খুদম ওইনা কংলি"।

"অদোমদা লাইনিঙমায়চৌ ইসাগা মরী লৈনবা ওরিজিনেলশিং অমত্তা লেতব্রা?"

"ঐখোয়গীসিদদি লৈতে, ঐখোয়গীসিদি মরুওইবা মোনাস্তরি নত্তে, লিংখৎখিবদগী হৌজিক ফাউবদা ঐখোয়গী লামাশিংনা ইবা খূৎই চা খরদগী হেন্না থম্নবা থৌরাং তৌদে। অচৌবা মোনাস্তবি শিংদদি খূৎই লিশিং লিশিং মখোযদা লৈনৈ। অদুম ওইনমক মখোয়শিংদু অশেংবা পোৎশিংনি, নঙোন্দা কনানসু মফম পুন্নমক্তা উৎলক্লোই"।

নোতোভিতচনা মখা খোঙচৎতা অমুক্তং খূৎইশিংদু কুপ্না য়েংননবা ব্রাবেপ লৌরম্মী। মহাক্না মথংদা চৎথখিদুনা লদাখকী কোনুং লেহদা থুংলম্মী, মতুংদা লৈবাক অসিগী থ্রাইদগী মরুওইবশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা হেমিস মোনাস্তরিদ থুংলম্মী। মফমসিদা মহাক্না চহী অমদা কয়ারক পাঙথোক্পা লাইনিংগী চৎনবীগা মরী লৈনবা কুম্মৈ অমা য়েংলম্মী অমসুং কুম্মৈদুদা লামা

লম্বোইবশিংগী চৎনবী লোনচৎকী মরুইনা নৌশিং ফংনবা খুদোংচাবা তাঞ্জা ফংলম্মী মনৈদা লংফৈচৎপা অদুনা মানা খ্বাইদগী পুক্কীং চঙলিবা হিরমদা ব্রারী শান্ননবা হোৎনবা মায় পাক্লম্মী. মহাক্না খঙলে মদুদি তশেংনমক মোনাস্তেরি অসিদা লাইনিংমায়চৌ ইসাগী নজারেথ যীশুগী ব্রারীগা পুম্মান মান্নরবা অঙকপা ব্রারীশিং য়াওবা লাইরিকশিংদু লৈরে । অদুম ওইনমক অতিঠি অদুগী থিজিনবদু যৈথোক্লবা হায়জরম্মী মরমদি রেকোর্ড লিশিং কয়াগী মরক্তগী অকক্লবা খরা খন্দোকপসি মতম চঙবা থবক ওইরম্মী ।

লেহদা হল্লক্লবা মতুংদা নোতোভিতচনা মোনাস্তেরি মকোক্তা মমল যাম্বা খুদোনপোৎ কয়া থাদুনা যাবিমখৈ খুনা খুৎই্শিংদু অরোইবা ওইনা থিজিনবা যানবা হোৎনবম্মী । হেমিসকী ময়াদা নোংমা সগোল তোংবা মতমদা লাইবক থীবদগী তাদুনা নখোঙ যেৎথাবা তেক্লম্মী. অদুদগী লম্বোইবাশিংনা সেবা তৌবীদুনা লৈরম্মী । যাম্না কয়া হায়জনদগী নাপু কাববা বাতীস্তুং তৌদনা অথাবা লাইরিক অনিথক মাগী কমুং নাকন্দা পুরক্লুনা খল্লম্মী । থংনবা নুমিৎ নিনিদা ইকাইখুম্নরবা লম্বোইবা মকোগা মমল যামলবা লাইরিক অদু খোঞ্জেল হৌনা পাথরম্মী, মদু শ্লোক ওইনা ইবনি অমদি মরক্তা নাবী খংতৎ খংতৎ তৎলী । নোতোভিতচনা ইন্টরপ্রিতরনা হায়নশিংদু ইশিল্লম্মী । মহাক্কী খোঙচৎ লোইদুনা হল্লবা মতুংদা মহাক্না শ্লোকশিংদু মথং মনাউ চানা শীন্দোক্লম্মী অদুগা ব্রারোলশিংদু পাবা নুংঙাইনবা ইথোক্লম্মী । মখাগীশিং অসি ফ্রান্স লোন্দগী শম্না ইথোকপনি :

*শম্লপা ব্রাহ্মৌদোক পীরবা তুংদা ওল্লিভেগী ইজেরেলগী মীশিংগী ইতিহাস পল্লী অমসুং মেসেসকী পুনিব্রাকী শম্লপা য়াউবী । মথা চখাবকপা ব্রারীদা শিবা নাইদ্রবা থগাইনা কবম্না মী ওইনা পোক্লকপা মথংদা মহাক অদুনা তৌজবা হবক্কী ফলনা কবম্না লমচৎ সেংবা ওইদুনা মপাখোংগী পুনিস অসিদগী খবাংদু মনিঙ তমহনবা, তৌজরিবা কর্ম অদুনা মপুং ফাবা ওইরদুনা শ্বর্গলৈবাক কবম্না চৎলা, হোংবা নাইদবা থনাম্না লোম্না নাইদ্রবা নুংঙাইবদা করম্না তিনশিনশিবা পুম্নগী মতাংদা পল্লী ।*

*''ঈশ্বর লৈবাক্কী ওইদা অঙাং অমা থাপ্লবা ইজরেলদা পোকই, মহাক্কী মমিং ইসা কৌই । মহাক্কী অঙাং ওইরিভেগী চহী তরামরিগী মতুংদা নুপামচাসি ললোনবশিংগা লোয়ননা সিন্দ (ইন্দস) কী লমদা খুংলখী ''অমদি ঈশ্বরনা চানবীরবা লমদমসিদা আর্য্যাসিংগী মরক্তা খুন্দাখী । মহাক্কী অপাম্নদি*

অথোইবা বুদ্ধগী পাউ-তাকশিং তমদুনা মশাবু মপূং ফাহনবনী' হায়রিবা ইসানা তুবেল মচাগী লমদা (পঞ্জাব) কোযবর্মা মতম খবনা লম্বানবা চৈনশিংগা লৈমিন্নবম্মী অমসুং জগন্নাথতা চংলম্মী অমদি মফমদুদা ফিচেৎ শেংপা ব্রাহ্মনশিংনা মানু যাম্না হৈবাওনা অমদি নুংশিনা লৌকপিবম্মী' । মফমদুদা ইসা/যীশুনা বেদ পাবা অমাদ অর্থ তনবা তমখী অমসুং অবোইবদা শুদ্রশিংনা তাং তোনবগী মবমদা যানিংদবা উৎলম্মী । অসুম্না ব্রাহ্মনশিংগী থাকরাংনা লৈবা অমদি শক্তি পাযবা অদুদা শোকহনবা মবম্না মহাকপু ব্রাহ্মনশিংনা পাং নদে । জগনাথ (পুরি), রাজগৃহ (রাজগির), বেনারস (ররানসী) অমদি অতৈ তির্থীশংদা চহী তরংক লৈবম্লগা ব্রাহ্মনশিংনা শাউবকপদগী মহাক চেনবা তাংলম্মী মবমদি মহাক্ম। তোঙান তোঙানবা বনশিংদা খেৎনংনবা অসি ইশ্বরগী নিযম নত্তে হাযনা শন্দোক্লম্মী ।

নোতোভিতচনা ফংবা ব্রাবোলসিগা বাইবলগী ব্রাপাউদা যাওবা যীশুগী শাজৎকা অনিসি কাহেন্না মান্নমনবনা মীনা ৎক্লম্মী । নোতোভিতচনা ফংবা ইসাগী বাবোলনা জাৎ অতোনবশিংগী মীওইবগী হকপু লুৎ তৌবীবা বন থাযববু যাবমদে, মশাবু চুমহল্লদুনা মহাক্না হায "ঐখোযগী হপা ইশ্বরনা মাং মচাশিংবু চপ মান্ননা নুংশিবীবা মবম্না মচাশিংগী মবত্তা খেন্নবা লৈহল্লমদে মহাক্না হোংদোক হোংজিন যাদবা অমদি হক খোঙাওনবা নিযমগী চপ চাব মনুংগী অর্থ অদুবু পামদবা ফোংদোক্লদুনা হায নিযম হাযবসিদি মীওইবনা ইশ্বর ফংনবা লম্বী উত্তুনা শেম্লনী।" মহাক্না মতু শোনবশিংবু থেমজিনদুনা হায 'লোম্না নাইদবা বাযেন মপু, লোম্না নাইদবা থৱায, মপূম ওইবা মীৎনা উদবা সংসার অমগী থৱায ওইনা লৈবীবা মহাক্না ফংফম থোক্তবা খুদোংচাবশিং লৌবিবা মখোযবু অকনবা চৈবাক পীবীগনী। ' পুবোহিৎশিংনা ঈসাদা মহাক্না ইশ্বরগী ইঙম ঙম্বদু খুদম ওইনা যাদুশিং উৎলু হাযনা শীংনবকপদা মহাক্না খুম্মী । 'যাদুশিং অদুদি ঐখোযগী ইশ্বরনা মালেম শেমখিবা অহানবা নুমিত্তা উৎপিখ্রে । মখোযদি নুমিৎ খুদিংগী থোক্কি, পুংজা খুদিঙগী থোক্লি, মদুপুম্না উদবশিং অদুদি পুন্সিগী থাইদগী ফজাববা খুদোনশিং অদুবু লূৎ তৌনিবা কাংবুদুনি "। পুবোহিৎশিংনা মকোক ওইবগী মতাংদা হংবদা মশাবু চুমহজ্জদুনা মহাক্না অসুম্না হায "পুবোহিৎ লৈত্রিবৈগী মমাঙদা মীওইবশিংসি মহৌশা লাইরেম্বীগী নিয়ম্না ঙাকশেল্লম্মী । মতমদুদা মখোয়গী থৱাযসু শেংনা লৈরম্মী। ঐখাযগী থৱায়না ইশ্বরগী মাঙদা লৈবম্মী অমসুং ইশ্বরনা মহাক্না লৈমিন্নবদা নখোযগুম্না মুর্ত্তিসু লাৎলমদে, শাসু লাৎলমদে, মৈসু লাৎলমদে । নখোযনা নুমিৎপু লাৎলু হাযনা হনশিল্লি অফবা অমসুং ফত্তবা থৱাইবু নখোয়না লাৎহল্লি। ঐনা হাযজরি নখোযগী মৎসীসি তুক্কচনিঙাইনি মবমদি নুমিৎ মতোমতা

*করিসু তৌজবা নত্তে, মহাকপু শেন্নকপা মশক উবা ফংদবা শেম্বীবা মপু অদুগী অনিংবদা থবক তৌজবনি, মপু মহাক্কী থৌশিল্লনা নুংথিলদা মঙান পীহল্লি অমসুং মৈশা ফংহন্দুনা মীওইবগী হিংনফম ওইহল্লি ।''*

ইসানা নেপালগী হিমালয় চিংজাউদা চত্তুনা মফমদুদা চহী তবক্ক লৈখী অদুগা মশামক বৌদ্ধ ধর্ম্মগী শ্লোকশিং তম্বদা লূপশিল্লমই । মহাক্না শন্দোক্নম্মসি ইচম চম্মী অদুগা মযেক শেংই, মসিগী মথক্তা তুহৎপিরবা অমদি অতোনবশিংগীদমক লেপ্লম্মী । মথোযদা মহাক্না পুরোহিৎশিংগী পাউতাকশিং অবানবনি অমদি থাজনিংঙাই ওইদবনি হায়না মহাক্না তম্বীবম্মী । মহাক্না মমৈথঙদা লম কোয়না চৎপা লাইনিংমাযচৌ অমগী শক্তম লৌরদুনা লৈবাক কয়ামুক ফাওবগা নোংচূপলোমদা হনখী, অসুম্না চাউববা মীংচৎ অমা শন্দোক্নকখী । মহাক্না পারসিযাগী পুরোহিৎশিংগসু খৎনরম্মী মদুদগী মথোয়না মহাকপু লল্লক্কী শানা চাজখ্রসনু হায়দুনা উমংদা মথন্তা থাদোকলম্মী । তৌইগুম্বসুং লাইবক্না চানবীদুনা লাইপোক ওইবা ইসা পেলেসতাইন্দা তেক্ত কাযদনা থুংলম্মী । মফমদু যৌথিবদা হৈশিংবা মীশিংনা মাঙোন্দা হংই ''নহাক বনানো অদুগা নহাক্কী পোক্নফম্না কদাইদনো ? ঐথোযদি নহাক্কী নবমদা লোংমত্তসু তাখীদ্রি, মদুদা নত্তনা নমিং ফাওবসু খংদে'' । ইসানা খুমই - *' ঐ হজেবেল মচানি, ঐনা পোকপা নুমিত্তা যেরুজালেমগী ফক্নাং উখী অদুগা ঐগী ইচিন ইনাউশিংনা মীনাই ওইবগীদমক হীক্না হীক্না কপ্পা তাখী অমসুং ইচন ইচেশিংনা অচুম্বা ইশ্বরবু থাজদবা মীবক্তা লৈবগীদমক পামদনা তেংথাবা তাবম্মী । ঐগী ইচিন ইনাউশিংনা অচুম্বা ইশ্বরবু কাউথোকখ্রে তাবদা থম্মোই শোক্না ইপ্পাইসি রাবম্মী । অঙাং ওইনা ঐনা ইমা ইপা, ইয়ুম থাদোক্তুনা অতোপ্পা জাৎশিংগী মবক্তা লৈরুই । তৌইগুম্বসুং ঐগী ইচিন ইনাউশিংগী অচৌবা অৱা অনাগী মীকৌ অদুনা ইচিন ইনাউশিংবু অমুক ইপা ইপুগী লাইনিংদা হঞ্জিনহন্নবা ঐনা ইমা ইপাগী লমদমদা হল্লকপনি । হাযবিবা লাইনিং অদুনা তাক্নিবদি ঐখোযনা মালেমদা হিংলিঙৈদা অখাঙকনবা হাযবদুনা পুন্সিনবী, অসুম তৌবনা মপূং ফাবা অমসুং খ্বাইদগী রাংবা নুঙাইবদু মালেমগী রাংমদা ফংলুই ।''*

মথক্কী পাউজেল খবসিগী মরুওইবা মতাংশিংদু বাইবলগী রাপাউনা মান্নৈ হাযবসি খঙবা ঙম্মী ।

যীশু খৃষ্টগা মরী লৈনবা ব্রারীশিং লৌখক্কুনা হেমিস মোনাস্তরিদা লামানা খোঞ্জেল হৌনা নোতোভিতচতা পাখিবা শ্লোক লাইরিক অনীদু তিবেতান লোন্দা ইবা লাইরিকশিংদগী খোমজিনবনী । অহানবা খৃৎইশিংদু ইন্দিয়াগী পালি লোন্দা অহানবা খৃষ্ট মতুং চহি চা অনিদা ইখিবা লাইরিকশিংনী, থম্বনা লহ-সা (ইশ্বরগী লৈবাক) কী ময়াদা লৈবা মোনাস্তরি অমদা থম্বনী । হায়রিবা মোনাস্তরিসি দলাই লামাগী পোতালা পেলেসতা এফিলিয়েৎ তৌবনী ।

ইউরোপ্তা হল্লগা নোতোভিতচনা মহাক্কী থাজরক্দ্রবা ব্রারী ফংলকপদু খঙহন্নবা চর্চকী থাক ব্রাংবা ফম্নাইবশিং উন্ননবা হোৎনরম্মী । কিয়েবকী মেত্রোপেলিতান্না খৃদক্তা ব্রারী অদু ফোঙদনবা পাউতাক পীরকখী, অদুম ওইনমক মরমদি পীরকখিদে। পেরিসতা কার্দিনেল রোতেল্লিনা লাইরিক অদু ফোঙবগী মতাংদা অসুম্না তাকপিরকখী মদুদি লাইরিক অদু ফোঙলুবনা মী উশিংকন্দবা, করেম কথাইনগনবা অমদি মীগী মায়োক্তা লৈরগা নুঙাইজবশিংনা শাউবনা মৈ হৌগৎনরক্কনী । ফোঙলুবদা ব্রারীশিংদু মতাং মতম চাররোই । ভেটিকান্দা পোপকী খ্বাইদগী নক্কবা মী অমনা অনিংবা অমা য়াউনা মোৎ পীখি "মসি ফোংলগা কবি কান্ননি " কনানসু মসিবু মরু ওইনসু লৌবিবোই মদুগী মহুৎতা যেক্কবা ময়াম অমা চোংথোক্লক্কনী । অদুম ওইনমক নহাক যাম্না নহা ওইরি, পৈশা পাম্বগী ওইরবদি নংনা তৌরিবা খবক অমদি মাঙখিবা মতম অদুগীদমক হক্তিন্নবা ঐনা শীনবীবা ঙম্মী ।" নোতোভিতচনা ব্রাফম অদু য়ারমদে ।

চর্চ হিস্তরিয়ান, ক্রিতিক অমসুং নোংপোক্লমগী মরমদসু থিজিনবা অর্নেস রেনান্দিনা অনৌবা ব্রারীদু য়াম্না থব্রায় য়াওরম্মী । অদুম ওইনমক একাদমি ফ্রেনকাইজগী মেম্বর অমা ওইনা ব্রারী অদুবু মাগীদমক সীজিন্ননবা মমল পীদুনা লৈবা পাল্লম্মী । য়ানদদুনা লাপথোক্লরে ।

মমৈদা মেনস্কৃপ্ত অদু ফোঙলে অদুবু মীয়াম্না কাহেন্না পৃক্লীং থিংজিনবদি ওইদ্রে । শক্তি লৈবা, ইথিন চংবা অমদি চর্চকী লুচিংবগী মতিক অদু অসুক্কী মতীক কনখ্রে মদুদি লাইনিংগী পাউজেন্দা থাজহনবদুদা করিগুম্বা চিংনবা মচেৎ অমত্তা পোক্লরমদে ক্রিতিকশিং অমসুং চূশল্লবশিংনা লাই থাজদবনি, হায়ফম থোক্তবনি নত্রগা লৌনিঙাই ওইদবনি হায়না শীদোক্লম্মী । নোতোভিতচনা মানা থেংনবা ব্রারীশিংদুগী সাইন্টিফিক ওইবা ঙাক্লৌশিং মতিক চানা খোমজিল্লমদবনা য়াম্না হকচিন্না লৌনদবনী ।

ঙসিদি, অদুম ওইনমক লেপ্তনা চথরিবা যীশুগী মরমদা থিজিন হৃমজিনবনা যীশু ইন্দিয়াদা লৈরম্মী হায়বগী মোৎসিদা লাল্লী হায়না য়েৎপীনবা মী তশেংনা লৈত্রে । লৈনরিবা যীশুগী পুন্সি ৱারী মতাংসিদা (চাউরাক্লা চহি ১২দগী ৩০ ফাওবা) খাজবা য়াবা ইতিহাসকী নত্রগা বাইবলগী ৱাপাওদা পনবা থেংনদে । মদু য়েংলুরবদি যীশু অসি মশাগী চহি কুনপ্পাশুবদা পোকপা মাল্লি অদুগা মতুংদা জোহন্না বাপ্তাইজ তৌবীবা মাল্লী । লুক খক্তংনা য়াম্না তেনবা ৱাহৈপরেং অমথক পল্লি *"যীশু অসি লৌশিংদা অমসুং শাবান্দা অদুগা ইশ্বরনা অমসুং মীনা চানবদা হেন্নংলে। (লুক ২,৫২)"* ।

নোতোভিতচনা থেংনথিবা শ্লোকশিং অদুখক্তনা যীশু ইন্দিয়াদা লৈরম্মী হায়না পনবা নত্তে । ইং ১৯০৮ দা আমেরিকাদা অমত্তা ঙায়বা লাইরিক অমা ফোংঙলম্মী, মওঙ অমাদা মিংথোল্লি "দি একারিয়ান গোসপেল ওফ যেসস খ্রাইস"। অইবগী মিং অসি ঙক্লিঙাই ওইনা 'লেভি' হায়নখত্তা থাই। ৱাপাউ অসিদা যীশুনা ইন্দিয়াদা লৈরম্মা চহিশিংগী ৱারীসি লাইপোক ইসাগী পুন্সি ৱারীগা ঙক্লিঙাই ওইনা চপ মান্নে ।

# একারিয়ান ৱাপাউ

লেভি ঐচ দাউলিং বেল্লেভিল্লে, ওহিওদা ইং ১৮৪৪ দা পোকখী । মহাক স্কোতিস মিনিষ্ট্রিগী মচানী অদুগা ৱেল্স শাগৈনী, অমসুং চহী য়াম্না নৌরিঙৈদগী ধ্যান তৌদুনা পুন্সিগী মওংবু য়াম্না মুন্না খঙনা হৌরকই । মশাগী চহি ১৬শুবদা ধর্ম্ম শন্দোকপা হৌখী, চহি ১৮দনা অপীকপা চর্চ অমগী পাস্তর ওইখী, চহী কুন শুবদা আমেরিকান আর্মীগী চপ্লেন ওইখী । মতুংদা মেদিসিন তমখী অমসুং চহী খর লায়েংবগী থবক তৌরম্মী, মতুংদা মশামক থৱায়গী ওইবা লম্বী খীজিন হৃমজিনবদা মপুন্সী মপৃঙফানা কখোকখী ।

মহাক্লা নহা ওইনা খঞ্জবা অমা লৈরম্মী মদুদি মহাক্কী ইশ্বরনা "অঙৌবা সহর" অমা শেমগৎনবা য়াথং তৌবীরবনী । অঙৌবা সহর হায়বা খুদম্না খঙহনবসি মপৃং ফাবা যীশুগী পুন্সী ৱারী অমা হায়বনী । থবক অসিগীদমক লেভি দাউলিংনা চহী নিফু চূপ্পা ইশ্বরদা ধ্যান অমদি পার্থনা তৌদুনা পুক্নীং লূপ্পা হোৎনখী ।

লেভিগী অমত্তা ঙায়বা লাইরিক এক্কারিয়ান গোসপেল হায়বা লাইরিকসিদা যীশুগী চহি ১২ শুবদগী চহি ২৯ শুবফাউবগী পুন্সী ৱারী ই । মহাক্কী লাইরিক অসিবু এক্কারিয়ান গোসপেল কৌবগী মরমদি পাজিগী এক্কাবিঅস চহি হৌরমদাইদা লাইরিক পুথোকখী অমসুং অসুন্না তৌবসিনা অনৌবা চহীসিদা য়াম্না থুনা মীয়াম্না শকখংনগনি হায়না থাজবা লৈবা মাল্লী । ইলি (হ) হায়বা মীশকশিন চহী লিশিং অনীবোমগী মমাঙদা তুংদা থোক্লগদবা লাইকাউ তৌবগী স্কুল অমা জোৱান(ইজিপ্ত) দা চলাইরম্মী. মহাক্না তুংদা লাক্কদবা অসুন্না হায়বম্মী, "যুগ অসিদা (চহি অসিদা) থম্মোই শেংবা অমসুং নুংশিবগী ওইবা থবক মচা অমা শকখংনগনি ৱাহে অমত্তসু মরুওইবা ৱাখনসু অমসুং থবক্তু অমফাওবা লেম্না মাঙলোই, মরমদি পুন্নমক ইশ্বরগী ৱারী ইবা লাইবিক্তা ইশিন্দুনা থমগনি ।" হায়বিবা ইশ্বরলাইবিক আকাশিক রেকোর্ড কৌবসিদগী ৱাখল্লা পাদুনা লেভিনা অনৌবা অমসুং মপৃঙ ফাবা ৱাপাউ অমা ধ্যান তৌরিঙেগী মতমদা, অয়ুক পুং অনীদগী পুং তরুক্কী মরক্তা ইশ্বরগী লাইবাউ ফংলম্মী । মেতাফিজিসিসশিংনা অকাশা হায়বসি সৌরজগৎকী নিংশিংনবা ওইনা লৌনে। তাইবঙপানবগী থৱায়না তাইবঙপান ৱাংমগী থৱায়গা তিন্নরুবা মতমদা, মখল অমগী লৌশিং অমনা অকাশিক রেকোর্ড লাম্বা ফংই । হেৱিউ মাস্তবনা অকাশাবু "ইশ্বরগী নিংশিংবগী লাইবিক" হায়না কৌই ।

তরুকওবা অমসুং তরেংশুবা এক্কাবিয়ান গোসপেলগী তাংকক্তা যীশুনা ইন্দিয়াদা লৈবগী ৱারী যাওই । ৱারী অসিগী মতুং ইন্না, ইন্দিয়াদা উরিষাগী যুবরাজ রবন্নানা চহী তরানিথোই শুরবা অঙাং অমা লাইশঙদা উন্নে, মফমদুদা অঙাঙদুনা ধর্ম্মবৈ যেৎনবম্মী । অদুদগী মহাক্না মহাকপু ইন্দিয়াদা মহাক্কী মহৈ মপৃঙফানা তম্মান্নবা পুবকখী । যীশুবু জগন্নাথকী লাইশঙদা ছাত্রা ওইহল্লম্মী, অমসুং মহাক্না যাম্না হৈনিংনা মনু অমসুং বেদগী নিয়মশিং তল্লম্মী। নিকোলাই নোতোভিতচকী ৱারী মতুংইন্না যীশুনা যাম্না থঙবা অমসুং অশিংবগী পাউখুন্না মহাক্কী গুরুশিংবু ঙকহল্লম্মী অমসুং মহাক্না ফোংনা অশোযবা হায়বদুদা ব্রহ্মনসিংবু শাউহল্লম্মী । মহাক্না অচুম্বা, লৌশিং, শক্তি, ৱাখল হোদোক্লবা, থাজবা অমসুং মীগী ৱাখল্লোন্দা অনৌবা য়ুম্ফম শেমগৎলম্মী, মীশুনা খুৎথাং শন্দোরকপা ৱাশিংদা থাজদনবা নত্রগা ইরম্বশিংদসু থাজদনবা মীয়ামদা ইনশিল্লম্মী, মরমদি ইচম চম্বা চংনবী অমসুং নিয়ম্না মমাঙৈদগী অসুম চত্থরকপা অদু তম্মীবনা মীসিংনা লৌশিং লৈবা ওইবা ঙল্লোই । মতাংসিদা ফোংদোক্লিবা লৌশিংপুম্বা যীশুগী মওং অদুমক্তি অমসুং ঐথোয়না খংনরবা ৱাপাউগী অমসুং যালেমপুম্বগী পাউজেল অদুগী মান্নবা মওঙনী ।

তরেৎশুবা এক্কারিয়ান গোসপেলগী শরুক্তা হিমালয় চিংজাউগী তিবেবতত্তা চৎখিবগী খোঙচত্তু নিংথিনা পাউদম্মী, মফমদুদা লহসাগী ধর্মগুরুশিংদগী অরিবা থৃৎইশিং তমখী । মসিগী মতুংদগীদি মহাক্তা সিন্ধগী লমদমদা লাহোর ফাওদুনা লাকখি অমসুং অরোইবদা মফমদুদগী নোংপোক্লম মনাক্কী লমদা হল্লক্লম্মী ।

হৌজিক্কানগী অচুম অরান খন্নবা ঙম্বা মীশিংনা এক্কারিয়ান গোসপেলগুম্বা লাইরিক্সি হকচন্না লৌনদে, ব্রারীশিংদু ধর্মগী মী অমনা মরক্তা লৈদুনা লাইগী পাউদম ওইনা তম্মী । অদুম ওইনমক বাইবলদা যাউরিবা ধর্ম ব্রারীগী লাইবাউশিংদি অচুম্বনি হায়না পাকশন্না লৌনৈ । মসি মতম কুইরকপগী ইকাইকুম্নবনা বাইবলগী লাইবাউশিং অসি মওঙ অমদা থাজনবা ওইবা য়াই । অদুম ওইনমক এক্কারিয়ান গোসপেলগা নোতোভিতচনা থেংনরকপা লাইবিক্কা ব্রারী চপ মান্নবসি য়ান্নদি পূক্লীং থিংজিন্নীঙাই ওই ।

যীশুনা তশেংনা ইন্দিয়াদা লৈরম্বা থোক্লবদি ঐখোযনা যীশুগী শক্লোন অসি পূমহোং হোংনা য়েংবা মথৌ তাই । চহি লিশিং অনীগী লাইব্রারীগী ইতিহাসতা অমসুং লাইনিংপথাপকী থিজিল্লবা তুংফাওবা ঐখোয়না হিরমসিদা অনৌবা খুম্মাঙ চাউশিনবা অমত্তা ফংলক্লিং হায়না লৌবা য়াই । যীশুগী নত্রগা যীশুগী মতাংগী লৌশিংপূম্বা থন্ননিঙাই মচাক লোইখ্রে অদুনা ঐখোয়না "যীশুনা ইন্দিযাদা লৈরম্বগী" অঙকপা নিংথৌলৈবাক্কী ব্রারীদা পূক্লিং শেমগৎলসী । য়েৎনবা য়াওদনা চহী লিশিং অনী য়ান্নদুনা লাক্লবা ব্রাফম অমা মথক মখা ওম্বোকপসি চুম্না থৃৎনা নানবনদি ওইবা য়ারোই ।

মতাংসিদা হেন্না মরু ওইরিবদি হৌজিক্কানগী অখঙ অহৈশিংনা হীবম অসিদা যীশুগী পুন্সি ইতিহাসকা মরী লৈননা ফংলকপশিংদু অমুক হন্না য়েংশিন্দুনা নৈনবা তাই । অদুম তৌরবতদা মতাংসিবু মপূঙফাবা অচুম্বনী হায়না মীয়াম্না লৌনগনী ।

## মীচঙ মীথায় নাইদবা ব্রারীশিং

মালেমপূম্বনা তরং তবং খঙনিঙলবা অদুগা লাইরিক মশিং খঙদনা হীবম অসিদা ইদুনা পূক্লিং থিংজিন্না নজারেথকী যীশুগী পুন্সি ব্রারী

নৈনরিবসিগুম নৈনবা হীনম অমত্তা লৈত্রী । অদুম ওইনমক ইতিহাসিক ওইবা যীশুগী পুন্সি বারী অসি এব্রাংবা থাক্তা কুপশিন্না নৈনবদগীদি খাপ্তোক্কা লৈরম্মী । ১৮শুবা চহীচা লোইবা ফাওবদি তৌবমদবদুনা ১৯শুবা চহীচাদদা ব্রাখল লৈবা অমদি থোনা লৈবা মাযচৌ থরনা যীশুগী পুন্সি ব্রারী নিয়ম নাইনা পাজনবা চৌথরে । জর্মন প্রোটেস্তন লাইনিংমায়চৌশিংনা খ্রাইস্তগী খুনাঙ চাওশিন্না ইতিহাসিক ওইবা, শানবা নাইবা অমসুং ধমদা কুপথনা লৈনবগী মনা লৌবম্মী । খ্রাইস্তগী শীংথানবশিং মবক্তুগা অমা ওইবিবা লায়েংবা মাইনা অমসুং লাইনিংমাইচৌ অলবার্ত শ্বিতজরনা খৃষ্টকী পুন্সি ব্রারী খিজিনববু "ধমদা নিংতম্না খঙবা" হায়বা শিরমসিদা খ্রাইস্তগী চাওবা অমসুং থৌনাফনা থবাক্কি হায়না শীংথানখী । হৌজিক ওইবিবা খৃষ্টকী শক্তম অসি খঙলক্কবা হোৎনবদা পাঙ্গনা কযাম্না বাখিবগে হায়বদু খঙবদা ঙসিদি ঐখোয়দা ব্রানা থোকহল্লে । তশেংনা হায়রবদা শ্বিতজরগী মোৎতো সাইন্টিফিক ওইনা থিজিন হুর্মাজল্লকপসি যোকখৎপদা পেন্নদনা অমদি তশেংনা তুকচবা পোক্লবকখী । যীশুগী পুন্সী ব্রারী থিজিল্লকপা হায়রবসি চর্চশিংগীদমক্তা আস্থগী ক্লুল লিংবগুম্বনী অমদি থোকখিবশিংসি য়াম্না ব্রানা মচুমগী লাঙ্গাউ অমা চঙবগুম্বনী । ঙসিদি যীশুগী ইতিহাসিক ওইবা শক্তম অসি থিজিনবসি নিঙবা কায়নিঙাইনি হায়না পনবা য়াই । বাইবল অমদি বাইবলগা মরী লৈনবা লাইরকশিংদা য়েংবা মতমদা যীশুসি য়েৎননিঙাই লৌতবা ইশ্বরগী মী অমনি, ইশ্বরগী মচানি অমসুং ইশ্বব খাজবগী দলিল অমনি হায়না উগনী । মীচঙ মীথায় লৈতনা ইবা অইবশিংগী লাইরিক ফাওবা ব্রারসু মরুওইবা তাংকক অমত্তা য়াউদে । অসুন্না লাইনিংমায়চৌশিংনা হৌজিক ফাওবা চপচাবা যীশুনা পোকখিবা চহী পীবা ঙমদে । ওইথোকপা য়াবদা হৌজিক লৌনরিবা চহীদা লেপ্লগা চহি ৭ তগী ৪ ফাওবগী খৃষ্ট মমাঙদা ওইবা যাই, তশেংনা খৃষ্ট অসি হেবোডনা পানবা মতমদা পোকপনী. মতাক্তি খৃষ্টাব্দ চহী হৌগদবা চহী ৪ ব্রাংলিঙৈদা শিথ্রে (৪ বিসি) । মীযাম্না খঙ্গরনা ইশ্বরগী ব্রাপাওশিংদা যীশুগী অঙাং ওইরিঙৈ অমদি ইনখৎলকপা মতমগী ব্রারী অমত্তা ইদে, তশেংবদি হাযরিবা মতাংসি মী অমগী পুন্সী ব্রারীদা যাম্না মরুওইবা মতাং অমা ওই । চীংননিঙাই ওইরবা মওংদা যীশুনা মীযাম মরক্তা লেল্লম্বা তেল্লবা মতম অমদি পূং খর নত্রগা নুমিৎ খরগী মহাকপু ব্রায়েনবগী ব্রারীদি শুগাইনা ইরি । যীশু মতমগী ইতিহাসকারশিংনা মাগী মরমদা শুপ্তা তাদবা মাল্লি নত্রগা পল্লুবদা মরু ওইদবগুম খনবা মাল্লি । মতৌ করম্না অঙকপা মিরেকলশিং অমদি তোপ তোম্পা থৌখোকশিং মতৌ করম্না খঙদ্রিবনো ?

তসিতস (খৃঃ মতুং ৫৫-১২০) না খৃষ্টনি হাযবা অমা পোন্তিযস পিলাটনা নিংথৌবেল তিবেবিযসনা পানবা মতমদা উ কাবন্দা পাং তিংখি হাযনা পল্লম্মী। অচৌবা বোমান ইতিহাসকাব অমনা যীশু পাং তিংখ্রবা মতুং চহি ৯০ বোম লৈবগা খৃঃ মতুং ১১৭ তা মীযাম্না লীনবা ব্রাবীদা যুম্ফম ওইদুনা ইবম্মী। স্বেতন (খৃঃ মতুং ৬৫ ১৩৫) অমসুং প্লিনি দি যঙ্গব (খঃ ৬১ ১১৪) না খৃষ্টান কাংলূপকী মবমদা পল্লম্মী অদুবু যীশু খৃষ্টকী মবমদা ব্রাহৈ পবেং অমফাউবা পল্লমদে। যিহুদি ইতিহিসকাব যোসেফস ফ্লাভিযসনা খৃঃ মতুং ৯৩ দা যেবিস এন্তিকিতিজ'' হাযবা মকুওইবা লাইবিক অমা ফোংখি। লাইবিক্সি মীওইবা শেল্লকপদগী হৌদুনা নেবোনা পানবা মতম ফাওবগী পৃথিবীসি থুংনা 'হিজিনবগী মওংদা ইবনি মসিদা মহাক্লা মকুওই খনবা পৃম্না পল্লী। মহাক্লা বাপ্তাইজ তৌবীবা যোহান, হেবোড অমদি পিলাত বাজনিতি অমসুং খুনাইগী মবম যাম্না কৃপ্না নৈনবম্মী, অদুবু যীশুগী মবমদদি শু পন পল্লমদে। অহুমশুবা চহীচা ফাওবদি শুপ্পন পল্লমদ্রগা খৃষ্টান অমখল্লা ইবা তেস্তিমোনযম ফ্লেভিযানম' কৌবা লাইবিক্সিদা যিহুদি ইতিহাসকাব যোসেফসনা হখণ্ড খণ্ডহৌদনা খৃষ্টকী অণ্ডকপশিং অমসুং মোংফমদগী হিঙ্গৎপসি চপচানা চুন্মী হাযনা ফোঙদোকই হাযদুনা ইবকথী। চর্চ ফাদবশিং জসতিনিযস ওচুলিযান অমসুং সাইপ্রিযান্নচিংবনদি মতাং অসি খণ্ডদে যোসেফসতি খৃষ্টপু থাজদবা মীনি হাযনা হন্না হন্না হায। কপর্নাউম মনাক্ষা লৈবা তিবেবিযাগী মী যিহুদি অইবা জসতসসি যীশুগী মতমগী মীনি মফমদুদা (কপনাউম) যীশু লোগনা লেবম্মী হাযনা নি নবা মযল্লি। মহাক্লা মোসেসকী মতমদগী হৌবগা মাগী মতম ফাওবগী যাম্না কৃপথবা ইতিহাস অমা হবম্মী অদুবু মহাক্লা যীশুগী মবমদদি পনবফাও পল্লমদে। মযাম্না যানববা অতোপ্পা যীশুগী মতমগী মী ওই ওইবা যিহুদিগী অৰ্চেবা মাযচৌ অলেক্সান্দ্রিযাগী ফিলোনা লাইবিক মঙা ইবম্মী। ফিলো অসি যাম্না খণ্ডহৈববা বাইবলগী অমদি যিহুদি কাঙলূপর্না অঙনা অমনী ওদুবু মহাক্লা যিশুগী মতাংদা বাহৈ পবেং অমফাউবা পল্লমদে। খৃষ্টানশিংবু যাদবা সেলসস হাযবা অইবসিনা তৌসন্নবা যাওদনা ইবম্বা খবদগীদি ইতিহাসিক ওইবা অচুম্বা খবখক ফিদম্নকম ওইবা যীশুগী ব্রাবী মতাংদা পল্লম্মী। সেলসসনা ইবম্বদগী যংবা পাউজেল অদুগী মতাংদা মতুংদা নৈনবদা যাউবক্কনী। অমত্তা ভাযববা ইতিহাস নৈনবগী ওইথোকপা যাবা হৌবকফমদি নিউ তেস্তামেন্টকী শ্লোকশিং নৈনবথক্না ভাযবগুল্লে।

# ৱাপাউ লাইরিকশিং

গ্রীক লোন্দা গোসপেল হায়বসি ইভাঞ্জেলিওন হায়, মসিগী অর্থদি "অফবা অমসুং হৱাউ নুংঙাইবা পাউজেল" হায়বনি । হায়রিবা ৱাহন্থোক অসি খৃষ্টানিতিনা যীশুগী পাউজেল ওইনা শীজিন্নদ্রিঙৈ আ মমাঙদা লৈরল্লে । খুদম ওইনা নিংথৌবেল আগন্তসপু "মালেম্গী কনবীবা নিংথৌ" হায়না খঙনরম্মী অমসুং মহাক্কী মপোক নুমিৎপু "ইভাঞ্জনিয়ন গী নুমিৎ" হায়না কৌনৈ । নিউ তেস্তামেন্ট অসি মার্ক, মেথিউ, লুক অমসুং যোহনগী অফবা ৱাপাউ হায়দুনা মরি থোকই । মখোয়শিং অসি খৃষ্টানিতি হৌগৎলকপা ঙল্লিঙৈগী মতমদা ইরম্বা য়াম্লবা ৱাপাউ লাইরিকশিংদগী য়ানদুনা খঙৎখিবনি (তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিংনা শীজিন্নবম্বা) । খঙৎপা যাউদবশিং অদুবু এপোক্রাইফেল হায়না খঙ্গরম্মী অমদি অয়াম্বনা মাঙহনখ্রে, তৌইগুম্বসুং মাঙহৌদবা লাইবিকশিংদুনা নজারেথকী যীশুগী পুন্সি ৱারীগী তোপ তোম্পা অমদি ঙক্লবা মঙাল অমা পীরে । তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিংদু যাম্মনবদগী ঙল্লিঙৈগী খৃষ্টান খুন্নাইসি 'মচেৎ-কয়া থোক্লা কায়বা য়াবগী অকিবা লৈবক্লম্মী অমদি খৃষ্টান খুন্নাই মনুংদা কাঙলুপ মনুংগী লান অমা ওইহল্লকপা যাবগী মরম লৈরম্মী । বোমান মচা এম্মিয়ানস মার্সেলিযসনা ফিভম অদু অসুন্না ফোংদোকই : "লাইনিং মান্নবা মচীন মনাউশিংনা শাউনবকপা মশাউনসি লল্লক্কী শানা ঈ পাম্বদগী মখোয় মশেন শাউনব ফাওবনা হেল্লবোই" । চর্চকী ওঝা, অলেক্সেন্দ্রিযাগী ক্লেমেন্নফাউবা তোঙান তোঙানবা থাজবগী নিযম চৎনবকপশিংনা কন্না মৃক্লরকপা অসিনা লাইনিং অসি শন্দোরকপদা অচৌবা অপনবা অমা ওইরে হায়বসি উরম্মী । অইবা সেল্সসনা ফোংনা অফ ফত্ত নৈনবদুনা হায় ঃ অনিশুবা সতাব্দীদা তোঙান তোঙানবা খৃষ্টান কাংলুপসিংদা মান্নরিবা হাযববু 'খৃষ্টান' হাযবা মমিংসিতনি । মখোঙদগী হৌনা খেৎনবা খৃৎই হাযবদি খেৎন খেৎনবা খৃষ্টকী পুন্সি ৱারী, তৌবম্বা থবক অমসুং হাযবম্বশিং মশিঙ য়াম্বদগী ঙল্লিঙৈগী চর্চকী লুচিংবা থবনা চবাংনবা অসি কোকহন্নবা তৌদবা য়াদবা লম্বীদি য়েৎনরিবা কাংলুপশিংসি পুম্মাং মাঙহনখিবনী । পুনশিন্নবদা ওইথোকপা য়াবসি খনগৎলবা লাইরিক খরদা নমদুনা যাহনবা অসিনী । পপিয়া হায়বা চর্চকী ফাদরনা অসুন্না হোৎনদুনা খৃঃ মতুং ১৪০ দা যেংথী, অদুবু তোঙানবা কাঙলুপশিংগী অথিংবনা কনমনখিদুনা মায পাকখিদে । অনিশুবা সতাব্দী লোইদ্রিঙৈদা ইবেনিয়সনা ইশ্বরনা শাউবগনি হায়না ময়াম্বু কিহন্দুনা ঙসিফাউবা য়ানরিবা ৱাপাউ মরী অদু খঙৎপগী শেংদোক্লিবা মরমদি হায়রিবশিংসি যীশু মশামক্কী

সেবোকশিংনা ইবনী । অদুম ওইনমক মসি ইরাই লায়বা ৱাফম ওইদে । হায়রিবা ৱাপাউশিংসি করম্বা মতমদা কমদৌনা লৈরকখিবনো হায়বসি লেম্পা ঙমদে মরমদি অহানবা ইরম্বগী খুৎই নত্রগা ইরম্মী হায়বগী খুদম অমত্তা ফংলমদে । শোয়রোই হায়না থনবা চাউরাকপা মতম ফাওবা লেম্পা ঙম্লমদে । হৌজিক্কি মতমদা কন্না থিজিনবগী ফল ওইনা মার্ককী মমিংদা লৈবা ৱাপাউ অসি খৃঃ মতুংগী চহি ৭০ গী হেক মমাঙদা ওইগনি থাজনৈ, মেথিউগী ৱাপাউনা খৃঃ মতুং চহি ১০০গী মদুৱাইদা ইরম্বা ওইগনি থাজনৈ । যোহন্না ইরম্বা ৱাপাউদি অনিশুবা চহিচা হৌরকপফাউবা ইরম্লোই হায়না খন্নে । যীশুসি খৃঃ মতুং চহি ৩০তা পাং তিংখিবনি হায়না লৌবদা মহাক্কী মরমদা ইবদি মীরোন অনি অহুমগী মতুংদা ইবনি (তোপ তোপ্প নৈনরিবা লম্বোইবা পোলগী খুৎইদি য়াউদ্রি)

মেথিউ অমসুং লুক্কী ৱাপাউদা য়াওবা থৌদোক অয়াম্বা মার্ককী ৱাপাউদা লোইনা য়াওই । মরমসিনা মার্ককী ৱাপাউ অসিনা মেথিউ অমসুং লুক্কী ৱাপাউদগী হান্না লৈরম্বা ওইগনি । মার্ককী মমিংদা লৈবা ইশ্বরগী ৱাপাউদা য়াওবা খর মেথিউ অমসুং লুক্কীদা থেংনদে, মতাংসিদা মদুগী মহুৎতা তোয়না মান্নদবা ৱারীশিংনা মহুৎ শিজিল্লি, নত্রগা মাক্কী খুৎইদগী ইতোপ তোপ্পী । মীশিংনা অকোনবগী ৱাপাউ অনিসি হান্না ইখ্রবা লম্বোইবা মার্কতা য়ূম্ফম ওইরগা ইরম্বা ওইগদ্রা হায়না খন্নে । লাইনিংমাইচৌ কয়ানা অহানবদা হৌফম অমা লৈরগা ইবনি হায়না থাজরবসু মায়চৌ শুম্বর বোরনকামগী মোৎতদি অসুম্না ফোংদোকই মদুদি লম্বোইবা মার্ককী ৱাপাউসি অহৌবা খুৎই ওইনা শীজিন্নে হায়না শাগৎপসি চুন্নিংঙাই লৈভবা অরানবনী''।

মার্ককী ৱাপাউদা শেংনা তাকপা অমদি যীশুসি মেসাইয়ানি হায়বসি অরোনবা অমা ওইনা ফোংদোকই । যীশুনা মশাবু মেসাইয়ানি হায়না লাউথোক্তে মদুদা নত্তনা মাগী তুংইনবশিংদসু লাউথোক্তনবা থিংই *(মার্ক ৮,৩০)* । মেথিউনা ইবা ৱাপাউদনা যীশুসি মোসেসকী লাইনিংবু মপূঙ ফাহনবা ওইনা শীংথাই অমসুং তুংগী ৱা হায়রম্বশিংনা হায়রম্বা মেসাইয়াদুনি হায়না লাউথোকই। মতম শাংনা লাইনিংমায়চৌশিংনা থাজনরকপদি যীশু হায়বসি ইশ্বরদগী লাকপনি হায়বসিনি । মেথিউগী মমীংদা লৈবা ৱাপাউসি ইরিবা অইবা অসি তশেংনা হিস্তরিয়ান অমা নত্তে নত্রগা যীশুগী পুন্সি ৱারী ইবা অমা ওইনা লৌবা য়ারোই ।

অদুম ওইনমক লূকী ব্বাপাউদি যীশুগী পুন্সি ব্বারীদা ইতিহাসিক ওইবা থৌদোকশিং হাপচিল্লি, পুন্সি ব্বারী ওইনদি শেংনা তাক্তে । মতাংসিদা অতোপ্পা ব্বাপাউশিং অসিসু মথং মনাউ, ইতিহাসকী য়ুম্ফমদা ইদবনা মরম ওইদুনা যীশুগী পুন্সী ব্বারীগী পাউশিং য়াউদে, মরমদি নৌরিঙৈগী খৃষ্টান কাংলূপকী যীশুগী পুন্সী ব্বারীগী য়ুম্ফমশিং হান্ননা মাঙখ্রে । যীশুগী ইতিহাসকী ওইবা পুন্সি ব্বারিদি হান্ননা নাকন্দা ইহোকখ্রগা লাইনিংগী য়ুম্ফমতমক পুখৎখ্রে । লূকী ব্বাপাউসি যিহুদি গী লোনচৎ মওং ইযাউ যাউদে মদুগী মহুৎতা বোমানশিং অমসুং গ্রীক্কী লোনচৎতা নকশিনখ্রে, মবমসিনা যীহুদী কাংলূপকী মেসাইয়া ওইবগী মহুৎতা মালেমগী মেসাইয়া ওইখ্রে ।

মতাং অমদনা লূকী ব্বাপাউসি তশেংনা মার্ক অমদি মেথিউগী ব্বাপাউগা ওন্ন তৈনৈ, মখোযগীদি যেরূজালেমদা সেবকশিং লৈরম্মু হায়দে, অদুম ওইনমক লূকী চেপ্তর ২৪ দা যীশুনা সেবকশিংদা হায় ''য়েংউ *মথক্রোমদগী নখোযবু পাঙ্গন্না ফিগুম ইন্নাদ্রিফাউবা যেরুজালেম সহবদা নখোয লৈরম্মু (লূক ২৪:৪৯)* ।

পাখোনচৎপশিংগী (এক্স ওফ এপোস্তল) থবক' তস্ লূক' মবী লৈনন' সেবোকশিংনা যেবংজালেমদা লৈবগী ব্বা শেংনা পাল্লি । অঈমনা যেরুজালেম অসি খৃষ্টান লাইনিংগী হৌবক্ফম ওইনা মযেক শেংনা উৎনবা হোৎনৈ অদুদা নওনা খৃষ্টান কাংলূপশিং মতমদুদা অতোপ্পা লম্বাশিংদা লৈবে হায়না উৎনবসু হোৎনে । অইবনা অসুপ্পা হিবৎসুন্দা মিবেকলশিং তৌবা পন্দুনা পেলেসতাইনগী ব্বাংমদা খৃষ্টান কাংলূপ লৈবা উহল্লি । খঙহৌদনা মিবেকল অমা থোক্নুনা সেবকশিংনা থৌজানগী মপান্না মীরমগী লোন মযাম ঙাংদুনা লোন মান্নদবগী খুদোংচাদবা কোকহল্লী । যোহনগী মিংদা হবা ব্বাপাউ অসিনা যীশুগী পুন্সী ব্বারীনা মবী লৈনবা ইশ্বরগী ব্রাপাউ মবিগী মনুংদা খ্রাইদগী কোন্না ইবা ব্বাপাউনি হাযবসিদ' চিংনিঙাই লেতে । ভল্লৈগী খৃষ্টানগী ব্বারীদা পনবা মতুং ইন্না ব্বাপাউ অসি অনিশুবা চহিচা মযাই চল্লকপদা ইখিবনি । গ্রিক লোন্দা ইবা পাপিবসকী বেকোর্ড মতুং ইন্না রাহৈ পাংবং খব পারুবদা থেংনৈ মদুদি ব্বাপাউ অসি অনিশুবা চহীচা তৌদ্রিঙৈদা হিবম্নগী ওইথোকপ' যাবা লৈতে, মতাংসি ইংলিসমেন ইতিহাসকাব গ্রেনফিলদগী থেংনরকপনি । মসি অহানবগী ব্বাপাউ অহুমসিদগী যিলোসোফি ব্বাংবা হেনবা অমদি অহুমদুদা পাংশিনবা ব্বাপাউনী । চর্চ ফাদর ইবেনিযুসনা চেৎনা হায় মদুদি যোহন হায়বসিনা যীশুবু যান্না পামশিঞ্জনা ই অদবু মসিমদি হংনিঙাই ওই মদুদি গালিলদা লৈবা

লাইরিক্সু তমহৌদবা ইচম চম্বা ঙা ফাবা অমনা অম্বাংবা থাক্কী লাইনিংগী ব্রাখল্লোন, ফিলোসোফি নত্রগা গ্রীক্কী ইশ্বরগী ব্রারী ইবগী নমুনা অসি পাংবীবা মী য়াওদনা ইবসি ওইবা ম্নাব্রা ।

যোহনগী মমিংদা লৈবা ব্রাপাউগী অইবনা যীশুগী পাউতাকশিংদা য়ুম্ফম ওইবা লাইব্রারীগী ফিলোসোফিগী মঙান্দা যীশুগী পুন্সী ব্রারী নিংখিনা শীংথাই । য়ামদ্রবদা চহি ৮০ পাংতিংবদগীনা ব্রাপাউ অসি ইবফাউদা কান্নবা মরম্না ইতিহাসিক ওইবা যীশু অমগী মরমদা থি হুমজিনবদা জোহনগী ব্রাপাউ অসি অচুম্বা রেকোর্ডনি হায়না থাজনিঙাই ওইদে ।

ইকুই কুইদ্রিঙৈদা 'বুক ওফ সেয়িংস' কী মতুংইন্না অপুনবা ব্রাপাউ ইবদা চীনহাই ব্রারীসি য়াম্না মরুওইবা অমা ওই (অমসুং লুথরান চর্চ) । রুদোল্ফ বল্টমেন্না থাজবদা পেলেসতাইন্দা থুন্নাইদগী থোরকপা যীশুনা হায়রম্বশিংগী ব্রারীনা খ্বাইদগী লিবা খৃষ্টানগী নিয়মশিংনি । তৌইগুম্বসুং বল্টমেন্না মখা তান হায় "চীংম্বাং য়ৈনা লাকলিবা খ্বাইদগী লিবা ব্রারীশিংসিদা যীশুনা হায়রম্বশিং চীথদ্রে হায়বদি চপচানা হায়বা ঙমদে" । খ্বাইদগী লীবা মতম অসিমক মশাগী ওইনা চয়েৎনজবা ইতিহাস অমা ওইবসু য়াই । মহাক্না মখা তানা হায় "চৎনবী ওইনা লীনরিবা প্রভুগী ব্রাশিংদু মরুওইবা শক্তম মাঙখ্লগা অহেনবা কয়া হুপচিল্লম্বসু য়াই। অদুগীসু মথক্ত অতোম্পনা হায়রম্বসু য়ানশিনখিবা য়াই, অসুম্না চীন্না লীনরকপা লাইরিক্তা যীশুনা হায়রম্বনি হায়রিবশিংসি অতোম্পা কয়া মহুৎশীঞ্জিল্লম্বা ওইবা য়াই" ।

ঙসিদি ইতিহাসকারশিংনা পোন্তিয়াস পিলাত নত্রগা হেরোডকী মরমদা অমুক হন্না থিজিন্দুনা য়াম্না কৃপনা খঙবা ঙম্লে, মখোইগী ব্রারীশিং অসিদি মখোয়গা যীশু খৃষ্টকা মবী লৈনবদগী পূক্লিং চঙশিন্নবনি । যীশুগী মতমগী অমসুং মমাঙগী শক্লাইরবশিংগী ব্রারীশিংদি চপচানা অদুম্মক লৈ । যীশুনা পোকপদগী মশাগী চহী ৩০ শুবফাওবগী ফংলিবা ব্রারী লৈত্তবগা মান্নরবা মচেৎ খরনদি দলিল ওইবা মতিক চাদে । অনৌবা ব্রালেপ্পবগী স্পেসিয়েলিষ্ট তিউবিংজেনগী আরন্স কাসেমন্না যীশুগী পুন্সিব্রারী থিজিন হুমজিন তৌরুরগা ফংবা ফলদা মথাগী অসুম্না ফোঙদোকই । কনাগুম্বা খরদি অনৌবা ব্রালেপ্পবদা য়াওরিবা যীশুগী মতাংদা য়ামখিদ্রবা ব্রারী খরসিদা অশেংবনি হায়না করম্না লৌরিবনো হায়না ঙক্লে । যীশুগী ইতিহাসিক ওইবা শকফম কৃপ্না য়েংলুবদা ফংবা হায়ববু চীংদোন্দা ব্রাপাউ শন্দোকপগী ব্রাহৈ খর, ফরিশিংগা খৎনবা, পাউতাক ব্রারী অমসুং পাউদম্বা খর অসিতনি ।

বাইবলগী অখণ্ড অহৈশিংনা যীশুনা ঃ য়রম্বনী হায়বা খঙ্গৎলবশিং মখোয় মশেন মরক্তা হৌজিক ফাওবা য়াদবা ঙম্মী। চর্চ ইতিহাসকার যোআচিম জেরেমিয়ানা মহাক্কী লাইরিক যীশুগী খংনদ্রবা ৱাশিং (অনকেকান্টে মেস্‌স-ৱারতে) হায়বসিদা যীশুনা শোয়দনা হায়রমগনী হায়বা কোতেসন ২১ থক খঙ্গৎলম্মী। অফ ফত্ত নৈনবা লাইনিংমায়চৌ বন্টমেন্না হায় : "যীশুগী মশুন অমসুং পুন্সিগী শক্তম ওইরিবা মহাক্কী শক্লোন খঙবা ঙম্বগী ৱাংমদা মৃৎশিনখ্রে।

# সাক্ষি পীবা পোল

খ্বাইদগী ঙনবা যীশুগী মরমদা অহঁবা ওইনা ফংবা ৱাবীশিংদি পোলনা ইবনি। মহাক নিয়ম য়ান্না কনবা যিহুদি ইমুং অমগী মীনি, মতুংদা মহাক্কী অপোকপনা হোৎনবদগী পৈশা য়াম্না পীদুনা রোমগী নাগরিক ওইবা ফংখী। মসিগী মরমগীদমক মহাক্কী সোল হায়বা ৱান্নগী মমিংদু পাউলস হায়না ওগ্লোকখী। মহাক অৱাংবা থাক্কী ইমুং অমা অমসুং অচেৎপা ফবিসিগী চৎনবীদা যোক্লকখি। মহাক অৱাংবা থাক্কী মফম মশিং তম্লকপা গ্রীক লোনগী পণ্ডিৎ অমনি অমসুং গ্রীক্কী শেবেং অমসুং ফিলোসোফি তম্লকইনা তমখী। মতুংদা মহাক যেরুজালেমদা চৎখি অদুগা গমলিয়েল ১ গী মখাদা ছাত্র ওইদুনা লাইনিং পথাপ তম্বদা মশা পুমকৎ কখোল্লম্মী। মহাক মদুদগী লাইনিংদা পুমঙাও ঙাওবা মীৎয়েং থুনা, চুমদ্রিং চৎপা, নিযম কন্না ঙাকপা মহাক্কী ফরিসি অমা ওইবগী লোনচৎশিংদা অমেৎপা পীবিবা ঙল্লিঙৈগী খৃষ্টান কাংলূপকী কণ্ঠী খোকপা যেরুবা মী অমা ওইখী। পোলনা চৎখিদুনা পুরোহিৎ মকোঙা যেরুজালেম ৱাংম ফাওবদা লৈবা যীশুগী তুংইনবশিংবু ওৎনৈনবা তোপ তোম্পা যাথং নিবম্মী। মহাক্না মহাক্কী তোপ তোম্পা শুন্না থবক অসি তৌবদা পুরোহিৎশিংবু পেনাহনবা ঙম্লম্মী। দমাস্কসকী মনাক নকপা মফম অমদা যীশু থেংনরুবদগী যীশু অমদি মহাক্কী পাউতাকশিংনা পোলবু শুম্মৎপনা পুল্লম্মী। মহাক্কী অৱাংবা থাক্কী পুন্সিদুনা তৌবা ঙম্বা পাঙ্গল খঙজরক্লুনা খঙহৌদনা মঙোন্দা ৱাখনগী অওনবা অমা লাক্লম্মী। তুংদা লাক্কদবা অচৌবা খোঙথাং অমদা মহাক্না ধর্ম লুচিংবা অমগী লৌরক্কদবা শক্তমদা নিশা পানখিবম্মী।

যীশুগা লোয়নরম্বা অমদি অতোম্পা পাখোন চৎপশিংনা পোলগী পুন্সিগী মরমদা শুকপন পল্লমদে মাগী মরমদা ঐখোয়না খঙ্গকপশিংসি মহাক্কী

মমিংদা লৈবা ধর্মগী লাইরিকশিং অমসুং পাখোনচৎপশিংগী থবক্লচিংবদা পন্দে । ব্রারীশিংসি মীওইবগী শেমজন শাজনবগী ইথিন চঙলবা শরুক থর নত্রগা পুল্লপ্পা শেমদোকখ্রবা নত্রগা তোঙান তোঙানবা লাইরিকশিংদগী খোমজিল্লগা ইবা ওইনা উই । তিমোথিদা ইবা, তাইতসতা ইবা, হেব্রিউদা ইবা চিঠিশিংদা হংবা য়াবা ব্রাহং কয়া থোরকই । এফিসিয়ানশিংদা ইব কোলোসিয়ানশিংদা ইবা অমসুং থেসলোনিয়ানশিংদা ইবা অনিশুবা চিথিদা কন্না য়েৎনবা য়াবা মচাক কয়াগী ব্রারোল য়াউই ।

ঙসিগী খৃষ্টানিতিদা খুৎশেমগী লোনচৎকী নিয়মশিং অমসুং পাউজেলশিংসিদি পোলনা শেম্বনি অদুনা পোলিনিজম হায়না খোনবনা চানে । হিরম অসিগী মতাংদা চর্চ ইতিহাসকার বিলহেল্ম নেস্তলনা অসুন্না ফোংদোকই *"খৃষ্টানিতি হায়বা ধর্ম অসিদি পোলনা লিংখৎপনি, মসিদা খৃষ্টকী ব্রাপাউগী মহৎতা খৃষ্টকী মরমদা ফোঙদোকপা ব্রাপাউ ওয়োক্রে"* ।

মতাং অসিদা নাকল অমরোমদা পোলিনিজম হায়রিবগী অর্থদি পোলনা শেম্বা অমসুং হৌদোকপা অর্থ লান্না পুথোকখ্রবা অদুগা খৃষ্টকী অচুম্বা পাউতাকশিং মাঙহনখ্রবা হায়বনি । হৌজিক্কানগী লাইনিংমায়চৌশিং লোয়ন লোয়ননা ধর্মগী ইতিহাস থিজিন হুমজিনবশিংনা পুমচুম চুম্বনি হায়না লীশাংশিংনা থল্লকপদু অসিনি মদুদি নিংথিনা শেমগৎলবা চর্চশিংনা যীশু শিবা অমসুং অব্রা অনা খাঙবনা অরান খুভমগী মরুওইবা পাম্বে ওইহনবসি অরানবা ব্রাখলনি । লাইনিংমায়চৌ ওভরবেক্কা ইরম্মী "খৃষ্টানিতিগীদা অফবামখৈ যিশুদা ফংবা ঙম্মী অদুগা ফত্তবা মখৈনা পোলদগী ফংই । পাপ কোক্লবা ইশ্বরগী মচানা শিবীবনি হায়না থাজবা শাগৎপসিনা পোলনা খৃষ্টানিতিবু চাওখৎপা মশক খঙদ্রিঙৈগী যিহুদিগী অরিবা চৎনবীদা চিংথরে। মদুদা অপোকপা মপানা মচানুপা অহনবু বলি তৌনবা ইশ্বরনা য়াথং পীখি । অহৌবগী পাপ অমসুং মপা, মচা, থব্রাই অশেংবা অসিনচিংবা তুংগী ধর্মগী পাউতাকশিংসু পোলনা শেমখিবনি । কুইরবগী মমাঙ তরানিপানশুবা চহীচাদা ইংলিসমচা ব্রাঙুলোনহৈবা লোর্ড বোলিংব্রোক্কা নিউ তেস্তামেন্টতা তোঙান তোঙানবা ধর্ম অনি থন্দোকখি, অমনা যীশুগী অমনা পোলগীমি । মায়চৌ কান্ট, লৈশিং, ফিটচেত অমসুং স্কেলিংনচিংবানসু তরং তরংনা যীশুগী পাউতাকশিংনা মাগী তুংইনবশিংগী পাউতাক্তগী খেৎনবদু উৎলম্মী । হৌজিক্কালগী মমিং লৈরবা লাইনিংমায়চৌ অয়াম্বনা মীৎয়েং অসিবু শৌগৎলি অমদি অচুম্বনি হায় ।

থাঙঙমদনা থব্রায় লূপ্লবা পোলনা অতম্লবা অমা য়াওনা অশেংবা তুংইনবদগী তোখাইজে, অদুগা গ্রীকী অরিবা ব্রাথল্লোন্দা থাঙঙমজদনা পামজবা মীনি হায়না খংনৈ, লাইনিংমায়চৌ দৈসমন্না খুদম অমা ওইনা খৃষ্টানিতি থাজবগা থাজদবগা অনিগী মরক্তা সমুদ্র লাংথোং ওইনা খেন্নহনবসি পুথোকই । যীশুগী অচুম্বা পাউতাক কয়া পোলনা লংথোকই, মদুগী মহৎতা যীশুবু মহাক্না খৃষ্টকী থাক্তা ওম্নোক্তুনা ফম্বান অমদা থাঙ্গৎলি, হায়রিবসি যীশুগী পামজরম্বদু নত্তে । খৃষ্টানিতিগী মনুংদগী মমৃৎতাবা লৌশিং অমদি অচুম্বশিং পুথোক্কে হাযববদি খৃষ্টানিতিগা শোক্ত শন্নবা য়াদ্রবা মথোঙ হুক্তবা খুৎশেমশিং লৌথোকপা তাই অদুগা অশেংবা, অচুম্বা যীশুগী পাউতাক অমসুং ধর্ম্মগী লাইব্রাবীদা মায লৈশিনবা তাই । অদুম ওইনমক পোলগী পাউতাক্কী খুৎশেমশিং অমদি মরৈ কংয়েৎকী অতোম্পা তুংইনবশিং অসি লৈরমদ্রবদি ঙসি যীশুগী মরমদা মীয়ান্না মমুৎ তানা খুল্লক্লিবাসি ব্রাগনি, মসিগীদমক পোলগী মরাল পুম্বা কোকপিবা য়াই খন্নৈ ।

লাইনিংমায়চৌ গ্রীম্না মতাংসিদা অসুন্না পুথোরকই ''খৃষ্টান ব্রাথল্লোন্দা পোলগী পাউতাকশিং লুনা মরা তাশিল্লবসু ব্রাথল্লল্লোনশিংদু অচুম্বা যীশুগী ব্রারীগদি মরী শুপ্লক নকশিন্নদে ।

# ব্রারোইশিন

মওং করম্না অমদি করম্বা খঙনিঙাই ওইবা খোঙফমদগী যীশুগী পুন্সি ব্রারি শেমগৎকদগে হায়বসি ব্রাফম অমা ওইরক্লে । নিকোলাই নোতোভিতচনা লদাখতা থেংনরকপা অনৌবা ব্রারীদগী হান্না থেংনদ্রিবা অমসুং পম্নরমদ্রিবা খৃষ্টকী পুন্সি ব্রারীগী অহাংবা অমা মেনশিল্লে । অরানবা মায়কৈদা চৎখিদুনা শৌগৎপীদ্রবা অদুবু খন্নবা য়াবা ব্রাহৌদোক ওইরিবা মরু ওইরবা অনৌবা থেংনরকপা ব্রাবী অসি অঙকপগী মনুং চন্না লৈহল্লে, মরমদি মসিনা খঙহৌদলা খৃষ্টান লাইনিংগী হৌরকপগী মরমদা অমম্বনা কূপ্লম্বদু মঙাল অমা পী । যীশুগী মী অমা ওইনা অশেংবা পুন্সি ব্রারীসি পান্দম অমা ওইনা ইতিহাসিক ওইনা পাকশন্না খিজিনবাসি, চর্চশিংগী মরৈ কংয়েত্তগী নিংতম্বা, হৌজিক মতমগী মীওইবগী হৈশিংবদা য়ূম্ফম ওইরবদি ফংবা ঙমগনী ।

ঐনা খৃষ্টান লাইনিংগী ওঝা অমা ওইনা থবক তৌরকপদা মতৌ করম্না খঙহৈরবা লাইনিংমায়চৌশিংনা মখোয়দা শিন্নবা পুয়াদা হেন্না হেন্না নৈনদুনা অমকপা ৱাখল য়াউদনা যীশুনা উ কারন্দা পাংতিংদুনা শিখ্রগা খাইগা মান্নদবা মওংদা মাগী হকচাংগা কোন্ননা হিঙ্গৎলকপা অসিনচিংবা বাইবলগী ৱারীগী ইতিহাসতা যুম্ফম ওইরগা নৈনৈ । হায়রিবা লৌশিংসি ৱাখল লায়নাগুন্না লৈতবা য়াহন্দে অমসুং মখাতানা বাইবলগী লৌথুপ লৌকোয় লৈতবা ৱারোলশিং ইশ্বরমক্কী ৱাহৈনি হায়না মীয়াম তিনবদা লাউথোকহল্লি । ইকুই কুইদ্রিবা ইং ১৯৬৫গী নবেম্বর তাং ১৮দা রোমান কেথোলিক চর্চনা থাইদগী লেম্না অমসুং অৱাংবা য়াথং ওইবা দলিল, নৌনা শেমদোক্লবা অসিনা মচুম্লবনি হায়বা কন্সতিত্যুসন (ভেতিকান-II) মীয়ামদা লাউথোকখী, ৱারোন্দি ইশ্বরমক্লা বাইবলগী অইবনি, ইশ্বরমক্কী থৱায় অশেংবনা চঙবীদুনা অচুম্বা অমসুং ইশ্বরগী ৱারী পূম্নমক অসি ইশিনহনবনী । বাইবল ইবা অইবা থুদিংমক থৱায় অশেংবনা চঙশিল্লক্লগা ইহনবা ওইনা লৌরে । বাইবল অসি চর্চকী পারা মতুং ইন্না থাজফম থোকপা, ইনফম থোকপা অমসুং অরানবা লৈত্রবা গুরু অমনি । কেথোলিক মিলিয়ন কয়ানা পারাসি তম্মী অমসুং খংলবা থাজবা অসি ইনবনা কেথোলিক চর্চকী তৌদবা য়াদবা ওই, অচুম অরান নৈনবগী ৱাহং হংবা য়াহন্দে । মসিনা খুদোংচাদবা ওইহল্লক্লুনা নিয়মশিং পূমচুম চুম্লে হায়না শেম্বশি অমসুং নিয়মশিংগী অচুম অরান নৈননিংবা কাংলূপশিংদা পেন্নদবা অদুগা মীওইবগী পূক্নিং নুংঙাইনদবা অসিনা হোংবা নাইদনা মৃক্লবা অমা ফল ওইনা লৈরক্লে ।

ইশ্বরমক্লা ইবনি হায়না থৈজিনখ্রবা ৱারোলশিংদা মশিঙ খঙদবা, মতোমতা তাকচবা অশোয়বা, চিথরম্বা, মীওইবগী ৱাখন্না লাম্বা ফংবা নিয়ম চুমদবা অরানবা ৱারেপ, হেজিন্না হায়জিনবা, ৱাংনা হায়বা, ওন্ন তৈনদুনা ভাব তাদবা, চমন্নবা, অশোয়বা ৱাঙাং, মমৈ মকোক শন্নদবা ৱাহৈ পরেংশিং কযানা পীক থন্না য়াওবনা চর্চকী ফম্নাইবশিং ইশ্বরদা লঙজবগী ঙমখৈদা ঙম্না লৈখ্রে ।

এঙ্গলিকান বিসোপ যোহন এঃ তিঃ রোবিন্সন্না ওফিসিয়েল ওইনা চর্চশিংবু শীংনখি অমদি মরুওইনা বাইবলবু মশাগী অচুম্বা থাক অমদা লৈহন্নবা ফোংদোকখী। কৃপ্না মপৃঙফানা খৃষ্টান লাইনিংগী য়ুম্ফম নৈনরগা অচুম অরান খঙদবশিংবু হোংদোকহন্নবা ফল পুরকপা তঙাইফদে । অদুম ওইনমক চর্চকী লৌশিং পৃম্নমক অদু ইন্দুনা লাইনিংমায়চৌ ভুবিংজেন, কুংদি নচিংবদি ময়াই

চনবা যুগকী লৌশিংগী থাক। লৈদুনা থৌনাফনা মাঙলোমদা চঙশিনখী । খৃষ্টান চর্চশিংনা অচুম্বগীদমক লেম্পা পামদ্রব্রা যোংনা মীয়াম্মাংদা নৈননিংদব্রা, পূকচেল শেংনা অমসুং অচুম্ববু মখোযগী তুংইনবশিংদা ইনহন্নিংদব্রা ' চর্চবু তৌশিন্ননব্রা নত্রগা অচুম্বা তম্বীনব্রা ? চর্চনা কিবিবসিনা কবিবুনো ? চচশিংনা অচুম অবান খঙদবা অবান খুভমগী ব্রাবী কন্না ঙাক্নগা মীওইবগী থব্রাযশিং কনবা ঙমগনি হায়না থাজব্রা ? নত্রগনা মখোযগী থৌবুবগী থাক অমসুং শক্তি পাযবদু মাঙগনি হায়না কিবিব্রা ? চর্চনা চমন্নদুনা লৈবিবা যীশুগী মযেক শেংদনা লৈবশিং অদুম লৈনবা মখোযনা পান্থে খুদিংমব শীজিন্নবি, অদুনা মবম ওইদুনা নিযম চুন্না খৃষ্টগী মবমদা থিজিনবশিংবু মায পাক্তনবা হোৎনৈ ।

যীশুগী মবমদা অচুম্বশিং মহাক্না তশেংনা পান্নম্বশিং অদুনা মাগী মরমদা পুথোকপা খৃৎশেমগী ব্রারীশিংদগী শরুক লীশিং কযা হেন্না পান্নিঙাই ওই । মহাক্না নিযম কযা শেম্না, লোযশংনা চলাইবা মশা মতোমদা চুমহনবা, ফবিসিশিংগী শাজৎ চৎতুনা অবানবা লৈতবা হায়বা ব্রাকৎশিং অসি তশেংনা পান্নমদবনি । মহাক্না অশিবা নত্রগা মতমপূম্বগী নোবোক্তা তাবগী অকিবা শন্দোক্তুনা মী খুদিংবু মাগী লাইনিংদা পুসন্নবা হোৎনবা তশেংনা পান্নমদে । মহাক্না কনামঙদা মালেমদা মহাক্কী অচোবা ইশ্বরগী পাঙ্গল শন্দোক্ববা পাউতাক পীবা নত্রগা শিন্নবম্বা লৈতে । মহাক্না কৈদৌঙৈদসু ইশ্বরগী শাযোন ওইনা মালেমদা লাকপনি হাযবমদে । মহাক্না কৈদৌঙৈদসু তাইবঙগী পাপ কোকপিখিবা লৈতে নত্রগা কনাদসু পাপ কোকপিনবা শিন্নখিবা লৈতে, অমসুং মহাক্না মঙোন্দগী থব্রায অশেংবা থাবক্কবা ব্রাশকখিদ্রা লৈতে । অবোইবদা মহাক্না কনাদসু ব্রাপাউ ইন্নবা তাকখিবা লৈতে (নত্রবদি মহাক মশানা ইরমগনি ) । মহাক্না তশেংনা পামজরম্বা নৈনবদা ফংবদি চেৎনা লমচৎ চুম্মনবা, মীওইববু চেৎনা নুংশিবা অমসুং থব্রাযগী লৌশিং লৈবনী ।

ইং ১৯১৩ দা অলবার্ত স্কিজবনা হায়রম্বদু হৌজিক্কা হেন্না চুন্নক্কে ঃ ''হৌজিক মতমগী খৃষ্টান লাইনিংনা যীশুগী অচুম্বা পুন্সি ব্রাবী নোংমদি মতম অমদা হেক্তা মাযোক্কবকখিনী ' । কন্দোল্ফ বর্তমোন্না হাযখী ''ঐনা কবিগুম্বা যীশুগী অশিবা হকচাং পোলাং অসি ফংলম্নবদি ঐগী থম্মোই শোক্লম্রোইদবনী''।

সাধুগী যুগকী চর্চকী ইথিবা ব্রারীদা অব্রাৎপা লৈবশিং নোংপোক্রোমদা চত্তুনা থিজিনবনা মচাক কযা ফংবা অমদি মেনশিনবা ঙমগনি, ঙসিগী মালেমগী থব্রাযগী মরমদা অওনবা খোঙচৎ অমা লাক্লিবসিদা মরুওইবা মচাক কয়া

নোংপোক্লমগী মনুংহজিনবা লমদা থিবদা ফংগনি হায়বগী প্রমাণ লৈরে । মুসলমাননশিংনো মতম পুম্বদা ৱারীশিং মাঙহন্দনা থম্মী অমসুং ২০শুবা চহীচাদা খোমজিনখিবা দলিলনা পাকচাউলা থিহম্বগী থবক পায়খৎলকপদা অনৌবা কয়া থেংনহল্লে । যীশুগী থৱায়না অরিবা ইন্দিয়াগী নুংশিৎতা শীম্বুংনা তিল্লম্মী । নোংপোক্লম্না লমজিংদুনা নোংপোক্লোমদা চৎলম্বা, নোংপোক পামজরম্বগী মঙালশিং অমসুং ৱাশক্তা ঐখোয় যীশুবু থিবা চৎলসি ।

# ঐনা হিমালয়গী লমদমদা চৎপা

ইং ১৯৭৩ দা মরুওইবা জর্মনগী হাপ্তা চেকোং অমদা য়াম্না পুক্রিং থিংজিন্না প্রোফেসর অমনা হায়বগী মতুংইন্না যীশুগী মোংফম থেংনরে হায়বা ৱাফম অমা ফোঙ্গ্রকপা থেংনরম্মী । ৱাফোংঙ অদুদা যীশুগী মোংফল্লি হায়বদুগী ফোতোগ্রাফনচিংবা য়াওরকখী । প্রোফেসরনা মীয়ামদা তাকই মদুদি যীশুনা ইন্দিয়াদা নহা ওইরিঙৈদা লৈরম্বদা নত্তনা উ কারন্দা পাং তিংবদগী হিংলক্লগা লৈবাক্তুদা অমুক হল্লকখী । মফমদুদা মহাক লমকোয়বা লম্মোইবা নত্রগা ধর্মগুরু অমা ওইনা চহী অহল ওইরক্তুনা শীবফাউ লৈরম্মী অমসুং কাশ্মীরগী কোনুং শ্রীনগরদা ফুমখী ।

অচুম্বা অসি য়াম্না চাউবা ৱাফোংনী, ৱারোল অসি ফোংখিবা পাউজেনচে অদুদা অয়েৎপা অমসুং শীংনবা চিঠি লিশিং কয়ামরুম খোইশুম্না পাইশিল্লকখী । অদুম ওইনমক চিঠি থরদি য়াম্না থৱাই য়াওনা থঙনিংবগা লোয়ননা পুকচেল তিংনা ইরকখী । মখোয়শিং অদু পুমচুম চুম্বা তম্নলাই ৱারী, অশোয়বা য়াওদনা হিঙ্গৎপা অমসুং যীশুগী অচুম্বা পুন্সি ৱারীদা থাজবা থমদুনা লাকপা মীশিংনী ।

ফোঙলকখিবা রিপোর্টকী মতাংদা চহী তরামুক্কী মতুংদা হংখিবদা পুক্রিং পেনবা পাউখুম ফংখিদে মরমদি যীশুগী মরমদা ইবা লাইরিক লিশিং কয়াদা যীশুনা ইন্দিয়াদা লৈরম্বসি পন্দে । থাজগন্দবা মীশিংনা তশেংনা যীশু কদায়দা ফুমখিবগে হংলম্লোই হায়বসি থাজনিঙাই ওইদে মরমদি যীশুনা পাঙথোক্লম্বা মীরেকলশিংদি লম্বী অমদা শন্দোক্লা তাক্লিংঙাই লৈগনি অদুগা বাইবলদা ইরিবা যীশুগী হকচাং অদু অপাবা নুংশিৎতা তুমখিদুনা স্বর্গদা পুখৎখি হায়বসিদি তশেংনা থাজনিঙাই লৈতে ।



The Hemis monastery is situated at a height of nearly 4000m in the Himalayas 24 km from Ladakh's capital Leh

গীংগী পুন্সি বাবীগী মতা দা হংখিবদা ঐনা নৈনবগী শকক ওইবদা পেস্খাংতবা অমদি মযেক শেংদবা পাউথুম প্রোফেসরদগী ফংবদগী বমণী ওঝা অমা ওইনা থিজিনবা লাইবগা ঐ হশানা হন্দিযাদা চংনবা লেপ্লম্মী । ইং ১৯৭৯ গী বসন্ত ঋতুদা ঐ হাওংও য়াওদুনা ইন্দিযাগী বোম্বেদা খু । ঐনা বেলগা'বী অমদি বসনা হিমালয চাংথোঙগী ধবমশলাদা চংলম্মী নফমদ দলাই লামানা তিব্বেততগী পাংবল্গা ইং ১৯৫৯দগী লৈবকপা মফম্নি । ঐনা নোতোভিচনা চহী চানগী মমাঙদা ইথোবকখিবা স্তুপচবশিংদু নৈননবগী যাথং ফংনবা হেমিস মোনাস্ত্রিবিগী লম্বোইবা মথো । পাউচেনবা চিঠি অমা মফমদুদগী ইবীনবা হাযজবম্মা । ঐহাক নুমিৎ মনিনি পাউ ভাইদুনা লৈবম্মী। মতুংদা ঐনা পামজবা চেচা দু ফংলে শেঙা ইবনা ইনুঙো তবামনিংবা দলাই লামানা সহি থোনবীবক্লে । ঐ মখাগী লর্খাদা কাশ্মীব অমুক চংলম্মী থুংলুবদা তাবে মদুদি নুমিৎ খবগী মনুংদা নোতোভিচনা যাম্না নুঙাইজখিবা অঙবকপা মমিং লৈববা কুম্মে অদু হোগদৌাব । কুম্মে অদু চম নত্রগা সেচু হাযবগা খঙ্রে । বৌদ্ধ লম্বোইবশিং অমসুং ইশ্বরগী ব্রা পাউজেনবা পদ্মসম্ভববু ইকাইখুম্নবা উত্তুনা পাঙথোকপনি মতমদি তিব্বেতকী মঙাওবা থাগী মাপন্নি পানবদগী তবামাথোইনি পানবা ফাওবনি ।

ঙসিদি লদাখকী কোনুং লেহ অসি নুংঙাইনা হিমালয়গী নোংচুপ মায়কৈদগী বসনা নুমিৎ নিনিগী খোঙচৎ চৎলগা থুংবা ঙম্লে । ঐনা মমৈদা হেমিসতা থুংলুবা মতমদদি কুম্মৈ অদু হান্নরনা হৌরম্লে । মী মশিং খঙদবমখৈ তিল্লম্মী, ঙসিদগী চহি মঙাথককী মমাঙদা নোংচুপকী লমকোইবশিং চঙবা যাহনখিবতা ঙাইরিবা ওইজরবসু নোংচুপমীগী কাংলুপশিংনা মরাংকায়না তিনবা উবা ফংই । ঐনা চরাংনবা মরক্তুদা ঐগী কোয়রকপগী অপাম্বদু ফোংদোক্লিম্বা পোক্লমদে অদুনা ঐ লেহদা হল্লে অমসুং চয়োল অহুমদি হেমিসতা অমুক চৎলমদে । হেমিস অসি খ্বাইদগী চাউবা, খ্বাইদগী ইনাক খুনবা অমদি খ্বাইদগী মরুওইবা লাদাখকী লম্বোইবশিংগী লৈফম্নি। মমিং অসি ইন্দিয়াগী ব্রাহ্মে হেম নত্রগা হেন (সংস্কৃত ব্রাহ্মেদা হিমা=উন নত্রগা অইংবা) হায়বসিদগী ওইরকপনি, মসিনা তাক্লিবদি ঙসিগী তিব্বেতকী সংস্কৃতি হৌদ্রিঙৈদগী মফম অসিদা অতোপ্পনা খুন্দারক্লে ।

লম্লানবশিংবু শক খঙবীরক্লবা হোৎনবদা খাঙহৈবা অমসুং উইন কনবা অসি মরুওইবা গুণ ওইবা তাই, অহানবদা কনানসু ঐবু পূর্ক্লীং চঙখিরমদে। ঐনা চাকশঙদা লম্বোইবশিংগী মরক্তা য়াওশিল্লম্মী, চাকশঙদু মযায়চনবা যুগকী হিদাকশাবশিংগী হিদাকশঙ মাল্লম্মী । মফমদুদা ঐনা ঙাইদুনা লৈবগা থুম থাকপা মাখনগী চা থক্লম্মী । নুংথিন ওইশল্লক্লবা কান্দা লম্বোইবা অমনা খোঞ্জেল খোক্তুনা খুদম অমা উৎলক্লম্মী অদুগা অপিকপা কা অমদা ঐগী তুম্ফম্নি হায়না উৎলম্মী । মথংগী অয়ুক্তা ঐ ইথন্ত ঙায়রম্মী । ঐনা মোনাস্তরিগী ফাওদোক ফাওজিন তৌফমদা খোঙ্গা চৎলম্মী, লৈবাক অদুদা খোঙ্গা শাংনা চৎলবা তুংদা চাকশঙগী কাদা ঐগী মরুপশিংগা উন্নরম্মী । মতমদুদা ঐ পূক য়াল্লা লাল্লম্মী । ঐনা মোনাস্তরিদা লৈরকপা মরিনি চনবা নুমিৎতা ঐগী কাদা নহা ওইবিবা লম্বোইবা অমা চঙ্লকলম্মী অদুগা ঐঙোন্দা মতুং ইল্লক্লবা ইঙ্গিৎ তৌরম্মী । ঐনা মতুং ইন্নদুনা অমম্বা অমসুং চপয়ুংনা ঙম্বা উবাক্কী সিরিশিংদা কাদুনা মোনাস্তরিগী য়ুম মতোনগী মখোন্দা থুংলম্মী, মফমদু ঐহাক অমুক্তা চঙলুদ্রি । মমৈদা চাউরবা হোজং অমা ফাওদুনা চঙ্লবা তুংদা যুময়ামশিংগী খ্বাইদগী ব্রাংবা কা অমদা কাহেন্না চাউবা তেবল অমগী অকোয়বদা ইকোয় কোযশিল্লদুনা লম্বোইবা ময়াম ফমদুনা ব্রা খন্নবা থেংনরম্মী । চীংলেন্নবা, মীয়ায়চনবা লম্বোইবা অমা তেবলদুগী মকমদা ফল্লম্মী, মানা খোম্থোক চুম্বা ইংলিস লোন্না ঐঙোন্দা ঙাঙলক্লম্মী । মহাক নব্বাং-সেরিং ওইরম্মী, মহাক মোনাস্তরি মকোক্কী সে[illegible]রি অমসুং লোন্ হন্দোকপা মীনি। মহাক্কা ঐঙোন্দা তুগায়না তাকপিরকখি মদুদি শেংথোইরব ইবুঙো দুংসে

রিম্পোক্পা ঐহাক্পা পামজবদু তাবীরে অমসুং ইবুঙোনা ঐগা ৱারী শাবীরগনি । ঐনা উন্নবা ঙাইরিঙৈদা নৱাং-সেরিংনা হান্নগী হেন্মিস মোনাষ্টরি মকোক্তী তানিংলবা ৱারী অমা ঐঙোন্দা শীরম্মী, মতমদুদা লম্মোইবা মকোক অসিনা তিব্বেতগী দুকপা কারগুৎপা মোনাস্তরিগীসু পুন্না মকোক ওইরম্মী । মহাক চীনানা তিব্বেৎতা লান্দারক্লবা মতমদগী মাঙম্রে । মহাক মতমদুদা মহাক্তী মরমদম তিব্বেৎতা অৱাংবা থাক্তী খিজিন হুমজিনবগী থবক তৌদুনা লৈরম্বনি, মতুংদা মহাক লৈবাক অদুনা তিব্বেৎ থাদোক্লবা অয়াবা পীখিদে। মরমদি মহাক্পা মমা মপাবু পল্লেস্কম খঙদনা হুন্দোক্লম্লগা চৎপা পামদবদগী মখোয়বু পুদুনা চৎনবা কন্না তক্করম্মী । অমুক মতম থবগী তুংদা মফমদুগী কম্যুনিস সরকারনা চিঠি থাদোক থাজিনসু খিংখিবম্মী, লামাগী অরোইবা চিঠিদা মহাকথবক শুবা জেলদা লৈরে হায়না ইবকখি ।

One page ou[redacted]ionary Dr Marx's diary wherein the attendance of Notovitc[redacted]ause of a tooth-ache is mentioned

অরোইবা চিঠি ফংখিবা মতুং চহি তরামঙা লৈরগা লম্বোইবা মকোক শিঙ্খে অদুগা অঙাং ওইনা অতোম্পা মফম অমদা পোকখে হায়না লাউখোকরকখী। শিঙ্খে হায়না লৌনবা চহী তরুক্কী মতুংদা লামাশিংনা দেলহাউসি দের্জিলিং) দা চহী অনি শুরবা অঙাং অমা থেংনরম্মী, মতুংদা অঙাং অদুনা মশাগী চহি ১২ শুরকপদা ইং ১৯৭৫দা দ্রুম্পা বিস্পোক হায়না মিংথোন্দুনা লাইমিং লৌখী । নুপামচাদুনা অহল ওইরক্লগা খঙহৈরবা দুংসি রিম্পোক হায়বসি ওইরকখী । লাইমিং লৌবা মতমদগী হৌজিক ফাওবদা মহাক্না কন্না থিজিন হুমজিন্দুনা মতম লেল্লক্লবনী ।

ঐনা লম্বোইবশিংগা লৈমিন্নবদা চহী কুন্থ্রারোম শুরবা মরেপ ৱাংবা মীওই অমা মশক খঙবা ঙল্লমদে, মায়থোং য়েংবদা তিব্বেৎকী মী নত্তে, নোংচুপ্লোমগী মী ওইগনি হায়না খল্লী ।'ঐনা হংবদা খংলে নহা অসি অস্ত্রে লিয়াদগী লাকপনি মহাক ঐগী থিজিন হুমজনবদা পুক্নীং চল্লম্মী অমদি ঐনা শেংথোইরবগা ৱারী শানবদা মহাক্না লোন হন্দোক্কনি, মরমদি মহাক্তুদি তিব্বেতান লোনখক্তা ঙাংই । ঐখোয় কাহেন্না লৈতেং খোংতেংবা য়ুমথক নেম্বা কা অমদা চঙলম্মী, মফমদুদা চীংলেম্লবা অহল অদু সিংহাসন মচা অমদা বুদ্ধনা ফম্না মওংদা ফম্লমই মহাক্কী মমাঙদা অনেম্বা ফাল অমদা হকখোৎতুনা লৈতেংলবা লুপানা শাবা চাথক কপ অমা খিল্লম্মী । হৌনবী মতুংইন্না খুৎ লোন্নরগা খুব ম্লবা মতুংদা মহাক্না ঐবু মাগী মাঙদা কার্পেৎতা ফম্নবা য়াথং তৌরম্মী । মহাক্কী মীৎনা শিংবা অমদি মাইথোং ঙানবা অদুনা অফবা অমদি লৌশিংলৈবগী মমি অমা ফোংদোক্লম্মী । মহাক্কী মোমোন নোকপা মায়থোংদু লৈয়ি চিংনা খুইরে অদুগা খদাংকোই অদুনা ঙৌরগা ইরন লল্লম্মী । ঐনা ঐগী শক্তোকচে ওইনা দলাই লামাদগী পুরকপা চিঠিদু পীশিল্লম্মী, অদুগা অহল অদুদা ঐনা য়েংনিংলিবা লাইরিক অদুনা মালেমগী খৃষ্টান অপুনবগী ওইনা কয়া য়াম্না মরু ওইবগে হায়বদু শন্দোক্না হায়রম্মী ।

মকা লান্না মোমোন নোক্লদুনা শিংলবা লামানা পৃথিবীবু হোংহন্নবা তাকপিরে। মতাংদুনা লামাগী ৱাদু ঐঙোন্দা য়াম্না চমম্লনা থোক্লম্মী । আস্ত্রে লিয়ান মচাদুনা লামানা হায়খিবশিংদগী শরুক খরতমক অর্থ হল্লমই । অরোইবদা অহন অদুনা ঐঙোন্দা হায়রিবা লাইরিক্সিংদু খিহনবদা ফংদ্রে হায়রকখী ।

অতেনবা পাউ অদুনা ঐগী কোকথক্তা ব্রজ তাবগুম থোক্লম্মী অমসুং ঙাইহাক্কং চমন্নহল্লম্মী অমদি নীংবা কাযরম্মী । ঐ থোবক্লম্মী । মোনাস্তরি অসিনা মখোয়গী মমল য়াল্লবা অবোনবা অদু ঙসিফাওবা লোৎশিন্দুনা থম্নসি হাকমনবনি হায়না খল্লম্মী ।

মতুংদা ঐনা ঐগী পৃক্লীং লৌশিং শীজিন্নবদা মায় পাক্লম্মী মদুদি ১৯ শুবা সতাব্দীগী তিবেবতকী স্পেসিয়েলিস ডাঃ কেঃ মার্ক্সকী অমনবা ডাইরী অমা লেহগী মোরাভিয়ান চর্চতা লৈবে হাযবা খঙলক্লম্মী । মার্ক্সকী ডাইরিনা নোতোভিতচনা হেমিসতা লাক্কুনা লৈবম্নসি খঙবা ঙমহল্লী । মখা তানা খল্লকপদি নোতোভিতচনা থেংনখিবা লাইবিক্সিংদু হেনবিক্তা মেবিবক হায়বা নুপিসিনা ইবা লমকোই ব্রারী "ইন দি এক্তিক্ট ওফ দি ব্রার্ল " হায়বা ইং ১৯৩১ দা ফোঙখিবসিদসু য়াওই ।

ইং ১৮৯০ দা মমিং লৈরবা ইন্দোলোজিস মেক্সমুল্লর (দেসাউদা পোকপা) না নোতোভিতচনা থেংনরকপসিবু মচীন থীবনি হায়না উৎনবা হোৎনখী। মশা অমুক্তসু ইন্দিযাদা চৎখিদবা মুল্লরনা দাবী তৌখি মদুদি কশ্মীবদা লৈবা বৃটিশকী লোইলম শন্দোকপা ওফিসিয়েলশিংদা হংবদা কশ্মীবগী মোনাস্তবি অমত্তদা ইউবোপ মচা মখোঙ তেকপা অমত্তা লৈরম্বগী পাউ লৈতে । মী খৃদিংনা মুল্লবনা ১৮৭৬ তা মহাক্কী মবুপ অমদা যান্না হৈশিংনা ইবম্বা চিঠি অমা পাবদা মাবু খঙবা ঙমগনি. ' *ইন্দিযা অসি লম্বোইবা পোলগী মতমগী রোম অমসুং গ্রীসতগী হেন্না খৃষ্টানির্তিদা মমুন ফাবক্লে অমদি ঐহাক ইন্দিযাগী পুবোহিৎশিংগী লমজিং মাঙহন্নবা অমসুং খৃষ্টানগী পাউতাকশিংগী ল হাংদোক্লবা খোঙচৎ অদুদা য়াউবা ঙস্ত্রা য়েংনিংই ।*" সার ফ্রান্সিস য়ংহজবেন্দ কৌবা মতমদুদা কশ্মীর নিংথৌগী দরবাবদা বৃতিশ সম্রাজ্যগী বাজদুত ওইরম্বা মীশকশিনা নোতোভিতচবু জোজিলা পাসতা উন্নবম্বগী ব্রাফম পল্লি । মহাক্কী লাইরিক "ইন দি হার্ত ওফ দি কন্টিনেন্ট" (লমাই ১৪) অসিদা য়ংহজবেন্না অসুম্না ইরি মদুদি নোতোভিতচনা কশ্মীরদগী স্কারদু চৎপদা মবানিমক যুম অমত্তদা অহিং লেকমিন্নখী ।

মোনাস্তরিগী লাইরিক অদু অতোম্পশিংনসু থেংনবা লৈরি । মীনা খল্লদবা পুন্সি ব্রারীদু পারবা মতুংদা বামকৃষ্ণ মিসন, কলকত্তাগী স্বামি অভেদানন্দনা মশামক ইং ১৯২২ দা চৎতুনা হেমিসতা থিরুই । নোতোভিতচকী দাবী অদু থাজমনদবদগী মহাক মশানা চত্তুনা য়েংনিংবনি । মানা লাইবিক




The Indian province of Jammu and Kashmir in North India

অদু ফংলবদা ইঙক ঙক্রুম্মী অমসুং মহাক পালি লোন মুন্না খঙবা মী ওইবদগী মশানা চুমদ্রিং অনুবাদ তৌখি । মহাক্না খেংনেরকপদু লমকোযব্বারী ওইনা বঙ্গালি লোন্দা "*কশ্মীর ও তিব্বেতি*" হায়না মিংথোন্দুনা ফোঙখী ।

বসিযাগী প্রোফেসর অমসুং আর্তিস নিকোলাস রোয়েরিক্সু মোনাস্তরি অসিদা ইং ১৯২৫ দা কোয়বকখী অমসুং ব্বারী অদু মহাক্কী লাইরিক "হার্ত ওফ এসিয়া" হাযবসিদা ইখী ।

নোতোভিতচনা হেমিসতা লাক্লিংঙৈ আ মমাঙদা ইং ১৮৫৪ দা শ্রীমতি হার্ভিনা ইসাগী ব্বারী ইবা লাইরিক্সি খেংনবগী মতাং মহাক্না ইবা "এডভেঞ্চরস ওফ এ লেদি ইন তার্তরি, চীনা, অমসুং কশ্মীর" (ভোল্যুম -২ লমাই ১৩৫) হায়বসিদা য়াউই ।

লেহদগী খুংলবগা খীষ্টদনা ঐনা মোরাভিয়ান চর্চ থিরম্মী । হায়রিবা অসিদি ইং ১৮৮৫ দা হের্নবতরগী হুকুমদা জর্মনগী লে-ব্রদরনা লীংখৎলম্বনী ।

মিহৌচাউবা খৃষ্টান পাউজেনবশিংনা তিবেৎতা মতম অদুগী মমাঙদা লাক্লম্মী । ঙল্লিঙৈ ১৪ শুবা চহিচাদা কাপুচিন লম্নোইবশিংনা তিবেত মচাশিংবু খৃষ্টান ওনহন্নবা লেহদা লৈরম্লবনি, অদুবু হোৎনবদু মায় পাকপা ঙমখিদে । খৃষ্টান পাউজেনবশিংনা তিব্বেতানশিংদা যীশু খৃষ্টনা মীওইববু পাপ্তগী হন্দোকপিনবা উ কারন্দা শীবিখি অদুগা মতুংদা অমুক হিঙ্গৎখী হায়না লীরম্মী মদুদা মখোয়না ব্রারী পুন্নমক অচুম্বনি হাযনা য়াখী অমসুং হরাউ নুঙাইনা নিন্নরক্লম্মী "মহাক অদুনি শোয়দ্রে" ।

মপূকচম্বা বুদ্ধিসশিংদুনা চেৎনা থাজরম্মী মদুদি খৃষ্ট অসি পদ্মসম্ভবগী সায়োন্নি হায়বদি মী মশা অমত্তনি । অরোইবদা পাউজেনবশিংদুনা ময়াম্বু লাইনিং ওন্নবা হোৎনবগী আশা থাদোক্লম্মী । মদু ময়ামদগী অথিংবা পীরকপগী নত্তে, ওন্ন তৈনবদা পাউজেনবগী ব্রারীশিংনা সক্যমুনি, পদ্মসম্ভব, অমসুং অতৈ বুদ্ধিস লম্নোইবশিংনা তুংদা থোক্লগদবশিং লাইফাউবীরম্বশিংদু পুমচুম চুন্নরে হায়না থাজবদা চেৎশিল্লম্মী ।

ঙসি ঙসিমক লদাখতা পুন্না খৃষ্টান ১৮৫ বোম লৈ । খৃষ্টান নিসনগী ডাইরেক্টর ফাদর রাজু তিব্বেত মচানি, মহাক্না ঐবু তরাম্না ওক্লদুনা মিসন অদুগী ইতিহাস ঐঙোন্দা চা অমদি অথুম অহাউ চামিন্নবদা লীরম্মী । ফাদব রাজুনা ঐঙোন্দা ঐগী চৎলুবিবগী মবম ওইরিবা ডাঃ মার্ক্সকী ডাইরিদু উৎপা ঙমদ্রে, মরমদি মদু চহী অহুম মরীমুক্কী মমাঙদা অঙকপা মওংদা থিবা খঙখিদ্রে । মতমদুদা জুরিচতগী মী কাংলূপ অমা লাক্লুনা লৈরম্মী অমসুং য়ুম অদুমক্তদা ইকায়খুন্নরবা ডাঃ ফ্রেঙ্ক (মার্ক্সকী পার্তনর) কী মশুনিপাসু নুমিৎ থরনি লৈরম্মী । চান্নরবা পুরোহিৎ অদুনা ডাইরিদু করম্না মাঙখিবনো হায়বা তাকপা ঙমদ্রে, অদুম ওইনমক মহাক্না নিংশিংবদা প্রোফেসর হেসনৈন কৌবা শ্রীনগরগী মী অমনা ডাইরিদুগী লমায়শিংদু ফোতোগ্রাফ চহী মরিগী মমাঙদা লৌখী । হসনৈন হায়বসি স্তর্ন মেগাজিন্দা যীশুগী মোংফমগী মরমদা ১৯৭৩ দা ফোঙখিবদুগী রিপোর্তরদা মচাক পীখিবা মীশক্লুমক্কী ।

মাঙখিবা ডাইরিগী মরমদা ম্যুনিসিপাল লাইব্রেরি অমসুং চগলামসর কৌবা তিব্বেতান রিফ্যুজিশিংনা লৈবা খুঙ্গং মনাক্তা লৈবা লাইব্রেরিদা হংলম্লগা ঐনা লদাখকী মুনলেন্দদা মখাতানা লৈথদনবা ব্রারেপ লৌরম্মী অমসুং মনুং হজিনবা কশ্মীরগী "হেম্পি ভেল্লিদা" দা হল্লম্মী । মূলবেক কৌবা খুঙ্গং ফাওদুনা চৎপা মতমদা মীশিংনা মাইত্রেয় (বুদ্ধিসকী কনবীবা মপু) হায়না

মযেক শেংফাৎতনা নূঙদা হকপা অমা লান্দুনা চৎলি, হায়রিবা অদু সকমুনিনা মতুংদা থোবক্কদবদু তাকপিবম্বনি । সেবনিনা হকপা নূঙগী মমাযদু মিটব তবানিথোইরোম্ব য়াংই । মাইত্রেয়া হায়বসি অবামেক লোনগী 'মসীযা' মেসাইযা হাযবা যীউ জাতিনা মথোযগী কনবীবা মপু অমা লাকথিনি হাযনা থাজবিবদুগা মবী লৈনবা মাল্লী ।

কশ্মীব অসি ইন্দিযাগী স্বীতজবলেন্দ কৌই । মবমদি মসিগী লৈহাওচেনবা তম্পাক অসিদা চাউববা মশা নানবা পাৎশিং লৈ অমসুং ঈশিং লূববা তুবেলশিং চেল্লি, মালেমগী যূমথক হাযনা খঙবা উ-হৌবা চীংশাংনা কোযশিল্লগা মখাদা লৈ । স্বর্গ অসিনা থাইনগী মতমদগী হৌনা লাপ্লবা মফমগী মীশিংবু চিংশিল্লম্মী, অমসুং মকওইবা কশ্মীবগী সনাগী যুগতা মালেম শীনবাথুংনা কশ্মীবগী মাযচৌশিংদগী গৌতম বুদ্ধগী পাউতাক লৌনবা লাইনিংবা মীশিং শংত্রিক শাংলবা তম্পাক অসিদা লাক্লবম্মী । কশ্মীব অসি মহাযনা বুদ্ধিজমগী মযোল্লি হাযনা ইকাইখুম্নরম্মী অমদি মফমসি খ্বাইদগী থাক য়াংবা



The view from the 'Throne of Solomon' to Srinagar with its houseboats and floating gardens' along the banks of Dal Lake

থব্রাযগী মচাক্কী অমসুং সংস্কৃতিগী যুম্ফম ওইনা খঙবম্মী । ইসলামগী নোংলৈ নুংশিৎকী মৈবিনা অচৌবা মোনাস্তবিশিং, নীংনশঙশিং অমসুং লম্মোইবশিংগী পাউতাকশিংগী অকায অতোয থবদমক লেমহনহৌবে ।

শ্রীনগর অসি মনুংহঞ্জনবা লম অমা ওইরবসু নিলখোংবা, লাঙবা অমদি লালোনবগী থবক্তা খোইঙংবগী মফম্নি । সহর অসি মরাংকোয়রবা পাৎ কয়াগী মরক্তা লৈ, চাউরবা দাল লেক (দাল-হ্রাই মু সোরী) কীনা ওই থংবা খোঙবান্দনি। পাৎ অসিদগী মায়কৈ থুদিংদা চৎনবা ঈশিং লম্বীশিং লৈরিবদু য়েংবদা শ্রীনগবগী হন্না নুংশিৎসি নোংপোক্লমগী ভেনিস অমা মাল্লহল্লি । শীংথাবা য়ানা য়াম্লবা মীশিংনা হিগী য়ুমশিংদা লৈনৈ, মখোয়শিংদু অযাম্বনা অরিবা তাউনগী খোংলম্বীশিংদা লৈনৈ নত্রগনা অতাউবা লৈকোলশিংগী মবক্তা উ-হৌদবা তোর্বান্দা লৈনৈ । হিয়ুমশিংসি দিজাইন যাম্ল য়াম্মী, ইচম চম্বা দোঙ্গাদগীনা য়াম্না হক-খোৎপা অমদি অকে অমৌগী অতাউবা কোনুংশিং ফাওবনি, মসিদা মপুংফানা নুঙাইবা অমদি লৈবদা অৱাৎপা লৈতবশিং মপু মপুগী ইনাকখুনবগী মতুংইন্না শেম শাই । ঐনা তাউন্দগী পল্লাপ লাপ্তনা অপিকপা পাৎ অমদা অমনবা, অরিবা য়ুমশাদা শাবা অপিকপা হি অমদা লৈফম লৌরম্মী । অদুগা সিজন অপৃম্বগী ঐগী য়ুম ওইরম্মী । হি-য়ুম


The author with Professor Hassnain in his garden in the Kashmiri capital of Srinagar

অসিদগী সহরগী মফম অমদা খোঙনা ওৎপা অপিকপা তেক্সি তোংলগা হেক্তা চৎপা য়াই । লালোনবগী হি শঙ্গু অমনা হিংবদা চঙদবা য়াদবা পুম্নমক ফংহল্লি । অপিকপা ঈশিংগী দাগঘব অমনসু মহাক্কী নুংতিগী মথৌ পাংথোকই। হায়নিঙাই লৈতে, অসিগুম্বা ঈশিংলৈবাক অসি য়াম্না নুংঙাই অমসুং ইউবোপ মচা, আমেরিকা মচা কয়ানা হিয়ুমশিং অসিদা মতম শাংনা লৈবা পাম্লে, খরনা সংস্কৃত লোন তম্মী নত্রগা খরনা নুঙাইববা হন্না নুংশিৎ অসিদা মতম

লেপ্লোকই । ঐগী হিয়ুম অদুদগী মিনিৎ তরা খোড্রা চৎলগা হৌজিক মতমগী কাশ্মীর বিশ্ববিদ্যালয় অসি য়ৌবা ঙম্মী । ঐনা ইউনিভর্সিতি অদুদা মতম কয়ামুক লেপ্লমই । অরোইবদা ঐনা প্রোফেসর হসনৈনগী ওফিসতা কোয়থোক্লম্মী ।

প্রোফেসর হসনৈনসি মালেম্না শকখঙ্লবা মায়চৌ অমনি ( ডাইরেক্তর ইন্দোলোজি এণ্ড আর্কিওলোজি), লাইরিক কয়ামুক ইপ্পবনি অদুগা হৌজিক হৌজিক্লা জাপান অমদি ইউনাইতেত স্তেটসকী গুয়েস প্রোফেসর ওইরি, কাশ্মীর রিসার্চ সেন্টর ফোর বুদ্ধিস স্তদিজগীসু ডাইরেক্তর ওইনা থবক পুরি । চিকাগোদা লৈবদি ইন্টরনেস্নেল কন্ফরেন্স ফোর এন্থ্রোপোলোজিকেল রিসার্চকী মেম্বরনি । মতমসিমক্তদা মহাক্কী ওফিস পুনা পুনা ম্যুজিয়ম পুন্নমক, খোমজিল্লকপা পুন্নমক অমসুং সরকারনা ঙাকশেল্লবা অরিবা মফমশিং পান্নবগী দাইরেক্তরগী ফমসু পুরি । ঐনা মাঙোন্দা পুক্নীংদা পাল্লিবা থৌরাং অদু খঙহল্লবা মতুংদা মহাক্লা মশামক্লা থিজিন হুমজিল্লগা ফংলকপশিং লীনবা অতৈ থবক পুম্বা মথংগী নুমিৎফাউ য়ৈথোক্লগা য়াম্না থৱায় য়াওনা ঐঙোন্দা লীবম্মী । মরু ওইরবা ৱারীশিং পুঙ কয়া শান্নরবা মতুংদা মহাক্লা মহাক্কী ওফিস লোনশিল্লম্মী অমসুং মাগী ময়ুমদা ঐবু কোয়রুনবা বার্তন তৌরম্মী । মহাক্কি অদুক ৱাংবা ফম পায়জরবসু প্রোফেসর হসনৈন য়াম্না চম্বা, চাউথোকচদবা অমসুং মথৌদা লুম্পা মী অমনি ।

ঐখোয়গী ৱারী চথরকপদা মহাক্লা চহী কুনমঙা চুপ্পা থীদুনা যীশুনা ইন্দিয়াদা লৈরম্বগী মরমদা ফংলকপশিংদু ঐঙোন্দা লীদুনা খঙহল্লম্মী । মহাক্লা খল্লকপা অয়াম্বা লমজিং লমতাকপা লাইরিক "যেসস ইন হেভন ওন আর্থ" হায়বসিদা য়ুম্ফম ওই । হায়রিবা লাইরিক্সি খঙহৈরবা উকিল আল-হজ খ্বাজা নাজির অহমদ হায়বা মায়চৌসিনা চহি তরা চুপ্পা কন্না থিজিল্লবা তুংদা ইং ১৯৫২ দা লাহোরদা ফোঙথী ।

ইতিহাসকী অচুম্বশিং, থিজিন্দুনা ফংলকপশিং, লীখুন পুথোকরকপা অমদি প্রমানশিং অসি খ্বাইদগী নৌবা যীশুগী পুন্সী ৱারী থিজিনবদা য়ুম্ফম ওইদ্রবদি অচুম্বা মান্দবা অমসুং লাম্না পুথোরকপা মানগনি । কনাগুম্বা অমনা য়েৎননিঙাই লৈতবা য়ুম্ফম অমদা যীশুগী ইতিহাস শেমগত্রিফাউবদি মী অমত্তনা যীশুনা নহা ওইরিঙৈদা ইন্দিয়াদা লাকখি হায়বসি ওইথোকপ্রা অমসুং উ কারন্দা পাং তিংবদা হিংহৌরগা থুনা স্বর্গ কাখিবগী মহৎতা ইন্দিয়াদা অমুক হল্লকখি অদুগা চহী অহল ওইরগা শিখি হায়বসি চপচানা লেম্পা ঙম্লোই ।

অসিগুম্বা য়ুক্সম অসি য়াওদনদি কনাগুম্বানা খৃষ্টান লূচিংবশিংনা তৌবগুম যীশু ইন্দিয়াদা লৈরম্মী হায়রুরবদি মীনুংশিগী মোমোন নোক্কুনা করেম্নরগা অরানবনি হায়না কক্লক্কনি । চহি ২০০০ রোম চেৎনা থাজথিবনা অচুম্বদা থাথন হোংহল্লকপদা লূগনি । অদুম ওইনমক থায়নগী অচুম্বদু চহী লিশিং অনি লীনরকপনা মরম ওইদুনা চুমগনি অমসুং মপুঙ ফারবা থারীনি হায়বদি য়ারোই ।

মায়কৈ অমদগী মুন্না থিজিন্দুনা ঐখোয়না হৌরবদি পুরান অমদি লাইব্রারীনা থুমজিন্দুনা মায়থীহনবা ঙম্লোই অমসুং মদুনা "যীশু ইন্দিয়াদা লৈরম্বগী" মতাংদা অঙকপা অমা ওইনা মরু ওইহনগনি । ঐনা মতাংসিদা যিহুদি ত্রাইবশিংনা ইজরেলগী নোংপোক্তা কাশ্মীরদ ফাওবা লৈরিবসি পুখোক্লিভ। ঐখোয়গী মীৎয়েং পাকথোক্লবা হোৎনসি অদুগা মহাক্কী মরুওইবশিং হেন্না কুপ্না থন্নবা হোৎনসি ।

## চেপ্তর অনিশুবা

# হেব্রিউ জাতিগী হৌরকফম

হৌজিক্কানগী থিজিনবা মায়চৌশিংনা মোৎ অসুন্না লৈ মদুদি অখন্নবা অব্রাহম হায়বা হেব্রিউগী শাগে অহন অসি পুব্বারীদা শীংথাবা য়াবা মীশক অমনি অমসুং চাউরাক্পা খৃষ্ট মমাঙগী চহি ১৭০০ তা পোকখী। ইশ্বর জাহবেনা মাঙোন্দা য়াথং তৌবীখি *"ঐনা উৎপিগদৌরিবা লমদু তান্না নরৈবাক থাদোক্তুনা নহাক্কী মরী মতা অমদি নপাগী ইমুং মনুংনি হায়না লৈরিবা পূন্নমক পূদুনা চৎলো" (জেনেসিস ১২ :১)* । অব্রাহমগী মপা মপুগী অহানবা হৌরকফম অসি কদাইদনো ? মতাংসিদা ব্লাভাস্কিনা পুথোরকপা থিওরি অমনা অসুন্না হায় মদুদি সেম জাতিগী লোন অসি ইন্দিয়াগী অরিবা লোন সংস্কৃতগী হৌখিবনি। ব্রাহে আদিম হায়বসি সংস্কৃতনি আর্থদি খ্বাইদগী হানবা মী (আদি পূন্নমক্তাগী হানবা) হায়বনি, অমসুং হাভা নত্রগা হেভাগী আর্থদি পূন্সি মপুং ফাহনবা হায়বনি। "(হাভা-বলি কৎপা, হেভাকিন কথোকখ্রবা, লূপশিনশ্নবা)। "দি সেক্রেন্দ দোক্ট্রিন" হায়বা মাগী লাইরিক্তা ঐচঃ পিঃ ব্লভাসকিনা হেব্রিউ জাতিসি চন্দলা জাতিগী চারোন করন্না ওইরিবনো হায়বা তাকই, চন্দলা জাতিসি ইন্দিয়াগী মপূক তম্পা জাতিনি অদুগা বর্ন অমত্তদা তিল্লমদে। মখোয় ময়ামগী মরক্তা হান্না ব্রাহ্মন ধর্ম ইল্লম্বা কয়াসু য়াউরম্মী। ঙল্লিঙৈ খৃষ্ট মমাঙ চহি ৮০০০ লোম অদুব্রাইদগী ব্রহ্মান্দা তিনবশিংদুনা চালিদিয়া, অরিয়া (ইরান) অমসুং স্নিদ্দা চংজফম লৌরম্মী। ঙল্লিঙৈ মতমদা মখোয়গী ইতিহাসতা অব্রাহমনা বর্ন খায়বগী মীওইবগী শাজৎ নত্তবা নিয়ম্ব্র শীংনরম্মী। শক্তি লৈরবা ব্রাহ্মনশিংবু মখোয়না মায়োক্নবা ঙম্লমদে, অসুন্না মমৈদা লম্বী লৈত্রদুনা য়ুমহোংবা তারম্মী। জেনেসিসকী পন্দুপ ২৯দা অব্রাহমগী মচা যাকোবনা নোংপোক্নম মচা লবানগী মনাক্তা চৎলম্মী। অদুদা নত্তনা জোশুব্বাগী লাইরিক্তা ইজরেল জাতিগী শাগে অহন অসি নোংপোক্নমদগী (হায়বদি ইজরেলগী নোংপোক্তগী) লাকখিবনি হায়না পল্লি।

*"ইজরেলগী মপূ ইবুঙো ইশ্বরনা*
*অসুন্না তাপিখি, নহাক্কী নপানা থায়নঙৈদা*
*ঈচাউগী অতোম্পা নাকন্দা লৈরম্মী,*

অব্রাহমগী মপা অমসুং
নেকোরগী মপা তেরাহফাওবা অতোপ্পা
ইশ্বর লাৎলম্মী । ঐনা নপা অব্রাহম্বু
ঈচাউগী অতোপ্পা নাকল্দাগী পুখোরকখী
অমসুং কনান লৈবাক য়ৌনা লমচিংবীখী
অমসুং ধারা শন্দোকহনখী অমসুং
ইসাক পোকহনখী । (জোশুৱা ২৪:২-৩)

জেনেসিস কী মতাং কয়াদা পল্লি মদুদি অব্রাহমগী অশেংবা ময়ুমসি হরান কৌবা লমদনি । জেনেসিসকী পন্দুপ ১১গী শ্লোক ৩২দা অব্রাহান্না হরান্দা লৈরিঙৈদা ইশ্বরনা মহাকপু ময়ুম থাদোক্লবা য়াথং পীরম্মী । জেনেসিস পন্দুপ



Wall paintings from an Egyptian tomb : An Egyptian official is receiving semitic nomads. The semites are depicted having brighter skin and a different profile than the Egyptians. With a group like this Joseph came to Egypt.

২৪দা অব্রাহম্না মাগী মীনাই অহনবু মচানুপা ইসাক্কী মৌ অমা থীনবা মরৈবাক্তা থারম্মী । হরান হায়বসি ময়াম্না লাব্বর মেসোপোতামিয়াদা লৈবা হোজিক্কা 'ইসকী চরন' হায়বা অসিনি লৌনৈ । অদুমওইনমক কাশ্মীরগী কোনুং শ্রীনগরদগী কিলোমিতর খর চৎলগা অব্রাং ভারত্তা তাউন মচা অমা লৈ, মফমসিদা লৈবাক তৌথোকপদা অরিবা চেকপল অমা থেংনৈ । চাংয়েং চত্থবদা আর্কিয়োলোজিসশিংনা চেকপল অসি খৃষ্ট আ মমাঙগীনি হায়না তাকই । য়ুমহোংবা উপজাতিশিং অসিগী চপচাবা ব্বারী ফংবা ওইথোক্লবসু মায়কৈ কয়াদগী নৈনবদা মসিমদি চপচানা লেম্পা ঙম্মী মদুদি খৃষ্ট মমাঙ চহি ১৭৩০ দা য়ুমহোংবশিংসিনা অব্রাহমগী লীচিং মথাদা ইজিপ্লোম পাংনা চৎখিরম্মী ।

ইজিপ্তসিয়ান পুরোহিৎ অমসুং ইতিহাসকার মনেতোনা অসুম্না ইবম্মী "থাজরুদনা নোংপোক্লোমগী মপূক তম্পা জাতি অমা লাকখী, থৌনাফনা ঐখোযগী লৈবাক্তা চঙ্করকখী, অদুগা অকনবা লান ইশোক শোক্লদনা নক্ষুদা ঐখোযগী লৈবাক্তা লৈশিল্লম্মী । মুবালদা লৈবা ইজিপ্ত মচাশিংগী মোংফম খুমগী ফক্লাংদা যেক্রম্বশিংদগী মযেকশেংনা থংই মদুদি লানঙম্বশিং অদু কুচু পাল্লি মদ্গা মশম মুই ।"

লম্বোইবা স্তেফেন্না এক্স পন্দুপ ৭কী গ্রাপাউ শন্দোকপদা মতৌ করম্না মিশ্রদগী শাগে অহন অব্রাহম্না মপাইবুঙোনা উৎপীগনি হায়বা লমদুদা চৎখিবগে হায়বদু শপ্পগ্না লীখি । মহাক্লা চালদীযাগী লমদগী চৎখি অদুগা মেসোপোতামিয়া ফাউদুনা লাক্লগা হরান্দা লৈখী । মসিনা তাকপদি অব্রাহম্না লুচিংলকখিবা য়ুমহোংবা শাগেসি মখোয়না ময়ুম থাদোক্লবা মতুংদা মোসোপোতামিযাগী অব্রাং নোংচুপ্তা মতম থব খুন্দাদুনা লৈরগা লমদু মমিং থোনখী । চাননবা ফংলত্রুন্দুনা অরোইবদা ইজিপ্তা চৎলম্মী মরমদি অব্রাহমগী মচানুপা যাকোবনা ইজিপ্ততি মহৈ-মরোং মরাং কায়না লৈ হায়না তারম্মী । অদুম ওইনমক মতম খরা লৈরগা কাংবু অদু তাম্হোরক্লুনা পেলেসতাইন্দা অমুক হল্লকখী । অব্রাহমগী মচাশিং ইসাক, ইসাউ অমসুং যাকোবনা মখোয় মশেন লান কয়ামুক তৌনরবসু মথংগী মীরোন্দদি অপুনবা উপজাতি অমা ওইরকখী । যাকোবগী মচা তরানিথোইনা চাক তাক্লকপদগী হাইক্সোস শাগেনা পানবা মতমদা ইজিপ্ততা অমুক হন্না চৎলম্মী । য়ুমদাংবশিংদুনা গোসেন প্রোভিন্সতা খুন্দাখী । সেম জাতিনা নাইল তুরেন খোঙবানগী অব্রাং নোংপোক থংবা শরুক্তা খুন্দারম্বগী মরী মখোং ফংই অদুগা মতমদুদা যাকোবগী মচাশিংনা খুন্দারম্বগী মতমগা চান্ননা ফংই ।

হেব্রিউগী মীশিং লৈবাক্কী মফম পৃথ্বদা য়াম্না থুনা য়ামথৎলম্মী, ইনাক্সু খুনগৎলম্মী, মরাচৎপা অমসুং শক্তিলৈবা ওইরকখি । খৃষ্ট মমাঙ চহি ১৫৮৩ দা হাইক্সোম শাগেনা লোইদ্রিঙে মমাঙদা মথোয়গী ফিভম অসি তিন্নবা য়াদবা অমসুং লিংজেল মান্নদবনা মরম ওইদুনা হান্ননা শোকচিনখিরম্মী ।

ঐখোয়না অসুন্না ফংই মদুদি হেব্রিউ হায়বা মিং অসি জাতি অমগী নত্রগা সংস্কৃতি মান্নবা কাংলুপ অমগী মিং নত্তে, মদুগী মহুত্তা লেঙদবা ময়ুম অমসুং হক লৈজদবা মীওইশিংবু খন্নবনি, মীওইশিং অদুগী মরাইবক্তা ইজিপ্ত মচাশিংগী খুৎশুমন হোঙবা শীন্মী ওইনা (মতুংদনা নমদুনা ফাউ শুহনখি ) শুবদা তাখি । হায়রিবসি খৃষ্ট মমাংগী ১৩শুবা অমসুং ১৪ শুবা চহিচাগী ৱারী নৈনবদা ফংই । এক্সোদস তা (১:১১) চপচানা য়াউরিবগী মতুং ইন্না ইজরেল মচাশিংবু পিথোম অমসুং রামসেসকী তাউনশিং শাবদা নমদুনা থবক শুহল্লম্মী। মসিদগী চপচানা লেম্পা ঙম্বদি রামসেস-২শুবা (খৃঃ মমাং ১৩০১-১৩২৪) অসি ইজরেল মচা ওৎলম্বা ফরাউদুনি । মতমদুদা সেম উপজাতিশিংগী মরক্তগী কাংলুপ অমনা মোসেসনা লুচিংদুনা ইশ্বর জাহব্রেনা ৱাশকপিশ্রবা বর ফংলবা মপা মপুগী লমদু থিবা চৎলম্মী ।

# মনু-মনেস-মিনোস-মোসেস

নোংপোক্লমগী সংস্কৃতিগী তোমখিন খর লৌখত্তুনা নৈনরবদি ৱাফম কয়া লায়থোকপা অমদি ময়েক শেংবা হেনগনী । ১৯শুবা চহিচাগী ইন্দোলোজিসশিংনা মান্নবশিং মনুংহঞ্জিন্না নৈনখী । অরিবা ইন্দিয়াগী লৈঙাক্লোন অমসুং ধর্মগী আইনশিং শেম্নম্বা মীদু মনু কৌই । ইজিপ্ত লৈবাক্কী আইন শেম্বনা মনেস কৌই । ইজিপ্তুতা চৎতুনা তম্নুরগা গ্রীসকী লো শেম্নবা হোৎনখিবা লমজিংবা অদুনা মিনোস কৌই । হেব্রিউ উপজাতিগী লুচিংবা তেন কমান্দমেন্ট লাউথোকখিবা মীদুনা মোসেস কৌই। মনু, মনেস, মিনোস অমসুং মোসেসনা পৃথিবী পৃম্বদা অহোংবা পুরক্লম্মী । মথোয় মরীমক জাতিগী লাউশুমদগী হৌরক্লগা মালেমগী ইতিহাসতা পাকশন্না য়ান্নরবা মীশিং ওইখী । মরীমক্সিনা শেম্বা আইন্না তুংকোইনা চৎনহৌখি অমদি পুরোহিৎশিংগী য়ুম্ফম থোনখি অমসুং ইশ্বরথৌদাগী খুন্নাইগী য়ুম্ফম থোনখী । মথোয়না চথখিবা থবক্কী থৌওংশিংনা মিং হায়রপ মান্ননা অমসুং নিয়ম হায়রপ মান্নবদগী হেন্না মান্নে।

মনু হায়বসি সংস্কৃত ৱাহৈনি অর্থদি "মী মরক্তা অখোইবা, আইন শেম্বা মী" হায়বনী। মিং মরিমক চপমান্নবা সংস্কৃততগী হৌখিবনি (হৌদোকপা মী, ৱাখন লৈবা মী, মীওইবগী য়ুম্ফম, পূক্লিং অসিনচিংবা)। মীওইবনা চাওখৎপা হৌরকপদা মীওই থরদি অতৈশিংদগী অহেনবা অটৌবা থবকশিং পাঙথোকখি, মখোয়না মীয়াম্বু য়াহল্লম্মী অমসুং চাওখৎনবা থবক তৌরম্মী নত্রগা ৱায়েন যৌদানবা তৌরম্মী। ইচম চম্বা শক্তিনা য়াহনবগী থবক্তা লাইরিক লাইশু হৈতবশিংদা খ্বাইদগী থাক ৱাংবা আইন ওইনা লৌহনবতা নত্তনা সংস্কৃতি অমসুং স্পিরিচুয়েল লুচিংবশিংনা মীপূম্বগী ৱাখন্দা লৈ থাজনরবা পূমঙম ঙম্বা থৱায় অমগা নকশিন্নবা মখোয়গী শক্তি থোকহল্লী। অসিগুম্বা মীশিংনা অঙকপা পোকহন্দুনা মীয়াম্মদা লেংদ্রবা ইখিন পীনবা হোৎনৈ অমসুং মখোয়গী হৌরকফম অমদি পুন্সি লাইব্রারীনা য়োমশিল্লী। মখোয়সি ইশ্বরদগী লাকপনি নত্রগা ইশ্বরগী পাউজেনবনি হায়না নীংহল্লি অদুগা মখোয়না হৌখিবগী চমন্নবা ইশ্বরদগী লাকপা ৱাশিং নৌনা শেমগৎলি। হায়রিবশিংদু মখোয়থক্তনা শন্দোক্লা হায়বা ঙম্মী। মখোয়গী হৈশিংবা থৌশীন্না হকচাংগী ওইনা ওইথোকপা য়াবা পূম্বা ইশ্বরদগী লাকপা পাঙন্দা ওহোকই, মসি মখোয়না অপাম্বা থূদিংমক অয়েৎপা লৈতনা পাঙথোক্লবনী।

থূদম ওইনা ইন্দিয়া অমসুং ইজরেল অনিমক্কী যাদু তৌবশিংনা লীন অমবু থৱায় পান্দবা নুঙ ওনহল্লি অদুগা হান্নগী লীন্দা অমুক হঞ্জিলহল্লি, মসিগুম্বশিংসি ইন্দিয়াদা তৌদুনতা লাক্লবা ইন্দিয়াগী লম্বোইবসিংনা পাঙথোকপা মীয়ান্না খঙনরবা থোক অমনী।

মনুগী শ্লোকশিংনা চপচানা পীরিবদি মীয়ান্না খ্বাইদগী য়ান্নরবা ব্রাহ্মনশিং অসিগা মরী শমজিনৈ, শ্লোকশিংসিনা মরম ওইদুনা বেদগী খুন্নাই শক্লোন্দা পুরোহিতশিংগী পূকচেল শেংদবা ৱায়েন্না মীয়াম্বু শ্বর ফুনহন্দুনা মীয়ামদা চাওথবা নত্রগা মাঙথবা য়াবশিংদু থিংই। চপ মান্নবা চীনহায় ওইনা মোসেসকী নিয়মশিং য়োক্লুনা থল্লকপশিংনা ইজরেল (নত্রগা ইশ্বরগী মচা)শিংগী মথক্তা মমাঙদা ৱায়েল্লম্বা শূপ্নম তৌবা লুচিংবশিংগী থবক থৌওংবু থিংই।

## মোসেস কনানো ?

মোসেস হায়বা ৱাহৈসিগী অর্থসি চয়েৎনবা অমা ওইনা লৈ। ইজিপ্তকী লোন্দা মোস হায়বসি ইচম চম্না অঙাং হায়বনি নত্রগা চপচাবীদা পোক্লক্লবা

খুদমদা (থতমোসেস) হায়বনি । অতোম্পা অর্থরোমদনা হেব্রিউ লোন্দা লৌরবদি মিং অসি 'মো' অর্থ - ঈশিং 'উসেহ' হায়বদি কনবা হায়বনি, মসি মোসেসকী লাইব্রারীগা মরী নৱে, মদুদা মহাক্কি শিঙ্ভুতকী থুমোক অমদা হাপ্পুনা ঈশিংদা তাউরম্বদগী লৌখৎখিবনি (এক্সো:২:১০) । ইতিহাসিক ওইবা মীশক অমগী মরমচাবা ৱারী সাগৎপা ওইথোকপা ৱাই অমসুং চৎনবী ওইনা থাজনরকপশিংনা ৱাহং কয়াগী পাউখুম ফংহন্দে । মদুনা অমুক্কা হেন্না চমন্নবা ওইহল্লে । ওল তেস্তামেন্ট অসি ইতিহাসিক ওইনা থিজিল্লুবনা তাকই মদুদি মোসেসনা ইরম্বনি হায়রিবা বাইবলগী লাইরিক মঙাদু মহাক্কা ইরমবা ওইরোই। লাইরিক মঙাদু চহি চা কয়া চীনবুং অমদি ইশিনহৌবশিংদগী ওইরকখিবনী । ইথোরকপদা মওং চুমদবা, মতাং অমনা মতাং অমবু ককপা, হজিন হজিন পনবা, মথং মনাউ শন্নদবা পুন্নমাক্কিদগী লৌবা যাবদি ধমলাইরিকশিংগী খৃঞইগী মওংনা তোঙান তোঙানবা হৌরকফম কযাদগী খোর্মাজিল্লগা ইবনি হায়বাসি চপচানা থাজনিঙাইনি । মতম কুইশ্বরগী চমন্নবা কয়া অমা লৈরবসু ঐথোয়না মসিমদি চপচানা লেম্পা ঙম্মী মদুদি মোসেস হায়বসি পূৱারীগী তোমথিন অমনী । মসুন্না লৌবা চুমগনি মদুদি মহাক্কি নিংথৌকোন্দা চাউরকপনি, পুরোহিৎশিংনা য়োক্লকপনি, অৱাংবা থাক্কী মহৈমশিং ফংলকই অমসুং লৈবাক্কী থবক পুবা অমা ওইনা মায়কৈ থুংনা মৱা চৎপা ওইখি । মোসেসনা তরং তরং ধর্মগী নিয়মগা অমসুং অঙকপা মেজিক্কী থবক্কা য়ানশিন্নদুনা শীজিন্নৈ, **বেদদগী লৌথোকপা মচাক্কা লোয়ননা ইজিপ্তকী লাইব্রারীগী মচাকশিং য়ান্নদুনা মশাগী শেম্মী** । মহাক্কী অপাম্বদি অখন্নবা ইজরেলগী মপু ইবুঙো অমা লৈহনবা অদুগা অতৈ লাই পূম্বা ইরাৎপা থাদোক্কদবনী হায়না লাউথোকপনী। ইশ্বরগী থৌশিন উৎননবগীদমক মহাক মশামক অঙকপা কয়া তৌবা তারম্মী । খৃষ্টান লাইনিঙগী ৱাখল্লোনগী হৌফম অসি গ্রীক অমসুং রোমান লাইব্রারীদগীনি হায়বসি লানবনি হায়নৈ, মোসেসকী ৱারী মতাং অসি অসুন্না লৌনৈ মদুদি -- মোসেসনা শক্তাকপা লমন খুমগনবা, মৈজাউ থাবা ইশ্বর অদু নিউ তেস্তামেন্টকী ইশ্বর অদুমকনি হায়না লৌবদা ৱায় । মোসেসনা নমদুনা তৌহন্নিংবা মতাংদা অয়েৎপা পীরকপা মীপুম্বা মীনুংশি য়াওদনা মাঙহল্লী। মাঙহনবা অসিদা মৈনা খূৎলায় ওই অমসুং তোয়না পাঙ্গন উৎনবা শীজিন্নৈ । অসুন্না মোসেসনা মাগী অপাম্বা পাঙথোক্লবা যুম মৈ থাদুনা উৎলি । মহাক্কা থবক পাঙথোকপদা তশেংনা মেজিক্কী কদর মথল মখা শীজিন্নৈ । মহাক্কা ইজিপ্তকী মেজিসিয়ানশিংগী মমাঙদা থোকপদা (এক্সো:৭:৮-১৩) মোসেস অসি অরীবা গ্রীক্কী অথোইবা পোৎশেম যাদু তৌবা মীগুন্না হৈ হায়না শীংথানরবনি। ঙল্লিঙৈগী খৃষ্ট মতমদা অহানবা লাইরিক মঙাদা পাংশিন্দুনা

ইবা এপোক্রাইফা লাইরিকশিংদা অসুন্না থেংনৈ, মোসেসকী তৌবা ঙম্বা শক্তিসি যাদু শীজিন্নৈ । তরুককুবা অমসুং তরেৎ সুবা লাইরিক খৃষ্ট পোক্লবা মতুংদা পুখোরকখিবগী মতাংদা পন্নবদা, ইজিপ্তসিয়ানগী চৎনবী লৌদুনা ব্রাহে কয়া শিজিন্নবা, পোৎশেম যাদুগী মন্ত্র, মেজিকী লাইশোন অমসুং তোঙান তোঙানবা লোনশিংদগী হৌরকপা অরোন অথূপকী শ্লোকশিং কয়া অমা লাইরিকী মতাংশিংদা য়াউই ।

জেম্স জ্রেরজেনগী ইং ১৯২৮ তা ফোংখিবা লাইরিক "দি বাইব্লিকেল মোসেস" হায়বসিদা মহাক্না প্রমাণ তৌরি মদুদি ইজিপ্তসিয়ান পুরোহিতশিংনা চহী লিশিং তরুকী মমাঙদগী কন্তুক শুংদুনা মৈশা (বেঙ্গল থাউমৈ) ওইনা শীজিন্নরক্কে। অদুদা নত্তনা ইংলিস আর্কিওলোজিস্ট প্রোফেসর ফ্লিন্দর্স পেত্রিনা (সিনাই চীংদা থিজিনবা ১৯০৬) তা য়াম্না ময়েক সেংনা তাকই মদুদি মোসেসনা ইজিপ্তকী নীংনশঙশিংদা মব্রা চৎপদা নত্তনা সিনাইগী খনিশিংদসু মহাক্কী অধিকার লৈরম্মী অমসুং কন্তুকী 'গ্রেফ্রু' খনি খৃষ্ট মমাঙ চহি ৬০০০ অদুব্রাইদগী শীজিন্নরকখিবা মরম্না পুরোহিৎশিংগী অরোনবা লাইরিক্তগী লৌরগা নোংমৈ হিদাক শাবা তম্লম্মী। নোংমৈ হিদাক্কী মচন্দি (কন্তুক, সাল্টপিতর অমসুং মৈতান) শেম শাবগী মরীদা য়েংলগা ইলায় লায । অসুম্না মহাক্না মাগী প্রজাশিংগী মরক্তা হায়বা লৌরত্তুন্নবদি (মহাক্না 'ইশ্বরগী মরমদা অয়ুক্তগী হৌরগা নুংথিন ফওবা কন্না তম্বীরম্মী - এক্সো:১৮:১৩) মহাক্না মৈজাউ অমা চাকহল্লম্মী অদুগা মদুগী ফল শোযদনা ফংলম্মী (এক্সোদস ১৯:১১, ২৪:১৭. ৩০:৯ দিউচরোনোমি ৪:১১; ৪:২৪, ৪:৩৬; ৫:৪-৫; ৫·২৩; ৯:৩; ৩২·২২)। মহাক্কী মৈগী ইশ্বর অদুগী মহুৎশিন্নবা খনগৎলবা অমা ওইনা মোসেসনা মহাক্কী অনিংবা অপাম্বা থূদিঙমক তৌরম্মী অমসুং ইরাৎপোৎশিং পীনবা তাল্লকপদা য়াদ্রবদি অচুম্বা ইশ্বরগী শক্তি খর উৎকনি অদুগা শান্তি অমুক ওইগনি । সিনাই চিংদোন্দা থোকখিবা (এক্সোদস ১৯) থৌদোক, কোরাহন লান হৌরকপদা মী ২৫০ শিখিবা (নম্বর ১৬:১-৩৫) অমসুং মীশিংনা মোসেসকী মায়োক্তা হৌরকপা মতমদা মৈগী নোংলৈ অমনা মী লিশিং কয়া হাৎখিবা (নম্বর ১৬:৩৬-৫০) অসিনচিংবসিং অসি মপাঙ্গল উৎপা থৌদোকশিংনি । আরোনগী মচাশিংনা দম্বুর খনবা মনুংদা অঙকপা মৈ অমা মীয়াম দুবু ইশ্বরনা থৌদাবীরকপা নত্তে হায়বা উৎনবা চাংয়েং তৌবদা য়াম্না থীনা শোকখি (লেভিতিক্স ১০:১-৭) । মোসেস ফাওবা পোখায়রকপা অমদগী শাখিনা মৈনা চাকথী, মদুদগী মাগী মমায়দু সাথীনা মশক ওল্লম্মী অমসুং অথন্নবা মখলগী বেন্দেজ অমা পুনখি (এক্সোদস ৩৪:২৯-৩৫) ।

মোসেস অসি অচৌবা আইন শেম্বা অমনি হায়না লৌনরকই অদুম ওইনমক তেন কমান্দমেন্ট অসিদি তশেংনা নোংপোক্লম মনাক্কী লমশিং অমদী ইন্দিয়াদা মোসেস পোক্লিবগী মমাঙদগী লৈরক্লবা আইনশিংদগী খঙ্গৎলকপনি অদুগা বাবীলোন্দা ফাওবা চহি চাতরেং হানগৎনা লৈরম্লবনি । ফাওরবা বাবিলোনগী আইনশিংসি নিংথৌ হমুরাবী (খৃঃ মমাঙ ১৭২৮-১৬৮৬) না ইরম্বদা তেন কমান্দমেন্ট পুন্নমক খঙবা, মশক উদবা, অমত্তা ঙায়রবা সৌরজগৎকী মপা, নুংশিবা অমসুং অফবগী থব্রায় অহিংবা, থৌজালগী মপা, মীওইবগী সেবা অমসুং থাজবা অসিনচিংবা ব্রাথল্লোনশিংসিদি ঋগবেদদা লোইনা ইদুনা লৈ । নোর্দিক ইডদস্ য়াউই । হায়রিবশিং সিদি মোসেসকী য়াম্না মমাঙ চৎখৎখ্রবা মতমগী ব্রানী । অথোইবা জোরাস্তর ফাওবা তোমথিন ওইনা পন্নরি । প্রিসেগী পাপিরস (মোসেসকী চহি লিশিং অমগী মমাঙ) না ইশ্বরনা মশানা হায়বগী মরমদা ইরম্মী : "*ঐ খঙঙমদবা অদুনি, স্বর্গবু অমসুং অহিংবা পৃম্ববু শেম্বনি । ঐ অথোইবা ইশ্বরনি, ইথন্ত সেমজবনি অমসুং ঐগা মান্নবা অমামুক লৈতে । ঐ ঙরাংনি অমদি হয়েংসু খঙই । ঐ তাইবঙ জীব খৃদিঙমক অমসুং ধর্ম খৃদিঙমক্কী আইন্নি*" । অমত্তা ঙায়বা ইশ্বরগী মশুন ফোঙদোকপা ঙমদবগী নিতি অসিদি ঈজিপ্ততা মোসেসনা "মমিং লৈতবা ইবুঙো" হায়বসি পুথোক্লিবগৈদা লৈরবনি । "নুকপু নুক ঐদি ঐহাকমক্কি" হায়রিবসি এক্সোদসকী ব্রারীদা ঐদি ঐহাকমক্কি হায়বসিগা মরী লৈনহন্না য়েংবা য়াই (এক্সোদস ৩ : ১৪)।

মখাতানা চিংননিঙাই লৈতে মদুদি মোসেস তশেংনা ইতিহাসকী তোমথিন অমনি অদুম ওইনমক মহাক্কী থৌনাফবা থবকশিংগী ব্রারীসি মাঙোন্দগী হান্না লৈরম্বা লাইব্রারীশিংদা মরুওইনা য়ুম্ফম ওই, খুদম ওইনা হায়রবদা অরিবা অরাবিক্কী লাইব্রারীদা বেকচস হায়বসি মোসেসকুম্না পীক্লিবগৈদা ইশিংদগী খুনথী, চাউরক্লগা রেডসিদা মথোম্না লাম্লোকখি অদুগা অপাবা নুঙপাক্তা আইনসিং ইরম্মী, মৈ ঙানহন্দুনা লাম্নীশিংবু লুচিংদুনা চৎথী অমসুং মহাক্কী মরাইবক্তগী মৈ ঙানহনথী।

ঋগ বেদদা রামগী ব্রারী য়াউই, মহাক্কা মীসিংবু এসিয়াগী ময়ায়দা লুচিংদুনা চৎখি অমসুং অরোইবদা ইন্দিয়াদা থুংলখী, মসি য়ামদ্রবদা মোসেসকী মমাঙগী চহি লিশিং মঙাগী মমাঙদনি, মহাক্সু আইন শেম্লম্বা মীনি অমসুং পাঙ্গললৈবা হেরো অমনি । মহাক্কা লৈকংলাদা ঈশিংগী ইফুৎ থোকহল্লম্মী (এক্সোদস ১৭), মহাক্কী মীশিংদা মন্না কৌবা চানবা পোৎশিং থোকহনখি

(এক্লোদস ১৬) অমসুং লাইচৎ অমা সোমা হায়রবদি ইন্দিয়াগী ঈশিং কৌবা অমা পীখক্তুনা ফহনখি । অরোইবদা মহাক্না ইশ্বরনা পীবীগনি হায়না ব্রাশকখ্রবা লম (ইন্দিয়া অমসুং শ্রীলঙ্কা) জয় তৌদুনা লঙ্কাগী নিংথৌগী মথক্তা মৈগী লেন তাহনখী । মহাক্না ঈশিং মথক্তা লৈবাক তাউহন্দুনা থোং শারগা লাম্মোক্তুনা লঙ্কা য়ৌখী, হৌজিক ক্বাওবা থোংদু রামগী থোং হায়না খঙ্গরী । মোসেসনা তৌবদুগা মান্নবা রান্না মাগী মরাইবক্তগী মঙান থোকহনখী (মঙানগী মৈরি; থৃৎয়েক্তা য়েংবীয়ু) ।

মোসেসনা তৌবগুন্না জোরাস্ত্র (জোরাথুস্ত্র) নসু 'অশেংবা মৈ' কৌবা অমা থোকহনখী, মসিগী মতেংনা মহাক্না অঙকপা থবক কয়া তৌখী । গ্রিকী অইবা এক্লোদস এরিস্তোতল অমসুং হরমুন্দোরিঅসকী মতুংইন্না জোরাস্তর অসি মোসেসকী মমাংদা চহী লিশিং মঙারোমগী অদুব্রাইদা লৈরম্বনি । মহাক্সু মোসেসকুন্না নিংথৌগী ঈনি অমসুং মমাগা খাইদোক্লদুনা লৈখি । মশাগী চহি কুন্থ্রা শুরবা মতুংদা মহাক অনৌবা ধর্ম অমগী ইশ্বরনা থাবীরকপা মী ওইখী। নোং খাক্লাউবা মরক্তা ইশ্বরনা মঙানগী ফি শেৎলগা মাঙোন্দা উৎপিখী । শেংলবা চিংজাউ ''আলবোরডজ'' মথক্তা মৈরীনা কোয়শিনবা মৈগী সিংহাসন্দা ফম্লদুনা ইশ্বরনা মহাক্কী ব্রায়েন লাউথোকখী । জোরাস্ত্রসু মহাক্কী তুংইনবশিংগা ইশ্বরনা পীবীগনি ব্রাশকপিখিবা লাপ্লবা লম অমদা চৎখী, সমুদ্র মপান অমদা থুংলবদা মহাক্কী ইশ্বরগী মতেংনা ঈশিংদু খায়দোকখী, অসুন্না ইশ্বরনা খন্দোকপিখ্রবা মীশিংদুনা মখোঙ কম্লা সমুদ্র লানখী ।

ঐখোয়না খ্রাইদগী তোরোৎ খদানরবা যিহুদিগী ব্রারীদা মোসেসকী লমজিং মখাদা ইজরেল উপজাতিশিংনা ইজিপ্তগী য়ুম হোংবনা হৌই, অমসুং অতোম্পা অনৌবা লৈবাক অমা মনিং তম্বা জাতি ওইনা খুন্দানবা থিখী । অহানবদা ইজরেল মচাশিংনা গোসেন্দা খুন্দাখী, মফমদু কদায়দা লৈবগে হায়বা চপচানা খঙবা ঙমদে অদুবু মদু নাইল তুরেন তাফমগী নোংপোক্লোমদা ওইগনী । বাইবলদা পল্লম্বদা মতমগী মতুংইন্না মতমদুদা অনৌবা ফরাউ শিনখী মতমদু অকমোসিস অহানবানা হাইকসোস তাম্মোক্তুনা তরানিপানগুবা শাগেগী নিংথৌপানবা মতম্নি হায়না খন্নে । চুমদ্রিং চৎখিবা ইজরেল মচাশিংনা খ্রাইদগী মতমশাংনা চঙজফম লৌদুনা লৈরম্বা বিরসেবাগী লম্বীরোমদা চৎনবা মোসেসনা খল্লমদ্রিবসি করিগীনো হায়বসি অঙকপা অমা ওইনা লৈহৌরে । ওইনিংবা ওইজরবসু মহাক্না থা পাংবরোমদা লাম্মোকখী। খোঙশানবগী অহমগুবা থাদা মীশিংদু সিনাই চীংদা থুংখী । ওইখোকপা



Moses with ray-like protuberances similar to Bacchus and Rama.

য়াবদা মোসেসকী মৈগী ইশ্বর জাহৱেনা ফোংদোকপিখিবা পুম্বা 'জেবেল-মুসা' মোসেসকী চীংদোন হায়বসিদা লোইনা থোকখী । বাইবলগী পাউদম মতুংইন্না ইজরেল মচাশিংনা সিনাই চীংদা থা নিপান লৈরম্মী । অদুগা ৱাশকপিখিবা লমদা মথাতানা অমুক চৎখী । অদুম ওইনমক মখোয়না হোৎনবদু মায় পাকখিদে অমসুং বাইবলগী ৱারী মতুংইন্না ইজরেল মচাশিংনা কদেম মরুদিয়ান্দা চহী নিফু লৈখী (অদুম ওইনমক নিফু হায়বসি য়ান্না শাংবা মতম অমা ফোঙদোকপনি) ।

মতাং অম্বাইদা মোসেসনা মহাক্কী তাইবঙ মতম শাংনা লৈররোই অমদি মাগী মীশিংবু পম্থুং য়ৌনা লমজিংবা ঙম্লরোই হায়বা খঙ্লক্রে (দিতরোনোমি ৩১·১)। মহাক্না মরমসিনা ৱাশকপিখিবা লমদা অশেংবা ওইনা চৎনগদবা আইনশিং লাউথোকখী । অরোইবদা তৌগদবা থৌরাং পুম্বা যোরদান তুরেল লাল্লমদাইদা শীন্দোকখী. বিদায়গী ৱারোই পীরল্লবা মতুংদা মহাক্না লোয়নগদবা খোঙবু খবগা ৱাশকপিখিবা লমদা থুংখী "*মফমদুদা শঙ্গোম অমদি খোইহিনা চেম্থগনি অদুগা মফমদুদা শিগনি ।*" (দিউতরোনোমি ৩৪:১-৭) । মহাক্কী মোংফমদু খঙবা ঙমদনা লৈখি মরমদি মীনা মহাক্কী মোংফম ঙসিফাউবা খঙদে ।

মফমদু যান্না মযেক শেংনা বাইবলদা তাক্রুনা লৈবা মবন্না মোসেসকী মোংফম ফংদে হায়বসি যান্না ঙক্লিঙাইনী ।

> "*অমসুং নেবো চিংশাংদা, মোৱাবকী তম্পাক্তগী*
> *মোসেসনা কাখৎখী, পিসগা চিংদোন্দা*
> *বেথপিওরগী ৱাংমদা* " ।

ইজরেলগী মীশিংনা মখোযবু কনবীরকপা অচৌবা ল্যাচংবা অদুগী মোংফমগী লম অমা শেম শাবল্লোই হাযবসিসু ওইথোক্তবা ৱানি অদুনা খঙ্গনবা লম্বী অমদি লৈফম থোকই । তশেংনমক অসিগুম্বা মোংফমসি পেলেসতাইনগী মফম অমত্তদা ফংদে । মদু অৱাং ইন্দিয়াদা ফংই ।

# কশ্মীরদা মোসেসকী মোংফম

বাইবলদা মোসেসকী মোংফমগী মফম তাকপা লংজিন মঙা পীবি (দিউচরোনোমি ৩৪) · মোৱাবকী তম্পাক, অবরিম চীংশাংগী নেবো চীংদোন, মাউন্ট পিসগাগী চীংথক, বেথপিওর অমসুং হেসবোন, ৱাশকপিখিবা লম

অসি ইজরেলগী চারোনগীদমক অতম্ননা খাকপনি অমসুং হেব্রিউ পূন্নমক্কী ওইহন্দে (নম্বর ২৭:১২) । লম অদু শোয়দনা জোর্দানগী ৱাংমদা ওইগনী । লম অসি বাইবলদা পল্লম্লবা মরম্না চপচাবা মফম খিদোকপা ঙমগনী ।

বেথপিওরগী ৱাহৈগী অর্থদি "হাংদোকখিবা লম" হায়বনি, খুদম ওইনা অৱাঙবা লৈতেম মান্নবা লমদা হাংদোকখিবা । কশ্মীরগী অৱাংদা চেল্লিবা ঝেলম তুরেনবু পার্সিয়া লোন্দা 'বেহৎ' কৌই অমসুং বন্দিপুর কৌবা অপিকপা তাউন অসিগী ৱারীদা, ঝেলম মপানগী লৈতেম মান্নবা লম অসি বুলার পাৎ মপানগী পাক্লবা লৈতেম মান্নবা লমদা হাংদোকখি, মফম অসিবু মমাঙদা বেহাৎপুর কৌরম্মী। বেথপিওরদগী বেহাৎপুর কৌখি, মতুংদা সোপোর ৩২ হৌজিক্কী বন্দিপুর অসি ওইরকখী, মফমসি কশ্মীরগী কোনুং শ্রীনগরদগী কিলোমিটর ৮০ লাপই । বন্দিপুরদগী চাউরাক্না কিমি ১৮ থক লাপ্না অৱাংনোংপোক্তা চৎলগা অপিকপা খুংগং হসবা নত্রগা হজবল লৈ । মফমসিবু বাইবলদা হেসবোন হায়না পল্লী (দিউটরোনোমি ৪:১৫) অমসুং পল্লিবা মফমসিগা বেথপিওর অমসুং পিসগাগা শমজিন্নৈ। বন্দিপুরগী অৱাংদা পিসগা হৌজিক্লা পিসনাগ চীংথক্তা অহম শরিফতগী অৱাংনোংপোক্তা কিমি ১ চৎলগা ইফুৎ অমা লৈ । ইফুৎ অসিগী ঈশিং অসি থক্লগা লায়না তিন্না কোকই হায়দুনা মমিং চৎলি । বাইবলদা লৈতেম মান্নবা লম অমসুং মোরংগী অপাক্পা লৈতেম মান্নবা লম্বু মোৱাব তম্পাক হায়না কৌই, নিংখিজরবা নাপিহৌবা লমসি মাউন্ট নেবোগী অৱাং নোংচুপ্তা কিমি মঙারোম লাপই । নেবো চীংদোন অসি অবরিম চীংসাংদা বেথপিওরগী ৱারীদা পনবা অমত্তা ঙায়রবা চীংদোন্নি। মফম মঙামক অসি অমগা অমগা য়াম্না নক্লনা লৈ । নেবো চিংদোনসি বাল নেবু নত্রগা নিলতূপসু কৌই । মসিদগী বন্দিবুর অমসুং কশ্মীরগী অৱাংবা লৈতেম মান্নবা লমশিং ময়েক শেংনা উবা ফংই ।

*"মসিগী মতুংদা লাইনিংথৌ ইবুঙোনা মোসেসতা হায়রমমী, "অব্রাহাম, ইসাক অমদি য়াকোবতা মখোয়না পোকপা মচাশিংদা পীগনি হায়না ৱাশকপিখিবা লমদু অসিনি । ঐনা মসি নহাকপু উহল্লবনি অদুবু মসিদদি নহাক চঙবা ফংলরোই"। লানিংথৌ ইবুঙোগী মনাই মোসেস লাইনিংথৌ ইবুঙোনা হায়বিখিবা মতুংইন্না মোৱাববী লমদা নোঙ্গখি । বেথপিওর সহর মায়োক্লবদা লৈরিবা মোৱাবকী তম্পাক অমদা লাইনিংথৌ ইবুঙোনা মহাকপু ফুম্বিখি । অদুবু ঙসিফাউবা কনানসু অশেংবা মহাকপু ফুমখিবা মফমদু খঙবা ঙমদে" (দিউতোরোনোমি ৩৪:৪-৬) ।*

অহম সরিক খুঙ্গংসি বন্দিপুরদগী কারনা কিমি ১২ ঙন্না চৎলগা থুংবা ঙম্মী । অহম সরিফতগী খোঙ্গা চৎলগা মাউন্ট নেবো চীংখোঙদা লৈবা অপিকপা খুংঙ্গং বুথ হায়বসি য়ৌই । নোংচুপ পাংনা ঙামখৎথিবা চীংলম্বীদা পুং অমরোম কাখৎলি । চীংগী শকওং অমসুং মীৎ পেনবা অশং অমানশিং য়েংবদা ইউরোপকী চীংশিং নীংশিংহল্লী । লমহাং কয়া লান্দুনা চৎলবা তুংদা অপিকপা বুথকী খুঙ্গং মাউন্ট নেবোগী চীংখোঙমক্তদা লৈ, মফম অদুবু কৈরোয় লৈকাইনা বাল নেবো হায়রগসু খঙনৈ । ব্বালি রিশী অসি শকখঙ্গবা মোংফম পান্নবা মীনি, মহাক্না কোয়বালাকপশিংবু খুঙ্গংগী হেক মথকলোমদা লৈবা শমবন খাদবা লৈকোন অমা পুদুনা য়েংহল্লি, মফমদুদা অপিকপা সমাধি অমা শাদুনা থম্মী । অচম্বা খাংপোক্তু শংবিবি হায়না কৌবী ইসলামগী নুপী লম্প্রোইবী অমসুং মাগী তুংইনবা অনিগী মোংফল্লি । নাকন্দা অপিকপা উগী য়ুম অদুগী মরুমদা মীয়ান্না য়ুংনা খিনবা নুং অমা উবা ফংই, মিটর অমরোম ব্বাংনা লৈবাক্তগী হৌবা মান্না লৈ অমসুং নাপিনা পুমকুপ কুপশিনখ্রে । নুং অদু মোসেসকী মোংফমদা য়ুংবা নুংনি ব্বালি রিশীনা শন্দোক্না হায় মদুদি মোংফম অদু ঋষিশিংনা চহি ২৭০০ লোমসি পুক্লিং চংনা থুরুমদুনা লাক্লি । অচুম্বমক মোংফম অসি মোব্বাব তম্পাক ময়াদা লৈবনি, পিসগা চিংথক মনাক্লি, নেবো চীংদনি, বেথ-পিওর লাম্হোক্লগা লৈ অমসুং মফম অসিদগী তগৎ তগৎ তেকপা অমদি মতম পুম্বদা ইশং শংনা লৈবা পোমশাৎনরবা লম অমা ময়েক শেংনা উবা ফংই, মফমসিদা শঙ্গোম অমদি খোইহি চেম্থে হায়বদি য়েংঙুবা খুদিংদা মরাং কায, অশেংবা লাইরম্লেন অমনী । এলাকা অসিদা অমদি কশ্মীরগী মফম কয়াদা বাইবলগী মরী লৈনবা মফম কয়ামুক লৈ, ময়ামদুগী মনুংদা মুকাম-ই-মুসা অর্থদি মোসেসকী লম হায়বা অমা লৈ । পিসগা চীংগী অব্বাংদা পিক্লবা পিসগা খুঙ্গং লৈ (দিউতরোনোমি ৪:৪৪-৪৯), ঙসিদি মসি হসবল হায়রগা খঙ্গনরে । বিজবিহারাদা, শ্রীনগরগীনা খারোমদা তুরেল মপাল অমদা "মোসেসকী ইরুজফম" কৌবা অমসু লৈ । মফমদুদা মীয়াম্না যাদুগী নুং অমা উগনি, কা-কা-বল নত্রগা শং-ইমুসা(মোসেসকী নুঙ) কৌই । নুং অসি চাউরাকনা কেজি ৭০ রোম লুম্মী । লাইব্বারী অমগী মতুং ইন্না মী তরামাথোইনা থূৎশানা শোক্লগা যাদু ব্বাহে কাকা কাকা হায়না চপ মান্ননা হায়রবদি নুং অসি মতোমতা লৈবাক্তগী মিটর অমা ব্বাংনা পাইদুনা লৈ হায়না থাজনৈ । মশিং ১১ অসিনা অমসুং নুংশিনা ইজরেলগী উপজাতিশিংগী মহুৎ শিনবনি ।

অতোম্পা মফম অমনা হন্দব্বারা তহশিল মনাক্তা ঔথ ব্বাতু (লম্বী নিপান) মনাক্তা মোসেসকী মমিং লৌদুনা খোনবা লম অমা লৈ । চীংদোন




Sketch showing the area around the Grave of Moses the mountain Nebo, the slopes of Pisga, the mountains of Abarim (Ablu'Abul), Bandipur(Beth-peor), Hazbal(Hesbon) Auth Wattun, Ayat-i-Maula, Moab and Aham Sharif

অদু তুরেল ঝেলম অমসুং সিন্দ্ধ (সন্দ্ধদি নত্তে) কী ইরোংদা শ্রীনগর মনাক্তা লৈবা সন্দিপুরদা কোহনা-ই-মুসা ''মোসেসকী কাচিন নুং'' হাযবসি লৈ । অয়ত-ই-মৌলা (ঐতমুল ইশ্বরগী খুদম) হায়বা অমা বন্দিপুরগী অৱাংদা কিমি অহুল্লোম চৎলগা লৈ, মফমসিদসু মোসেসনা পোখাবম্মী হায়নৈ ।

## লানঙম্বদগী লোই চৎপা

মোসেস শিখ্রবা মতুংদা যোশুৱাগী লুচিং মখাদা ইজরেলগী উপজাতি ১২না লেপ্তনা কন্নান লৌশিনবা হৌরক্লম্মী অদুগা ১৩শুবা খৃষ্ট মমাং চহীচাদা মপু ওইবা ফংলম্মী । মতুংদা লৈবাক অদু শকুক কয়া থোক্লা য়েম্লোক্লরম্মী ।

লম অদু লৌশিন্নবা হোৎলবদা চহী য়াংখৈ হেন্না চগুলম্মী । দেবোরাগী ইশৈদা (জজেস ৫:৮) ইজরেল মচাগী মীশিং লিশিং নিফু শুরম্মী, অদুগা মোসেসকী আইন মতুংইন্না পাঙ্গলবা ঝায়েন মপুশিংনা সিজেন্টর সাসন তৌখি । অদুম ওইনমক য়ুমহোং তোইঙ্গনবা লেঙদনা লৈগদ্দবা উপজাতিশিংদু ঝায়েন মপুশিংগী সাসনগী পাঙ্গলনা অপুনবা জাতি অমা ওইনা শাগৎলবা হোৎলবা গুল্লক্তবা মরমদগী তুং কোইখিদে । ইজরেল মচাশিংনা নিংথৌ লৈদুনা অচেৎপা অনৌবা সাসন অমা পান্নরক্লম্মী । ঝায়েনমপুশিংগী মনুংদা ইরোই লোইবা সামুয়েলনা তরামাথোইগুবা চহীচা লোইরমদাইদা নিংথৌ ওইনা অভিষেক তৌখি । অদুম ওইনমক নিংথৌ দেবিত (তরাগুবা চহিচা হৌরকপা তংখায়) না পানবগী মমাঙ ফাওবদি জেরুজালেমদা কোনুং লিংখৎতুনা ইউনিটরি স্তেত অমা ওইবা গুল্লমদে । দেবিতকী মচানুপা সোলোমোন্না পানবা মতমদা মমিং লৈরবা অচৌবা নীংনশঙ অমা শাখী ।

নিংথৌ সোলোমোন মহাক্কী লৌশিং শিংবনা মরম ওইদুনা মালেমপুম্বদা মিংচৎ শন্দোকখি । অদুম ওইনমক বাইবলদা য়াওরিবা মাগী ঝারীশিংদি মহাক শিন্নবা মতুংদা ইবনি । অদুবু সোলোমোন্না মহাক্কী লৌশিং অসি করম্বা গুরুদগী ফংখিবনো হায়বা খঙবা ঙমদবসি তশেংনা লাইবক থীবা অমনি ।

অইবা হেলেনা পেত্রৌনা ব্লাভাসকিনা মহাক্কী লাইরিক "আইসিস অনভিল্দ" হায়বদুদা অসুন্না ইরি ঃ চারোন গুরোন্না লাৎনহৌরবা সোলোমোন অসি (এন্তিকিতিজগী, হিস্তোরিয়ান ফ্লভিয়স জোসেফসনা ইবা, ভোল্যুম-৮-শুবা, পন্দুপ ২ শুবা অমসুং ৫শুবাদগী লৌথোরকপনি ) মহাক্কী মাদুগী লৌশিং অসি ওফিরগী নিংথৌগী খুৎথাংদা ইন্দিয়াদগী ফংখি, সেবাগী খুৎথাংদসু ওইবা য়াই । সিল ওফ সোলোমোন হায়না খঙ্গরবা হেলোই অমদি লাইহিংচাবা কয়াবু লাকশিনবা ঙম্বা ঝাবীনচিংবা তৌনরিবা সোলোমোনগী খুদোপ অসিসু ইন্দিয়াদগী লৌবনি" ।

ব্লাভাসকিনা পন্দুপশিংসিদা 'দি লেন্দ ওফ চেরিতি' হায়বা ডাঃ মত্তিরনা ইবা লাইরিক্তা য়াওবা ব্রাভানকোরগী ইতিহাস পুথোকই । ঝাহোং কৌবা উচেক্কী মরীদা বাইবলদা পল্লিবসিগী মরমদা অইবা অসিনা অনৌবা মঙাল উৎলি । নিংথৌ সোলেমোন্না হি শঙ্গু অমা তরসিসতা থাখি অদুগা চাই কয়াগী মতুংদা সনা, লুপা, শামু ময়া য়োং মৈতৎপি অমসুং ঝাহোং পীক থন্না হাপ্তুনা পুরকখি (১ কিংস ১০:২২) ।

হেব্রিউ বাইবলদা ব্রাহোংগী মমিংসি 'তুকি' হায়না ই । মাসগা মরমদি নিংথৌ সোলোমোন্না যুদিয়াদা মসি পুশিল্লক্লিঙৈ মমাঙদা ফজরবা উচেক অসিগী মমিং যিহুদি লোন্দা লৈরমদে । 'তুকি' হায়রবা ব্রাহৈসি থা ভারতকী তামিল লোন্দা ব্রাহোংবু তোকি হায়না কৌবসিদগী থৈদোক্লুনা ওইরকপনি হায়বদা চিংননিঙাই লৈতে । হেব্রিউদা য়োং মৈতৎপবু 'কোফ' হায় ইন্দিয়ান লোন্দা কফি হায় । শমু ময়াসি থা ভারত্তা য়াম্না মরাং কায়না ফংই অমসুং সনা অসিনা ইন্দিয়াগী নোংচুপথংবা সমুদ্রথোংবানগী লমদা চেনবা তুরেন্দা ফংই (কের্নাতকানা ইন্দিয়াগী সনাগী পোংথোক চাদা ৯০ পুথোকই) সোলোমোনগী জহাজশিং ইতৎ তত্তনা নোংপোক্লমদা চৎলম্মী। সনা, লুপা, য়োং মৈতৎপি, শামু ময়া অমসুং ব্রাহোংগী মথক্তা নিংথৌ সোলোমোন অমদি মাগী মরল্প হিরমনা মীরমগী নিঙশিংনঙাই ওইবা অনিথকসু মরৈবাক্তা মথোয়গা লোয়ননা পুরকখি মদুদি যাদু অমসুং লৌশিংনি ।

অহানবা কিংসকী লাইরিক্তা অসুম্না ইরি মদুদি সোলোমোন্না তাইবসকী নিংথৌ হিবমদা সহব কুন খুদোন পোত ওইনা পীখি, মদুগী মনুংদা মতম অমদা অচৌবা ইন্দিয়াগী সম্রাজ্যদা য়াউরম্বা কাবুলসু য়াউরি ।

শ্রীনগর সহরগী মথক্লোমদা চীং অমদা তখ-ই-সুলৈমান অথাদ সোলোমোনগী সিংহাসন কৌবা মন্দির মচা অমা লৈ। অনৌবা মন্দির অসিদা হক্লুনা ইরিবদগী খঙবা ঙম্বদি খৃষ্ট মতুং ইং ৭৮দা নিংথৌ গোপদত্ত



Takht-i-Suleiman, the Throne of Solomon on the mountain Barr·hmooleh, which was restored in A D 78 by King Gopadatta of Kashmir

(গোপালনন্দসু কৌনৈ) না অরিবা তেক কায়রবা মন্দিরদুগী যুম্ফমদা অমুক শাগৎখি । চৎনবীনা তাকই মদুদি সোলোমোন্না লমদুদা (কশ্মীর) চৎলম্মী অমসুং মহাক্না বারেহমুলেহ চীং কক্তুনা ঈশিং চিথখি, ঈশিং অদুদগী মতুংদা দাল পাং ওইরকখি । মহাক্না য়ুম মচা অমা শাখি মদুবু ঙসিফাওবা সোলোমোনগী সিংহাসন হায়না খঙ্গরি । খুন্দারিবা মুসলিমশিংনা ঙসিফাউবা কাশ্মীরগী অতোম্পা মমিং অমা "সুলৈমানগী লৈকোন" হায়বদি সোলোমোনগী লৈকোন হায়না কৌনৈ । সোলোমোন্না খৃষ্ট মমাঙ চহি ৯৩০ দা শিখ্রবা তুংদা মহাক্কী মচানুপা রেহোবোআম্না মাগী মহুৎ শিনখি । মহাক্না সিংহাসন হেক পায়বগা ইফ্রেমাইত জেরোবোআমগী লুচিং মথাদা কোনুংনা খাজনা চাউনা লৌমনবগী মায়োক্তা লান হৌরকখি । লালহৌদুগী ফল ওইনা অৱাংথংবা লৈবাক উপজাতিশিংগী মনিং তম্বা লৈবাক অমা লিংখৎখি অমসুং সম্রাজ্য অদু অনি খায়দোকখি । অৱাংগী উপজাতি তরাগী জেরোবোআম্না লুচিংবা ওইখি অমসুং সম্রাজ্য অদুগী মমিং ইজরেল কৌখি । লেমহৌরিবা খাথংবগী উপজাতি অনিনা দেভিতকী ধারানা নিংথৌ ওইদুনা পানখি অমসুং মমিং যুদিয়া কৌখি । য়ুমথংনবা মচীন মনাউগী লৈবাক অনিদু চহি ২৫০ রোম যেংথিনদুনা লৈরম্মী । চহি ৪০০ হেব্রিউশিংনা খুন্দারকপদা মীশিং লাখ অহুম যৌখি । নিংথৌগী চহী হায়না খঙবা মতমসিদা লৈবাকশিং অসিদা মনুংগী লালহৌ অমদি মপান্দগী য়ুম্লোন্নবা লৈবাকশিংনা লান্দারকপা ঙাকপা ঙম্লমদে। যেহু শাগৈ (৮৪৫-৭৮৭) না পানবা মতমদা অহানবা ওইনা এসিরিয়াগী নিংথৌ শরগোন ২শুবনা ইজরেলবু চহী চহুম খুদুম চল্লম্মী অমদি মতুংদা ইং ৭২২দা সমরিয়াগী কোনুং লৌশনবা মতমদা পুম্নাং মাংতাকহনখি । যুদিযাদি চহী চনি অমগা মীখা পোনবা লৈবাক অমা ওইনা লোইপোৎ কাদুনা হিংদুনা লৈখি । মতুংদা বাবিলোনগী নিংথৌ নেবুকদনেগরনা য়েরুজালেম লৌশিন্দুনা সহর অদু খৃষ্ট মমাঙ চহি ৫৮৭ তা মাঙ তাকহনখি, মসিনা জুদিয়া লৈবাক্কী অরোইবা ওইখি । লানঙম্বশিংনা খুন্দারম্বশিং অদু নম্দুনা তাম্বোক্রমই । খাথংবা লৈবাক যুদিয়াদা খুন্দারিবা উপজাতি অনি যুদাহ অমসুং বেঞ্জামিনশিংবু লান্দা মখ্বাই কনবীরগা নেবুকদনেগরনা বাবিলোন্দা লোই থাখি । পার্সিয়াগী নিংথৌ সাইরস ২শুবানা মতুংদা লোই থাবশিংগী মীশিঙ তংখায় অমা লোইদা চহী য়াংখৈ লৈরবা তুংদা খৃষ্ট মমাঙগী চহি ৫৩৫দা মশাগী মরৈবাক্তা হলহনখি ।

চহি ১৩০ হান্না তাম্বোকখ্রবা অৱাংথংবা লৈবাক ইজরেলগী প্রজাশিংগীদি তোঙানবা মরাইবক অমা ওইখি । এসিরিয়ানশিংনা তাম্বোকখ্রবা উপজাতি তরাগী মীশিং অয়াম্বদি নোংপোক্লোমদা চৎখি অমসুং অমুক হন্না

তাবা ফংখিদ্রে । অসুম্না ইজরেল মচাশিং মরেবাক থাদোক্নুনা চৎখিবদগী ঙসি ফাউবা মরমদা হল্লকখিদ্রে (২সুবা কিস ১৭:২৩); মখোয়না ইতিহাসতা ''ইজরেলগী মাঙখ্রবা উপজাতিশিং'' হায়না চনশিনখি । ঙসিফাউবা পূম্মাং মাঙখ্রে অমদি থিফম্ম খঙখিদ্রে হায়না লৌনরি । য়াদবা ঙমদবা লংজিন কয়ানা তাকই মদুদি মাঙখিবা উপজাতি অয়াম্বা চহি চা কয়া কোয়চৎ চৎলুরগা অমদি রাজনিতিদা চম্মন্নরুরবা মতুংদা মপা মপুগী রাশকপিথ্রবা লম অরাং ইন্দিয়াদা লাক্নুনা থুন্দাখি, মফমদুদা মখোয় ঈংনা তপ্না ঙসিফাউবা পানখি ।

# ইজরেলগী চারোলশিং

বাইবলগী মীহৌরোলগী মতুং ইন্না অব্রহাম অসি অচৌবা ঈশিং ইচাউদা  মাগী ইমুং মনুংগা লোয়ননা হিংহৌবা নোরাগী অশেংবা চারোম্নি । বাইবলগী লাইব্রারীদা অব্রাহমগী মপাগী হৌরকফম অমত্তা পন্দে অমসুং ইচম চম্না নৌরা য়ৌবফাউবগী মীরোনশিংদি পল্লি অদুগা অচৌবা মাঙ তাকহনবা ঈশিং ইচাউ পল্লি । আর্কিয়োলোজিসশিংনা মেসোপোতামিয়াগী উবগী লমদা লৈবাক তৌথোক্নুনা থিজিনবদা চাউরাক্লা মিটর অমা থাবা ইনাংগী লৈরোন অমা থেংনৈ, অসিগী মথক অমসুং মখাথংবা লৈরোন্দা চেগায মচেৎশিং থেংনৈ । ইনাংগী লৈরোন অসিনা তাক্লিবদি উবদা মফমদু খক্তদা ইচাউ অমা থোকখিবনি । নিনেভেহগী অরিবা পর্সিয়া লোনগী লাইরিক্লা ইচাউগী অরোইবদু অসুম্না শীংথাই ।''তাইবঙপৃম্বা লৈখোম ওনখ্রে । লমদমদু য়ূমথকুম পূম্পাক পাকখ্রে''।

হায়রিবা ইনাংগী লৈরোনসি বাইবলগী ইচাউগী শাক্তি ওইহল্লি অদুবু আর্কিয়োলোজিসশিংনা ইচাউ অসি খৃষ্ট মমাঙগী চহি ৪০০দা থোকপনি হায়না পীরি । মসি নাৎলমদ্রবদি বাইবলগী রারীগা য়াম্নমক চুশিন্নরম্বসু য়াই । ইতিহাসকারশিংনা হায়রিবা মতম অসিদদি সেম জাতিগী য়াউশেনবাশিং তুরেল অনিগী লমশিংদা শুংলৈমক লৈরমদে হায়না চপচানা পী অদুগা লৈরমদবা মরম্না ইচাউদুদা হিংহৌবা অমসুং মতুংদা মীংনা উবা শাক্তি ওইনা থোরকপগী রারী মরম চাদে । বাইবলগী ইচাউসিনা অতোম্পা অমা ওইগনি নীংই ।

ইচাউ অসি মালেম পূম্বদা রারী লৈনৈ অমসুং জাতি কয়াগী লাইব্রারীদা পনবা থেংনৈ । মালেমদা উনগী যুগ কয়া লৈখি অমসুং অদুনা মরম কয়াদগী ইচাউ হায়বসি তানরমদবগী রারীসু মশীং য়াম্না ফংই ।

চৎলিবা চহীচা অসি হৌরমদাইদা নিনেভেহগী অরিবা লাইব্রারিগী অতেক অকায়শিং ফংথী । মদুগী মনুংদগী গিলগামেশকী সুমেরিয়ান ইপিকতা হেরো উত্নাপিশতিম্না ইচাউ অমদগী হিংহৌখি । ইপিক অসি পার্সিয়াগী অরিবা লোন্দা লৈথোমগী স্লেতশিংদা ইথোক্লগা মৈদা ইক্লুনা থম্লম্বনি । উত্নাপিমতিম অসি সুথেরিয়ানশিংগী নোব্বানি অমসুং ইচাউ অসি ইশ্বরগী অশাওবদগী ওইহনবনি হায়না তাকই । ব্বারী অসিদা বাইবলদা য়াওবগুম্না ইশ্বরগী য়াথং মতুং ইন্না নুপা অসিনা হি অমা শাখি অদুগা ইচাউ অদুদগী হিংহৌখি, মাগী অকোয়বদা লৈবা অহিংবা জীব পূম্বা অমত্তা থাক্তনা শিখি । আলেকজেন্দর ভোন হমবোলদনা পনবদা পেরুভিয়ানশিংগীসু চপমান্নবা ব্বারী লৈ । পোলিনেসিয়াদা থোকপা ইচাউগী ব্বারীদা হেরো অসি মমিং নোব্বা কৌই । অসুম্না মালেম অসিদা অসিগুম্বা ঈশিং ঈচাউগী চপমান্নবা ব্বারী ২৫০দগী হেন্না লৈ । অদু ওইরবদি বাইবলগী ঈশিং ঈচাউসি করম্বা ঈচাউনো ?

**মালেমগী মীওইবগী ইতিহাসতা ইন্দিয়াগী বেদ হায়বসিনা খ্বাইদগী হেন্না লিরবা ঈশ্বরগী লাইরিক্কি । মরম অসিনা বেদদা য়াওরিবা ঈচাউ অসিনা মালেমদা খ্বাইদগী হান্না লৈরম্বা ব্বারীনি হায়না লৌবদা মরম চপ চায়** । হিন্দুগী লাইব্বারীদা ইচাউ অসি থেংনবা মরম্না পুথোক্তনা থমফম থোক্তে । মহাভারত (অচৌবা ইশৈ লাইরিক) তা থৌদোক অসিবু মখাগী অসুমনা পল্লি : ইশ্বরগী থৌশিন মতুং ইন্না মালেমদা মীনা খুন্দাখি অমসুং আদিমী অমসং হেবাগী চারোন্না অসুক্কী মতিক থুনা মীশিং হেঙ্গৎথী অমসুং ফত্তবা হেঙ্গৎথী । অসুম্না মথোয় মশেন মথা তানা ঈংনা পানবা ঙম্লমদে । মখোয়না ইশ্বর অমদি মহাক্কী ব্বাশক্তু কাউখ্রে, অদুদা নত্তনা মহাক্কী মায়োক্তা লেপ্লম্মী । ব্রহ্মানা মাগী থৃৎশেমশিংবু মতুং ফাওবা খঙজহৌনবা চৈরাক অমা পীগে হায়না খনখী । মহাক্না তুংগী চারগীদমক মী অমা থাক্লবা য়েংলম্মী । মহাক্না ভৈভশ্বতবু খন্দোক্লম্মী অদুগা মাগী থৌরাংদু খঙহল্লম্মী । ভিরিম তুরেলগী শেংলবা তোর্বান্দা ভৈভশ্বতনা ঙামচা অমগী মথ্বাই কনবীরম্মী । ঙা অদু মতুংদা শ্রীবিষ্ণুগী অবতার (ইশ্বরনা শায়োন তৌবা) অমনি হায়না খঙ্গকথী। ঙা অদুনা মালেম লোইগদবা মতম নক্লে অমসুং লৈরিবা অহিংবা জীব পূম্বা মঙহল্লগদবনি হায়না তাকপিরম্মী । ঙাগী মশক লৌদুনা লাক্লিবা বীষ্ণুনা ভৈভশ্বতদা মহাক মশাগী অমদি ইমুং মনুংগীদমক হিজাউ অমা শান্নব্রা তাকপিখী । হিদু শাবা লোইরগা ভৈভশ্বতনা মাগী ইমুং, মনুং, পাম্বীশিংগী মরুশিং অমসুং শা উচেক্কী জুরা অমমম হিনুংদা থাজিনখী । অকনবা নোং চুরক্তুনা তুরেল পূম্বা পাথোকপা হৌরক্লম্মী । অদুদগীদি মকোক্তা মচী পানবা অচৌবা ঙা অমা হিজাউগী নাকন্দা

ফাওগৎলক্লম্মী অমসুং অশেংবা মীদুনা ঙাগী মচীদা হিগী থৌরীদু পুনশিল্লম্মী। ঙা অদুনা হিজাউদুবু অকনবা ঈচেন্দা তেক্ত কায়দনা চিংদুনা পুরম্মী অদুগা হিয়ালয় চীংজাউ মতোন্দা তেক্ত কায়দনা থুংলম্মী (মীহৌরোল ৬) ।

বাইবলগী ৱারীদা (নম্বর) ঈশিং ইচাউদু নুমিৎ নিফুনি নি হায়না মোসেসকী ৱারীনা পল্লি । জরমনিগী ৱারীদা অচৌবা ঈচাউদু 'ডাই সিন্ট ফ্লুদ' হায়না অর্থ শেংফাত্তনা পল্লি । অথঙ অহৈশিংনা উৎপগী মতুং ইন্না জরমনগী অরিবা লোন্দা সিন্ট হায়বদি ইচম চন্না অচৌবা ঈচাউ হায়বনি , মতুংদা 'সুন্দফ্লুত' অর্থদি পাপকী ঈচাউ হায়না ওয়োকখি, মসিদি মপূং পাবা ৱাৎলি।

অদুম ওইনমক শীংথাবা য়াবা ৱারী অমদি লৈ । সিন্ধ হায়বসি তুরেল অমগী অরিবা মমিংনি, তুরেলসিগী মমিং লৌদুনা উপমহাদেশ অসি ইন্দিয়া হায়না মমিং থোনখিবনি, "দি ইন্দস" । মমাঙঙৈদা ইন্দিয়া অসি হৌজিক্কী পাকচাউবা অসিদগী য়াম্না হেন্না পাক চাউনা শন্দোক্লম্মী । তিবেবত অমসুং মোঙ্গোলিয়াসু ইন্দিয়াগী মনুং চল্লম্মী । নোংচুপ্তগী চন্দ্রকপদা সিন্ধ নত্রগা ইন্দস তুরেল অসি খ্বাইদগী অৱাংদগী খারোমদা চেল্লি, ইন্দসনা পাকিস্তান ফাওরগা অঙকপা ফংনা চাউরবা দেলতা অমা ফাওরগা অরাবিয়ন সিদা তাই । "ঈচাউগী অতোপ্পা নাকন" অব্রাহমগী হৌরকফম লমদম হায়না পল্লিবা ৱারিসি ইন্দস ৱাংমদগী হায়না পনবা শোয়দনা ওইগনি (জোশুৱা ২৪:২৩), হৌজিকশু ইন্দস অসি ইন্দিয়াগী নোংচূপ্তা মহৌসা লাইরেম্বীগী চেকপল অমা ওইরি । ঙসিমক, সিন্ধ হায়বা মমিংসি লৌবা প্রোভিন্স অমা খা-নোংপোক পাকিস্তান্দা ইন্দস খোঙবান্দা লৈ, মফমসি ইন্দিয়াগী পঞ্জাব, তুরেল মঙাগী লম হায়বদুগী ঙমখৈদা শাংনা শন্দোকই, কোনুং করাচিদা ওই। লমদম অসি ঙমখৈগী পাকচাউবা বর্গ কিমি ১,৪০,০০০নি অমসুং তোয়না ঈশিং চাউবনা কাহেন্না লৈহাউ চেল্লী ।

অৱাং ভারতকী প্রোভিন্স ক্রশ্মীরদা অতোপ্পা সিন্ধ কৌবা তুরেল অমসু লৈ । অতোপ্পা সিন্ধ অদুদি ময়ামবুং ইন্দসতগী হম্থনা মরু ওই, মদুম ওইনমক "সিন্ট ফ্লুত" হায়বা ৱাহৈগী অর্থ হন্নদদি য়াম্না মরু ওই । হায়রিবা সিন্ধ অসি অৱাং ওন্দুনা শ্রীনগর সহরদগী নেবো চীংদগী য়েংবদা উবা লমদা ফাওরগা চেল্লী । মসিদগী মোসেসনা মহাক শিদ্রিঙৈদা লাইরম্লেন হায়রম্বনি । অপিকপা সিন্ধ অসি অমরনাথ শুরুংগী মনাক্তগী হৌরকই । শুরুংসি চহী খুদিংগী আগষ্ট থাগী পূর্নিমা নুমিৎতা তির্থযাত্রিকশিংগী লমথুংফম ওই ।

লাইব্রারীগী মতুং ইন্না হিন্দুগী লাই শিবনা মহাক্কী নুপী পারবতিদা মফম অসিদা সংসার শেম্বগী অরোনবদু তাকখী হায়না থাজনৈ । কনাগুম্বনা ঈচেন হম্বনা তুরেন মরীন্দা চৎলবদি নুমিৎ হন্নি হি তোংবদা সোনামার্গ খুঙ্গংদা থুংবা ওম্মী । অৱাওবদি সমুদ্র ঈমাইদগী মিটর ২৫০০ নি । সোনামার্গ হায়বদি সনাগী লম্পাক হায়বনি, মফমসি নোতোভিতচনা জো-জি-লা পাস মিটর ৩৫০০ হেন্না ৱাংবা ফাওদুনা লদাখ চৎপা মতমদা ফাওরগা চৎখী । তুরেলগী মরীন হঙ্গৎনা তোরবান্দা সোনামার্গতগী শ্রীনগর অমুক হনবদা কিলোমিটর ৮৪ লাপই, লম্বিসিদা অরিবা উগী থোং লান্দুনা অপিকপা খুঙ্গংশিং ফাউদুনা চৎলি, লম্বীদা লৈতেংলবা অশংবা লমহাংশিং, নাস্পতি, চুম্ব্রে, এপল পাম্বীশিং মরাং কায়না হৌই । থুৎ চন্না হক্করা থোংনাউ ক্রেমশিং অমসুং লৈতেংবা উগী য়ুমথকশিংনা লম অসি ইনাকখুনবগী খুদম ওইহল্লি । শ্রীনগর অসুম নকশিল্লক্রগা তম্পাকশিং অসুম লৈহাউ লৈবা হেঙ্গৎপা উই । কঙ্গন খুঙ্গংগী মথংদা, তম্পাক্রমদগী পাক্রবা ফৌগী অমদি মহৈ মরোং কয়াগী লৌবুকশিংনা সিন্ধ তুরেলগী ওয়গী থোঙবান্দা লৈবা গোন্দরবল তান্না লাপ্না শনদোকখি তশেংবমক কশ্মীর অসি চাউরবা ইদেনগী হৈকোলমক মাল্লি অমসুং পাকচাউরবা ফুমথি-হাউথিগী জগাশিং অমসুং পাক্রবা অথেনবা পাৎশিংনা অচৌবা ঈচাউ অমা মমাংঙৈদা থোকখিবগী শাক্কি ওইদুনা লৈরি ।

## কশ্মীর অসি ৱাশকপিখিবা লমদুরা ?

বাইবলগী মতুংইন্না, লাইরম্লেন্দা লৈশেমখিবা মফমদু নোংপোক্রমদনি হায়না পল্লি । "*মপু ইবুঙো লাইনিংথৌনা নোংপোক হারম পাংবদা লৈবা ইদেন কৌবা মফমদা ইশ্লোন অমা শেমখী । ইবুঙোনা শেম্বীখিবা মীদু মফমদুদা লৈহনবিখি*" । *(জেনেসিস ২:৮)* মথা তারকপা ৱারোলনা ইদেন হৈকোনগী ফিভম তুরেল মরি পুন্দুনা তাকই "*হিঙ্গোন্দু ইশিং চাইনবগীদমক ইদেন্দগী তুরেল অমা চেল্লম্মী । হিঙ্গোন্দু হেন্দোকখ্রবা মতুংদা হায়রিবা তুরেলশি মরী থোক্লা খায়রম্মী (জেনেসিস ২:১০)* ।

মেসোপোতামিয়াদা তুরেল অনিগী মরক্তা ইদেন হৈকোল লৈরম্বনি হায়নৈ, তুরেল অনি লৈবা মরমদগী মফমসি পন্নবনি ।

মসিগী ওন্নবদা অৱাং ভারত্তা ইন্দস (সিন্ধ) তুরেলগী অচৌবা মশা মণ্ডা লৈবগী চাউথোক্লে, লমদমদুগী মমিং তুরেল মণ্ডাগী লম হায়বদি পঞ্জাব

হায়না খোল্লি । ইং ১৯৪৭ তা প্রোভিন্স অসি ইন্দিয়া অমদি পাকিস্তান অনিনা রাজনিতিগী ওইনা খায়দোক্নুনা য়েন্নখী । ইন্দস কী ওয়রোমদা পুন্না লৈবা মপা মণ্ডাগী মমিং ঝেলম, চেনাব, রবি, বিয়াস অমসুং সুটলেজ কৌই। পাঞ্জাব হায়বসি ইন্দিয়াগী য়াম্না ওন্না চাওখৎলবা লমনি (ইন্দস্ সংস্কৃতি অসি খৃষ্ট মমাংগী চহি ৩০০০ গী মতমদনি অমসুং আর্কিয়োলোজিসশিংনা ফংবদা কাশ্মীরগী চাওখৎপসি খৃষ্ট মমাঙ চহি ৫০,০০০ দগী ওনখৎনা ফংই। ইং ১৯৮৩ দা মমিং লৈরবা সিরিয়াগী ইতিহাসকার প্রোফেসর কেঃ এসঃ সলিবিগী লাইরিক "বাইবলসি অসিরদগী হৌরকপনি" হায়বদু জর্মনিদা ফোংখী। মসিদা অইবনা সাইন্টিফিক একুরেসিগ লোয়ননা প্রমান তৌই মদুদি পেলেসতাইন অসি বাইবলগী ইতিহাস কী হৌফম ওইনিঙাই শুপ্লেমক লৈতে । লোনগা মরী লৈননা নৈনবদা সলিবিনা ব্বারেপ তাখি মদুদি বাইবলদা য়াওরিবা লম মমিং লিশিং কয়াগী মনুংদা খরতমক পেলেস্টাইন্দা ফংই (লমাই ৩৫) ।

চহী চাম্না হেন্না হেব্রিউগী খোঙ্গুন লীদুনা মোসোপোতামিয়াদগী সিরিয়া ফাওরগা পেলেসতাইন্দা য়ুম হোংখিবগী থাজনবা ব্বারী মতুং ইন্না খিজিনবদা চুম্বগী ওইথোকপা য়াবা খুদম অমাফাউবা ফংদে (লমাই ৩৫) । "ওল্লিশৈংগী য়িহুদিশিংগী ইতিহাস পেলেসতাইন্দা ওইহনবসি হেব্রিউ বাইবলগী লাইব্রারীদগী নত্রগা অতোপ্পা হৌরকফম অমত্তদগী ওইথোকপা য়াবা লৈতে । সলিবীনা মসিমসু পুথোকখি মদুদি ওল্দ তোস্তামেন্টতা পল্লিবা শা মমিং অমসুং ধাতুশিং অসি পেলেসতাইন্দ অমফাওবা ফংদে ।

কশ্মীর হায়বদি "মালেমগী লাইরম্লেন" হায়না কাশ্মীর লোন্দা হায়বনি। ব্বাহৈগী অর্থদি অদুম ওইনমক মায়কৈ কয়াদগী তোঙান (২) হন্দোক্লে । কুশ হায়বসি নোবাগী মশুনুপানি, মহাক্কী চারোন্না মালেমদা শন্দোক্কদবনি, মখোয়না লৈরু লৈরুবা লমদু মখোয়গী মমিং থোনগদবনি । মীহৌব্রোনগী ব্বারী মতুংইন্না অমসুং অনিশুবা তুরেল অদুগী মমিং গিহোন কৌরম্মী, মসিনা কুশকী লমথুংনা ফাওদুনা চেল্লম্মী । (জেনেসিস ২:১৩) । বাইবলদা পনবা মমিংশিংসি অতোপ্পা লোনগী ইথিল চল্লকপা অমসুং লোন্দা অহোংবা কয়া লাকখিবন মরম ওইদুনা য়াম্না চাউনা অহোংবা লাকখ্রে । বাইবলগী কুশ হায়বসি ইরাই লাইনা কাশ ওইরকপা য়াই অমসুং মির হায়বশিগী তোঙানবা অর্থ কয়ামুক লৈ : রসিয়া লোন্দা মির হায়বসি কাংলুপ অমনা লৈবা লম্মু খল্লে, তকী মরোন্দা মির হায়বসি ইকাই খুন্নবা মিংথোল অমনি অমসুং পার্সিয়া লোন্দা মির হায়বসি মমল য়াম্বা পোৎ, মনি মুক্তাবু খল্লে । নোব্রাগী চারোন্না খুন্দারম্বা লমশিং অসি

জেনেসিসকী চেপ্তর তরাদা পল্লি । অসুম্না হায় "*অমসুং কনানশিনা লৈবা লমগী ঙমখৈ অদু ..... লসা ফাউবনি" (জেনেসিস ১০:১৯)* । লহসা হায়বসিদী তিবেবতকী কোনুংনি ।

অতোম্পা অর্থদা হেব্রিউ লোন্দা য়ুম্ফম ওইরগা কাশর (কোশির নত্রগা কোশর) হায়রগা 'লেপ্তনা ফংবা' মরুওইনা চিঙ্খাক্তা ওইনা শীজিন্নবনি। যিউগী আইনগী মতুং ইন্না (লেভিতিক্স ১১, দিউতরোনোমি ১৪) শাশিং হাৎপদা চংনবীগী মতুং ইন্না ঈ থোকহল্লগা চানে । অসিগুম্বা অচেৎপা নিয়ম ঙাকপা অদুগা অসুম তৌবনা মশাবু অতোম্পা জাৎশিংদগী তোঙানহনবশিংসি কাশর হায়না কৌই, লম অদুসু মথোয়না খুন্দাবনা অসুমনা মমিং মতুংদা কাশ্মরদগী কাশ্মীর হায়না থৈদোকখিবা ওইবা য়াই ।

অতোম্পা অর্থ অমদনা লমদমসিদা চহী কয়াগী মমাঙদা লৈরম্বা কশ্যপ কৌবা মুনি অমগী ব্বারীদা য়ুম্ফম ওই । কশ্যপ হায়বদি সংস্কৃত লোন্দা থেঙ্গু হায়বনি । অরিবা ইন্দিয়াগী ব্বাথলদা মালেমসি ঈশিংদা ঈরোইদুনা চৎপা থেঙ্গুগী মশক মান্নবা লৌরম্মী অমসুং কশ্যপ হায়বসি ইশ্বর অমদি মাগী বর ফংলবা মালেমদা খুন্দারিবা মীশিংগী মমিংসু ওইরম্মী । হেব্রিউ 'ইশ্বরগী মচা' নত্রগা ইজরেল হায়বসি সংস্কৃত লোন্দা কশ্যপ হায় । অদুনা 'কশ্যপ-মর' (ইশ্বরগী মচাশিংগী লৈবাক অরোইবদা কাশ্মীর কৌখী ।

# ইজরেলগী মাঙখিবা উপজাতি তরা

১৯শুবা চহীচা হৌদ্রিঙৈদা, লোয়লম শন্দোকপনা মরম ওইরগা নোংচুপ লৈবাকশিংনা মিদল ইস্টকী লৈবাকশিংদা থোইদোক্লা পুক্নীং চঙশিন্নরকখি মতমদুদা অঙকপা অমা ওইনা অব্বাং ভারতকী মনুংহুক্তিনবা লমদা লৈবা উপজাতিশিং য়ুহুদিগী চারোন ওইরম্বগী রিপোর্তশিং ফংনরম্মী ।

মিনিস্তর জোসেফ ব্রোল্ফ, আইন অমসুং লাইনিংগী মায়চৌসিনা মহাক্কী ভোল্যুম অনিদা ফোঙবা লাইরিক "একাউন্ট ওফ এ মিসন তু বোখারা ইন দি ইয়ার ১৮৪৩-৪৫" অসিগী অহানবা ভোল্যুম লমাই ১৩দা রিপোর্ত তৌখী : "তর্কিস্তান্দা লৈবা যিহুদি পুন্নমক্লা ক্লেম তৌই মদুদি তর্কমেনিজসিংসি ওল্দ তেস্তামেন্টতা পনবা (জেনেসিস ১০:৩) গোমরগী মচা তোগরমাহগী চারোন ঙাক্তনি। লমাই ১৪দা "বোখারাদা যিহুদি ১০,০০০ রোম লৈ । রবাই

মকোক্লা ঐঙোন্দা লীখি, রোখারা হায়বসি হবোন্ননি অমসুং বালখ অসিনা ললগনি (২-কিংস ১৭:৬)। জেংগিজ খান্না পানবা মীওৎ মীনৈগী মতমদা অইবা রেকোর্দ পুন্নমক মাঙহনগ্রে । মদুদি মাঙখিবা ইজরেলগী উপজাতি তরাগী মরক্তা খরদি চীনা য়ৌনা চৎখী । ঐনা যিহুদিশিংদা মদুগী অচুম্বশিংদু লীবীনবা হায়জখি (লমাই ১৫) ।

আফগান মচা খরনা ইশিন্দুনা থম্বদা মখোয়সি ইজরেল জাতিগী চারোল ঙাক্তনি হায় । ঘ্বারী অসিদা আফঘৌন হায়বসি বেরাচিয়াগী মচানুপা অসককী মশেল্লুপানি মহাক্লা সোলোমোন নীংনশঙ শাখিবনি । আফঘৌনগী চারোন অসি নেবুকদনেজরনা বাবিলোন্দা পুরকখি মরমদি মখোয়সি ইজরেল ময়চা ঙাক্তনি । মফমদুদগী মখোয়বু আফগানিস্থানগী ফোরেজ চীংজাউ তান্না অমুক পুরকখি অমসুং মতুংদা নমদুনা ইসলাম ওঙ্খোকখি । মখোয়দা পার্সিয়া লোন্দা ইবা মীহৌরোনগী খোমজিনবা লাইরিক "মজমুবা অলনসব" হায়বসি লৈ । (লমাই ১৬) । "ঐনা সর্জেন্ট রিলীনা আফগানশিংবু ইজরেলগী চারোল্লি হায়বা তাবদা ইঙক ঙকখি । (লমায় ১৯) । অরোইবা লমায় ৫৬তা বোল্ফনা ইরম্মী "ঐনা নুম্মিৎ তরুক্লি রচব, বনি, অরবল মচাশিংগা লৈমিন্নরম্মী । দান উপজাতিগী ইজরেল মচাশিং তেরিম হন্নমৌলগা লৈমিন্নবশিংসু য়াওরম্মী।

কোইচৎ চত্তুনা লৈবা ফ্রেন্স মায়চৌ জিঃ তিঃ ভিগনে (রোয়েল জিওগ্রাফিকেল সোসাইতিগী মেম্বর) না অসুন্না ইরম্মী (এপার্সনেল একাউন্চ ওফ এ ভোয়েজ তু চুজিন, কাবুল, ইন আফগানিস্থান) "ইরমিয়াগী মপাসি আফগানশিংগী মপানি মহাক্সি নেবুকদনেজরগী মতমগী মীনি, মশাবু মতোমতা বেনি ইজরেল কৌজরম্মী অমসুং মচা নুপা নিফ পোকখী । অদুম ওইনমক কুম্ভ্রামরি শুবা মীরোন্দা কাইস কৌখি অমসুং প্রোফেৎ মহমদকী মতমদা লৈরম্মী ।

ডাঃ জেমস ব্রাইস অমসুং ডাঃ কৈথ জোহনসন্না মখোয়না ইবা লাইরিক "কম্প্রেহেন্সিভ দেস্কৃপসন ওফ জিওগ্রাফি" হায়বদুগী লমায় ২৫দা "আফগানীস্থান" হায়বা মিংথোন্দা অসুন্না ইরি "আফগানশিংনা মখোয়গী ইজরেলগী নিংথৌ সাউলগা মরী লৈনবা মমাঙ্গেগী ঘ্বারী থিগৎলি অমসুং মখোয় মশানা "বেন-ই-ইজরেল কৌজে । এঃ বর্নিসকী মতুং ইন্না, নৈবুকদনেজরগী লাইব্রারীনা চেৎনা হায় মদুদি মখোয়সি কাবুলগী অব্রাং নোংচূপ্তা



Stone with aramaic inscription found in Sirkap near Taxila

লৈবা ঘোরগী অশেংবা লমদগী য়ুমহোংলকপনি । মখোয় ইং ৬৮২ খৃঃ মতুংদা ফাওবা ইজরেল মচা ওইনা লৈরম্মী । মতমদুদা অরাবিয়ান শেখ খালেদ-ইবন-অবদালানা মখোয়বু ইসলামদা ওন্থোকহনখী । মসি নত্তবা হেব্রিউশিংনা আফগনিস্থান অমসুং অকোয়বগী লমদা খুন্দারম্বগী অহেনবা ৱাবী কয়া লৈ । খ্বাইদগী মরুওইবা লাইরিক্তি ডাঃ জর্জ মুরনা ইবা "দি লোস ত্রাইবস" হায়বসিনি, মহাক্না ইন্দিয়াগী আর্কিযোলোজীগী সাইট কয়াদা হেব্রিউ লোন্দা হক্লম্বা কয়া থেংনখী । তক্সিলা মনাক্কী সিরকাপ্তা, হৌজিক্না পাকিস্তান্দা লৈপ্লবা অসিদা নুঙ অমা তৌথোকপদা ফংখি, মদুদা যীশুনা ঙাংবা লোন অরামেক লোন্দা হক্লম্মী ।

১৯শুবা চহীচাগী ময়ায় চল্লকপদা ইংলেন্দা সোসাইতি অমা লিংখৎখী, মদুনা মাঙথ্রবা ইজরেলগী উপজাতিশিংনা ফংনবা থিগৎনবা অকনবা থবক তৌখী, মমিংনা আইদেন্টিফিকেসন সোসাইতি লন্দন হায়না খোল্লম্মী । হিরমসিদা ফোংখিবা বৃতিশ আইবশিং অয়াম্বা সোসাইতি অসিগী মীনি । চাউরাক্না কুম্ব্রারোম



The profiles of these two young men clearly show the difference between the races of North India - Aryan descent (with turban, right) semitic descent(left)

শুবা অইবশিংগী মিং অমসুং মখোয়গী লাইরিকশিংদু মতাংসিদা পনবা চল্লরোই, মখোয লোইনমক্তা প্রমান তৌই মদুদি কশ্মীরদা খুন্দাবিবা পূন্নমক ইজরেলগী চারোন ঙাইহাক্তনি । মথং মনাউ ইদুনা শেম্বদা ওল্দ তেস্তামেন্টতা পনবা মিং চহমগী মথক্তা হায়দি উপজাতিগী মমিং, সাগে, ইমুং, মী মমিং, খুঙ্গং, লম অমদি অতোম্পা জিওগ্রাফিগী ম্রাহৈশিং মান্নবা, খজিক্তং থৈদোকপা মিংশিং কশ্মীর অমদি মসিগী মীশিংনা শীজিন্নবা থেংনৈ ।

| কশ্মীরিগী মমিং | বাইবলগী মিং | বাইবলগী য়াওফম |
|---|---|---|
| অমল | অমল | ১-ক্রোনিকল ৭:৩৫ |
| অশেরিয়া | অশের | জেনেসিস ৩০:১৩ |
| অত্তাই | অত্তাই | ১-ক্রোনিকল ১২:২১ |
| বল | বাল | ১-ক্রোনিকল ৫:৫ |
| বলা | বলাহ | জোশ ১৯,৩ |
| বেরা | বীরাহ | ১-ক্রোনিকল ৫:৬ |
| গেববা | গবা | জোশ ১৮:২৪ |
| গদ্দি | গদ্দি | নম্বরস ১৩:১১ |
| গনি | গুনি | ১-ক্রোনিকলস ৭:১৩ |
| গোমর | গোমর | জেনেসিস ১০:২ |

অমসুং মথং মথং

| কশ্মীরগী লম | প্রোভিন্স মমিং | বাইবল লম মমিং | য়াওফম |
|---|---|---|---|
| অগুর্ন | (কুলগাম) | অগুব | প্রোভর্বস ৩০:১ |
| অজাস | (শ্রীনগর) | অজাহ | জেনেসি ৩৬:২৪ |
| অমোনু | (আনন্তনাগ) | অমোন | ১-কিংস ২২:২৬ |
| অমরিয়াহ | (শ্রীনগর) | অমরিয়াহ | ১-ক্রোনিকল ২৩:১৯ |
| অরোর | (অব্রান্তিপুর) | বালপিয়োর | নম্বর ২৫, ৩ |
| বেহৎপুর | (হন্দব্রারা) | বেথপিওর | দিউতরো :৩৪,৬ |
| বিরসু | (অব্রান্তিপুর) | বিরশা | জেনেসিস ১৪:১২ |
| হরব্রন | (শ্রীনগর) | হরন | ২-কিংস ১৯,১২ |

অমসুং মথং মথং

কশ্মীরদা খুন্দারিবশিংসি ইন্দিযাগী অতোপ্পা জাৎশিংগা হিরম থুদিংমক্ত থেন্নৈ । মখোইগী মশক, শাবান, পুন্সি মহিং, লমচৎ, ইজৎ, ফিজেৎ, লোন, চৎনবী অমসুং হৈনবী পুন্নমক ইজরেল মচামক্রি ।

কাশ্মীরিশিংসি চান থক্লবা তাউবা নত্রগা ঙৌবদা ইজরেল মচাগুন্না থাউখক্তা শীজিন্নৈ, ঘি খক শীজিন্নদে । কাশ্মীরি অয়াম্বা 'ফরি' হায়না খঙবা ঙ। অফুৎপা চায়, মসি ইজরেল জাতিনা ইজিপ্ত লৈবাক থাদোক্লুনা খোঙশাল্লকপা মতম্মু নিংশিংদুনা চাবনি । "ঐখোয়না ঙা অদু নিংশিংই, মদু ঐখোযনা ইজিপ্তা লৈরিঙৈদা মরাং কায়না চারম্বনি" (নম্বর ১১:৫)

কশ্মীরদা শীজিন্নবা শাশেম থাঙশিংসি ইজবেলগী গুন্না থা তংখায় শাই অমসুং হিহোনবা মীশিংনা শীজিন্নবা নৌসু ওমোই মওং মান্না শাই । নুপাশিংনা ইজরেলাইটকীগা মওং মান্নবা তুপি (জরমুল্লা) কোক্তা উপ্পী অমসুং কশ্মীর হনুবীনা শেৎপা ফিজোল (পান্দতানিস) অসি যীউগী হনুবীশিংনা শেৎপাগা চপ মান্নৈ, অনিমক কোক্কী কোকথুম অমসুং খ্বাংজেৎ শেৎলি । যিহুদি নহাশিংনা তৌবগুন্না কাশ্মীরি লৈশাবীশিংনা চৎনবী ওইনা মমায় মমায় ওনশিন্নরগা খুৎ পায়নদুনা মান্ননা মাঙলোমদা খোঙ অমুক থাংদোকপা তুংদা অমুক থাংবা তৌদুনা জগোই শাই । মসিদা শকপা ইশৈসি 'রোফ' কৌই । কাশ্মীরি নুপীশিংনা অঙাং পোকপা মতুং নুমিৎ নিফুনি ইবক্তদে, হায়রিবসিদি যিহুদিশিংগী চৎনবীনি।

কাশ্মীরদা লৈবা অরিবা মোংফম অয়াম্বা নোংচুপ ওল্লি, ইসলামগী মোংফমদি অল্লাংদগী মখারোম ওল্লি । অসিগুম্বা মোংফমসি অয়াম্বদি হরন, রাজপুরা, সয়েৎ ব্লাদুর সাহিব, কুবর্নঘ... অরান্তিপুরাদা লৈ । বিজবিহারাগী সেমিত্রিগা ঈরুজফম অমসুং মোসেসকী নুঙ লৈবা মফমদা অরিবা হেব্রিউ লোন্দা হকপা মোংফম অমা লৈ । শ্রীনগরগী খাদা কিমিঃ হন্দ্রুমঙা চৎলগা 'মোসেসকী ঈরুজফম' দগী কিলোমিতর খরদমক চৎলগা মরতন্দ কৌবা নিংনশঙ অমা লৈ । মপানগী ফল্লাংদা হিন্দুগী লাইমূর্তি কয়া হল্লবসু অরিবা অচৌবা বিলদিং অসিগী নীংনশঙ শাবগী মচংসি তশেংনা হিন্দু খুৎশাগা পুমথেন খেন্নৈ । খুৎশা অসিগী মাঙ্গোল সিরি, য়ুম্বী য়াওবা হোল অমসুং অশেংবা মনুংগী কাশিং পুম্নমক খিৰ্দিগী নিংনশঙ খুৎশানি ।

নীংনশঙ অসি বাবিলোনিয়াদা লোইংবা খৃষ্ট মমাঙ ৫৮৫-৫৩৮ দা প্রোফেৎ ইজেকেলদা শকখঙদবা অমনা উৎখবা নীংনশঙদু নৎতরা ? অচুম্বমক মরতন্দ নীংনশঙসি ইজেকেলনা মমিং খঙখিদবা য়ান্না ৱাংবা চীং অমগী মথক্তা লৈ - মদুদি হিমালয়নি অমসুং মসিগী নাকন্দা ঈফুৎ অমা মখারোমদা লাপ্না ঈশিং ৱান্না ঝেলম তুবেন মবিন্দা চেন্থে (ইজকেল ৪০-৪৩ পন্দুপ)

অরিবা ইজরেল অমসুং কশ্মীরগী মরিসি খ্বায়দগী শেংনা লোন্দা তাকই ।কশ্মীরি লোন অসি অতৈ ইন্দিয়াগী লোনগা খেন্নে মখোয়শিংদুদি সংস্কৃত লোন্দাগী হৌরকপনি কাশ্মীর লোন অসিদি হেব্রিউ লোন্দগী মরুওইনা হৌরকপনি । অবদুল অহমদ আজাদ না ইরম্মী, ''কাশ্মীরি লোনসি হেব্রিউ লোন্দগী হৌরকপনি । চৎনবী য়েংলগা খঙই, অরিবা মতমদগী যিহুদিশিংনা মফমসিদা খুন্দাখি, মখোয়গী লোন্না ঙসিগী কাশ্মীর লোনসি ওইরকপনি । হেব্রিউ ৱাহৈ কয়ামুক কাশ্মীরি লোনগা মরী লৈনৈ '' ।

| হেব্রিউ | কাশ্মীরি | অর্থ |
|---|---|---|
| অখ | অখ(উই) | মথন্ত |
| অজল | অজল | শীবা |
| অরাহ | অরাহ | উবা |
| অসর | অসর | প্লেগ |
| ঔন | ঔৱন(ওন) | মীৎ তাংবা |
| অত্তব্ | অত্তব্ | মরাংকায়বা |
| অহদ | অহদ | অমা |
| আজ | আজ(অজ) | ঙসি |
| অহল | হল | পেতি |
| অৱাই | অৱাহ | য়াবা |
| অওশ | অওশ | মীৎকী পি |

অমসুং মথং মথং




The Silk Road provided a bridge from the Far East right across to the Mediterranean even in prehistoric times, with a flow of goods and philosophical ideas.

# বুদ্ধিজম শন্দোরকপা

মালেম শীনবা থুংনা বুদ্ধিজম শন্দোকপা হৌরকপসি খৃষ্ট চহি হৌদ্রিঙৈ আ মমাঙদনি, অদুম ওইনমক খ্বাইদগী মরুওইখিবা মতমদি খ্বাইদগী চাউবা নিংথৌশিংগী মরক্তগী অমা ওইখিবা, ইন্দিয়াগীতা নত্তনা মালেমগী পুন্নারীদা চাউখিবা নিংথৌরেন অশোক্কী মতমদনি, মহাক খৃষ্ট মমাঙ চহি ২৭৩দা লৈরম্লনি। ইশম শন্না হায়রবদা অশোকা অসি খ্বাইদগী মরুওইবা, রাজনিতিদা, লমচৎতা, অমসুং লৌশিংচাউবদা মতম পুন্নমক্কী ওইনা অথোইবা মী অমনি । মহাক্না পানবা মতমদা রোম অমসুং কারথাজ অনিগী অহানবা লান ইউরোপ্তা শোক্লখি। নহা ওইনা লান্না অকিবা ফংনা মাঙতাকহনবগী লৌশিং ফংলদুনা নিংথৌরেন্না কন্না লানবু লাপ্না হন্দোকখি অমসুং মদুগী মহুত্তা বৌদ্ধগী শান্তিগী পাউতাক্না মহুৎ শিনজিনখি।

কান্নরবা নিয়মশিং অমসুং মীওইব দা তাক্লম্বা পাউতাক কয়া বিলদিংশিং অমসুং নীংনশঙশিংদা হক্লম্বদু ঙসিসু মাঙহন্দনা থল্লি । পাউজেল অমদা নিংথৌরেন্না মীওইবা পুম্নবু ঙাকশেনগদবনি হায়না লাউথোকখি । মী পুন্নমক ঐগী ইচানি, ঐনা পাম্বদি ঐগী ইচাশিং অনান খুভম অমসুং পৃক্লিংগী নুঙাইবা মফমসিদগী (মালেমদগী) অমসুং মফমদুদগী (সর্গদগী) ফংগদবদু ঐনা ঐগী প্রজাশিংদা চপমান্নবা ফংহনবা পাম্মী ।

অশোকানা মাগী মতমদা ইন্দিযাদা বুদ্ধিস মোনাস্তরি ৮৪,০০০ শাবম্মী, মহাক্কী চাউরবা সম্রাজ্য থুংনবা মী অর্মদি শাগী হোসপিতালশিং শাবম্মী। মহাক্না মালেমগী ওইনা পাটলিপুত্রদা (ঙসিগী পাতনা) মহাক্কী সম্রাজ্যগী অনিশুবা বুদ্ধিস কাউনসিল পাঙথোক্লবা শীনথী মদুদা লম্বোইবা লিশিং লিশিংনা শরুক য়াথী । বুদ্ধনা তাকপিরম্বা থৌদাংগী থবক ওইনা অশোক্না বৌদ্ধগী পাউতাকশিং শন্দোক্লবা শীন-লাংথী অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা ইন্দিয়াগী মঙালদু লাপ্লবা লৈবাকশিংদা শন্দোকথী । ধর্মগী পাউজেল শন্দোকপগী থৌদাং মপুঙ ফাহন্নবা ইন্দিয়া অমসুং শ্রীলঙ্কাখক্ত নত্তনা সিরিয়া, ইজিপ্ত অমসুং গ্রীসনচিংবদা সীল্ক রোড ফাওদুনা মীসনরিশিং থারম্মী । বুদ্ধগী নিয়মশিং শন্দোক্লবা বুদ্ধ সক্যমুনিনা মহাক্কী তুংইনবশিংদা মশামক্না য়াথং তৌবিখিবশুন্না মহাক্না লেঙবা য়াদবা মথৌ অমা ওইনা পুনথী । "*চৎলু হে লম্বোইবা, মফম খুদিং চৎলু, মীয়ামগী কান্নবা অমসুং যাইফবা পুবক্লবা মালেমদা মীনুংশি*

*থমদুনা ইশ্বর অমদি মীওইবগী য়াইফনবা খুদোংচাবা পীরুচো । নখোয় মী অনি লম্বী অমত্তদা চংকনু । পাউতাকশিংদু শন্দোক্রমউ অদুগা কান্নহল্লম্মু .... নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন্দু তাক্রম্মু অমসুং পাউতাকশিংদো য়াউরিবা পূক্নিং হকচাং অনিবু মপূংফানা শেংহনবা ধর্ম্মগী পুন্সি লেন্নবা লম্বী খুদোন তন্নম্মু"।*

লম্বোইবশিং অমসুং তুংইনবশিংদু অসুম্না খোঙশান্দোরকথী অমসুং কোয়চং চংথী, খুদিংমক অমগা অমগা পাংনরম্মী । লম্বোইবশিংদু চাক্লিবগুম লেল্লম্মী অমসুং মখোইগী পাউজেল থাজদুনা তৌবীরকপা দান্দা পেম্মোক্রম্মী । মখোয়গী মশাদা পক্লিবা ফিশিংদু নত্তনা করিগুম্বা অমত্তা লোয়নরমদে । মখোইগী পুন্সিদু তাইবঙগী ওইবা পূম্নমক থাদোক্লবনি হায়না শক্তাকই, অসুম্না কংথোকপসি অতোম্পা ধর্ম্মগী কাংলূপ অমত্তদা লৈতে । মখোয়গী মরুওইবা শিনফমসি বুদ্ধগী পাউতাকশিংদা পূক্নিং থিংজিনবনি অমসুং খোংথাং নাইনা তাইবঙগী অপাম্বদগী মশাবু নিংতমহনবনি । করিমত্তা লোয়নদনা মশা মপান্দা থোরকপা (প্রব্রজ্যা) হায়বসি কাংলূপ অদুদা য়াওবগী তঙাইফদবনি, মীচম অমা ওইবগী খুদম ওইরিবা ইমুং মনুংবু থাদোক্লমদুনা কোয়চং চংপ লম্বোইবশিংগী মরক্তা তিনবা (প্রব্রজ্যাগী অনিগুবা অর্থ) অদুগা য়ূম লৈতবা পুন্সি অমা লেনবা অসি তঙাইফদবনি ।

মিং চনবগী তাঙাইফদবদু মপুঙ ফাহন্নবা গেরুবা মচুগী লম্বোইবা ফিজেং শেংপা তাই, লু কোকপা তাই, অমসুং মথাঙ অহমগী মন্ত্র অমা শোনবা তাই । নিয়ম্না য়াবা খ্বাইদগী নৌবা লম্বোইবগী চহিসি তরেংনি, চহি অদু ৱাংথোইরবা বুদ্ধগী মচানুপা রাহুলনা লম্বোইখিবা চহীনি । য়াথং ওইনা মিংচল্লবশিংনা ঙাক্কদবা মোনাস্তরিগী পুন্সি নিয়ম মরী অদুদি :

- মীগী দানখক্তমক চাবা
- মোংফমদগী খুনবা ফি শেংপা
- উথাদা তুম্বা
- মশাগী অশোকপা ম্বনগী ময়ুংখত্তনা হিদাক ওইবা ।

য়েংনিঙাই লৈতনা লম্বোইবশিংগী পুন্সি কোয়চং চংপা পুন্সিনি । ধর্ম্মলাইরিক্লা খঙহনবা মতুং ইন্না বুদ্ধ অমসুং তুংইনবশিংনা গঙ্গাগী খোঙবান থুংনা বৌদ্ধগী পাউতাক শক শোন্দুনা অমসুং শন্দোক্লনা চংলম্মী । করিগুম্বাদা মতোমতা, করিগুম্বদা তুংইনবশিংগা সহর অমদগী সহর অমদা, খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা চংলম্মী ।

বুদ্ধ অমসুং যীশুগী তুংইনবশিংগী পুন্সিদা মান্নবশিং শীংথাব্বা য়াই, যীশুনসু মহাক্কী মা খুঙ্গংদা চত্তুনা শন্দোক্লবা তুংইনবশিংবু থারম্মী, অরোইবা ওইনা অমুক্তং ইজরেলগী মীশিংদা মহাক্কী পাউজেলদু খঙহন্নবা লিঙবা কায়না হোৎনখী। *"অমহিকসুং ইবুঙোনা তরানিথোই অদুবু কৌরগা, মখোয়বু অনি অনি ওইনা থাবা হৌরে, অদুগা ইবুঙোনা মখোয়দা শেংদবা থবায়শিংবু ঙম্নবা মতিক পীবীরে" (মার্ক ৬,৭) "অমসুং চৈশু অমা নত্তনা অচাপোৎ, পাইতুখাউ, শেনগাউদা শেল, করি অমতা লংফৈগীদমক পুগনু (৬,৮) তৌইশুন্নসুং খোঙদা খুপ্রাং তোংউ, অদুগা ফুরিৎতি অনি লিংকনু হায়দুনা ইবুঙোনা মখোয়দা য়াথং পীরে (৬,৯) অমসুং ইবুঙোনা মখোয়দা হায়রে, নখোয়না করিগুম্বা য়ুম অমদা চঙলে হায়রগা, মফম অদুদগী চখোক্ত্রিন্নফাউবা অদুদা লৈয়ু (৬,১০) অদুগা করিগুম্বা মফম অমগী মীনা নখোয়বু লৌশিন্দ্রবদি, নত্রগা তাবিদ্রবদি, নখোয়না মফম অদুদগী চখোকপদা, মখোয়দা শাক্ষি ওইনবা নখোয়গী খুয়াগী উফুল কনখোক্লম্মু (৬,১১) অমসুং মখোয়না চখোকখিদুনা, মীনা পুক্নীং হোংনবা পাউ শন্দোক্লে (৬,১২) অয়াম্বা ভুৎশিংবু তাম্থোকপিরম্মী, অদুগা অনাবা অয়াম্ববু থাউ তৈবিদুনা ফহনবীরম্মী (মার্ক ৬,১৩)।*

মতাংসিদা, বুদ্ধিজমদা তৌবগুম্না চপমান্ননা মীবু নমদুনা ধর্ম্ম ওনহনবগী রাফম লৈতে। মীয়াম্না অরান খুভম ফংগদৌবসি ইসায়া ৫৩দা তাকপা মতুংইন্না শন্দোক্লগা ফংগদৌবনি। সিনহালি লোন্দা ফংবা লাইরিক্কী মতুংইন্না হরন্দা (হৌজিক্কী শ্রীনগর মনাক্কী হর্বন) কাউন্সিল ফম্নবা মতুংদা, নিংথৌরেল কনিষ্কগী মতমদা অমুকহন্না মিসনরিশিং কাশ্মীরদা, গন্ধরাদা, মহিস মন্দলাদা, বনবাসিদা, য়োনাবথদা (গ্রীক্কী লম) থারম্মী। নাতৈ চারুদুনা মসিমসু ওইবা য়াই মদুদি বুদ্ধিজম অসিনা ব্রাহ্মনিজমদগী রাজনিতিগী খুৎ য়াওদবা অমদি হেন্না নীংতমহনবা মরম্না মীনা পান্নবা মচাকওইদুনা ইন্দস খোঙবান, অম্পর গঙ্গাগী খোঙবানশিং অমসুং খা ভারত্তা শন্দোকপা ঙমখী। অসিগুম্বা লানঙম ফিরানসি বক্তিরয়াগী গ্রীকশিংনসু অনিশুবা চহীচাদা থেংখি অমসুং স্কিথিয়ানশিং অমসুং পার্থিয়ানশিংনা অহানবা চহীচাদা থেংখী। অচৌবা লানঙম্বা মেনান্দরনা বুদ্ধিস লম্বোইবা নাগসেনাগা শান্তিগী খোঙচৎ অমা মিলিন্দপন্দাদা চৎনবা শেম শাখী। কুসান দাইনেস্তি লিংখৎলম্বা স্কিথিয়ানশিংনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম লৌরবা মতুংদা খ্বাইদগী ধর্ম্ম অসি চাউখৎনবা তৌবা ওইরকখী। খ্বাইদগী হেন্না মমিং চৎখিবা শাগৈ অসিগী নিংথৌ কনিষ্ক বুদ্ধিস অমা ওইরক্তুনা অশোকানা পাঙথোক্লম্মবু শীংথাখী।

মতম অসিগী হরনগী কাউন্সিলদি তোঙানবা মওং অমা ওইখি । হৌরকফম কয়াদগী লৌবদা মসি খৃষ্টমতুং অহানবা চহীচাগী অরোইবা তংখায়দা কনিষ্কগী পাল্লিডৌঙে মনুংদা কাশ্মীরদা ফমখী । অশোকানা পাল্লিডৌঙেদা পাতলিপুত্রদা ফমখিবা কাউন্সিলগুম অখন্নবা বুদ্ধিস মোনাস্তরিগী শরুক অমত্তনা মীফমসিদা লাকখী, ওইবা য়াবদা অন্নাং নোংচূপ ইন্দিয়াগী সর্বসতিবদীন মরুওইনা তিল্লম্বা য়াই । কনিষ্ক মশানা হোৎনজবখক্তা নত্তনা থৌদোক অসিনা কাশ্মীরগী সর্বসতিবদীনগা ত্রিপিতকা (পাউতাক্কী থূমোক অহুম) লানখৎনবা খল্লম্বা য়াই, মসিদগী কম্যুনিতি অদুদা শেমদোক শেমজিন তৌগদবা অদু কূপ্না থন্ননবা পুখৎলমগনি । অদুম ওইনমক মীফম অদুনা শেমদোক শাদোকখিবশিংদু লংজিনশিংদা মান্নদবা মোৎ য়াম্না লৈমনবদগী পুথোকপা ওইথোক্লে ।

# যীশুসি খুনুংচঙবা যিহুদি অমরা ?

তশেংনা হায়রবদা যীশু অসি মাগী মতমদা ইন্দিয়াগী মহায়না বুদ্ধিজমগী ফিদমদা ময়োন চোংলগা হৌরকপা চপচাবা মুর্ত্তি অমনী হায়নবসি য়াম্না মরুওইবা অমনি । খ্বাইদগী কূপ্না য়েংশিল্লবা ফাউবদা হেন্না মশাগী খল্লবা হিনায়না লম্বোইবশিংগী ধর্ম্মদগী খৃষ্ট মমাঙগী অহুমগুবা চহীচাদা বুদ্ধিজম্বু অহোংবা পুরকখিদুনা মালেম্না পাম্নরবা ধর্ম্ম অমা ওইহল্লকখিবা বোদ্ধিসত্ব ফিদমগী মহাক্সি মীহুৎ অমা ওইনা চোংথোরকই । বোদ্ধিসত্ব মালেমদা হিংহনবসি থৱায় পূন্নমকপু তাইবঙগী অৱা অনাদগী অরান খুভম ফংনবা অচুম্বা লম্বীদা লমজিংনবা মহাকপু কম্মিসন তৌবদা চপচানা লেপ্পি ।

ফনা কন্না যীশুগী পাউতাকশিংগী হৌরকফম চমন্নহন্নবা হোৎনজরবসু, মদুগী মথক্তা বাইবলগী ৱাপাউ কন্না লাইব্রারী ওস্থোক্লবা লাক্লরবসূ ঐখোয়না পেসেজ চামগী মথক্তা মহাক্কী পাউতাক্সি অরিবা বুদ্ধিস নিয়মশিংদগী হৌরকপনি হায়বা তরং তরংনা উৎপা ঙম্মী ।

ৱাফমসি মথা চথদ্রিডৌঙেদা অহানবদা ঐখোয়না পুথোক্লি মদুদি যীশুবু তোয়না উৎলিবা মওং অদুগুম্না মহাকসি চৎনবীদা খুনুংচঙবা (ওর্থোদোক্স) কৈদৌঙেদসু ওইখিদে । শিবা, ইমুং, নুপী, অঙাং - মরীসি খুদম্নি, মরিসি অচুম্বনি, মদুদগী ঐখোয়না খুদম ওইনা পুথোক্লগা মতৌকরম্না যীশুগী পাউতাকশিং অরিবা ধর্ম্মগী পোৎথোক্লি হায়বদু লাল্লি হায়না ৱারেপ লৌবা

য়াবা মচাক কয়া উৎপা ঙম্মি । যিহুদিগী সংস্কৃতিগী অশেংবা শক্লোন্না যীশুবু লাই ওইহনদ্রে হায়নসু হায়বা য়াওই । মসি শিবা অমসুং ইমুংগী মতাংদা লেপ্পমক চুম্মী । থংনবা লুক্কী শ্লোক মরিদা যীশুনা মতৌ করন্না ফৃম্বগী নিয়ম অমসুং চৎনবীদগী নিংতম্বা অমসুং নুংশিববু হেন্না পাম্বগে হায়বদু উৎলি অমসুং মহাক্না অমদুদা হায় ইতুং ইল্লু । অদুম ওইনমক মহাক্না হায়, ইবুঙো অহানবদা ঐবু চৎহনবীয়ু অমসুং ঐগী ইপাবু হান্না ফুমজরুগে। যীশুনা মঙোন্দা হায়, অশিবশিংনা মথোয়গী অশিবা মশা ফুমজহৌরসনু, অদুবু নঙদি চৎলু অমসুং ইশ্বরগী নিংথৌ লৈবাক্কী মরমদা শন্দোক্লু ( লুক ৯:৫৯:৬০)। ইমুং মনুংগী মরীসু মরু ওইহনদে *"অমসুং অতোম্পা অমনসু হায় ইবুঙো, ঐ নতুং ইঙ্গগে অদুম ওইনমক ঐনা ঐগী ইমুং মনুংবু বিদায় তৌজরুখিগে, মখোয়দু হৌজিক ঐগী য়ুমদা লৈহৌরি । অমসুং যীশুনা মঙোন্দা হায়রম্মী নত্তে নিপা, লাঙ্গোলদা মখুৎ থল্লবা অদুগা হন্না তুংদা য়েংবা মহাক্তু ইশ্বর নিংথৌ লৈবাক্কী মতিক চাদবনি"* । (লুক ৯:৬১ - ৬২) । যিহুদি মোন্তেফিওরনা ইরম্মী ঃ যীশুগী পাউতাক অমসুং শাজৎনা ইমুং মনুংগী ব্রা হেক পল্লকপদা মদুশিংদুনা যিহুদিশিংগী থম্মোই শোকহল্লি । *"কনাগুম্বনা ইনাক্তা লাক্লবা অদুগা মমা মপাবু তুক্কচদ্রবদি অমসুং মতু মচাবু তুক্কচদ্রবদি অমসুং মচন মচেবু তুক্কচদ্রবদি মহাক ঐগী সেবক ওইবা মতিক চাদে (লুক ১৪ : ২৬)" মহাক্না ঐঙোন্দগী মমা মপানা হেন্না নুংশিরবদি ঐগী সেবক ওইবা মতিক চাদে অমসুং মহাক্না মচা নুপা নুপিনা ঐঙোন্দগী হেন্না নুংশিরবদি ঐগী সেবক ওইবা মতিক চাদে (মেথউ ১০:৩৭) "মহাক্না মীশিংগা ব্রারী শারিঙৈদা য়েংউ মহাক্কী মমা অমসুং মচীন মনাউনা মাগা ব্রারী শানিংবা য়াওদনা লেপ্লম্মী । অদুদগী অমনা মাঙোন্দা হায়, য়েংউ নংগী নমা অমসুং নচিন ননাউনা নঙোন্দা ব্রারীশানিংবা য়াউদনা লেপ্লি । তৌইগুম্বসুং ইবুঙোনা পাউখুল্লকই ঃ হায়ু ঐগী ইমা কনানো ? অমসুং ঐগী ইচিন ইনাউ কনানো ? অমসুং মহাক্না মাঙলোমদা সেবক শিংদা মখুৎ তিংথোক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, য়েংউ ঐগী ইমা অমসুং ঐগী ইচিন ইনাউশা "(মিথিউ ১২:৪৬-৪৯)* । যীশু অসিমক্না মাগী মমিংদা ইমুংগী ব্রা ফয়ামুক হায়খ্রবা তুংদা মাগী ইমুংতনা মাবু পুনশিন্নবা হোৎনবদগী মানা মশাগী ইমুংদগী নাম্থোকখী । মসি মেথিউনা হায়খিবনি, মহাক যিহুদিশিংগী পাউ শন্দোকপনি, মহাক্না যীশুগী পাউতাক্তগী ব্রাহৈপরেং অমথক পল্লম্মী মদুনা যিহুদিগী অরিবা চৎনবী মপূম ওইনা পুমথু থুগায়খি : *"ঐবু থারকপসি মীশিংনা মপাগী মায়োক্তা, মচানুপীনা মমাগী মায়োক্তা অমসুং মমৌনা মনেমগী মায়োক্তা লেপহন্নবনি "* অমসুং খঙলিংবগী আশাদা ফ্রিউডনা মখা তাখি . *"মীগী য়েক্লবদি মশাগী ইমুং মনুংনি"* (মেথিউ ১০:৩৫-৩৬) ।

ঙসিদি পাকশন্না থাজবদা শরুক য়ামিন্নরি মদুদি যীশুগী ইমুং মনুংগী মরীদা চৎলিবা শাজৎ অমসুং মহাক্না মখোয়দগী থৈদোকলিবসিনা মাগী মতমগী সংস্কৃতিদা হন্থোক্লম্বা য়াদ্রবা তোপ তোম্পা ব্রাখল্লোন অমা ওইহল্লে । অদুম ওইনমক পাউতাক্সি খক্তনা মীওইববু মপুং ফানা নাপন থাদোকহনবা অমসুং ব্রাখন অমদি থবক থুদিংদা পেঙ্খোকপা তমহনবদা চপচানা লমজিংবা নত্রা ? মীওইবনা অরান খুভম ফংনবা মশামকপু মরন্নাইগী অমসুং মতোমতগী ওইবা অপাম্বশিংদগী নিঙতমহনবা তাই অমদি নাপনগী ঙমখৈদগী লাম্থোকপা তাই। মীওইবনা মশামক তাইবঙগী মিথৌবা অমসুং অপাম্বশিং থাদোকপা ঙমদ্রিফাউবদি, পোকপা শিবগী চক্রন্দা উঙদুনা লৈগনি । যীশুনা অর্থ য়াউদবা কান্নদবা অমসুং শেরান্নবা যীউগী আইনশিংবু তোয়না থওইদদুনা হেক হেক থুগায়রম্মী । পোথাবা নুমিৎ ঙাকপবু থওইদবগী থৌওংনা অরোইবদদি মহাকপু উ কারন্দা পাংতিংনবা লম্বী ওইখি ।

# বুদ্ধ অমসুং যীশু চাংদম্নবা

বুদ্ধনা তাইবঙদা কুম্লক্লিংঙৈদা থবায় ওইনা স্বর্গদা ইশ্বরশিংগী মরক্তা লৈরম্মী । মালেমসিদা মহাক্না তাইবঙগী কান্নবগীদমক মশাগী অপাম্বনা কুম্লকখি। বাইবলগী খৃষ্টকুম্না মহাকসি অঙকপা মওংদা পোকখী । স্বর্গদূতনা মহাক্সি কনবীবা মপুনি হায়না লাউথোকখী অমসুং মাগী মমাদা লাইফাউখী : *"হরাউ-নুঙাইবা পুম্বা নথক্তা লাক্কনু মহারানি ময়া, হরাউজরো নুঙাইজরো মরমদি নহাক্না পোকদৌরিবা অঙাং অসি শেংথোইরবা অমা ওইগনি"* ।

বুদ্ধিস সিমিওন অমসু লৈ, অহল ওইরবা লম্মোইবা অশীতানা বুদ্ধ পোক্কদবদু লাইফাউ তৌখি, ব্রারী অদুগা অহল ওইরবা ইশ্বর কিবা খৃষ্টান সিমিওন্না মেসায়া পোক্কনি হায়না লাইফাউ তৌবগা মান্নে । ইশ্বরনা য়াথং তৌবীদুনা কিথুমপুবদুনা মহাক্কী শিরমদাই নক্রবা কান্দা নৌনা পোকপা অঙাং অদুগী মনাক্তা লাকখি, লৌখৎতুনা মপান্মোমদা পমখৎখি : "অঙাং অসি *চাংদম্লিঙাই লৈতবা ওইগনি মীশিংগী মরক্তগী পৃত্তোপ তোম্পা ওইগনি ... ... ইশ্বরদগী খ্বাইদগী হেনবা মঙাল অঙাংসিনা ফংজগনি, খ্বাইদগী শেংবা মঙালবু উজদুনা মহাক্না পাউতাক্কি চক্র উংদুনা লৈহনগনি, মীওইবা অয়াম্বগী য়াইফনবগীদমক মহাক্কী থম্মোইদা মীনুংশি পোক্কনি । মহাক্কী ধর্ম্ম অরাম্পফাউবা শন্দোক্কনি"* । সিমিওনসু অঙাংদু মপান্মোমদা লৌখৎখি অদুগা

হায়খি, ইবুঙো নহাক্কী ননাইনা হৌজিক পুক্নীং ঈংনা শিজবা ঙম্লগনি, নহাক্না যিহুদি নত্তবশিংবু মঙাল পীবিনবা অদুগা নংগী ইজরেল জাতিবু মিংচৎ পীবীনবা মীপুম্নগী মীৎযাংদা নহাক্না থৌরাংবীবা নহাক্কী অরান খুভম ঐগী ইমিৎসিনা উজরে । (লূক ২:২৯-৩২) । খ্রাইদগী মরৈয়েৎকনবা মায়চৌশিং ফাওবা থাজৈ মদুদি ব্রারী মতাংসি বুদ্ধিজমদগী চুমদ্রিং লৌথোকপনি ।

স্কুল তল্লিঙৈদা রাজকুমার অসিনা ধর্ম্ম লাইরিক পুন্নমক তমদ্রিঙৈদা হান্ননা খুল্লম্মী । মহাক্না অরাম্পদা খোঙচৎ অমা চৎলগা মাঙখিরম্মী অদুগা থিরকপদা কন্না ধ্যান তৌদুনা লৈরম্বা থেংনখি । যীশুসু চহি তরানিথোই শুবদা মাঙখিদুনা থিনরকপদা সাস্ত্রগী ওঝাশিংগা মরৈ য়েৎনদুনা লৈরম্বা থেংনখি, ব্রারী মান্নমনবনা তশেংনা লংথোকপা ঙমহন্দে ।

মশাগী চহী কুন্থ্রাশুবা মতমদা হায়বদি বাইবলগী খৃষ্টকী চহীগা খ ঃ না বুদ্ধনা মহাক্কী ধর্ম্মগী খোঙচৎ হৌরকখী । চরা হেল্লিঙৈদা অমসুং শ..ইমিং লৌবা মতমদা শয়তান্না থেমদোকপা হোৎনখি, মসি যীশুনা নুমিৎ নিফু.ন নুংথিল নুমিদাং চরা হেল্লরবা মতুংদা শয়তান্না থেম্বগী ব্রারীগা চপ মান্নে । চপমান্নবা থেমদোকপগী ব্রারীসি জোরোআস্তরগী মতাংদসু থোকই অদুনা অসিগুম্বা ব্রারীসিদি নোংপোক্নমদা মরাং কাইনা ফংই, অমুক মতৌ তমদুনা খৃষ্টানগী ব্রারীদা হাপচিনখিবা ওইগনি ।

যীশুনা তৌবগুম্না বুদ্ধসু মাগী সেবকশিংগা লোয়ননা করিমত্তা য়াউদনা নিয়ম, থাজবা অমসুং পাউতাকশিংনা পুল্লগা কোয়না চৎলি । বাইবলগী খৃষ্টকুম্না বুদ্ধসু মাগী মরুওইবা সেবক তরানিথোই লৈ । মহাক্কী অহানবা সেবক অনি পোকমিন্নবা মচীন মনাউনি, মসি যীশুগী অহানবা সেবক্কী মতাংদা চপ মান্নে । বুদ্ধগী অহানবা সেবক মহাক্না কৌবা মতমদা থৈবোঙ পাম্বী (বুদ্ধিজমগী খুদম) অমগী মখাদা ফমদুনা লৈরম্মী অমসুং যীশুগী মতাংদসু মহাক্কী অহানবশিংগী মরক্তগী অমা অহানবা উন্নবদা থৈবোং পাম্বী অমগী মখাদা ফল্লম্মী । বুদ্ধ অমসুং যীশু অনিমক্কী অচানবা সেবক অমমম য়াউই অদুগা বিশ্বাসঘাতক অমম য়াউই । বুদ্ধগী বিশ্বাসঘাতক দেবদত্তদি মাগী থৌরাংদু মায় পাক্খিদে অদুগা যুদাজদি শাথিবা পোলোইদা লোইশিনখি ।

যীশুনা তোরাহদা থাজবা খুনুংচঙবা ফরিশিংগী অরানবা কন্না পুখোক্নুনা ঙাংবগুম বুদ্ধনসু বেদ থাজবা খুনুংচঙবা ব্রাহ্মনশিংগী মপাম্থোংগী ওইবা

নিয়মশিং শেমগৎপবু অয়ানবনি হায়না কয়া চৈরম্মী । ব্রাহ্মনশিংগী শিনফম চাওখৎলকপদগী পুরোহিৎশিংনা নিয়মগী লাং অমা তিংখোক্লম্মী অমসুং মফম থুদিং অরানবা শন্দোক্লম্মী । মতৌ অসুম তৌনা যীশুনা ফরিসিশিংগী মরমদা হায়, "মখোয়না অরুম্বা পোৎলুম কয়া য়োম্মী অদুগা মীশিংগী মরেংবান্দা হাপই, অদুবু মখোয় মশানদি খুদোনবীনসু লেওহন্নিংদে তৌইগুমসুং মখোয়না মখোয়গী থবক পুন্নমক মীশিংনা উনননবা তৌই, মরমদি মখোয়গী ফন্দ্র অদু পাকহল্লি অদুগা ফিজোন চোলহল্লি । চপ মন্নবদা বুদ্ধনা ব্রাহ্মনশিংবু মশক তাকই, *"নখম্মোই মনুংদদি উমং লৈ অদুগা মপান্থোংদদি শীং নাল্লি"* । যীশুনা মখোয়না মচুল্লে থনবা ফরিশিংগী মায়থুম হাইদোকখি *"নখোয়সি অঙৌবা মোংফমগুম্বনি, মপান্থোংদা য়েংবদদি য়াম্না ফজে অদুবু মনুংদদি অশিবা মী, শরুপোলাং অমসুং শেংদবশীং পীক থম্না য়াউই" (মিথিউ ২৩:২৯)* বুদ্ধনা ব্রাহ্মনগী বলি তৌবা য়াৱমদে, যীশুনসু যীউশিংনা শা বলি তৌবা য়ারমদে । বুদ্ধনা পাপ কোক্লবা ইরুম্পবু য়ারমদে অদুতসু নত্তনা অশেং অমাং থায়ববু য়ারমদে, যীশুনসু চপমান্নবা অসুগুম্বা অরানবশিং য়ারমদে ।

# যীশুগী পাউতাক্তা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী ব্রাখল্লোন

বুদ্ধ অমসুং যীশুনা লমচৎ চুম্নবা তাকপিরম্বা পাউতাকশিংদা য়াম্না মান্নবসিং মীয়াম্না থস্করে । অনিমক্কা হাৎপা, হুরানবা, অরানবা ঙাংবা অমসুং নিয়মনাইদনা নুপী নুপাগী মরী থম্নবা থিংলম্মী । অনিমক্কা অহল্লম্মনবু ইকাইখুম্ননবা তাক্লম্মী । অনিমক্কা পুক্নীং শান্তিবু য়োকখৎলম্মী । অনিমক্কা ফত্তববু অফবনা হনহনবা পাম্লম্মী, অনিমক্কা য়েক্লববু নুংশিয়ু হায়না তম্বীরম্মী, অনিমক্কা কান্নদবদা লম্বুম পৈশিনগনু হায়রম্মী অমসুং বলি তৌবগী মহৎতা থৌজাল উৎনবা তম্বীরম্মী । মান্নবসিং য়াম্না য়াম্মী অমসুং অর্থ চপ মান্নবা পাউতাকশিং কয়া ফংই । বুদ্ধনা মশাবু 'মীগী মচা' হায়দুনা য়ীশুনা কৌবগুম কৌই । চপমান্নবা "প্রোফেৎ, মাস্তর অমসুং লোর্ড" কৌই । বুদ্ধগী তাইবঙগী মী অমসুং তোপতোম্পা মঙাল হায়বগুমদুনা খৃষ্টনা "তাইবঙগী মঙাল অমসুং অচুম্বগী মঙাল" হায়রম্মী ।

বুদ্ধনা মশাবু খণ্ডজরম্বা অমসুং মহাক্কী থৌদাং বাইবলগী খৃষ্টদগী তাবা নত্তে । বুদ্ধনা অসুম্না হায়খি ঃ "ঐনা ঈশ্বর অমসুং মাগী নিংথৌলৈবাকপু খণ্ডই লোয়ননা ব্রহ্মলোক (স্বর্গ)দা চংবা মহাকপু অমসুং মফমদুদা পোক্লবসু থংই । অদুতসু নত্তনা : "ঐবু থাজবা অমসুং নুংশিবা মহাক্তু শোয়দনা

স্বর্গলৈবাক ফংজে । ঐবু থাজবা মহাক্তু শোয়ন্দনা অরান খুভম ফংজগনি" মসি শীংথাম্বা য়াম্না খূটনা লম্বোইবা যোহন্না য়্বাশকপিথিবদুগী মায়্রে, *"ঐগী য়্বা তাজবা অমসুং ঐবু থারকপা মহাক্তুবু থাজবা মহাক্তুনা লোম্বা নাইদবা পুন্সি ফংজগনি" (যোহন ৫:২৪)* । অদুগুমসু নত্তনা *"ঐবু থাজবা মহাক্তুনা হিংবা ফংজগনি" (যোহন ১১:২৫)* । বুদ্ধনা মাগী সেবকশিংদা হায়খি, *"তাল্লনবা মনা পানবা মখোয়না তাজসনু"* । মাগোম্দগী অতকপশিং খোকখী, অনাবশিংনা লায়না কোক্রে, মীংতাংবনা উবা ফংজরে, মনা পঙবনা তাবা ফংজরে, খোঙতেকপনা চুপ্না লেপখৎচরে । মহাক্না গঙ্গানা ঈমাই চোনবা মতমদা যীশুনা পাং লানবগুম মখোঙনা লানখী । যীশুগী সেবক্না অতকপা পাঙখোকপসি বুদ্ধগী সেবকশিংনা পাঙখোকপগুম পাঙখোকই । খুদম ওইনা, লম্বোইবা পিতরনা ঈশিংমথক্তা খোঙ্না চৎখী, মদু বুদ্ধগী সেবক অমনা হান্না তৌখী । চপমান্নবা পিতরনা থাজবা য়াৎলকপদা ঈশিংদা লুপথরকখিবগুম, বুদ্ধগী সেবকসু মহাক্না বুদ্ধবু কন্না নিংশিংবা থাদোক্লুবদা লুপথরকখী। লম্বোইবা পিতরবু মবুঙোনা কনবীবগুম বুদ্ধগী সেবকসু মহাক্কী মবুঙোবু অমুক থাজনা কন্না থান্নকপদা অমুক হুন্না তাউখী । হায়রিবা থৌদোক্সিংগী বারী নিউ তেস্তমেন্টতা হাপচিল্লকপদা কন্না থাজবনা ঈশিংদা খোঙ্না চৎপা ওম্বগী বাখল্লোনসি যীউশিংদা পূম্নৌ লৌনা খোক্লবসু ইন্দিয়াদদি লীরবা মীয়ামতিংনা শন্দোক্লবা বাখল্লোন্নী।

বুদ্ধ অমসুং যীশুনা মীয়াম্বু চিংশিন্নবা মিরেকল তৌখিদে । যোগী অমনা চহী কুনমঙা চুপনা কন্না লাই নীংলুরগা মহাক্না তুরেল ঈসিংদা মখোঙফাওবা চোংতনা লানবা ওম্বগী পাঙ্গল ফংলম্মী । বুদ্ধনা যোগীদা হায় "অসুম্না নম্না নংগী মতম য়াম্না করিসু নত্তবা অমগীদমক মাঙহল্লে । নম্না হি তোংদুনা লানবা তারবদি হিহোনবদা পৈশা অমদগী হেন্না পীনিঙাই লৈতে । মতুং তারকপদদি অদুম ওইনমক বুদ্ধিজমদা খৃষ্টান চর্চ অমসুং ইস্লামদা তৌবগুম মিরেকল অসিনা খ্রাইদগী মরু ওইবা শক্তম লৌরকখী । ধর্ম্ম খুদিংমক্কী মীয়াম্না মেজিক, মিরেকল অমসুং মপাম্বোংগী উৎপনা থবায়গী নিয়মদগী হেন্না থাজনরম্মী । মখোয়না তৌবা ওমদবা কণ্ডিম্বা থরমখোয়গীদমক তৌহনবা পাম্বগী য়াথন কাওনরম্মী ।

মতাং অসিদা ঐনা ইন্দিয়াগী ধর্ম্মলাইব্রিক অমসুং নিউ তেস্তামেন্ট অনি মান্নবা খ্রাইদগী ওকপা বারী অমা পুখোক্লীরই মদু "লুম্বাবীগী শেন অচোইবা" গী মতাংনি । বুদ্ধীসকী বারীদা, ইনাক খুনবশিংনা ধর্মগী উৎসব অমদা মমল য়াম্বা খুদোনপোৎ কয়া কৎলম্মী । অদুম ওইনমক লাইরবী লুম্বাবী অমদি শেন অচোইবা শেনয়েক অনিদগী হেন্না লৈজরমদে । মসিথক মহাক্কী ফংজরকপনি অমসুং মদু মহাক্না হরাউনা

কৎচন্নম্মী । পুরোহিংনা মহাকী পুন্সেল চাউবা অদুবু শকখণ্ডবীরম্মী অমসুং অতৌনা কৎপশিং শীংখানদনা মহাকপু থাগৎপিরম্মী । মসিনা লম্বোইবা মার্ককী বাগাউদা য়াউবগী চপ মান্নবা ৱারীনি । *"অমসুং ইবুঙ্গোনা লনথৈগা মায়োক্তনা ফমদুনা মীয়াম্না লনথৈদা কন্নম্না শেল হঞ্জিনবগে য়েংলম্মী অমসুং লাইরবী লুখ্রাবী অমা লাকুনা শেমখায় অনি মদুদি পৈশা অমগ্রোম হঞ্জিল্লে । মদুদা ইবুঙ্গোনা থাগে লেংনা হায়রিবনি, লনথৈদা হঞ্জিনবশিং পুম্নমক্তগী লাইরবী লুখ্রাবী অসিনা হেন্না হঞ্জিল্লে . মরমদি মখোয় পুম্নমক্না মখোয়গী লেমখোক পাখোকপদগী হঞ্জিল্লে, তৌইত্তমসুং নুপী অসিনা মাগী লৈজদবদা লৈজবা পুম্নমক, হায়বদি মাগী হিংননবা পুম্নমক হঞ্জিল্লে" (মার্ক ১২:৪১-১৪)* ।

বাখল্লোনগী মুক্ষম ওইবা ৱারীশিং অসিগী মখক্তা মখা তানা মঙাল পীবা অকুম্পা ৱারোল খর থমজগে : ৱারী অনিমক্তা নুপী অমগী মতাংদা লীবনি, ৱারীগী নুপী অনিমক লায়রে, অনিমক নীংলশঙদা পৈশা কৎলি, অনিমক্না ইনাকখুনবশিংগা পুন্না কৎথিল্লে, অনিমক মখোয়না লৈজবা পুম্বা কৎলি, অনীমক্না, শেনল্লেক কৎলি, অনিমক মীৎয়েং অমদা থাগৎলি, অনিমকনা কৎপদু ইনাকখুনশিংনা কৎপদগী য়াম্মী হায়দুনা থাগৎলি । মতাং অসিদসু ৱারেপ তাবা য়াই মদুদি বাইবলগী ৱারীশিংনা হান্না লৈরম্বা বুদ্ধিসকী ৱারীদা ঙাদুনা চৎপসি কক্তিঙাই লৈতে ।

বুদ্ধিজম অমসুং খৃষ্টানিতি অনিদা মান্নবসি লিংখৎলম্বা মখোয়না শিগ্নবা মতুংদা ফাউবা চৎথখি । তৌবা ঙম্বা অমসুং লাইৱারীশিং খেৎচিন্দুনা মখোয়গী শক্তম ফজখোকহল্লি । বুদ্ধ অমসুং যীশু অনিমক কুইথদনা চাউখৎহনখি অমসুং অতোম্পা লাইশিংগী মখক্তা থাজৎলি । ঙমখৈ লৈতনা মিরেকলশিংদা ঙাওনখী । ধর্ম্ম অনিগী ৱারীদা হৌরকপা মতমদা নিরম্বিনা শেমগৎপা নীংলশঙ লৈরমদে, কাংলুপকী পুন্না উন্নফমখক্তি লৈরম্মী । ইকুই কুইদনা স্থাভিরা অমসুং মহাসমঘিতা মরক্তা হায়বদি অরিবা চৎনবী কম্না ঙাকপা কাংলুপ অমসুং অহোংবা পাম্বা কাংলুপ অনিগী মরক্তা বুদ্ধিসকী অচৌবা মীফমশিংদা ধর্ম্মনিতিগী য়েৎনবা হৌরম্মী । মসিগা মান্নবদি অরিবা চৎনবী ঙাকপা যিহুদি খৃষ্টানশিংগা, অহোংবা পাম্বা অরিবদা নপশিন্দবা খৃষ্টানশিংগা অনিগী কারক্তা মুক্নরকপসিগা মান্নে । ধর্ম্ম অনিমক্তা তুংইনবশিংগী কাউন্সিল কৌখি, অমনা য়েরুজালেমদনি অমনা রাজগৃহদনি । খুনুং চঙবা বুদ্ধিসশিংনা মখোয়না মচুল্লে হায়দুনা পাতলিপুত্রগী (২৪১ খৃষ্ট মমাঙ) কাউন্সিলদা গ্রেংখি, চাউরাক্না বুদ্ধ শিগ্নবা মতুং চহি ২৫০ রোম গুরকপদনি, অসুম্না মসিগা চপ মান্নবা খুনুংচঙবা খৃষ্টানশিংনা নিকাকা (খৃষ্ট মতুং চহি ৩২৫) কাউন্সিলদা মখোয়না মচুল্লে হায়না য়েংখি, মসি চাউরাক্না যীশু উথিল্লবা মতুং চহি চহল্লোমগী মতুংদনি ।



The books in the library of the monastery consist of loose leaves, bound together with coloured silk and protected by wooden covers



Above : The excavations at Haran, 12km north of Srinagar.

Opposite : The Tomb of Moses, and the keeper or Wali Rishi whose features are typically Jewish

Below : The plain by the town Bandipur (Behat-poor) where tye valley opens towards the marshy Wular lake.







Above the 'Bathing-Place of Moses' in Bijbihara (46 km south of Srinagar), with a stone lion that is c 5000 years old

Below the so-called 'Stone of Moses' or Ka-Ka-Bal on which Moses is said to have demonstrated his magical skills

## চেপ্তর অহুমশুবা

# নোংচুপ্তা নোংপোক্লমগী লৌশিং

### মহৈ হৈবা মীগী থৱানমিচাক

মেথিউনা লেংবা অকবা ৱাপাউগী অনিশুবা পন্দুপ্তা অসুমনা ইরি : *"হৌজিক হেরোড নিংথৌনা যুদিয়াদা পানবা মতমদা বেথলেহেমদা যীশু পোকখ্রে, য়েংউ নোংপোক্লোমদগী অশিংবা মীশিং য়েরুজালেমদা লাক্লম্মী, মখোয়না হংলম্মী যিহুদিশিংগী নিংথৌনা পোকখিবদু কদাইদনো ? মরমদি ঐখোয়না নোংপোক্লমদা থৱানমিচাক উরে অমসুং অদুনা ঐখোয়না মহাকপু খুরুম্ব লাক্লি"* (মিথিউ ২:১-২)।

করিগুম্বা ময়ামগা মান্নদবা পাঞ্জিগী থৌদোক থর শেংনা অহিংদুদা থোকখিবা তারবদি ধর্ম্মগা মরী লৈনগদবা শিংনসু ইশিন্দুনা থন্নমফম থোকই। মখা তাথনা, গ্রহশিংগী মরক্তা তোঙানবা থৱানমিচাক অমা উবা থোক্লবদি ঙসিসু কম্পুতরনা ইরায় লায়না হোৎপা ঙমগনি । জোহানেস কেপ্লরনা হিরমসিদা নৈনবা হৌখি অমসুং পুথোকখি মদুদি বেথলেহেমগী থৱানমিচাক অসি নোভা (অনৌবা থৱানমিচাক) অমা ওইগনি, মদু থোক্লকপগী মরমসি জুপিতর অমসুং সেতর্ন অনিনা পুন্না অমত্তা ওইনা খৃষ্ট মমাং চহি ৭তা পরিং অমদা লৈদুনা থোকখি । নোভাগী থিওরি অসি মতুংদা এস্ত্রোনোমরশিংনা য়াখিদে । থৱানমিচাক মপা পুনবগী নোভা থোকপগী মতাং কেপ্লরনা পুথোকরকপসি মীওই কয়ানদি বেথলেহেমগী থৱানমিচাক্লি হায়বা য়ারম্মী । খৃষ্ট মমাঙ চহি ৭ কী মনুংদা সেতর্ন অমসুং জুপিতর মপা পুল্লগা পিসেস (মিন রাশি) মনাক নক্না থোকপা মতম অহুম্লক লৈখী । পিসেস, ঙা অসি খৃষ্টগী খুদম ওইরম্মী অমসুং নৌরিঙৈগী খৃষ্টানিতিদা অরোনবা খুদম অমনি হায়না থক্করম্মী। পাঞ্জিগী অক্কদা থৱানমিচাক অনিসি মপা পুনবসি চহি ৭৯৪ খুদিংগী অমুকমুক থোকই অমসুং ওবজার্বর পুন্নমক্না গ্রহ অনিসি পুনবা মতমসি থৱায় য়ান্না য়াওনা য়েংনৈ । অনিনা নুমিদাং মতমদা অতিয়াদা পুন্না থোক্লকপদা য়ান্না লংবা থৱানমিচাক অমা ওইনা উই । ইং ১৯২৫দা নোংপোক্লম নৈনবা পোল স্কনাবেলনা পার্সিয়াগী অরিবা লোন্দা ইবা স্লেট অমা পাবদা থোকখী, মসি চহি ২০০০ শুরবনি, মহাক্না মসি ইউফ্রেটস তুরেল মপান্দা লৈবা সিপ্পার হায়বা লম অদুগী ওবজার্বেতরি অদুদগী ফংবনি । মৈ ইকপা লৈবাকী স্লেট অদুদা খৃষ্ট মমাং চহি ৭কী পাঞ্জিগী থৌদোক অদুগী মরমদা কৃপ্না য়াউরম্মী, মদুদা ইরম্মী জুপিতব অমসুং সেতর্ন গ্রহনা মপা পুনখি অদুগা পিসেসনা মনাক নক্না থোকখী।

খুষ্ট মমাঙ চহি ৮ দা জুপিতর অমসুং সেতর্ন মুৎশি মুৎশিনা নোংচূপকী অতিয়াদা উখী । থব্রানমিচাক অনিগী কারক্তা দিগ্রি ১৬ লাপ্লে, জুপিতরগা লোয়ননা একরিয়াস, সেতর্ন অমসুং পিসেস মনাক নক্লা উখী ।খুষ্টমমাং চহি ৭কী ফেব্রুৱারিদা গ্রহ অনিমক মাঙখী অমসুং নুমিৎ মঙান্না মরম ওইদুনা চয়োল কয়া উবা ফংদনা লৈখী । নোংপোক্কী পাঞ্জিশিংনা হোৎপদা তাঙ্গা থোকপা থৌদোক ওইনা জুপিতর ইহান হান্না উগদবসি নোং ঙান্ফুং ঙান্ফুং তৌরকপা মতম (হেলিকেল রাইজিং) সেলেউকিদন ইরাগী চহি ৩০৪ দা ১৩শুবা অদরুদা তাই, ঐখোয়রোমদা পাবদা খুষ্ট মমাং চহি ৭ মার্চ তাং ১৬ তা তাই । মখোয়না মালেমদগী য়েংবদা জুপিতরনা সেতর্নগী মনাক নক্লা অসুম চঙশিনবা উখী, অদরু থাগী মমৈদা গ্রহ অনির্সি মপা অমত্তদা পূনখী (মেগী ১৯ খুষ্ট মমাঙ চহি ৭) । জুপিতর অমসুং সেতর্ন অনিপূনবদু মরক্তা দিগ্রি অমা লাপ্নখী অদুগা পিসেসতগীনা দিগ্রি ২১ লাপ্নখী । চপমান্নবা অজিমুথ অদু অমুকহন্না চহি অদুমক্তা অনিরক থোকখী, অমুক্লা ওক্তোবর অহুমদা অমসুং অমুক্লা দিসেম্বর ৫দা থোকখি গ্রহ অনিমক্কু নুংথিন মতমদগী মথংগী অয়ুক ফাউ উখী অমসুং অহিং নোংয়াইদা কোক্তোন্দা চপ চানা লংনা উখী । নুমিৎনা নোংচূপ্তা তাপ্লবা মতমদা গ্রহ অনিদুনা নোংপোক্রোমদগী থোরকই, অমসুং নোংপোক্রোমদা গ্রহশিংনা উথিদ্রবা মতমদা নোংপোক্তা অমুক নুমিৎ থোরকই । চহী হৌবকপা মতমদা নোংঙাল্লকপা মতমদা উই অদুগা চহীগী অরোইবদা নুমিৎ তারকপা উরগা নোংচূপ্লোমদা লূপথখী । চহী চুপ্না জুপিতর অমসুং সেতর্ন উবা ফংই অমসুং অমগা অমগা দিগ্রি অহুম হেন্না লাপ্পনা লৈদুনা পুন্না থোকমিন্নদে । গ্রহ অনিগী মনাক্তা পিসেস থোকপসি অতোম্পা চহী চানিপাল অমদি উবা ফংলোয।

মেথিউগী ৱাপাউদা থব্রানমিচাক্কু অহুম্লক উই । মহৈ হৈবা মীশিংনা হায়খি, "ঐখোযনা মহাক্কী থব্রানমিচাক নোংপোক্রমদা উখী ।" গ্রীক লোন্দা অনাতোল হাযবা ৱাহৈসি পনবা থেংনৈ । লোননৈনবশিংনা হায়বদা অনাতোল হায়রিবা ৱাহৈসি একবচন ওইনা শীজিন্নরবদি পাঞ্জিগী ওইবা ৱাহৈনি । মসিনা খঙহনবদি থব্রানমিচাক্কী হেলিকেল রাইজিংবুনি অর্থদি নুমিৎ থোক্লমদাইদা অকক্লবা মতম অমদা নোংপোক্তা উবা হায়বনি, বহুবচন ওইনা শীজিন্নরগনা চপমান্নবা ৱাহৈসি জিওগ্রাফিগী ৱাহৈনি অমসুং নোংপোক মায়কৈবু খঙহল্লি । মহৈ হৈবা মীসিংদুনা অতিয়াগী খুদম য়েংদুনা নোংপোক্রোমদগী নোংচূপ ওন্দুনা লাকখি হায়বসি ময়েক শেংলে ।

অনিশুবা ওইনা পাল্লিগী যৌদোক অদুবু লম্বোইবা মেথিউনা য়াপাউদা পনবদা গ্রীক লোনগী মরুওইবা অর্থ অমা পুহল্লি : *"অদুদগী হেরোদনা অশিংবা মীশিংদুবু লোন্না কৌরম্মী অদুগা কুপথনা থরানমিচাক অদু করম্বা মতমদা চপচানা খোকপগে হংলম্মী (মেথিউ ২:৭)* । খোকপা হায়বা য়াহৈসি পাল্লিগী য়াহৈদা পুখোক্লবদি কাখৎলক্লিবা থরানমিচাক অমগী অহানবা উবা মতম্ খঙহল্লি । পাকশন্না থাজনবদনা মী অমা পোকপগী পুংফমদা খোকপা থরানমিচাকপুনি হায়বসিনি । হেরোদকী য়াহংনা খঙহনবা য়াবদি পোকপদু মতম খর হৌখ্রবগী মমাঙদনি হায়বনি । বাবিলোন্নিয়ান কেলেণ্ডরগী মতুং ইন্না সেলেউকিদন ইরাগী চহি ৩০৪গী থাগী অরোইবা মতমদা জুপিতর কাখৎলকপা উখী । চহি ৩০৫ (খৃষ্ট মমাঙ চহি ৬) নিশান থা, বসন্ত ঋতু চল্লকপা মতমদা যিহুদিগী নিউ ইয়ার তাই । মহৈ হৈবশিংদুনা যেরুজালেমদা থুংলবা মতমদু জুপিতরনা সেতর্নগা মপা পুনবা মতমদগী অনিশুবা চহীদা ওইরম্বা য়াই অমসুং খৃষ্ট মমাঙগী চহি ৭তা যীশু পোক্লম্বা য়াবা মরম্না মতমদুদা অঙাং অদু চহি অনি শুরম্লগনি । বাইবলগী য়ারীদা অকক্লবা মফমশিংদা চহী অনিফাউবগী অঙাংমখে হেরোদনা হাৎখিবা অসি মরমসিগী ওইফম খোকই ।

ওক্লবা নোংপোক্কী লম্বোইবশিং (মতাং অসিদা গ্রীক য়াহৈ অনাতোল হায়বসি বহুবচন ওইনা লৌরে ) অসিনা করি মরম লৈবদগী থা কয়া নত্রগা চহিফাউবা চন্না অমদি য়ান্না পৈশা চন্না খোঙচৎসিদা লাক্লম্বনো ? মখোয় তশেংনা কদায়দগী লাকপনো অমসুং তোপ তোম্পা অপিকপা নুপামচা অমগীদমক অসূক কন্না থিরিবনো ? ধর্ম্মগী য়ারীখক্তনদি মহৈ হৈবা মী অহুমসিগী মশক তাক্লবা পাউথুম পীবা ঙম্লরোই ।

## মহৈ হৈবা মী অহুমদু কনানো ?

গ্রীক লোনগী লাইরিক্তা মহৈ হৈবা মীবু মগোই কৌই, পার্সিয়াগী জোরোস্ত্র পুরোহিৎপু মগুস হায়না খঙনৈ, মদুদগী লৌরগা মগিক নত্রগা মগি হায়বা য়াহৈসি ওইবনি । বাইবলদা মসিগী য়ারীসি ইহান হান্না তরুকশুবা চহীচাদা আর্লেসকী নিংথৌ কেসারিয়সনা পাল্লিঙৈদা পুখোকখিবনি । মাপনশুবা চহীচাদা মহৈ হৈবা মীসিংগী মমিং কেসপার, মেলকোয়র অমসুং বলথসার কৌই হায়না পনখী । ওল্লিঙৈগী য়ারীনা মগি কয়া লাকখিবগে হায়বগী চপ চাবা মশীং পন্দে । হৌরকপদগী হৌনা মখোয়গী মশিঙ অহুল্লি হায়না পী,

থুদোনপোৎ অহুম পীরম্বদগী লৌরগা হায়বা মাল্লি । মখোয়শিংদু মেজিক্কী মহৈ য়াম্না খঙবা, পাঞ্জিগী মহৈদসু থোইদোক্লা খঙবা অদুগা শোয়দনমক লাইরদবা মী ঙাক্তনি ।

Uবানমিচাক অমা নপশিনবগুম্না লেঙদনা লৌনা পোকপা অঙাং লৈবা মপাদা থোকখী হায়রিবদুদি লাইব্রারী হায়বদুনি । হেন্না চুমগদবদি অঙাং অদুনা মসাগী চহী অনিরোম গুরকপা মতমদা ইশ্বরগী মগুন চেনবা অঙাংদুবু য়াজবা কাঙুপ্পা ঙাক্তুনা লৈরম্বা নোংপোক্লমগী মীশিংনা থেংনরম্মী হায়রগনি । য়াজবা মীশিং অদু হেরোদনা তশেংনা য়ারমদে, মরমদি মগি অহুন্না থিরিবদু করিগীনো হায়বা মরম খঙ্গক্রবদা নিংথৌ অদু য়াম্না নীংবা কায়রম্মী অমসুং "যেরুজালেম অপূম্বা মাগা লোয়নরম্মী" । নজারেন নত্রগা ইসেন্স হায়না খঙবা কুমরানগী অবোনবা লাইনিঙকাংলূপ অদুগী কনবীবা অমা ওইনা অঙাং অদু লাকপা জাৎলা অদুগা নত্তবা জাৎলা হায়বদুগীমতুংদা লায়রিক অসিদা নৈনরক্কনি । ঙসিদি ব্রাফমসি খঙ্গক্লে মদুদি দেডসি মপান্দা লৈবা কুমরান মোনাস্তরি অসি হেরোদ দি গ্রিটনা পানবা মতমদা চহী তরা মুৎলুরে মরমদি অরোনবা লাইনিঙ কাংলূপ অদু হায়রিবা চহীশিংসিদা অথিংবা থল্লুরে। অদুগুম্বা মরমশিংদুনা নিংথৌ শাউনবা মরম ওইবগা অঙাং ময়াম হাৎনবা ব্রারেপ লৌবা ওইরম্বা য়াই ।

নজাবেনশিংগী এপোক্রাইফেল ব্রাপাউদা মথাগী অসুম্না ইরি ঃ "যোসেফনা মমায লৈথোক্তুনা য়েংলকপা মতমদা মহাক্কা লোয়ননা লম্লানবা কয়া উরম্মী অমসুং মখোয় গুরুংলোমদা লাক্লম্মী, অমসুং মহাক্লা হায়খি ঃ ঐনা মখোয়গা উন্নবা হৌগৎলগা চৎলম্মী । যোসেফনা মপান্দা থোরক্লবা মতমদা মহাক্লা সিমোন্দা হায়রকই, 'মীশিং অদু লাইফাউ তৌবা হৈবা মী মাল্লম্মী মরমদি য়েংউ, মখোয়না মতম পূম্বদা সর্গদা য়েংখৎতুনা লৈরম্মী অমসুং মখোয় মশেন ঙাংনদুনা লৈরম্মী । মখোয় য়েংবদা মীরৈবাক মচা মাল্লম্মী মরমদি মখোয়গী মশক ঐখোয়দগী তোঙাল্লম্মী, মখোয়না শেৎপা ফিরোল য়াম্না ইনাকখুনবগী মওং ওইরম্মী অমসুং কুচু মুরম্মী, অমসুং মখোয়গী মকোক্তা তুপি উপ্লম্মী অমসুং মখোঙশিংদু ফিনা য়োল্লম্মী । য়েংউ মখোয় চঙশিল্লক্লমদে অদুগা ঐঙোন্দা য়েংলগা লেপ্তুনা লৈরম্মী, হৌজিক মখোয় অমুক চৎখৎলদুনা ইনাক্তা লাক্লে" ।

থিংখ্রবা লাইনিঙলূপকী মেম্বরশিংনা ইজরেলগী ইমুংদগী মাঙখ্রবা উপজাতিশিং ইন্দিয়াদা লৈখিবশিংগা থৃৎশন্নখিরম্বা জাৎলা ? মগিশিং ইন্দিয়াদগী

চুমদ্রীং লাকখি হায়বগীদি থিজিনবদা ফংবা ব্রারীনা প্রমান তৌবা ঙমদে । অদুমওইনমক ওক্লিঙাই ওইবা নোংপোক্কী মহৈ হৈবী মী অহুমগী ব্রারীনা ঙসিফাউবদা ফংলিবা তিবেতকী অব্রাংবা বুদ্ধিস লাইনিঙনকোকশিং মথোয়না দলাই লামাবু অপিকপা অঙাং ওইনা থিরগা পুথোকপগী ব্রারী লহসাদা ইশ্বরনিংথৌগী দরবারদা চহী তরেৎ লৈরম্লবা ওস্ত্রিয়ান হৈনরিক হরেব্রাগী লাইরিক্তা অমসুং দলাই লামা মশানা ইবা লাইরিক্লা ফোঙদোক্লি । ঙক্লা নুংঙাইরবা ব্রারী ওইনা খৃষ্টান অমসুং নোপোক্লমগী চহনবীশিংগী মরক্তা চাংদম্নদুনা ফজরবা মতাং কয়া হৌজিক খরদং কৃপ্পা পঞ্জরক্কে ।

# মথংগী মপোক করম্না খঙবগে

তরাহুমদোইগুবা দলাই লামানা মহাক্লা শিরমদাইদা ইং ১৯৩৩দা মহাক্লা মথংগী মপোক পোক্কদবা মফম অমসুং মতমগী মতাংদা লংজিন খর পীরম্মী । মহাক্কী অশিবা হকচাং অদু পোতালা পেলেসতা থম্লম্মী । তোইগুম্বসুং নোংমগী অয়ুক্তদি মমায় মমাংলোমদা ওন্দুনা লৈরম্বা থেংনরম্মী । অসিবা মশানা লৈরিবা মফম অদুদগী অব্রাং নোংচুপ মায়কৈদা উগী ফম্বাক অমদা থব্রানমিচাক মান্না কোকফায় কাশিনবা অঙকপা মওংদা লৈরম্বা থেংনরম্মী । লংজিন অসি কংলবা তুংদা লামা মকোকশিংনা মেজিক্কী মৌ অমা পাঙথোক্লদুনা লাই তোংবা লম্নোইবা অমদা লাইবাউ হংলম্মী (গ্রীক্কী অরিবা লাইশঙশিংদা তৌবগা মান্নে) । লম্নোইবা অদুনা শাংলবা অথোয়বা লয়ি অমা নুংশিংতা নোংপোক মায়কৈ তম্না টিংলম্মী, মতম্দুদা খ্বাইগা মান্নদবা মওংদা লহসাগী অব্রাংদা লৈচিন থাগৎলক্কম্মী । মসিগী মতুং চহী অনিফাউবদি লামা মেজিসিয়ানশিংনা মখা লংজিন ফংলমদে । মমৈদা দলাই লামাগী মথংখনবনা মাইল মরিফুতরা লাপ্পা লৈবা চো খোর গ্যাল মনাক্তা লৈবা লহামোই লাতসো পাৎতা তীর্থযাত্রা তৌনবা ইশ্বরদগী থৌশিল ফংলম্মী । তিবেতানশিংগী থাজনবীদা চীংগী পাৎ অসিগী অরূবা ঈশিংদা তুংদা থোক্কদবা উবা নিংশেল লৈ হায়নৈ। নুমিৎ কয়া লাইশোল তৌরবা তুংদা মথংখনবনা য়ুমথক সনামচুনা তৈবা মথোল অহনগী মোনাস্তরি অমা উরম্মী, নাকন্দানা অপিকপা চীনাগী অশংবা তাইয়লনা কৃপ্পা নিংখিজনা লৈতেংলবা য়ুমথক লৈবা য়ুমদোমপোক অমা লৈরম্মী । মখা তারকপদা তিবেবত লোনগী ময়েক অহুম অহল, ক অমসুং ম উরম্মী । উখিবা পূম্বা নিংথিনা চেদা য়েকথোক্লম্মী অমসুং য়াম্না লোম্না

থমজিল্লম্মী। য়ৌনা থাজবা ফংলদুনা অমসুং থৌজালগা লোয়ননা ইশ্বরনা তাকপিরকপদু পুদুনা মথংখনবনা মহাক্কী কোনুং - লহসাদা হল্লকখি, অদুগা থিননবা থৌরাং পুন্নমক লাওলম্মী । অহানবদা থ্বাইদগী মরু ওইনা পাঙ্গিগী লাইফাও তৌহল্লি, লাইফাওসি য়াওদনা মরুওইবা থোংথাং অমত্তা থাংজিন্দে। ইং ১৯২৭ তা স্বর্গ লৈবাক্কী পাউজেল মতুং ইন্না লহসাদগী (মরমদি মসি তোপতোম্পা ইশ্বরগী থবক ওইরম্মী), অন্নাংবা থাক্কী শক্লাইরবা থক্তদা থবক্সি শিন্নে । কাংলূপ খুদিংনা মনাইশিং অমসুং মমল য়াম্লবা খুদোন পোৎশিং, পোৎশিংদুগী মরক্তা শিথ্রবা লামানা শিজিন্নরম্বশিংসু য়াউনা পুরম্মী । খুদোনপোৎশিংদু দলাই লামাবু ইরাৎনবা অমদি নৌনা পোক্লক্লিবদুবু মশক ওখ্রবা চাংয়েং কয়া চখনবনি । ম্রাখল্লোনগী মতুং ইন্নদি শিথ্রবদু মাগী হান্নগী ময়ুমদগী কিলোমিতর লীশিংসু লাপ্না পোক্লুবা য়াই অমসুং তরামরিশুবা দলাই লামাগী মতাংদদি চীনাগী সাসন মখাদা লৈবা দোখামগী অমদো জিলা, সেন্ট্রল তিবেবতগী ওমখৈ ম্রাংমদা লৈবা মফমদা থিবগী থবক্সি চথখী । মফমদু মোনাস্তবি মশীং খওদনা লৈ মরমদি মফমদুদা লামাইজম্বু নৌনা শেমদোক শাদোকপিরম্বা সোং কাপা হান্না পোকপিখ্রে । খোওচত্তুদা অঙাং কয়া থেংনখি অদুবু মখোযদু ওইফমথোকপা মওংশিং ফংলমদে, অরোইবদা নিংথমথা মতমদা কাংলূপ অদুনা তাক্তসেব মনাক্তা খুঙ্গং অমগী মথোল অহুম সাবা মোনাস্তবি অমদা থুংলম্মী । মমিংনা কমভুম মোনাস্তরি কৌই, য়ুমথক অদু সনা মচু তৈ, মদুগী নাকন্দা শুক্মৎনা ফজরবা অশংবা অমসুং হকখোৎপা য়ুমথক লৈবা য়ুমদোমপোক অমা থেংনখী । মসিমদি মথংখনবনা উখিবা মফমদুমক্তা চানবে।

ম্রাংথোইববা অমসুং অচৌবা থবক পুবা লামা অনিনা মীনাই ওইনা শক্লোৎলদুনা নহা ওইবিবা লম্বোইবা অমবুনা কাংলূপ অদুগী মপু ওইহল্লম্মী। শক্লোৎপগী মরমদি লাক্লিবদুগী মরম লোৎশিন্নবনি, অসুম তৌবনা কান্নদবদা চরাংনবা থোক্তনবা, কাংবু অদুনা ঈংনা মফমদুবু থিজিন্নবনি । লম্বোইবা অদুনা লোকেল মোনাস্তরি অদুগী ফম্নাইবা অনিগা য়ুমদুদা চম্লম্মী । অন্নাওবা পাদ্রি অনি (অমদি লহসাগী সেরা মোনাস্তরিগী লামা কিউতশাং রিম্পোক ওইরম্মী), অদুনা মীনাই ওইনা চাকশওদা চম্লম্মী । লম্বোইবদুনা লৈনবা কাদা চম্লম্মী । ইমুংদুগী অঙাংশিংদু চাকশওদুদা শান্নদুনা লৈরম্মী অমসুং থুনা শক্লোৎপা লামা রিম্পোক্তা চাকশওদা হেক ফমথবগা পিক্লিবা চহী অনিগী নুপামচা অমা চেনশিল্লক্লম্মী অদুগা লামাগী মতম্বাক্তা ঙেক ফমথরম্মী । থৌজালফংবা লম্বোইবদুগী ওকশমদা শিথ্রবা দলাই লামাগী জপমালা শিরম্মী অমসুং নুপামচাদুনা মদু থওবা মাল্লম্মী অদুগা পায়ুদনা লৌনিংবগী মওংদা

চিংলম্মী । লামানা অঙাংদুদা লাক্লিবা মহাক কনানো হায়বা ঙল্লবদি লিক্লু পীগনি হায়না ব্রাশক্লম্মী মদুদা অঙাংদুনা মফমদুগী লোল্লা নঙদি সেরা আগানি অর্থদি সেরাগী লামানি হায়না খুদক্তা খুল্লম্মী । অপিকপা নুপামচাদুনা শক্লোৎপা লামাবু খুদক্তা খঙবা ঙম্বদুদা ইঙক ঙক্লম্মী, তৌইগুম্বসুং মহাক্লা লামাবু সেয়াদগী লাকপনি হায়বা খঙবগী ঙকহনবদু চৎনবীগী অঙকপা থৌদোকশিংদা কয়ারক হল্লা থোকপ্লবনি । লামানা অদুদগী নুপামচাদুদা হংলম্মী মদুদি মথোয়গী লোয়নরকপা মপুদু করি কৌবগে অমসুং খুল্লকখি "লোবসং" । সেবক অদুগী মমিং তশেংনা লোবসং সেব্রাং কৌরম্মী ।

ধর্ম্মফম্লাইবশিং অদুনা নুমিৎ চুম্পা অঙাংদুবু শেন্নদুনা লৈরম্মী অমসুং মথোয়না তৌগদবা থবক্তুগী য়েংদুনা মাগী মফমদা মতিক চাবা ভক্তি তৌবা থাদোক্তুনা লৈরম্মী, মথোয়না শায়োন অদু চপচানা চুল্লে অমদি ফংলে হায়না অরোইবদা লেপকদৌবনি । তৌইগুম্বসুং খোংচৎতু অমুক হল্লকদবা মরমনা মথংগী নুমিৎতা মথোয় খোঙশাল্লম্মী ।

মমা মপা অনিনা অথোইবা লাইনিঙ ফম্লাইবশিংনা মথোয়গী করিসু লৈজদ্রবা য়ুমদা লাক্তুনা পাঙথোকখিবা চাংয়েং অদু থল্লক্লবদা খম থেংনা ঙক্লম্মী, মথোয়না মথোয়গী মচানুপাদু লাংওল্লকপা অঙাংনি হায়বসি খঙজরম্মী। য়ুম্লোন্নবা কুমভুম মোনাস্তরিদা শায়োল্লকপা লামা শিখিরম্মী অদুনা লৌমীশিংদুনা মথোয়গী মচাদু মহাক্লা অমুক শায়োল্লক্তুনা পোক্লকপা ওইরমগদ্রা খঙ্জরম্মী । তশেংবমক লৌমী মতৈ মনাউদুগী মচানুপা অহন্দুসু অসিগুম্বা চাংয়েং অমসু হান্ননা পাঙথোকপ্লবনি ।

নৌনা পোক্লকপা অঙাংনা মাগী মমাঙগী মপোক্তা শীজিন্নরম্বা পোৎ অমসুং মীশিংবু নিংশিংবসি থোক্তবা নত্তে অদুগা থরদি মাঙোন্দা শুংতম তম্বীদবা শ্লোক্লচিংবা থীরকপা য়াওই । মী চীক্লবা তিবেবততা মসিগুম্বা মমাঙগী মপোক নীংশিংবগী থৌদোক্লি তোয়না থোকই । নোংচুপকী খুৎশা হৈবনা য়োমশিনখ্রবা মফমদদি অসিগুম্বা থৌদোক্লি থবরদা য়াউবসি থর তাংনা থোকই মরমদি নোংচুপমীনা শিপ্পবা মীনা অঙাং ওইনা অনৌবা হকচাংদা পোকপগী ব্রাখল্লোনসি য়ানদে । লুচিংবা লম্বোইবা মরিনা শেম্না কাংলুপ অমা লহসাদগী অথন্নবা চাংয়েং চথনবা লাক্লম্মী । মথোয়না অহানবদা চপমান্নবা অমুবা জপমালা অনি পীরম্মী, অনিদুদগী অমদি তরাহুমদোইগুবা দলাই লামানা হান্না শিজিন্নরম্বনি । চীংনবা তৌদনা অঙাংদুনা অচুম্বদু খল্লম্মী অদুগা মঙক্তা

শিজিন্নরম্মী, অদুগা হরাউনা কাদু থুংনা জগোই শারম্মী । চাংয়েং কাংবু অদুনা অঙাংদা ধর্ম্মগী অথন্নবা পুঙ অনিথক পীরম্মী, অচৌবা অদুগা সনানা লৈতেংবা পুঙ অমা অমসুং ইচম চম্বা পুং, শিন্নবা দলাই লমানা হান্না শীজিন্নরম্বা অমা। নুপামচাদুনা অচম্বা পুঙদু লৌরম্মী অদুগা লাইখুরুম্বগী চপচাবা পুঙ্গোন্দা য়ৈবা হৌরম্মী । অরোইবদা চৈশু অনিথক অঙাং অদুদা পীরম্মী অমসুং অঙাং অদুনা অহানবদা অরানবা চৈশুদু পায়রম্মী অদুগা তুমিন্না ৱাথন তৌরম্মী, ঙাইহাক্তং অনিমক পাম্বশুম তৌরম্মী অদুগা অরোইবদা ঈশ্বরনিংথৌগী অশেংবা চৈশুদু থল্লম্মী। অঙাংদুগী চৈশু থুংথন্দু ঙক্লবা অয়েংবশিংদা রিম্পোক্লা তাক্লম্মী অনিশুবদুসু তরাহুমদোইশুবা দলাই লামানা লামা কিউৎশাংদা পীদ্রিঙৈদা হান্না শিজিন্নরম্বনি ।

অসিশুম্বা পোৎচৈ য়েংহন্দুনা চাংয়েং চম্ববসিদা পাংশিন্দুনা মথংথনবনা উথিবা ময়েক অহুমগী অর্থদুসু লৌরম্মী । মসিসু ওইগনি চিংনরম্মী মদুদি অহানবা ময়েক অহনা অমদো খঙহল্লি, হায়রিবা জিলাসিদা অঙাংদু ফংথী। অতোম্পা ময়েক অনিদুনা 'ক' অমসুং 'ম' না অপিকপা মোনাস্তরি অদুবু খঙহল্লি, মমিংনা করোমা রোলপাই দোরজে, মসি তকসের খুঙ্গং মথক্কী চীংদা লৈবনি, মফমদুদা তরাহুমদোইশুবা দলাই লামানা চীনাদগী হল্লকপদা মতম খর লৈরম্মী ।

তরাহুমদোইশুবা দলাই লামানা চহী তরাহুমদোইখক্তা ঙাইরিঙৈদা মফমদুদা কোয়রক্লম্বা মতমদা লমদু শীম্বুংনা হরাউনরম্মী অমসুং নৌনা পোকপা অঙাংদুগী মপা ঈশ্বরনিংথৌনা মীশিংবু বর পীরম্মী । অসিদসু নত্তনা হান্নগী দলাই লামানা শাইওন ওইনা পোক্লুনা লৈবা থেংনথিবা য়ুমদোমপোক অদুবু মুন্না য়েংখী হায়নৈ অমসুং পামজনা হায়থী মফমসি কয়াদা ফজখ্রবা অদুগা ঈং তপথ্রবা । মসিগী মতাংদা ৱারী কয়াসু লৈ, দলাই লমানা বুট জুরা অমসু অপিকপা লামাগী য়ুমদা থল্লম্মী, মদু নিংশিংনবা থুদম অমা থম্লম্বা ওইবা য়াই।

অসুক য়াম্না অরেম্পা খঙ্লবদা কাংবু অদুনা মথোয়গী পান্দম ফংলে হায়না লৌরম্মী, মথোয়না নৌনা পোকপা শাইওন্দু ফংলে মথোয়না থেংনথিবা পুম্বগী অকুম্পা মরোল অরোৎপা লোন্দা চিনা অমসুং ইন্দিয়াগী খুথাংদা লহসাদা তেল্লিগ্রাম থারম্মী অমসুং চাইনিজগী অরোনবা ইথিন্না খুদোংথিবা থোক্তনবা য়াম্না লোন্না থৌরাং পুন্নমক তৌনবা য়াথং ফংলম্মী । মরমদি

চাংয়েং চঙবা মফমদু চীনাগী ঙমখৈ মনুংনি, অঙাং ওইরিবা নিংথৌদু চাইনিজগী মখুৎতা তাথিদনবা ওফিসিয়েলশীংদা নমথাক তৌবা তারম্মী । প্রোভিন্স অদুগী গোভর্নর মা পুক্কংদা নুপামচাদু লহসাদা পুগদৌরিবা মরম্না মহাক অসি শিঙ্গবা দলাই লমাগী মহুৎ শিনগদবশিংগী মনুংদা অমনি হায়বা ব্রাফম তাথিরম্মী । মা পুক্কংনা অহানবদা অঙাংদুগী দমক চাইনিজ দোল্লার লাখ অহুম অমুক তাল্লম্মী । লম্মোইবা কাংবুদুনা কিরম্মী মদুদি মখোয়না অচুম্বা ইশ্বরনিংথৌদু খঙপ্পবদি চীনানা লহসাদা সিফাইশিং থারক্তুনা মহাকপু কোয়শন্দুনা ঙাক্লগা থমজিনবা য়াই ।

চপমান্নবা ৱারী য়েরুজালেমদা থোকপা থৌদোক্তা অমুক ফংই । ইশ্বরগী পাঙ্গল ফংবা অঙাং অদু প্রোভিন্সকী রোমান গোবর্নর হেরোদকী মখুত্তগী নাম্বোক্লবা লৈবাক ব্রাংমদা লোম্না পুথোকপা তাথী । অদুদগী হোরোদনা অশিংবা মীশিংনা করেম্নরম্লে হায়না উরক্লবদা য়াম্না শাউরম্মী (মিথিউ ২:২৬) । অশোয় অঙাম থোক্তলবা অমদো অমসুং লহসা পাউ ফাওনবসি পাউচেনবশিংনা চৎলগা ফাওরম্মী মসিদা মতম কয়া চঙই । মসিনা মরম ওইদুনা লংফৈ লাকপা কাংবু, অঙাং অমদি অঙাংগী ইমুং মনুং পুন্নমক্কা লোয়নননা অরোইবা ওইনা লহসা তম্না চৎনবা মফমদু থাদোরকপদা অতোম্পা চহী অনি অমগা চঙখী । তিবেবতান ঙমখৈ লান্নবা হোৎনবদা থা কয়া চঙখী, মফমদুদা কেবিনেৎ মিনিস্তর অমা মহাক্কী থৌগলতৌবশিংগা লোয়নননা মথংখনবগী চিঠি অমা পায়রগা দলাই লামাগী লংফৈলাকপশিংদুবু ঙাইরমমী । থৌদোক্সি থেংনদ্রিফাউবদি নুপামচাদুগী মমা মপানা মখোয়গী মচানুপাদু তিবেবত অপুম্বগী অনৌবা ধর্ম্মনিংথৌগী থাক্তগী তাদবা মীশক্কি হায়বা খঙ্গমদে ।

## ইজিপ্তা চেনবা

নোংপোক্কী মহে হৈবা মীশিংনা অঙাং যীশু জেরুজালেমগী মনাক্তা ফংলবা মতুংদা মহাক্কী মপা যোসেফতা ইশ্বরগী য়াথং ফংলম্মী, হৌগৎলু, অঙাং অমদি মমা পুদুনা ইজিপ্তা চেনখ্রো অমসুং ঐনা হায়রদ্রিফাউবা মফমদুদা লৈয়ু মরমদি হেরোদনা অঙাংদুবু হাৎনবা থিরক্লগনি । (মেথিউ ২:১৩) । চেনবা অদু হেরোন ফাওদুনা বীরসেবাদা চৎলম্বা য়াই অদুগা অমুক মেদিতরিনিয়ান সমুদ্র থোঙবান্দা লৈকংলো লাম্বোক্লমগনি । ইমুং অদুনা ইজিপকী

ঙমখৈ য়ৌদ্রিকাউবদি তেক কায়দবা থোক্লোই হায়না খনবা ঙল্লল্লোই । মতম অদুদা ইজিপ্তত্তা যীউ লাখ তরারোম লৈরম্মী, আলেকজেন্দ্রিয়া মতোমতদা যীউ লাখ অনি লৈরম্মী । পুন্সি মহিংগী ওইনা য়েংবদা লৈবাক অদু যিউশিংগী সর্গনি, মীরমমচানা মরৈবাক্তম লৈবদা চঙবা খুদিঙমক হায়বদি সিনাগোগ, মহে তম্ফম অসিনচিংবা পূন্নমক লৈবা কোলোনি কয়া লৈরম্মী । য়্বাপাউদা য়াউরিবা অঙাং ময়াম হাৎপগী য়্বারীসি লাইব্রারীগী লৈচিন থাজিন্দে অমসুং যীশুগী পুন্সি হিংলিঙৈ মনুংদা ইসেন্সে লাইনিংলুপকী মেম্বরশিংনসু ইরম্বা মরম্না চুম্মী থঙবা ঙম্মী । ইসেন্সশিং অসি হেরোদনা মতমপুম্বদা ওৎনৈবা তাথিবা কাংলুপনি (মরমসিনা কাংবুদুনা মখোয়গী মরৈবাক্তা হরানবগুম থবক তৌরম্মী) । মথংদা পানবা নিংথৌদু ঐগী মীগী নাইদবা অমসুং পুরোহিৎ শাগে নত্তবা মীদানি, তৌনিংবতা তৌবা ইশ্বরগী য়্বাথন চেন্দবা মীনি । মহাক্না নহা অহল থাক্তনা হাংলম্মী অদুনা লৈবাক অদুনা মাবু য়াম্না কিনরম্মী (এসস, মোস ৬:১২)

প্রোফেসর হসনৈনগী মতুং ইন্না খৃষ্ট মমাঙদগী হৌনা আলেকজেন্দ্রিয়াদা বুদ্ধিস মোনাস্তরিগী স্কুলশিং লৈরে । মখোয়দু বিহারা হায়না কৌরম্মী, মদুবু সংস্কৃত-চাইনিজ দিক্সনারীদা অর্থ হল্লি "মদু একাদমি নত্রগা স্কুল অমনি, মদুদা বুদ্ধিজমগী লৌশিং অমদি চৎনবী তম্ফম লাইশঙ অমনি । অসিগুম্বা য়ুমশিংসি অঙাংবা চন্দনউনা তোপ তোপ্না শাবনি, কা কুপ্পানিথোই লৈ, য়ুম খুদিংমক "তলাত্রি" নিপান য়্বাংই অমসুং লৈকোল অমমম, পার্ক, ইরুজফম পুখ্রি অমসুং চালোন্নবা চাখুমকানচিংবো মরাং কায়না চাউনা লৈ অমসুং ফকলাংদা অয়েকপা লাইশিং য়াল্লি, কাশিংদা ফমুংশিং, মোম্পাক, চান থক্লবা অমদি দরকার লৈবা নুংঙাইনা লৈনবা পোৎ খুদিংমক লৈ।" মসিনা মপৃঙকানা থঙবা ঙমহল্লি মদুদি যীশু অসি আলেকজেন্দ্রিয়াদা বুদ্ধিস লাম্বোইবশিংনা পিক্লঙৈদগী নোংপোক্কী য়্বাংঙুলোন তম্বীথিবনা মতুংদা যীশুনা চহী তরানিথোই থক্ত ঙাইরিঙৈদা যেরুজালেমগী লাইশঙদা পুরোহিৎশিংবু ঙকহনখী । *"অদুগা অতাবা পুন্নমক্না ইবুঙোগী অমসুং পাউখুম মখৈ অদুদা চমন্নরম্মী (লুক ২:৪৭)।*

মতমদুদা চৎনবীদা নুপামচানা চহী তরানিথোই গুরবদি লুহোংথোকপিরম্মী। যীশুদি চৎনবী নাম্থোক্লম্মী, মরমদি চহীদুগী মতুংদা মহে তন্নবা মহাক্কী অধ্যাত্মিক্কী ওঝাশিংগী অশেংবা মরমদম ইন্দিয়াদা চৎনবা মতম চপ চানা ওইরে ।

যীশুনা তুঙ্কচনরবা নিংথৌখুভম মুন্নীংবা হেরোদনা শিল্লবা (হেরোড শিখিবা মতমদু খৃষ্ট মমাঙ চহি ৪গী অরান চাকথাঙবগী কুম্মে মমাঙদনি ) মতুংঙাউবা চহী কয়া পোক্লফম লমদমদা খুদোংথিবা থোক্তুনা চঙবা ফংখিদে। "তৌইশুম্নসুং হেরোদনা শিল্লবদা, য়েংউ, মিসোরদা প্রভুগী দূতনা মমঙদা উহনবীদুনা হায়ররে, হৌগত্তুনা অঙাং মচা অসিগা মমাগবু পুদুনা ইজরেল লৈবাক্তা হল্লকউ, মরমদি অঙাং মচাগী মখ্বায় লৌগে থিরম্বা মথোয় অদু শিপ্লে । অমসুং মহাক্লা হৌগৎলদুনা, অঙাং মচা অদুগা মমাগবু পুদুনা ইজরেল লৈবাক্তা লাক্লে । তৌইশুম্‌সুং অর্খলেয়সনা যিহুদিয়াদা মাগী মপা হেরোদকী খুবমদা পাল্লি হায়বা অসি তারদুনা মফম অদুদা চৎপা কিরম্মী, ইশ্বরনা মমঙদা তাকপিবগী মরম্না মানা গলিল লৈবাক্কী লম অমদা থৈখ্রে । অমসুং ইশ্বরগী ব্বা তাকথোকপা মীশিংনা হায়খিবা, ইবুঙোবু নজারেথকী মী কৌগনি হায়বা অদু থুংননবগীদমক মহাক্লা নজারেথ কৌবা সহর অদুদা লাক্লুনা লৈররে " । (মিথিউ ২:১৯-২৩)

# নজারেন যীশু

গ্রীক্কী অরিবা লাইরিক খুদিংমক্তা যীশুবু মিংথোল অমা পী "দি নজারেন"। অসুম্না ফোঙখিবা লাইরিক কয়াদা, পোলনা থোঞ্জেল অমনা হায়রকপা তাখী, "ঐ নজারেথকী যীশুনি, মহাক্কী নংনা তুংইঞ্জগদবদুনি" । অশেংবদি অসিগুম্বা ব্বাঙাংসি গ্রীক মেনস্ক্রিপ্ততা শুংয়াউ য়াউদে । যেরুজালেমগী বাইবলদা য়াউবা অচুম্বা ব্বারীদু অসিনি "ঐহাক নজারেন যীশুনি, মহাক্তু নহাক্লা তুংইনজগদবদুনি" ।

ওম্ফোকখিবসিদা থওইনা অনিংবা অমা য়াউনা তৌরম্বা য়াবা লৈব্বা ? কনাগুম্বনা যীশুগী হৌরকফম লৌদুনা কৌবা তারবদি মহাকপু "বথলেহেমগী যীশু" কৌরমগনি । (ব্বারী ব্বাখোং পূন্নমক য়েংবদা যীশুনা নজারেথতা লৈরম্বগী ব্বাফম ফংদে) লম্বোইবা মার্কক্কী ব্বাপাউ মতুংইন্না মহাক্কী তুংইনবশিংনা গেলিলি সমুদ্র (তিবেরিয়াজ পাৎ) মপান্দা লৈরম্মী, মফমসি কপর্নাউম ওইগনি । লুথরান বাইবলনা চন্না তাক্লম্মী অমসুং মহাক ময়ুমদা লাক্লে" । ওইনিংবা ওইজসনু মহাকপু ময়ুমদা হল্লক্লবদা মশাগী হায়বা অমা থোরকখী । "মশাগী ময়ুম" মসি নজারেথতগী লাকখিবা ওইরবদি মথোয়না অহেনবা কিলোমিতর

নিঙ্গু অমগা চৎপা তারম্মী, পাখোনচৎপশিংগী ব্রারীনা অহানবা খৃষ্টানশিংবু নজারেন হায়না খঙ্গখি অমসুং যীশুবু নজারেন হায়না তরুক্লক কৌখী ।

লম্বোইবা যোহনগী ব্রাপাউ মতুংইন্না পাখোনচৎপগী থবক্তা লূপচবা মী নথানিয়েল্সনা পাখোনচৎপা ফিলিপ্তা হংখি *"নজারেথতগী অফবা থবক খোক্লিংঙাই লৈব্রা" ? (যোহন ১:৪৬)* । ব্রাহং অসিনা মী অদুগী অঙকপদু ফোঙদোকই মদুদি অপিকপা, শীংথানদ্রবা মফম (মতমদুদা খাংপোক শঙ খরদমক লৈবা, পনবা ময়ম চাদবা খুঙ্গং) অদুগী মীনা অব্রাংবা লৌশিং ফংবা অমদি মপূংফাবা মহৈ মশিং হৈবা ওইবা য়াব্রা হায়বনি ।

"নিউ তেস্তামেন্ট অমসুং ঙল্লিঙৈগী খৃষ্টান সাহিত্যগী মরমদা ইবা "গ্রীক জর্মন দিক্সনারি" (ইং ১৯৬৩) হায়বা লাইরিকশিদা ইফোং ফোংনা য়াবি মদুদি চপচাবা নজারেন হায়বা ব্রাহৈসিগা নজারেথ হায়বসিগা মরী শমজন্নবা ওইথোক্তে । অর্থ ফোংদোকপা ব্রাহৈ নজারেন (নিজারে নোজ), নাজরাইট (নজারিওজ) অমসুং নজারেন (নিজারনোজ) লোইনমকসি যীশু কৌবদা শীজিন্নবা মরম্না অর্থ মান্নে হায়না খঙহল্লি । ময়াম্না অসুম্না লৌনৈ মদুদি অর্থশেংদোকপা ব্রাহৈশিংসিনা যীশুগী হৌরকফম অসি নজারেথ কৌবা তাউন্দগীনি হায়দুনা লান্না লমজিংখিদুনা "নজারেথকী যীশু" হায়দুনা কৌনৈ । ঙল্লিঙৈ ইং ১৯২০দা এমঃ লিদজবাসকিনা মহাক্কী লাইরিক "মন্দেইক লিতরজিজ" হায়বসিদা প্রমান তৌই মদুদি ইচম চম্না"নজারেনগী ব্রাহৈ অর্থ লৌরকপসি নজারেথ কৌবা তাউন্দগী ওইহনবা ওইথোক্তে । মেথিউগী ব্রাপাউনা মফম অমা ওইনা পন্দ্রিঙৈ মমাঙদা মতাং অমত্তদা নজারেথ পনবা থেংনদে অমসুং মাইল কয়া লাপথ্রবা অপিকপা খুঙ্গং অমদগী হেন্না ওইনিঙাই লৈতে । নজারেথকী খা নোংপোক্তা কিমিঃ অহুমথক চৎলগা লৈবা 'জফা' হায়বা মফমসি রোমানশিংনা খৃষ্ট মতুং চহি ৬৭তা মাঙহনখী. মফমসি জেবূলুন উপজাতিশিংনা খুন্দারম্বনি হায়না পল্লি, অদুবু নজারেথ হায়বসিদি সুংপন পল্লমদে ।

নজারেন হায়বসি অরামিক ব্রাহৈ নজর, হায়বদি য়েংশিনবীবা, য়েংবা নত্রগা ইশাগী ওইবা হায়বসিদগী থোরকপনি । নাকন অমদা ব্রাহৈ অসিগী অর্থসি ব্রাশকপা নত্রগা ইশ্বর শেবাদা মশা কৎথোকপ হায়বনি । নাউন ওইনা শীজিন্নরবদি ব্রাহৈসিগী অর্থ লুহুপ উম্পা হায়বনি, মসি ধর্মনিংথৌগী খুদন্নি ।

অসুন্না "নজারেন হায়বদি য়েংশিনবীবা নত্রগা অশেংবা ধর্ম্মাগী নিয়মদা ইন্নাথংলিবা মীবু খঙনৈ ।" নজারিয়া হায়রগা ইসেনশিংসিগী (হিদাক লাংথক নত্রগা লাইথুং কোকহনবা) মশা অমনি অমসুং ইবিওনাইতশিংগুন্না মখোয়সি অহানবা ঙল্লিঙেগী খৃষ্টান কাংলুপ অমনি, মখোয় পুন্নমকসিবু যিহুদিগী পুরান্দা নোজারি হায়না পল্লি । গ্নোস্তিক সেক্ট (গ্নোসিস = লৌশিং) নত্রগা লৌশিং শিংবা ধর্ম্মকাংলুপ অসিনা মেজ্রিকী থবক কয়া পাঙথোকই, মখোয়গী মেম্বরশিংনা সন্যাস ধর্ম্ম চৎতুনা সমাজদা ইশ্বরদগী ফংবা পুন্যচেনবা থবক তৌনবা মশা কৎথোকপগী নিতি হৌদোকলম্মী । বনান তোঙান তোঙানবা যীশুগী মিংথোন কয়া পীরিবসিগী ওইবা য়াবদি মতমদগী সমাজদা কাংলুপ কয়া থায়দোরকপা, মাহেগী মনুংগী অর্থদি মান্নরগা কাংলুপশিংনা পুন্সি মহিং খেন্নরকপগী অর্থ তোঙান তোঙান মখোয়গী পরাদা তম্মীরকপা ওইগনি । নজারেন হায়বা মিংথোনসি ওল তেস্তামেন্টতগী থিগৎপা তারবদি মসিগী হৌরকফম অসি খৃষ্ট মমাংগী মতম অমদা ফংগনি ।

যোহন এমঃ রোবর্তসনগী মতুং ইন্না সামসন কৌবা মহাক্কী মশম ককহন্দবা অমসুং য়ুসু থক্তবা নজারাইট সন্যাস অমা লৈরম্মী (জজেস ১৩:৫-৭) । সন্যাস ওইদবশিং অদুনা নজারাইটশিংদগী খেৎনহন্নবা নজারেন কৌরম্মী ।

যীশুনা মীওইবনা শেম্না আইন অমৎতগী মথা পোন্না লৈবা য়ারমদবা অসিনা মহাকপু করম্বা কাংলুপ্তা চনগদগে হায়না লেপথোকপা ঙমদে । মদুগী মহুৎতা বুদ্ধনা চানবা মতমদা চানবা থবক তৌবগী লম্মীদুদা চপমান্ননা ইল্লমই । ইন্দিয়াদগী কাহেন্না লাপমনখিবদগী চপমান্নবা থব্রায়গী নিতি অমৎতগী মপা ইন্দিয়াগী বুদ্ধিসনিতিগী ম্রাঙলোন চৎলিবশিংগা মখোয়গী ইজরেলদা লৈরিবা মচিন মনাউশিংগী মরক্তা চাউরবা খেৎনবা লাকখী । যীশু অসি তশেংনা মাঙপ্রবা য়াউ মরক্তা রিফোর্মর ওইনা থাজবনা পুন্দুনা খরদং লিংজেল মান্নবা অমুক হন্না পুরক্লবা থারকখিবনি । সদ্দুকীশিং ফরিসিশিং অমসুং ওর্থোদোক্স যিহুদিশিংগী যীশুসি তশেংনা রিফোর্মর অমা ওইনা শীংথাবা য়াই, মহাকসি লোইলম মপু রোমানশিং, সদ্দুকিশিং, ফরিসিশিং অমসুং থুনুংচঙবা যিহুদিশিংগী মায়োক্তা থেংনবদা মায়পাক্লবা মাঙপ্রবা য়াউ মরক্তা থব্রায়নিতি অমসুং পুক্নীং ইথিন্না লিংজেল মান্নবা শাগৎনবা দরকার লাক্লদুনা থারকখ্রবনি । যীশুসি কাংথোং চাইরবা মতমদা মীয়ান্না থৌরাংবা ইশ্বরদগী লাকপা মীশকমক্লি । মহাকপু বাপ্তাইজ তৌবীবা যোহন্না থারকপা ভক্ত অনিনা হরাউনা হংখি *"নহাক লেঙলক্কদবা ইবুঙোদুমল্লা নত্রগা ঐখোয়না অতোম্পা অমবু ঙাইজখিগদ্রা" ? (মেথিউ ১১:৩) ।*

বাপ্তাইজ তৌবীবা যোহন অসি নজারেন লম্বোইবা অমনি অমসুং ইশ্বরনা থাবীরকখ্রবা মীনি, মহাকসিবু গেলিলিদা 'কনবীনবা থারকপা' হায়না মগুন ফোংদোক্তুনা ইকাই খুম্নরবনি । যোসেফস ফ্লাভিয়সনা বাপ্তাইজ তৌবীবা অসিবু অসুম্না ফোংদোকখি "ইকাই খুম্নরবা মীশিংবু পুন্যা চেনহন্নবা, সমাজদা অচুম্বা ৱায়েন লাকহন্নবা, ইশ্বরবু নুংশিহন্নবা, অমসুং লাইমিং লৌবীনবা যীউশিংগী মরক্তা লাক্লবনি । মদুনা ইশ্বরগী থৌজাল ফংজগনি, মহাক্না লাউথোকই, লাইমিং লৌবনা হকচাংবু শেংদোকই, পাপ কোক্লবা নত্তে, পাপ কোকপা হায়বসিদি অচুম্বা পুন্সি লেন্নগা ফংগদবনি । মহাক্কী ৱাহৈনা ভাব তাহন্দুনা যোহনগী মনাক্তা মীয়াম তিল্লম্মী .... ।"

ঈশিংদা লুপ্তুনা শেংহনবসি ইন্দিয়াদগী হৌদোরকখিবনি অমসুং থবক অসি হিন্দুশিংনা থব্রায় চংনা চহি লীশিং কয়াদগী চথদুনা লাক্লি । চংনবী অসি বেদশিং (লৌশিং) মক্কা মান্ননা লিরবনি । ঈশিংদা লুপ্পগী চংনবীসি যহুদিগী চংনবীদগী পূমগুন ওম্লোকখ্রবনি অমসুং মরুওইনা শা বল্লি তৌবগী হায়বদি ঈ চেম্বহল্লগা ইশ্বরনা পাপ কোকপি হায়বা চাউখত্রিবঙৈগী ৱাখল্লোন্দা য়ুম্ফম ওইরম্মী। থৌনিজদুনা শেংদোকপসিনা নাকল অমদা খঙহল্লিবসি তাইবঙগী ওইবদগী নাম্লোকপনি, নাকন অমদনা শেংদোক্লবা হকচাংদা থব্রায়না নৌনা পোকপনি । মনুগী অনিশুবা নিয়মলাইরিক্তা ধর্ম্মনিয়ম্না শেংদোকপগী মতাংদা পল্লী, নৌনা পোকপা অঙাংগী থোয়রী কত্তিলঙৈদা শেংদোক্লবা ঈশিং হৈথে অদুদগী অশেংবা লাইশোন শোল্লগা সনামচুগী চামচ অমদা থোইহি, শেংদোক্লবা মাখন অমসুং থুম য়াম্নরগা অঙাংদুগী মরৈদা তাহল্লি (অসিগুম্বা চংনবীসি ঙসিফাউবা ইন্দিয়াগী ইমুংশিংদা চংনরি ) । অথর্ভা বেদনা ৱারোল অসুম পীরি "মীওইনা পোক্লবা মতুংদা গঙ্গাগী থৌনিজরবা অশেংবা ঈশিংনা চামথোক্ত্রিন্বা মীশক্তু মপোক কয়াদা শেংদবা ওইদুনা লৈ" ।

যোহন্না লাইমিং লৌবগী থৌনিবা অসি শাস্ত্রগী মতুংইন্না মী অমবু শেংদোক্তুনা মেম্বর ওইদবশিংদগী খাইদোক্লবা কাংলুপ অমা ওইহনবগী মওংনি। মসিনা তাকই মদুদি নজারেনশিং অসি অকক্লবা সাস্ত্রগী নিয়মইনবা মনিংতম্বা ধর্ম্মকাংলুপ অমনি । কাংলুপ নাইবগী ৱাখল লৈবা, লোম্না থবক চথবনা মরম ওইদুনা লৈঙাক সাসন পায়বা ফম্নাইবশিংনা মতমপুম্বদা মথোয়বু থাজদবা অমদি ওৎলৈবগী থবক চথরম্মী । পোলসু গোভর্ণর ফেলিক্সনা বিচার চথবা মতমদা খুদোংথিবসিমক মায়োক্লরম্মী, মহাকপু ৱাঙাং হৈবা তের্তুলনা মরাল পীশিল্লম্মী, *"মহাক মহ চেনবা মী অমনি, মালেমপুম্বদা লৈবা যিহুদিশিংবু*

*লান হৌনবা ইনশিনবা মীনি অমসুং নজারেন ধর্ম কাংলুপকী কোক্লেন মকোক্নি" (এক্ত ২৪:৫) ।*

প্লিনি অমসুং যোসেফসগী মতুং ইন্না নজারেনশিং অসি খৃষ্ট পোক্কদবা চহি চাময়াংখৈগী মমাঙদগী যোর্দান তুরেল খোঙবান অদুগা দেদসিগীনা নোংপোকথংবা খোঙবান্দা লৈরম্লবনি লাইনিং কাংলুপ অসিগী ভক্তশিং মশম শাংনা খাকহল্লি । বাপ্তাইজ তৌবা যোহন খসি অসুম্না মশক তাকই "মহাক মশম খাকই উট মতুগী ফি শেংলি অমসুং শউনগী খ্বাংজেৎ অমা মখ্বাংদা ফায়" (মিথিউ ৩:৪) রোমান ফম্লাইবা লেন্তুলাস কৌবা অমনা রোমান সিনেততা ইথিবা চিঠি অমদা যীশুগী শাওং শাদা তাকই । লেন্তুলসকী চিঠিদা হায়, এপোক্রাইফাগী পুরান অমদা ইবদা যীশুসি মশম ইফা ফাই অদুগা খোইসু খোই । মশমশিং অদুনা জ্বাই জ্বাই শাউনা মরেংবান্দা তাই অমসুং নজারাইটশিংগুম্না লব্রাই ময়াইদা খায়দোকই ।

নাকন অমদা 'নজর' হায়বসি ইন্দিয়াগী লোন্দসু ফংই (নাজ = মশাদা লোয়নবা, নস = নাতোন, যোগদা নাতোনগী হৌরকপা মফম্বু নসান্ত কৌই, হায়বদি পীশুম অনি কারক্কী যোগীনা ধ্যান্দা লৃপ্পা মফম) । হিন্দুগী লমদা নজর হায়বসি নুংগী ওইবা মীৎয়েংখুসু থংনৈ, নজরকন্দ হায়রগনা শুম্বাংপা হায়বদি মেজিক্কী পাঙ্গন্না শুমজিনবা থংনৈ অমসুং নজরন হায়গনা য়েংবা নত্রগা য়েংশিনবা খট্রে । নজারেন কাংবুগী চপচাবা ব্রারী ব্রাখোং ঙসিদি খঙবা ঙমদ্রে মরমদি ঐখোয়না ফংলিবা লাইরিকশিংসিদা ইয়াও য়াওদে । নজারেন যীশুগা মহাক্কী মতমগী খুনুংচঙবশিংগা ব্রাখল্লোন্দা থেন্নবা লৈবশিং চপ চানা লেপ্পা ওইথোক্তে । অদুম ওইনমক নৌনা থেংনরকপা নজারেনশিংগা মপাঙ্লোংদতা থেন্নবা বুদ্ধ অমসুং বেদগী পাউতাকশিংদা যুম্ফম ওইবা ইসেন ধর্মকাংলুপকী য়াম্লবা লাইরিকশিংনা চপচানা লেপ্পা ঙমহল্লি । খুদম ওইনা ইসেনশিংদি অশেংবা ঈশিংখক্তা শিজিন্নৈ অদুগা নজারেনশিংনা থাউ শীজিন্নৈ (ব্রাফমসি তুংদা অমুক নৈনরক্কনি ) ।

মমাঙগী চহীচাশিংদা ইসেনশিংগী ব্রারীদা কৃপ্না খঙবশিংনা অসুম্না ব্রারেপ তাখি মদুদি যীশুগী ধর্ম কাংলুপ অসি ইসেন্সকী মশা অমা ওইগনি । যীউ ইতিহাসকার ঐচঃ গ্রায়েতজনা খৃষ্টানিতিবু "শেমদোক শাদোক্লবা ইসেনিজম" হায়না কৌখি । ইসেন ধর্ম্মকাংলূপকী ব্রারীসি থাইনগী ইতিহাসকারশিংনা ইবা লাইরিকশিংদা মচেৎ মচেৎ য়াওবদগী লৌথংলগা খঙনরকপনি । যিহুদি

ইতিহাসকার আলেকজেন্দ্রিয়াগী ফিলোনা (খৃষ্ট মমাঙ চহি ১৩দগী খৃষ্ট মতুং ৪৩) মখোয়বু "পুন্যগী শান্নরোই" হায়না কৌরম্মী । যোসেফসনা মহাক্কী লাইরিক "যেব্রিশ ৱার" দা পুন্না চেপ্তর (২-৮) অমা মখোয়গী মরমদা ইরম্মী। অইবা অনিমক্কী হিসাবদা লমচৎ য়াম্না চুম্বা মেম্বর লিশিং মরি লৈবাক শীম্ভুংনা লৈরম্মী হায়না পনখী । রোমান অইবা প্লিনি দি ইলদরনফাউবা ইসেন ধর্ম্ম কাংলুপকী মরমদা ইরম্মী ।

অদুম ওইনমক ইসেন কাংলুপকী পাউজেলসি ফাওরবা দেদসী মপান্দা লৈবা কুমরানগী শউন মকোন পুখোক্ত্রিফাউবদি চমন্না লৈখী । ইসেনগী খৃষ্টকী হান্না লৈরম্বা পাউজেলসি যীশু ওইনা পুখোরকপনি হায়বসি খল্লরক্নে ।

## ইসেনশিং ঃ যীশুগী মমাঙগী খৃষ্টানিতি

ইং ১৯৪৭কী কালেম্থাদা য়ুল্লিংদবা আরব নহা অমনা দেদ সী মপানগী চীংথক্তা মহাক্কী শঙ্গুদগী মাঙখিবা য়াউ অমা থিরম্মী মদুদা মহাক্না শুরুং অমগী মচিন থেংনরম্মী । য়াউশেনবা নুপামচাদুনা মনুং চঙবদা চফু অকায়বা ময়াম মরক্তা লৈবাক্কী মথুম চেংনা খুম্বা পাত্র কয়ামুক থেংনরম্মী । মদু উবদা মহাক খত্রিংবনা কন্না লাংতক্নবা হৌরম্মী । নুপামচাদুনা পাত্র মনুংদা সনা লুপা ময়াম য়াওরমগনি হায়বগী অকনবা আশাদা মথং মথং হাংদোক্লম্মী অদুবু মানা য়াম্না নীংবা কায়বদি কন্তুরি মনম চেনবা শাউন মকোন খরখক নত্তনা করিমত্তা থেংনরমদে । অদুম ওইনমক থেংনরকপা অদু চহীচা অসিগী খ্বাইদগী চাউবা আর্কিয়োলোজিগী থৌদোক অমনি হায়না মালেম শীনবা থুংনা ৱা-ৱা লাওনখী । ফাওরবা আর্কিয়োলোজিস্ত ৱিল্লিয়ম এফঃ অলব্রাইটনা ইং ১৯৪৮ দা মকোনশিং অদু য়েংখী অদুগা ঐখোয়গী মতমদা খ্বাইদগী চাউবা খুত্‌ই ফংলে হায়না শীংথাখী । মহাক্না চাংয়েং চথদুনা শাউনশিংদু খৃষ্ট পোক্ত্রিঙৈ মমাঙগী অহানবা চহীচাদা ইরম্বনি হায়না পুখোকখী অমসুং মখোয়শিংদুগী থাজবা য়াবদা চীংননিঙাই লৈত্রে হায়খী ।

মতুংদা লাকপা চহীশিংদা খিজিনহৎমজিনবা মায়চৌশিংনা চীর্বেত কুমরান জগাদগী অহেনবা শুরুং তরা থেংনরম্মী, মদুদা ফংবা অইবা শাউন মকোনশিং খরদি হৌজিকফাওবা লোইনা অর্থ হন্দোক্ত্রি । **অচুম্বা অমদি যীশুগী পাউতাকশিংগা ইসেন কাংবুগী পাউতাকশিংগা ময়েক শেংনা**

চপ মান্নরে । থাক্নেশেংনা, ইসেনশিং অসি ঙল্লিঙৈগী খৃষ্টানিতিগী অচুম্বা লময়ানবশিং কৌকম থোকই । কাংলূপ অনিসিদা ৱাখল্লোন্দা মান্নবসি লাইনিংৱারীগী মচাকশিং অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা থৌদাংদা চপমান্ননা ইরম্বসিনি। পূন্নমক্সিনা ৱারেপ লৌবা য়াবদি যীশুদগী খৃষ্টানিতিনা হান্না লৈরম্লে হায়বসিনি।

অহানবা থেংনবা শুরুংদগী ফংবা শউন মকোন তরেংথক য়েরুজালেমদা লৈবা ইজরেল ম্যুজিয়মগী "অরিবা খূত্ইগী লাইশং" হায়বসিদা উত্তুনা থম্লি । খ্বাইদগী শাংবা খূত্ইদি "ইসায়া স্ক্রোল ওফ সেন্ট মার্ক (১-কিউ ৱান এস হায়না থোনবা) অসিনি । মপূঙফাবা লাইরিক্তুদা হেব্রিউ লোন্না ইবা ইশ্বরগী পাউজেনবা ইসাইয়াগী তাংকক য়াংখৈমরি য়াওই । ইসায়া মকোন অসিনা ফংলিবশিংদুদা খ্বাইদগী লীরবা লাইরিক্নি (খৃষ্ট মমাং চহি ১৫০) অমসুং ঙক্লিঙাই ওইনা অরিবা বাইবল খূত্ইশিংগা মান্নে । মসিগী মথক্তা ৱাংহৌবা অনিশুবা ইসায়া খূত্ই(১-কিউ অনিশুবা এস) অমসুং পাউজেনবা অনিশুবা হবাকুক্কী পাউদম লাইরিক (১কিউ পি ২ব) সু ফংই ।

অদুম ওইনমক ফংখিবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মরুওইবদি মিটব তরেংলোম শাংবা ধর্ম্ম কাংলূপকী চংকদবা নিয়ম ইবা শাউন মকোন্সিনি । ঙসিদি দলিল অসি "সেরেক হজাবদ" কৌনরে, মসিগী অহৌবা ৱাহৈগী অর্থদি "ফূরুপকী চংকদবা নিয়ম" নত্রগা "চংকদবা নিয়মগী লাইরিক" মেনুয়েল দিসিপ্লিননা (১ কিউ এস) নি । অহানবা তাংকক্তা "লোম্বা নাইদবা নুংশিবগী থৌদা" তাকই মদুনা ফূরুপকী মেম্বরশিং ইশ্বরগা শমজিন্নে । অনিশুবা তাংকক্তা "মীওইবগী মহৌশাদা শাজং অনি" তাকই, অমনা মঙাল অমসুং অচুম্বা অদুগা অমনা ওন্নতৈনবদা অরানবা অমসুং অমম্বা (বুদ্ধিজমনা লৌশিং অমসুং অপঙবা) হায়বসিনি । শেমখ্রবা নিয়মগী য়াথংনা মথা শমথৈ, ফূরুপ্তুদা য়াওবদা ওইফম থোকপশিং অমসুং নীয়ম থুগায়বশিংনা ফংগদবা চৈরাক শুগায়না পল্লি । অরোইবদা থাগৎপগী অশাংবা মন্ত্র অমনা মকোন অদু লোইশিল্লি । অনিশুবা খূৎই লাইরিক কোনসিনমিন্নদুনা নত্রগা তুশিনমিন্নদুনা শেমই, মদুদা লম্বোইরবশিংনা য়ুম পান্দনা লেনবগী মতাং য়াওই । মকোন্দু "ফুরুপ অপুনবগী নিয়মশিং (১-কিউ ৪ এঃ) হায়না মিংথোল্লি অমসুং ময়ুম পাল্লবা মীচম মেম্বরশিংনা ফূরুপ্তুগী মশাশিংদা ইনগদবা নিয়ম তাকই ।

মতাংসিদা বুদ্ধিস ফূরুপশিংগা মান্নবদু ময়েক শেংই, মরমদি বুদ্ধিজমদসু লম্বোইবা (পলিঃ ভিক্ষু) অমসুং মীচম (উপাসক) হায়না থায়দোকই।

অদুম ওইনমক ধর্ম্ম কাংলূপকী মীচম কাংবুদা চনবশিংদা চহী তরামাথোই শুবদগী পাউতাকশিং অমসুং ইনগদবা নিয়মশিং লোইনমক তম্মী। হায়রিবা চহী মতাংসিদা যীশুনা যেরুজালেমদা থুংলখি (ইজিপ্তগী) অমসুং চহী অদুমক্তদা থিবা খংখিদ্রে অদুগা মহাক মশাগী চহী চাউরাক্লা কুম্ত্রা শুদ্রিবা ফাউবা উবা ফংখিদে নুপাশিংনা চহী কুন শুদ্রিফাউবা লুহোংহল্লমদে অমসুং চহী কুনমঙা শুবকপদা ফমথোন অমা পীরম্মী হায়না ফূরুপ্তুদা হায়নবা অমা লৈ । মশাগী চহী কুম্ত্রাশুবদদি পাল্লবদি ধর্ম্ম পুরোহিৎশিং অমসুং অহনশিংগী মীৎয়েং মখাদা লৈহল্লি । মী অমগী থাক অমসুং মানা তৌরকপা থবকশিংগী মতুংইন্না ফমথোনশিং পীরম্মী । ফম্নাইবশিংনা মশাগী চহী অহল ওইরক্লবা কান্দা খম থাদোকই । মকোন লোইশিল্লকপদা ধর্ম্মগী কুম্মৈদা চাবগী ফমফম শীন্দোকপগী ৱা শুগায়না পল্লি, মতাং অদুগী মবমদা অরোইবা চাক্লেন্দা যীশুগী সেবকশিংদসু য়েংনবগী মতাং অমা (লূক ২২:২৪) ওইহল্লি ।

অতোপ্পা মকোন অমদি মচেৎ তৎপা য়াউরে, মদুদা বাইবলগী নত্রগা অশেংবা ইসেনশিংগী লাইশোল ইশৈশিং ইরি । ঈশৈ নিফূদা অহৌবদা "থাগৎচরি প্রভু নংবু" হায়না হোই অমসুং মদুনা মরম ওইবগা 'হোচজা' হায়বদি থাগৎপাগী ঈশৈ হায়না (২কিউ ঐচ) কৌই । ফংলিবা খুতই লাইরিকশিংসি ৩শেংনা লৈরম্বশিংগী চীথনাশ্ব হৌবনি (লাইগী নোংদম ওইবা য়াই), খুৎইশিংসি ফংবনা হৌখ্রবা চহীচাশিংদা য়েংখৎপা য়াই খুদম ওইনা ওরিজেন্না পল্লম্মী লাইশোন ঈশৈগী অনুবাদ খুৎই অমা অতোপ্পা খুৎই অমা অতোপ্পা খুৎই লাইবিকশিংগা পাত্র অমদা য়াওরম্বা জেরিকো মনাক্তগী ফংখী । বাগদাদ/ সেলুকিয়াগী গ্রীক শাগৈ অহন তিমোহি ১বা (৮২৩ খৃ· মতুং) না মহাক্কী চিঠি অমদা ইরম্মী, জেবিকো মনাক্তা হেব্রিউগী খুৎইলাইরিক অমা শুরুং অমদগী ফংখী। পুরান অদু শরুক খরদি অরোনবা লোন্দাদ ইরম্মী অমসুং নিউ কোভেনন্ট অমগী মবমদা কন্না নৈনৈ (মসিবু মতুংদা মার্তিন লুথরনা "দি নিউ তেস্তামেন্ট" থোনখী ) লোয়ননা অঙকপা ধর্ম্মনিয়মগী ওঝা অমা ওইরকখী । নিস্তরিয়া নেচবেলিসতা প্লেনি দি ইলদরনা মোনাস্তরি লৈবা ইঙ্গেদ্দিগী অন্নাং মায়কৈদা মফম অমদা মহাক্লা মসি উখী । মহাক্লা মসিবু ইসেন মোনস্তরি কৌরম্মী । প্লিনিনা মসিদা য়ূপ্লিংখবশিং অদুবু মতৌ অসুন্না ফোঙদোক্লম্মী " অচিকপদা লৈদুনা তাইবঙগী মী পুন্নমক্কা শকখন্নদনা, নুপিসু অমত্তা য়াওদনা, তাইবঙগী নুংশিবা য়াওদনা অমসুং পাই নাতৎপি অমত্তা পায়দনা খুবাক ময়িদা হিংলম্মী" ( ১-১৭)

অহানবা মকোন ফংখিবা শুরুংদগী কিলোমিতর অমা ফাদনা চহী কয়া চীরবেত কুমরান (কুমরানগী অতেক অকায়) হায়না খংনবা অতেক অকায়গী মফম অমা লৈ অমসুং মদুবু রোমানশিংগী অরিবা লানবন্নি হায়না নীংনরম্মী । ইং ১৯৫১ দা লঙ্কস্তর হর্দিংনা থায়নগী অরিবশিং থিজিনবগী জোর্দানিয়ান এদমিনিস্ত্রেতিভ ওফিস অমসুং যেরুজালেমগী থিওলোজিকেল ইন্সিতিত্যুট ওফ দোমিনিকান্সকী দাইরেক্তর পাতর রোলান্দ দে ভোক্স অনিনা লূচিংদুনা অতেক অকায়গী মফম তৌথোক্লুনা ইহান হান্না থিজিনখী । মদুদা মাবা লাউনখ্রবা শউন মকোনশিং অদু ইরম্বা য়াই হায়না আশা চাউনা থাজখিবা কুমরান মোনস্তরি অদুমক ফংখী । থংনবা চহী মঙা হোৎনরবা তুংদা থিজিনবা মায়চৌশিংদুনা লানবনগুন্না চেকপললনা কোয়শিনবা অচৌবা থুন্দা লৈতাবা মফম অমা থেংনখী । মদুদা মরাক ময়ুং মান্নবা ময়ায় চবুক্তা শাবা য়ুম, অতৈ অতোম্পা য়ুমশিং, অচৌবা চাকচাফম হোল, ধর্ম্মগী ইরুফম, গুহা তরাহুমদোই অমসুং অশেংবা ঈশিং সপ্লাইগী ইরমশিং থেংনখী । মোংফম লিশিং অমদগী হেন্না লৈবা সেমিত্রি অমসু ফংখী মদুদা নুপাখক্তা ফুম্বা থেংনখী । অদুদা নত্তনা, লাইরিক ইফম কা, উগী তেবল, মুকফু অসিনচিংবসু মখোয়না থেংনখী। মদুদা শউনগী খূত্‌ই অয়াম্বা ইরম্বা য়াই হায়না থাজখী । ঙসিদি পুন্নমক্লা খঙলে মদুদি মোনাস্তরি অসি খৃষ্ট মমাঙগী চহিচা নিপানগুবদা শাখিবনি অদুমওইনমক বাবিলোনিয়ান লোইথাবদা মুৎলরে অদুগা অনিগুবা চহিচা



Aerial photograph of the excavated monastery of Qumran.

(খৃষ্ট মমাঙ চহি ১৭৫) ফাওবা অমুকহন্না খুন্দা লৈতাখিদে । যোসেফসনা লম্বোইবশিংদুনা লৈরম্বা মওংদু তাক্লম্মী : "মখোয়দা পৈশাগী অপাম্বা লৈরমদে অমসুং মখোয় লোইনমক্না ফুরুপকী ওইনা শীজিন্নবা পোৎচেশিং পুন্না থম্বদু অসুক্কী মতিক ঙকই মদুদি কনামত্তনা অমদগী অমনা হেন্না পোৎচে লৈরমদে। মরমদি মখোয়গী নিয়ম্না ধর্ম্ম কাংলুপ অদুদা য়াওবদা লৈজবা পুম্বা ফুরুপকী ওইনা কখোক্লরম্মী, অসুন্না মী অমত্তা লাইরবা হায়বা লৈতে অদুগা লনলৈবা হায়বা লৈতে, মদুগী মহুৎতা, মী খুদিঙমক চপমান্ননা শরুক থুংই, - কাংলুপ্তুগী লনাই মেম্বর পুন্না মচীনমনাউ ওইনা লৌরম্মী অমসুং কনাগুম্বা অমদা মশানা পামজদনা থাউ নোইবীরবদি মহাক্না মদু শেংনা তৈথোক্লম্মী । মরমদি মশাগী উনশাবু অনানবা অঙৌবা রোবশিং লীৎপগুম শেংনা লৌরম্মী । (ক্লোডিয়স যোসেফস, যেব্রিস ৱার -II ৮:৩)

ইসেনশিংগী হিংবগী নিযমশিং অসি বুদ্ধিস মোনাস্তরিগী নিয়মশিংগা অমসুং যীশু মশাগী পুন্সি মহিংগা তরং তরংনা মান্নরম্মী । বুদ্ধিস লম্বোইবশিংনা মশাগী ফি অমসুং দবকাব লৈবা পোৎ মচা মগু থব নত্তনা লম্থুম অমত্তা লৈতবগুম যীশুসু লম্থুম অমত্তা য়াওদনা কোয়চৎ চৎলগা তম্বীদুনা পুন্সি লেনখী অমসুং মহাক্কী তুংইনবশিং মীবৈবাক্তা থানবা মাগী কাংলুপ্তা পুশিল্লম্মী অদুগা করিমত্তা যাওদনা চৎহল্লম্মী (পলি, প্রভজা), মীচমগী খুদম ওইবা ইমুং মনুংবু থাদোকহল্লম্মী (অগারা) অদুগা কোযচৎ চৎপা লম্বোইবা ওইনা অকরুবা মযুম লৈহল্লমদে (অনাগবা) অদুদগীদি তাইবঙগী ওইবদগী মপুঙফানা নীংতমলে. থব্রায হকচাং লুপ্তুনা লাইনিংদা চঙহল্লে অমসুং থাকনাইবা মী অমদা লৈফম থোকপা অচেৎপা পৃক্কীংগী অপাম্বদগী লাম্থোকহল্লে । মরমদি *"উট অমনা (কেমল মতুগী লং) য়েত্তুম মনাদা লীৎপনা ইনাকখুনবনা স্বর্গগী নিংথৌলৈবাক চঙবদগী লায়" । (মেথিউ ১৯:২৪)*

সেবক অহুম্না হংবদা যীশুগী পাউখুন্না মখাতানা প্রমান ওইহল্লি অমসুং তাইবঙগী ওইবা পুন্নমক থাদোক্লবা পাউজেল পী "অমসুং শাস্ত্রগী ওঝা অমনা ইবুঙোদা লাক্লুনা হায়জরৈ, হে গুরু, ইবুঙোনা লেঙবা মফম খুদিংদা তুংইল্লগে । অমসুং যীশুনা মঙোনদা হায়, লমহুইশিংগী মকোল লৈ অমসুং অতিয়াগী উচেকশিংগী মহম লৈ, তৌইগুম্বসুং মীগী মচা নিপা অদুগী কোক থম্ফমদি লৈতে । অমসুং সেবকশিংগী মরক্তগী অতোম্পা অমনা ইবুঙোদা হায়জ্জরকই, প্রভু হান্না ইপাবু পোৎলোইনবা চৎচবা য়াবীয়্, তৌইগুম্বসুং যীশুনা মঙোন্দা হায় ঐগী ইতুং ইল্লু অমসুং অসিবশিংনা মখোয়গী অশিবশিংদু

পোৎলোয়নবা থনম্মু (মেথিউ ১৯:২২)। লম্মোইবা লুক্ক মাগী ৱাপাউদা অহমশুবা সেবক্লা হংবদা যীশুনা খুম্মা হাপচিল্লি । অমসুং অতোম্পা অমনসু হায় প্রভু, ইবুঙোগী ভুং ইল্লগে, অদুবু হান্না ঐগী য়ুমদা লৈরিবশিং অদুবু বিদায় তৌনবা চৎপা য়াহনবীয়ু । তৌইশুম্বসুং যীশুনা মাঙোন্দা হায় লাঙ্গোন্দা খুৎ চেৎনা পায়রে অদুগা ভুংলোমদা য়েংবা মী কনা অমত্তনা ইশ্বরগী লৈবাক্কী মতিক চাবা নত্তে । (লুক ৯:৬১-৬২) ।

অতোম্পা মরুওইবা বুদ্ধিস লাইনিঙদা নিয়ম অমনা হকচাংদা থাউ নোইবীবা থিংবো অসিনি, মরমদি থবক অসি কাহেন্না হকচাংদা পুক্নীং থিজিনবনি অমসুং মদুনা নাপন য়োকখৎকনি হায়না বুদ্ধনা খল্লম্মী । নাজারেন লাইনিং কাংলুপকীদি হিরমসিগী অকনবা অথিংবসি লৈতে ।

অঙৌবা ফুরিৎ অচোনবী পন্নরকপসি যীশুগী মহৌশাগা চূশীন্নদবা অচৌবা থৌদোকশিংগী ৱারী কুপ্না নৈনরকপদা য়াম্না মরু ওইরকনি । তরানিপানশুবা চহী চাদগী মমিং লৈরবা ফিলোসোফর থরনা য়ীশু পাংতিংবা অমসুং হিঙ্গৎপা অসি ইসেন লম্মোইবশিংগী হৈশিংনা মীমাঙদা উহনবনি অমসুং হিঙ্গৎপগী অহাংবা মোংফম ময়াদা লৈরম্বা নুপীশিংদা ৱা হায়রকপা ফিঙৌ শেৎপা নুপামচাদু ইসেনগী মেম্বর অমা ওইগনি হায়না ফোঙদোকই, মখোয়শিংদু নিয়ম ওইনা অঙৌবা ফুরিৎ অচোনবা লোইনা লীৎপা কাংবুনি । চহী চামগী মমাঙদা খঙনরকই মদুদি যীশুসি ইসেনগী মেম্বর অমগী মচানি, মাঙোন্দা মেরীনা যোসেফসকী মতুংইন্না ইসেনশিংগী হোনবী মতুং ইন্না অঙাং অদুবু মখোয়গী কাংলুপ্তা তিনশিনখী (অলর্বত শ্বীজরগী যীশুগী অশেংবা পুন্সি ৱারী থিগৎপা হায়বদুদা য়াওবনি ) । নৌরিঙৈগী খৃষ্টান কাংলুম্পু মিংচৎ থীহন্নবা ফনাতিক যিহুদিশিংনা হেন্না কনশিনবা পাউদম কয়া শন্দোক্লবা হোৎনবসু থেংনরম্মী ।

মমাংঙৈ ইং ১৮৩১দা স্তুতপার্ডকী তাউনগী লম্মোইবা মকোক ওগস্ত ফ্রেদ্রিক গফরোরবনা তুবিংজেন্দা হন্না হন্না পাঙথোকপা সেমিনারগী ৱারোলশিংদা অসুম্না ইরম্মী ''খৃষ্টান চর্চ অসি ইসেন ধর্ম্ম ফুরুপ্তগী হৌদোকখিবনি, মখোয়গী শেমগৎলম্মা ৱাখল্লোনসু লৌবনি অমসুং মখোয়গী চৎন পথাপ য়াওদনা চর্চশিংগী সংস্থান লিংখৎপা ওইথোকপা য়ারোই ।'' ইসেন হায়বা মমিংসি সিরিয়ান ৱাহৈ 'ইসেন' অর্থদি লম্মোইবা হায়বসিদগী থোরকপনি । অতোম্পা লোন্দগী লৌবদনা ৱাহৈ অসিগী অর্থসি অরামিক ৱাহৈ 'অসয়া' অর্থদি ডাক্তর নত্রগা

লায়েংবা মী (মসি গ্রীক ব্রাহে থেরাপিউতাগা মান্নে ) হায়বসিদগী হৌরকপনি। লম্নোইবশিংগী মরক্তা মখোইগী ইশ্বরগী লাইশোন অমসুং ধ্যান তৌবদা কাহেন্না লূপশিনবা উৎলি, ইন্দিয়াগী যোগীশিং অমসুং ফকিরশিংগা মান্ননা কাহেন্না উবা ঙম্বা অমসুং থবক ঙম্বগী ঙক্লবা লৌশিং ফংবা ঙম্মী ।

ইসেন ধর্ম্ম ফূরুপকী মরমদা নিউ তেস্তামেন্টতা শুংপন পল্লমদবসি তৌগে য়াওনা তৌবা ওইগনি মরমদি ধর্ম্মকাংলূপ অসিগী মেম্বর মশিংসি (যোসেফনা পাবদা মেম্বর মশিং লিশিং মরিয়োন্নি) সদুকী অমসুং ফরিসিশিংদগী তারমদে ।

ইচম চম্না যীশুনা চৎলম্বা মফমশিং নৈনবদা মতৌ করম্না যীশুনা কুমরান মোনাস্তরিগা থাদোক্লবা য়াদবনো হায়বদু উৎলি । ধর্ম্ম নিয়ম মতুংইন্না যোর্দান্দা যীশুবু যোহান্না বাপ্তাইজ তৌখিবা (মসিগী মতুং ইন্না মীৎয়েং পাকপা নজারেনশিংগী ফূরুপ্তা যীশু তিনশিনখিবা ) মফম অসি মোনাস্তরিদগী য়েংবদা উবা মফমনি হায়বদি কিমিঃ তরেৎখক্তা লাপ্পী । অসিগুম্বা তশেংনা বাপ্তাইজ তৌবা মফম অমসুং কুমরানগী মরক্তা লৈনবা মরী অসি মীশিংনা মীৎনা য়েংবদা অহাংবা লৈকংলাগী চীংশাংগী তরু তরুবা অতিয়াগা লোয়ননা নক্লা লৈবা মফম অনিসি য়েংলগা তশেংনা হকচিন্না খঙবা ঙমগনি । মফম অসিদগী যীশুনা বাপ্তাইজ তৌরবা মতুংদা মীয়ামদগী তোঙান্না লৈখিবা মতমদা মহাকপু সয়তান্না থেমখী হায়বা চীংদু ময়েক শেংনা উবা ফংই । ( লূক ৪:১-১৩) । চাউরাক্লা কিমিঃ ১৫ রোম লাপ্লে ।

যোহন্না লৈকংলা অসিদা লৈরম্মী, কুমরানগী শুরুংদা ওইবা য়াই অমসুং বাপ্তাইজ হেক তৌবগা যীশুনা মফমদুদা চত্তুনা মথন্তা ধ্যান তৌখী । কুমরান্দা খুন্দাবশিং অদুনা লৈরম্বসি মফমদুদনি মরমদি মখোয়না ইরম্বশিংদা 'লৈকংলাদা' খুন্দাই হায়না ইরম্মী । যীশুনা মফমদুদা "লমশাশিংগা লৈমিন্নরম্মী অমসুং স্বর্গদুতশিংনা মহাকপু সেবা তৌরম্মী" (মার্ক ১:১৩) । ইসেনশিংনা য়াম্না চেকশিন্না অমসুং অরোনবা ঙাক্লা (চীনহাইদা) স্বর্গদুত ওইনা থবক তৌরম্মি, অমসুং পাউ থাদোক থাজিনগী থবক তৌরম্মী । মতৌ অসুম তৌনা যীশুনা পুন্সিদা ইসেনগী নিতি ইন্দুনা মতম খর লেনখিবসি নৈনবা য়াই । যীশুনা কুমরানগী মপান্দা চীক্লা মতম লেল্লম্বা তারবদি মহাক্লা মোনাস্তরি অদুগা পাউ ফাওদোক ফাওজিন তৌনরমগনি, ওইবা য়াবদা স্বর্গদুতশিংগা হায়বদি লম্নোইবশিংগা ।

ইসেনশিংগী পন্দুপ্তা (যেব্রিস ব্বার - II ৪ দা) যোসেফস ফ্লাভিয়াসন ইরম্মীঃ "ধর্মকাংলূপ অদুদা মিং চন্নিংবা খুদিঙমক খুদক্তা য়াওবা য়াহল্লমদে, মদুগী মহৎতা চহী অমা মপান্দা লৈহল্লম্মী অদুগা শীংজং অমা, ইয়োংফি অমা অমসুং অচোনবা অঙৌবা ফুরিৎ অমা পীরগা মখোয়গী মেম্বরশিংনা লেনবা পুন্সিদা লেলহল্লম্মী । অহানবগী চাংয়েং অসিদা মায় পাক্লবদি মহাক খোংথাং অমা ফুরুপ অদুদা নকশিল্লে, মহাক লাইগী সেবা য়াউননবা ইশিংদা শেংদোকপগী থৌ পাঙথোকই, অদুম ওইনমক মতম অদুদা ফাওবা অপুনবা চাক্রেন চাবদদি য়াওখিরোই ( ব্বার - II ৮:৭) ।

চপমান্নবা থৌরম পরেং অসি হৌজিক্কী মতম ফাওবা তিবেবত্তদি পাঙথোক্লি। ইচম চম্না লম্বোইবা অমা ওইদ্রিঙৈদা অমসুং লামা ওইদ্রিঙৈদা (হায়বদি অব্বাংবা থাক কাদ্রিঙৈদা) মহাক মহৈ মশিং অমা তম্বা লোইগদবনি অমসুং চাংয়েং কয়াদা শরুক য়াবা তাই । য়াওনিংবশিংনা অকক্লবা মতম অমা ফুরুপগী মপান্দা লৈদুনা ইশ্বরগী ধ্যান তৌবদা মপূংফানা কখোকপা ঙম্নবা অয়েৎপা লৈরোইদবা মফমদা লৈগদবনি । লদাখকী হেমিস মোনাস্তরি অসি অতোপ্পা হেন্না চাউবা লামাশিংগী মোনাস্তরিগুম্না, অনিশুবা, হেন্না পীকপা অমসুং অচম্বা য়ুম অমা মোনাস্তরিগী য়ুমজাউদগী কিমিঃ মঙারোম লাপ্না চীংথক অমদা হিরম অসিগীদমক শাদুনা থম্মী । য়াওরিবশিংনা মখোয়গী মথন্তা লৈবা কাদা ধ্যান্দা লূপ্তুনা লৈরিঙৈদা সেবারিশিংদগী চানবা খরদং নোংমদা অনিরক ফংগনি ।

খৃষ্ট মমাঙ চহি ৩১দা কুমরানগী খূঙ্গাওদু অকনবা য়ুহার হাবা অমনা পূল্লপ মাঙ তাকহনখী । ঙসিসু খুদম ওইনা চেকখায়বা অমদি কাদুনা লৈবশিং উবা ফংই । মফম অমদা লৈমায়গী অব্বাংবা মিটর তংখায়রোম নমথবা খেংনৈ । য়ুহার হাবগী মতুংদা কুমরান অসি মী তাদনা চহী কুম্ভ্রারোম লৈখী। যীশুনা লৈরদ্রিঙৈ অমসুং অনৌবা থৌনা হাপ্লদ্রিঙৈ ফাওবা মোনাস্তরি অসি নৌনা অমুক লিংখৎলমদে ।

মীগী মোংফম থক্তা নত্তনা শাশিং ফুম্লম্বগী মখাকশিংসু ফংখী, য়াউ, হামেং, ষণ, সম্নাউ অমসুং য়াউমচাশিং মৈ ইকপা লৈবাক্কী অচৌবা পাত্রশিংদা চেকশিন্না হাপ্তুনা ফুম্লম্বগী মখাকশিং থেংনখি । মসিদগী ঐখোয়না মসি চুম্মী হায়না খনবা ঙম্মী মদুদি ইসেনশিংনা মখোয়গী অয়োকপা শাশিংবু লুনা তৌরম্মী অদুগা সাশিংদু হাৎলমদে নত্রগা চারমদে । ওইথোকপা য়াবা মরমদি অহিংবা



"The Temptation of Jesus in the Wilderness' (by A.D. Thomas).

জীবা পুন্নমক হাৎপসি জীবা ওৎলৈবনি হায়না বুদ্ধিসশিংনা তৌবগুম থাজনরম্মী। লম্মোইবশিংনা লৌ অমসুং হিক্লোন কোয়রম্মী, তারিখ হকপা নুংশিংগী মরক্তগী অমনা থাংতুপ পাম্মী মচাশিং থাখিবগী নুমিৎ পীখী, থাংতুপশিং অদুগী মরুমদা মতুংদা ইসেনশিংনা পোখারম্বগী ৱারী প্লিনি দি ইলদরনা ইরম্মী । ফিলোনা ইরম্বদা ফুরুপ অদুনা খোই য়াম্না পাম্না য়োক্লম্বগী ৱারী ফংই, মদুনা বাপ্তাইজ তৌবীবা যোহননা চাবা চীঞ্জাক্কী মরমদা নীংশিংহল্লি । শেন অচোইবা ময়েক চামরিয়োম ফংবদগী য়েংলগা করম্বা নিংথৌ হাক্তক্তা লৈরম্বনো হায়বা চপচানা লেম্পা গুম্মী । আর্কেলসনা মপাগী মহুৎতা যুদিয়াগী গভর্নর শিনবা মতম খৃষ্ট মমাঙ চহী ৪দনি । শেঞ্জোয়শিং অদুদগী প্রমান লৌরগা মোনাস্তরি অসি আর্কেলসনা পানবা হৌদ্রিফাওবা অমুক হন্না খুন্দাখিদে হায়বা খগুবা গুম্মী, ফুরুপ অসিগী মেম্বর অমত্তা মফমদুদা খুন্দাদনা লৈরম্মী মরমদি ধর্ম্ম কাংলুপ অসি হেরোদকী খুৎতা অও ৎ অনৈ কয়া চথরম্বদগীনি, মহাক্কী কাহেন্না কে মৌবা নিংথমথাগী কোনুং অসি জেরুজালেম মনাক্কী মোনাস্তরি অসিদগী কিমিঃ তরানিথোই খক্তমক লাপ্লে । হেরোদ শিখ্রবা তুংদা ইসেনশিং হল্লকখী অদুগা মোনাস্তরি অমুক শাগৎখী । অদুদগীদি যেৱিশ রোমান লান খৃষ্ট মতুং ৬৮ ফাওবা খুন্দা লৈতাদুনা লৈখী । লৈমায়গী লৈরম্বা ফিভম্না ফুরুপ অদু হিংসোগা লোয়নননা লোয়শিনখী হায়বা উৎলী । লৈমায়দা উৎ লৈরম্বনা মোনাস্তরি অদু মৈসু চাকখী হায়বা উৎলী ।

# কুমরান্দা লৈবা ইসেনশিংগী পাউজেন

কুমরানগী ইসেন ফুরুপকী মেম্বরশিংনা মখোয় মশাবু মীয়াম্না খঙবা য়াবা মমিং অমত্তা মখোয়গী লাইরিকশিংদা থোল্লমদে । মখোয়না মখোয় মশাবু "ইশ্বরগী অশেংবা ফুরুপ, তোল্ল তারবা মীয়াম, ইশ্বরনা খন্দোকপিশ্রবশিং, অচুম্বগী লেম্পা মীশিং নত্রগা খ্বাইদগী তোয়না "মঙানগী মচাশিং" হায়না কৌজরম্মী। ইসেনশিংসি ধর্ম্মগী লম্বীদা যিহুদিগী আইন্না পীবা নিতি পুন্নমক্তগী থৈদোক্লম্মী অদুগা অসুক্কী মতিক থৈদোকপ্লে মদুদি কুমরানগী ইসেনশিংসি যিহুদিগী ধর্ম্মকাংলুপ অমরা হায়না ৱাহং হংবা য়াই ।

ইশ্বরগী থাগৎ ইশেশিংদা ইশ্বরনা তোল্লবশিংবু মফুংফানা থৌজাল উৎপীবগী অফবা ৱাপাউ (ইভাঞ্জেলিয়ন) লাউথোকপা ঘেংনৈ অমসুং ইসেনশিংনা ৱাপাউদুগী পাউজেনবা ওইবগী অপাম্বা উৎলি । ইসেনশিংনা

ইশ্বরগা অনৌবা ৱারেপ তাবা (নিউ তেস্তমেন্ট) পামথী অমসুং মথোয় মশাবু অনৌবা ৱালেম্পশিং হায়না কৌজে। মদুবু মতুংদা থীগুনা লিংখৎলম্বনি । অনৌবা ৱালেম্পশিং অদুনা "মথোয়না গুরু অমগী মথাদা লৈবদগীনা আরোন অমসুং ইজরেলগী মেসাইয়া লাক্লিন্ফাউবা থবক চখগদবনি । অঙকপদি কুমরান কাংলূপ্না যিহুদিগী নিতিনা পীবা লাই খুরুম্বগী যেরুজালেম নীংনেশঙদা ওনবা মায়োম্দা লাই খুরুমদে । মদুগী মহুৎতা নোংপোক মায়কৈ ওন্দুনা নোংমদা অহন্নক খুরুম্মী । মথোয়না নোংপোক ওন্না খুরুম্বগী মরমদি নুমিৎনা থোক্লকপা মায়কৈদা ওনবনি । যোসেফসনা ইরম্মী মদুদি ইসেনশিংনা নুমিৎ থোকপা মমাঙদা শেংদবা ৱা অমত্তা ঙাংনদে অদুগা অরিবা মতমগী অকক্লবা নুমিৎ খুরুম্বগী লাইশোন অমা শোল্লী ....." । মসিগী ৱারীসিনা ময়েক শেংনা তাকই মদুদি ইসেনশিংনা নুমিৎসি ইশ্বরগী ওইবা খুদম অমা ওইনা লৌরম্মী। কুমরানগী লাইশোন ইশৈ অমনা ইশ্বর থাগৎপগী ইশৈদা ফোঙদোকই ঃ"নুমিৎসিগী অহৌবসিদা নোঙাল্লকপগী মশেক মঙান্দা নহাক্না উহনবীরে" অমসুং মথাদা "অনৌবা নুমিৎনা লাকপদা নহাক্কী নতিক ইফমদা উহনবীরে"।

ফুরুপকী নিয়ম্না অযুক্কী অমদি নুমিদাংৱাইগী লাইশোন চাংনাইনা শোনগদবনি । ক্রোতোনগী পাইথাগোরাজগী তুংইনবশিং অমদি পাইথাগোরাজগী নিতি চৎপা হর্মিস ত্রিসমেগিস্তোজগী গ্নোসিসকী তুংইনবশিংনা ইন্দিয়াগী ব্রাহ্মনশিংগা চপমান্নবা ধর্ম্ম থৌদা পাঙথোক্লম্মী । অনিমক্কী লাইখুরুম্বা মায়োন নোংপোক ওল্লি অমসুং নুমিৎপু খুদম ওই, অদু উবদা কাশ্মীরগী মর্তান্দ সনতেম্পল নীংশিংহল্লি ।

মথা তাথনা অচুম্বা অমথক পনবা য়াবদি ইসেনশিংনা নোংদোম্দা থোকপা থাগী থোংচৎতা হোৎপা যেরুজালেমগী কলেন্দর চৎতে । মদুগী মহুৎতা মশাগী তোঙানবা মতম খল্লবা পথাপ অমা শেমজে । ইন্দিয়াদা ব্রাহ্মনগী লৈঙাক সাসন লৈরকপদগী শীজিন্নরক্লবা নুমিৎকী থোঙচৎতা হোৎপা কলেন্দরনা হেন্না চুম্মী খন্দুনা মদু ইল্লি । গায়স জুলিয়স সিজরনা পান্দ্রিফাওবদি রোমান সম্রাজ্য পূন্নমক্তা নুমিৎকী থোঙচৎ কলেন্দর চৎলমদে, অদুম ওইনমক ঙসি ফাওবদা যিহুদিসিংদি চক্রি। কুমরান কলেন্দরদদি চহীগী পাঙথোকপা কুম্মৈশিংদা চপমান্নবা চয়োলগী নুমিৎশিংদা তাই । ওন্নতৈনবদা যিহুদিগী লোয়শংগী নিতিদদি তাদে ।

চহীদা ঋতু মরি থায়দোকপসি যিহুদিগী চৎনবীদা লৈতে । পাইথাগোরানা ইন্দিয়ারোমগী ঋতু থায়দোকপা নিয়ম পুশিল্লকত্রিফাওবা অরিবা গ্রীসতা ঋতু অনি নত্রগা অহুমদগী হেন্না লৈরমদে ।

ইসেনগী ধর্মনিতিনা মখাতানা থব্রায়গী লম্বী অমসুং ইসেন ফিলোসোফিগী হৌরকফম তাকই । ইন্দিয়াগী লম্বোইবা অমসুং গ্রীক ফিলোসোফরনা তৌবগুম থব্রায়দি শিনা নাইদে অদুগা মপুওইবা থব্রায়না হকচাংদা মতম থরগী ফাদোকশঙ ওইরগা হিংবনি । যীশুনা অনৌবা মশা অমা হাপচিল্লকুনা শিরবা মতুংদা হিঙ্গৎপগী পাউতাক শন্দোকখি । হকচাং তোংশা য়াওনা হিঙ্গৎপগী ব্রা য়াওদনা মহাক্না অশিবশিংনা হৌগৎকদবগী মরমদা হায়রম্মী । অসুম তৌনা মহাক্না মীওইবগী হকচাংনা হৌগৎলক্কদবদি পল্লমদে, তৌইগুম্বসুং ইন্দিয়াগী ধর্ম্মনিতি পূন্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ইন্দিয়াগী বেদগী উপনিষদশিংনা তাক্লম্বগী মতুংইন্না তাইবঙগী মথৌ মঙম পূন্নমক লোইরগা ইকোন কোনবদা মপূঙফানা থব্রায়না মনীং তল্লদুনা থ্বাইদগী ব্রাংবা মপোক লাইরৈবাক্কী হকচাং লৌদুনা পোক্কনি হায়বা অশেংবা পাউতাকসি তম্বীরম্মী । পাইথাগোরা নিতি, ওর্ফিয়ানিতি, ইম্পেদোকলনিতি, প্লেতোনিতি অমসুং প্লেতোনিতি শৌগৎপশিং অসিগী থরদং পনবা তারবদা ইসেনথক্তদা নত্তনা মথোয় লোইনা শিগ্রবা মীগী থব্রায়না অনৌবা হকচাং অমদা চঙদুনা পোকপগী পাউতাকশিং তম্বীরম্মী । শিরগা আত্মানা অনৌবা হকচাংদা চংবগী (মেতেম্পসাইকোসিস - অরিবা গ্রীক ব্রাহে ) ব্রাথল্লোন অসি গ্নোস্তিক অমসুং ইস্লামিক ফূরুপ থরদসু হিংহৌরি অমসুং থায়নগী থিওসোফি অমসুং এন্থ্রোপোসোফি নৈনবদা মচাক অমা ওইহল্লি ।

মমাঙগী চহীচাদফাওবা থিজিনবা মায়চৌশিংনা ইসেনশিংগী পাউতাকশিং বুদ্ধিজমদগী লৌথোকপবু শকখঙখী । ইসেনশিংগীসু কর্মবন্ধন হায়বসি লৈ, মদুনা পীবগী মতুং ইন্না মশাবু শেংদোকচগদ্রা নত্রগা পাপকী লম্বীদা মখাতানা চত্তুনা ব্রায়েনগী নুমিৎতা মশাবু মাঙহজ্জগদ্রা হায়বসিগী থন্নবা ভাব তাহল্লি । মথোয়না তুংদা থোক্লগদবদু খুউশেন্না লৈ অমসুং শোয়দনা লাক্লগদবা ইশ্বরগী নিংথৌলৈবাক্কী মরমদা লাউথোকই । যীশু অমসুং ইসেনশিংসি মান্নবতা নত্তনা খেন্নবসু পুথোকপা তাই । অনিসি চাংদম্নদুনা যীশুনা চৎনবীগী পোৎলুমদগী মহাক্কী শীংথানরবা থঙহৈবগী খোঙফমদা লেপ্পুনা অনৌবা পুনসিগী নুংশাশ্বর অমা য়েংলম্মী । থায়নগী মথোয় অদুদা হায়খিবদু নথোয়না তারে । তৌইগুম্বসুং ঐনা নথোয়দা হায়রি .... (মেথিউ ৫:২১-৪৮) । যিহুদি সমাজনিতিগী মতুংইন্না পোথাবা নুমিত্ থওইদদুনা থুগায়রবদি হাৎকদবনি। অদুম ওইনমক কুমরানগী পুয়াগী ব্রারীনা পোথাবা নুমিৎ থুগায়বা মীশিংবু হাৎপা থিংঙি অমসুং লম্বোইবা মেথিউগী ব্রাপাউদা যীশুনা হায় *"মরমদি মীগী মচানুপা অদুনা পোথাবা নুমিৎকীসু মপুনি ... " ( মেথিউ ১২:৮) ।*

থেংনবা অসি যীশুগী য়েক্লববু নুংশিউ হায়বসিনা মরু ওইনা ময়েক শেংহল্লি, অদুবু ইসেনশিংদি মতম অদুক্তাওবা মথোয়গী য়েক্লববু তুক্কচরি । তশেংনমক কুমরানগী মীশিংদি মালেমপৃম্বদগী তোখাইনা ৱাংখৎনা লৈ অমসুং ধর্ম্মপথাপকী খঙ্গৎলবা কাংলূপ অমগী সম্পত্তি মথল অমা ওইনা লৈ । ওন্ন তৈনবদা তসেংনা অৱাংপা লৈরিবশিংবু শৌগৎপীনবা যীশুনা পাপচেনবশিংবু থেংননবা খি - মহাকনা চেংনা হায় "ইজরেলগী ইমুংগী মাঙখ্রবা য়াউশিং" গীদমক মহাকপু থাবীরকপনি । মহাক্লা ধর্ম্মগী নাপন অমত্তা অমসুং তোপ তোপ্পা হৈশিংবগী লৌশিংনো ধর্ম্ম অমদগী তোখাই তানিংবা পৃম্না কন্না য়ারমদে। যীশুনা থাউ নত্রগা বাল্ম শীভিজনবা অসি ইসেনগী ধর্ম্মনিয়মদগী পৃমতোং তোঙাল্লি। যীশুনা মশামকপু "থাউনোইরবা" (ক্রেস ত্তোস) হায়না কৌজে অমসুং মসিনা মরুওইবা মগুন অমা ফোংদোকপসি লৈরিবা ইসেনশিংদগী খুদক্তা লাপথোকই । অরিবা লাইনিংপথাপ্না থাউনোইবনা হিকাপ য়েনকাপ চঙদবা অমসুং মশাবু শরোয়শিংদগী ঙাকথোক্লবা মরম অমা ওইনা পী । মসিনা থৱায় অমদি হকচাং অনিমক লায়নাদগী ঙাকথোকই । থাউ তৈবনা সেবক অমগী হকচাংবু কৃপশিন্দুনা ইশ্বরগী মথাদা ইশ্বরনা লোয়নবীদুনা ঙাকথোক শেন্দোক্কনি । সেলসসনা ইরম্মী মদুদি খৃষ্টান ধর্ম্ম মথোয়তনা মথঙলে খঞ্জবা মীশিংনা লিলমকুগুম্বা কুয়োম অমা কৃপশিঞ্জে, মদুনা মহাকপু মপা ইশ্বরগী মচা হেক্তা ওনবা য়াই, কুযোমদু মন্তরগী ৱাহৈসি শোল্লগা ফংই *"হিংবগী উপাম্বীদগী অঙৌবা মোলোম্না ঐগী হকচাং নোইখ্রবনি" (ওরিজেন কনত্রা সেলসম VI - ২৯)* । ফিলিপকী এপোক্রাইফেল ৱাপাউদা অসুন্না ই "হিংবগী উপাম্বী অসি থাউথোকপা পাম্বী ওইনা স্বর্গগী ময়ায়দা হৌই, মসিদগী হকচাং নোইনবা থাউ (লাইদা কৎলবা) ফংই । তৈনাথাউ অসি তৈরবদি শিরবা মতুংদা হৌগৎকনি ( নাগ হমাদি কোদেক্স - II ৩:১২১, ১৫:১৯) ।

কনাগুম্বা নিংতম্বা থৱায়না ইশ্বরগী হকচাং অমা লৌদুনা অরোইবদা শিরগা অমুক হিঙ্গৎলি হায়না থাজরবদি ৱারী মতাংসিদা ঐথোয়না থঙই মদুদি যীশুনা থাউ নোইথোকপা অসি মরুওইবা অনৌবা পারা অমা ওইনা ইসেনশিংগী ধর্ম্ম কাংলূপকী পাউতাকশিংদা হাপচল্লকপনি । ইরেনাউসনা ইরম্বদা থাউনোইবা অসিনা অরান খুভমগী মপৃংফারবা থৌ পাঙথোকপনি অমসুং অচুম্বা বাপ্তিজমদগী ইশ্বরনা য়াম্না হেন্না চানবী । থাউ নোইবসি অয়াম্বা মতমদা কোক্তা ওইনা নোই, মরুওইনা লাইবক্তা, করিগুম্বদা উকারনগী মওংদা নোই । থাউ নোইবগী চৎনবী ইন্দিয়াগী বেদগী মতমদা হঙ্গৎনা য়েংখৎপা য়াই, মতমদুদা সন্যাস (সাধু) শিংনা অমসুং ধর্ম্মগী তোঙানবা

মোংলৈবা কয়ানা চৎনরম্বনি মদুদি ফৈনা (শিবা) নত্রগা য়ুংনা (বৈষ্ণব) পরিং লাইবক্তা চিংই, মদু চিংলিবা পোত্তি থাউ অমসুং ইশ্বরদা কৎপা উৎ (বিভূতি) নত্রগা মকুপ য়ানশিন্নবনি ।

খৃষ্টান ধর্ম্মনা মহেল্লে হায়বা ৱাখল্লোন অসি নৌরিংঙেগী খৃষ্টাননিতিদা লায়না উবা ফংই, মরুওইনা পোলনা ইবা চিঠিশিংদা অমসুং অয়াম্বদি ইফেসিয়ানশিংগী চিঠিদা (মদু পোলনা ইবদি মানফাংতে ) উবা ফংই । খৃষ্টান ধর্ম্মনা মহেল্লে হায়বা অকনবা নাপনসি লম্বোইবা যোহনগী ৱাপাউদা ক্লেমেন্ট ওফ আলেকজেন্দ্রিয়াদা ওরিজেন অমসুং ওরিজেনশিংবু শৌগৎপশিংগী লাইরিক্তা (লিটঃ দি ওরিজিনেলস) উবা ফংই । ইহান হানবা খৃষ্টান ধর্ম্মনা মহেল্লে হায়বা ৱাখল্লোনগী ৱারী খর হিংদুনা লৈহৌবগী মরমদি শক্তিপাম্বা চর্চকী লোয়শঙশিংনা অশেংবা পাউতাকশিংবু পাকশন্না শেরান্নবা ৱাখল্লোন্দ পুথোকখিবদগীনি । হিংলিবা খৃষ্টান ধর্ম্মনা মহেল্লে হায়বা লাইরিকশিংদি পিস্তা সোফিয়া (গ্রীকঃ পিস্তা = থাজবা, সোফিয়া = লৌশিং), ফাগি জোগাইগী লাইরিকশিং অমসুং নাগ হমাদিগী পুরোহিৎশিংগী লাইব্রেরিগী লাইরিকশিং, হায়রিবা লাইরিকশিংসি খৃষ্ট মতুং মরিগুবা চহীচাদা খোমজিল্লম্বনি অদুগা দেদ সীগী ফাওরবা শউন মকোন ফংখিবগুম ইং ১৯৪৫ দা অমুক হন্না ফংখিবনি ।

ঐখোয়গী থিজিন হুমজিনবগী খোঙচৎসিদা ঐখোয়না যীশুগী পুন্সী ৱারীদা পাকশন্না অরিবা এসিয়াগী মরী লৈনবদগী থাজবা য়াবা শাক্বিশিং খোমজিল্লসি অমসুং ঙল্লিঙেগী চর্চনা লৌখিবা থৌদাংদু য়েংসি । যীশুগী অশেংবা পুন্সি ৱারী অমসুং নিউ তেস্তামেন্তা মাগী হায়রম্বা পাউতাকশিং কৃপ্না য়েংশিনবদা হৌজিকসু ইৱাই লায়না থঙবা য়াবা লিখুন ফংই, মদু ঐখোয় হৌজিক য়েংলসি।

# চেপ্তর মরিত্তবা

# যীশুগী অরোনবা

যীশু খৃষ্টকী অশেংবা পুন্সি ৱারী লীনবা হোৎনবসি এতোমিক পার্তিকল অমা মফম খণ্ডবা হোৎনবা অমদি পোজিতিভ চার্জ ওইৱা নত্রগা নেগেতিভ চার্জ ওইৱা খণ্ডবা হোৎনবগা চপহেক মান্নম্লে । পোৎশক্তুমক মীৎনা উৎ ফংদে, অদুম ওইনমক চাংয়েং চৎথবদা হেন্না চাউবা পার্তিকলগী খোঙচৎকী খোঙ্গুল লীরগা শক্তম অমা লাকপা ঙম্মী । চপমান্নবা হৌরকফম থিদুনা হঙ্গৎনা য়েংখৎলবদি, ঐখোয়না পোৎশক্তু খোঙচৎ নাইহনবদা চঙবা ফোস্ অদু হিসাব পাবা ঙম্মী । মতৌ অসুন্না ঐখোয়না মীৎনা উহৌদবা হিরম অসিদা ৱারীগী য়ুম্ফম শাগৎপা ঙম্মী । যীশুগী ৱারীগী মতাংদা চয়েৎনবা মরম অনিথক লৈ । অহানবদা, যীশুগী পুন্সি ৱারী শাগৎপদা চঙবা তশেংবা থৌদোকশিংগী শাক্তি ওইবা য়াবা অয়াম্বা শরুক লোত্তুনা লৈবা তাথী । মহাক্কী পুন্সী শক্তমদা অঙকপা মায়থুম অমনা কুপশিন্দুনা লৈখী । মহাক্কী পুন্সিগী থৌদোকশিংদা অথাবা লৈচিন অমনা কুপশিল্লি, মদুমক্কা শেমজিন শাজিনবা ৱারীশিং য়াউশল্লকনবা মরম অমা ওইহল্লি ।

থৈদোক থৈজিন য়াম্মনখিবনা মমৈদা লৌবা য়াদবগী ফিভমদা লাকই। হৌজিক ফংলিবা ইতিহাসকী মরুওইবা মচাক ওইবা য়াবা ৱারীশিং অমসুং যীশুগী ইতিহাসকা শমজিন্নবা য়াবশিংদা হৌথিবা চহীশিংদা শন্দোক্লিবশিং ঐখোয়না যীশু খৃষ্টকী অচুম্বা ৱারী পুথোক্কবা হোৎনবদা অদুক য়াম্না য়ুম্ফম ওইবা য়াদ্রে । ঐখোয়না মশাগী অতাৱী অমদি লায়না খঙবা য়াবা হোংদোক হোংজিন লৈতবা মায়কৈ অমদা চঙশিনবা তাই । ঐখোয়গী ৱাহং পুন্নমক অরোইবদা যীশু মতমগী মীশিংনা হংবা মরুওইবা ৱাহং অদুমক্কা লোয়নন্না নৈনবা তাই, ৱাহং অদুদি *"মহাক্সি করম্বা মখলগী মীনো ?"* (মার্ক ৪:৪১) "।

যীশুগী ৱারীদা পাকশন্না অর্থ কয়া লোঙখোরকপগী মরমসি কাংলুপ অমনা যীশুবু মায়থুম কন্না কুপশিন্নবা লাক্কবা অদুগা অতোম্পা কাংলুপ অমনা মায়থুম হাংদোক্কবা লাক্কবা, কাংলুপ অনিনা তোপ তোম্পা মওং অমদা য়েৎনরকপদগী ওইগনি । যীশুনা তুমিন্না লৈনবা মেনবা অদু মাগী তুংইনবশিংনা মুন্না ভাব তাবা ঙমথিদবা অমসুং মীগী মচানুপা অদুনা মতম মতমগী ওইনা

হায়রম্বা ব্রাহৈশিংনা মরৈ য়েৎনবদা অচৌবা শক্রোন্ অমা ওইরি । মরমদি যীশুগা লৈমিন্নরম্বা সেবকশিংনা মহাক্কী ব্রা অর্থ চুন্না হনবা ঙল্লমদে নত্রগা মহাক্কী পাউজেলদু মনুং হুনজিন্না খঙখিদে । মহাকসি অঙকপা অমদি খঙ্গমদবা ওইনা লৈখী অমসুং মহাকপু মীয়াম হুপ্না খঙহল্লীংবগী অপাম্বা তশেংনা উৎলমদে । মহাক্না তৎতনা তুংইনবশিংবু অরোনবা থম্নবা পাউতাক পীখী । ব্রাপাউদা ইবগী মতুং ইন্না পিতরনা হায় "মহাক্না মখোয়দা কনাদসু ফোংদোক্তনবা হায়খী (মার্ক ৮:৩০) অসুন্না হায়দোক্তনবা মেনবসি যীশুনা মীশিংবু লায়নাদগী কোকপীবা মতমদসু থেংনৈ । ব্রারীদা য়ীশুনা লায়েংবীরবশিংদা মীয়ামদা খঙহন্দনবা কন্না থিংবা থেংনৈ । মহাক্না লেপ্রোসি নারবা অমবু লায়েংবীরগা অসুন্না হায়দুনা থাদোরকখি *"য়েংউ নহাক্না ব্রাফমসি কনাদসু হায়দোক্কনু" (মার্ক ১:৩৪)* । জায়রসকী মচানুপীবু হিঙ্গৎহনবদা উহৌবা মী পুন্নমক্তা হায়খিবা ব্রারী অসুন্না লৈ *"মহাক্না চুমদ্রিংনা কনাদসু খঙহন্দনবা শিন্নখি । " (মার্ক ৫:৪৩)* । বেথশৈদাগী মীৎতাংবা অমবু উহনবীরবা মতুংদা যীশুনা অসুন্না পাউতাক পীরগা থাদোক্লম্মী *"নহাক সহরদা চৎলুগনু নত্রগা সহরগী মী কনাদসু ব্রাফমসি ফোংদোক্কনু" (মার্ক ৮:২৬)* । পুন্নমকসিগী ওন্নতৈনবদা অঙকপশিংদু লোৎতুনা থম্বা ঙমখিদে অমসুং লৈবাক শীম্বুংনা পাউ শন্দোরক্লম্মী । খুদম অমদা লোম্হোক্তবা অমবু ফহনবীরগা *"মহাক্না মখোয়দা শিন্নখি মদুদি থৌদোক্তু কনাদসু হায়দোক্কনু, তৌইশুম্বসুং মখোয়দা হায়দোক্তনবা শিন্ন শিন্নরগা মখোয়না য়াম্না কন্না শন্দোক্লম্মী" ( মার্ক ৭:৩৬)* ।

যীশুনা মাঙোন্দা লৈবা ঈশ্বরগী পাঙ্গল অদুবু খঙবা শরোয়শিংদসু হায়দোক্তনবা যাথং তৌরম্মী (মার্ক ১:২৫ অমসুং ৫:৭) । মহাক্না *"দেভিলশিংদা হায়দোক্তনবা থিংলম্মী মরমদি মখোয়না ইবুঙোবু শকখঙ্লম্মী" (মার্ক ১:৩৪)* । শরোয়শিংনা মহাকপু উবদা মখোঙ পায়দুনা খুরুম্লম্মী *"ইবুঙো নহাক ঈশ্বরগী মচা নুপানি"* । মদুদা যীশুনা মখোয়দা শীন্নবীখি মদুদি মহাকপু কনাদসু শক তাক্লোইদবনি । (মার্ক ৩.১১) ।

অসুন্না সেবকশিং, লায়না কোক্লবশিং অমসুং শরোয় ফাওবসু মহাক্না তৌখিবা থবকশিং হাযদোক্তনবা য়াথং পীখী অমসুং মরু ওইনা মহাক্না মখোয় মশা মশাদা তৌখিবা থবকশিংদু হায়দোক্তনবা খঙহনখী । *"অমসুং মহাক্না কনাগুম্বা মী অমত্তনা খঙহল্লোইদবনি" (মার্ক ৭:২৪; ৯:৩০)* । থাঙ্গৈশেংনা মসিমসু সেবকশিংগী মতাংদা পনবা য়াই । সেবকশিংনা মহাকপু খঙদবনা মরম ওইদুনা যীশু অমদি মাগী সেবকশিংগী মরক্তা অচৌবা ঈপাক অমা

থনবগুন্না উই । মসিময়েক শেংহনগদবদি শুরুনা মাগী সেবকশিংবু খঙমন্দবদগী পেন্দবা অমদি অশাউবগা লোয়ননা তোয়না চৈবা মতাং য়েংলগনি । খুদম ওইনা নোংলৈ নুংশিৎতা জহাজনা হাই হুন্নক্রবদা মহাক্না মাগী সেবকশিংদা হংখী *"নখোয়না অদুক য়ান্না করিগী কিবগে, মসি নখোয়না থাজবা লৈতবনা নত্রা ? (মার্ক ৪:৩৫-৪১)* । *নত্রগা তন পীজবগী অঙকপা ৱারীগী মতাংদা "অমসুং যীশুনা মসি খঙ্ক্রবদা মখোয়দা হায়, করি মরমদগীদমক নখোয়না তল লৈত্রে হায়বগে নখোয়গী নথম্মোইশিং কনশিল্লবা? নমিৎতি পাল্লি অদুগা উবদি উদব্রা ? অমসুং ননাদি পাল্লি অদুগা তাবদি তাদব্রা? অমসুং নিংসু নিংশিংদব্রা ? (মার্ক ৮:১৭-১৯)* । অমসুং মহাক্না মখোয়দা হায়, নখোয়না মসি মতৌ করন্না খঙদ্রিবনো ? (মার্ক ৮:২১) ।

সেবকশিংনা লাই ফত্তবা লাইমাং ওক্লবা অঙাং নুপামচা অমবু লায়েংবা মতমদা ফহনবা ঙমদ্রবদা যীশুনা খোঞ্জেল য়াক্না মখোয়বু ৱাহে অসুন্না চৈখি *"হে থাজদবা মীরোলশা ঐনা নখোয়গী নরক্তা কয়া কুইনা লৈখিগদগে ? কয়া কুইনা নখোয়গা ৱামিন্নখিগদগে ? ঐগী ইনাক্তা পুরকউ" (মার্ক ৯:১৯)* । ঐখোয়না অরোইবগী ৱাহংশিং অসিদগী খঙবা য়াবদি যীশুনা পেলেস্তাইন্দা লৈবসি মতম খরদগীনি অমসুং মতুংদা ইন্দিয়াদা অমুক হনখিগদবদু ফোংদোকপনি ।

মহাক্না যেরুজালেমদা মীয়াম মমাঙদা থোরকপগী মতাংসু ঙক্লি ঙাই ওই। মীচম ওইনা হৌরকপা মীশক অমগী দমক মীওই কয়ানা সহরদা পাকচাউনা মাবু করিগী ওক্লিবনো মহাক্না মপাগী উশুফমদা উগী চৌবরশিং অরামদার নান্দুনা মশাগী চহী কুন্থ্রা ফাওবা লৈরম্লবদি মতম অসিগী মনুংদা মাবু লমদমদুগী মীয়ান্না শকখঙ মায়খংনবা মীশক অমা ওইফম থোক্তব্রা ? পেলেসতাইনগী মীশিংনা মাবু পাকচাউনা ওকপসিনা তাকপদি মহাক মতমশাংনা অথাম্প মীরৈবাক্তা লৈরুরে, মতমদুগী মনুংদা মীনা খঙ্গদবা অনৌবা পাউতাক কয়া তল্লুরে অমদি তোপ তোম্পা সাধনা কয়া তৌরুরে, মদুনা মরম ওইরগা অঙকপা থবক তৌবা অমদি লাইথুং থুংবশিংবু কোকহনবা ঙল্লক্লে হায়বসি উৎলি । লীখুন অসিনা মখা তানা খঙহনবদি নজারেন বাপ্তিস্ট যোহনগী ৱাহংগী মতাংদনি *"লেঙবীরক্কদবা ইবুঙোদু নহাক্না নত্রগা অতোম্পা অমবু ঐখোয়না ঙাইজখিগদ্রা ? (মেথিউ ১১:৩)* ।

# নিউ তেস্তামেন্টতা মপোক লাংওন

নিউ তেস্তামেন্টতা তাংকক কয়াদা তরং তরংনা পন্দুনা লৈ অদুম ওইনমক থব্রায়না মপোক লাংওন তৌবসি থক নৈনদে অমদি অতম্লবা অমা য়াওনা থওইনা নমশিন্দুনা থম্মী। মীওইবনা শিরবা মতুংদা থব্রায়না অতোপ্পা অনৌবা হকচাং অমদা অমুক চঙদুনা পোকপগী থাজনবী অসি ঙল্লিঙৈগী খৃষ্টান লাইনিঙগী ময়োন ওইবা মচং অমনি। খৃষ্ট মতুং চহি ৫৫৩দা ফমখিবা কন্সতেন্তিনোপলগী অনিশুবা কাউন্সিলদা মপোক লাংওনবু অরানবা ব্রাখল্লোন্নি হায়না লাউথোক্লুনা মপোক লাংওনগী ব্রাখল্লোন শন্দোকপা খিংদ্রিফাউবা ওল্দ তেস্তামেন্টতা থব্রায়না লাংওন্দুনা অনৌবা মপোক পোকপগী থাজনবীগী তরং তরংবা শাক্তি য়াওদুনা লৈবা থেংনৈ। **কৈন্দ্রিক ব্রানরেবনা হায়বগী মতুং ইন্না জোনাহগী লাইরিক্তা প্রাইশ্চিৎ ওইনা শা ওইনা পোকপা লোয়ননা নিমরোদকী মপোক লাংওনগী ব্রারী ইদুনা য়াওই।** যিহুদিশিংগী লাইনিংগী ব্রাখল্লোন মতুং ইন্না **'শমাহ'** হায়বা ইশ্বরদগী লাকপা থব্রায় অসিনা চপমান্ননা মপুং ফানা মী খৃদিং মক্তা চঙই অমসুং মতম মতমগী নত্রগা ফিভম ফিভমগী মখা পোন্না তোঙানবা শকলোন্দা লাংওল্লি হায়না ফোংদোকপবু ব্রানরেবনা শন্দোকনা তাকই।

ইং ১৯০৭তা ফোঙখিবা জর্মনিগী শন্দোক্লা তাকপা লাইরিক মেয়েবস কনভর্জসনা শ্লেক্সিকোন হায়বা লাইরিক্সিদা জিউশিংগী পুয়া তালমদ হায়বসিদা পনবা মপোক লাংওনগী হিরমদা অসুন্না ইদুনা য়াউই "যীশু খৃষ্টকী মতমগী যিহুদিশিংনা থব্রাইনা লাংওনববু পাকশন্না থাজনরম্মী। তালমদবু শৌগৎপশিংনা অসুন্না থাজনৈ মদুদি ইশ্বরনা অকক্কবা মশিংদা যিহুদিগী থব্রায়শিং শেম্বীখ্রে, মরক মরক্তা পাপচেনবশিংনা প্রাইশ্চিৎ ওইনা মখোঙ মরিপানবা শা ওইনা থব্রায়না চঙদুনা পোকই। লৈখাতাবা থব্রায়না অমুক হিঙ্গৎপদা ইশ্বরনা পীবিগনি ব্রাশক পিথ্রবা লমদা অমুক পোকই" (ভোল্যুম ১৮ লমাই ২৫৩)।

ওল্দ তেস্তামেন্ট অসি অচুম্বমক এলিজাহগী মপোক লাংওল্লক্কদবা মতাং লাইফাও তৌরগা লোইশিল্লি (হায়রিবসি চাউরাক্লা খৃষ্ট মমাঙ চহি ৮৭০ রোমদনি)। *"য়েংউ, লাইনিংথৌগী অকিবনা থল্লবা অচৌবা নুমিৎতু লাক্লিন্ডৈদা ঐনা নখোয়ইগীদমক ব্রা তাকথোকপা এলিজাহবু থাগনি"* (মালাকি ৪:৫)।

চহী চা থরগী তুংদা জকারিয়াদা স্বর্গদূত অমা লাক্লম্মী । অদুগা মচা নুপা অমা পোক্কদবু তাকপিরম্মী *"মাদুদা দূত অদুনা মাঙোন্দা হায়রকই, কিগনু জকারিয়া, মরমদি নহাক্কী নিজবা অদু তাবীরে অদুগা নহাক্কী নুপি এলিজাবেথনা নচা নুপা অমা পোক্কনি অমসুং নহাক্না মমিং যোহন থোনগনি । অদুগা নুঙাইবা অমসুং য়াম্না হরাউবা নহাক্কী ওইগনি অমসুং মহাক পোকপদা অয়াম্বা মীনা হরাউগনি । মরমদি মহাক্তি প্রভুগী মিৎয়েংদা চাউগনি, দ্রাক্ষা মহিসু, য়ুসু থক্লোই অমসুং মমাগী পুক্কুংদগী হৌনা থৱায় অশেংবনা থনগনি । অদুগা ইজরেলগী মচাশিং অয়াম্ববু মহাক্না প্রভু ইশ্বরদা হলহনগনি । অদুগা মপাশিংগী থম্মোইবু মচাশিংদা অমসুং হায়বা ইন্দবশিংবু অচুম্বশিংগী লৌশিংদা হলহন্নবা, প্রভুগীদমক শেমশারবা মীশিংবু থৌরাং লাংহন্নবা মহাক মশানা ইবুঙোগী মাঙদা এলিয়াগী থৱায় অমসুং পাঙ্গলনা চৎকনি"* (লূক ১:১৩-১৭)।

যীশুনা মতুংদা সেবকশিংনা হংলকপদা এলিজাহবু বাপ্তাইজ তৌবীবা যোহন্নি খল্লনবা পাউখুম্নীখি : *"ঐনা নখোয়দা থাঙ্গৎশেংনা হায়রিবনি, নুপীশিংনা পোকপা মখোয় অদুগী মরক্তা বাপ্তাইজ তৌবীবা যোহন্দগী হেন্না চাউবা কনাসু য়াওখিদ্রি । অদুম ওইনমক স্বর্গলৈবাক্তা খ্বাইদগী হেন্না পীকপা মহাক অদুনা মাঙোন্দগী হেন্না চাউই । অমসুং বাপ্তাইজ তৌবীবা যোহনগী মতমদগী হৌজিক ফাওবা স্বর্গ লৈবাক অসি পাঙ্গলনা লাকশিল্লি । অমসুং লাকশিল্লিবশিং অদুনা মদু নমদুনা লৌরি । মরমদি ইশ্বরগী ৱা তাকথোকপশিং পূরনমক অমসুং ৱাযেন যাথং অদুনা যোহন ফাওবা তাকথোকপিম্লে । অমসুং নখোযনা খঙগে নিংলবদি লাকদৌরিবা এলিয়া অদু মহাক্নি"* মেথিউ ১১:১১-১৪) ।

ঐখোয় কনামত্তনা বাপ্তাইজ তৌবীবা যোহনগী নহা ওইরিঙৈগী পুন্সিগী মরমদা খঙদে । ঐখোয়না লম্বোইবা লুক্কী ৱাপাউদা অতেনবা ৱাহৈপরেং অমথক থেংনৈ : *"অমসুং অঙাং অদু হকচাংদসু থৱায়দসু চাউসু চাউরকই কনসু কল্লকই অমসুং ইজরেল মচাসিংদা মহাকপু উৎপা নুমিৎ অদু ফাওবা লমজাউদা লৈরম্মী"* (লূক ১:৮০)

মসি থাজবা য়াই মদুদি যোহন অসি অৱাংবা মপোক ওইনা মীয়াম্না লৌনৈ, মসিনা মরম ওইদুনা মহাকপু ইন্দিয়াদা মহৈ মশিং তম্নবা থাখী । ৱাফম অসিনা অচুম্বা ওইবা তারবদি "প্রভুগী লম্বী থৌরাং তৌবা" হায়বা শাস্ত্রগী ৱাফম্বু তোমখিন ওইনা ময়েক শেংহল্লি । মতাং অমদা যীশুনা সেবকশিংদা

হংখি "মীশিংনা মীগী মচানুপা অদুবু কনানি হায়নবগে ? মদুদা মখোয়না হায়রকই, খরনা বাপ্তাইজ তৌবীবা যোহন অদুনি, খরনা এলিয়ানি অমসুং অতৈশিংনা য়িরমিয়ানি নত্রগা ইশ্বরগী ৱা তাকথোকপশিংগী অমনি হায় । ইবুঙোনা মখোয়দা হায়, অদুবু নখোয়নদি ঐবু কনানি হায়বগে ? অমসুং সিমোন পিতরনা খুল্লকই, ইবুঙো নহাক্তি অহিংবা ইশ্বরগী মচানিপা খৃষ্ট অদুনি (মেথিউ ১৬:১৩-১৫) । **মদুদা সেবকশিংনা যীশুদা হংজে, অদু ওইরবদি শাস্ত্রগী ওঝাশিংনা এলিয়ানা হান্না লাকপা তাই হায়রনা করিগী হায়রবগে ?** অমসুং ইবুঙোনা খুল্লকই, এলিয়া লাক্লুনা পোৎ পুম্নমক হৃক্তিনহনগনি চুম্মী, অদুবু ঐনা নখোয়দা হায়রি, এলিয়াদি লাকখ্রবনি অমসুং মখোয়না মহাকপু খঙ্লমদে, তৌইগুম্বসুং মখোয়না পাম্বা অদু মঙোন্দা তৌখ্রে অদুগুম্বা মীগী মচা নুপা অদুসু মখোয়গী মখুৎতা অৱাবা থাঙগনি । **"মতম অদুদা ইবুঙোনা বাপ্তাইজ তৌবীবা যোহনগী মরমদা ঙাংবনি হায়বা সেবকশিংনা খঙলে" (মেথিউ ১৭:১০-১৩)**

ৱাপাউদা ইবগী মতুংইন্না যীশু মশানা এলিযাগী থৱায়না (যোহন ওইনা লাংওল্লকপনি হায়না চপচানা ফোংদোক্লি । এলিয়া (গ্রীক মচানা এলিজাহ কৌই) না ইশ্বর অমখক্তনি হায়বা ৱাখল্লোনসি ৱায়েনশংদা মীযামগী লাইনিং ওইহন্নবা পুথোক্লুনা হোৎনখী অমসুং মহাক্না ইশ্বরনা হিংসাগী শক্তি অমসুং মাঙতাকপা থবক খক তৌবা লৈতে মদুগী মহুৎতা লোম্নোক্তনা খঙনবা, তুমিন্না থবক তৌবা অমসুং মতমপৃম্বদা অখাঙ কনবা লৈবনি হায়না শন্দোক্লম্মী। এলিয়া অসি কোয়চৎ চৎপা লম্বোইবা মীশক অমনি, মহাক ফিজেৎ ফিগায় শেৎলি মীয়ামগা চীঙ্গাক তিন্নদে অমসুং অঙকপা থবক কয়া পাঙথোকপা ঙম্মী, খুদম ওইনা চীঙ্গাক খজিক্তনা যামথোকহনবা অমসুং অশিববু হিঙ্গৎহনবা অসিনচিংবা । মহাক অতোম্পবু লাইমিং লৌবীনবা য়াথং তৌবীরক্লবনি, ইশ্বরনা থাবীরকখ্রবনি অমদি সেবক য়াম্না মাগী মতুং ইল্লি । মমৈদা অঙকপা মগুংদা মাঙখি (স্বর্গকাবা) অমসুং মহাকপু মহাক্কী তুংইনবা মী য়াংখৈনা নুমিৎ হুন্নি চুপ্পা খিবদা অমুক হন্না ফংখিদে ।

তুংইনবশিংনা যীশুবু শায়োল্লকপনি হায়না থাজরম্মী, অদুমওইনমক যীশুগী মমাঙগী মপোক্তা কনা ওইরম্বগে হায়বা চপচাবা খঙ্লমদে অমসুং ভাবনা শাবা হৌরম্মী । যীশু মশানা মসিগী মরমদা চপ চাবা হায়রম্বগী ৱা ফংদে, অদুম ওইনমক থয়াইননা মখোয়না খঙনিংবদু থৌগৎলদুনা হায়খি "অদুম ওইনমক নখোয়না ঐবু কনানি হায়বগে?" "যীশুনা মী অমবু লায়েংবা

মতমদা সেবকশিংনা হংখি *"ইবুঙো, মী অসিনা মীৎ তাম্না পোক্লিক্লিবসি মহাক্না তৌখিবা পাপ্নরা নত্রগা মাগী মমা মপানা তৌবা পাপ্তগীরা ? (John ৭ 2)"* মী অমনা মীৎ তাংনা পোকপগী ৱারীসি হৌখিবা মপোক লৈদুনা অমসুং হন্না হন্না পোক্নুনা মমাঙগী মপোক্তা তৌখিবা মাগী পাপ্তা য়ুম্ফম ওইহনবতদা ময়েক শেংহনগনি । **ৱাহং অসিনা কোঙদোক্নুন্বসু অথোইবা কর্মগী ৱাখল্লোনবু খঙহল্লি, মদুনা হৌখিবা মপোক্না হন্দকী মপোক লেপ্পি ।**

লম্নোইবা যোহনগী ৱাপাউগী অহুমশুবা পন্দুপ্তা মপোক হন্না হন্না পোকপশী য়াম্না ময়েক শেংনা খঙহল্লি । মহাক্না ফরিসি নিকোদেমস উন্নবদা যিহুদি ফম্নাইবা অদুদা অসুম্না হায়খি : "ঐনা নঙোন্দা থাঙ্গৈশেংনা হায়রিবনি, মী অমনা ঈশিংদা অমসুং থব্রায়দা পোক্ত্রুবদি ইশ্বরগী নিংথৌ লৈবাক্তা চঙবা ফংদে" । মপোক হন্না হন্না পোকপগী ৱারী তশেংনা শুপখঙ খঙদবা নিকোদেমসনা ঙক্না হংখি : "মতৌ করম্না মীনা অহল ওইরগা অমুক নৌনা পোকপগে ? অমুক হন্না মীনা মমাগী পূকনুংদা অমুক চঙদুনা পোকপা য়াৱা?" যীশুনা খুমখি *"ঐনা নঙোন্দা থাঙ্গৈশেংনা হায়রিবনি, মী অমনা ঈশিংদা অমসুং থব্রায়দা পোক্ত্রুবদি ইশ্বরগী নিংথৌ লৈবাক্তা চঙবা ফংদে "যোহন* ৩)। মতাংসিনা "শাগী" মপোক কয়ারক পোকখ্রবা তুংদা থব্রায়গী লম্বীদা অরোইবা ওইনা অশেংবা পুন্সি অমা পোক্কদবদু উৎলি ।

ইং ১৯০০ দা আমেরিকা মচা জেমস মোরগা পাইসেনা নিউ তেস্তামেন্টতা মপোক লাংওনগী নিতি য়াওবা মফম পূন্নমক্কী মথং মনাউ শেমদোকখি । পাইসেগী মতুং ইন্না যীশুগী পাউতাকশিং অসি ইচম চম্না মমাঙ্গৈগী মতমগী অরিবা মালেমগী ফিলোসোফরশিংগী ধর্ম্ম নিয়মদু তম্বীবনি। অচুম্বমক তাইবঙপানগী হিংলিবা মীওইবগী থব্রায়গী নিয়মদু তাইবঙপানবগী অহিংবা জীবপূম্বগীগা (মাইক্রোকোজম-মেক্রোকোজম) চপমান্নে, হায়বদি পোৎচাক্কী ওইবা, পাঙ্গল অমসুং থবক্কী ওইবা ইশ্বরগী ইথিন অদু জীবপূম্বদা চপমান্ননা পী । **তাইবঙপানগী মরীদা মসিবু খঙবনা তাক্লিবদি অহিংবা পূম্বগী থব্রায় চপমান্নে অমসুং মহৌশা অমদি ইশ্বরদগী থাইদোক্নবা য়াদে হায়বসিনি** । ইশ্বরনা তাইবঙপূম্বা শীন্থুংনা মফম পূন্নমক অমসুং মতম পূন্নমক্তা লৈদুনা তাইবঙপূম্বগী পোৎপূম্বদা লৈ । মহাক্কী পাঙ্গলগী কোর মনুংদা মীওইবনা থাইদোকপা য়াদ্রবা, ঙমখৈ নাইদ্রবা অমসুং লোইনাইদ্রবা মতমদা ইশ্বরগী খুর্জা অমনা পুন্সিন্দুনা লৈ মদুনা পোকপা শিবগী চক্রদা শাবান মখল মখা লৌদুনা পোকই । পূমহান হানবা অমসুং অশেংবা অহিংবা

অদুদি হোংবা নাইদ্দে, মহৌশা অমসুং তাইবঙপানবদি মদুগী ওয়া তৈনবদা লেম্পা লৈতনা হোংই, অনৌ অনৌবা শকওং ওইরকই ।

অসুমতৌনা মীওইবগী থরায়দি মাঙহনবা য়াদবনি অমসুং মদুনা লেপ্তনা পরিং নাইনা লাকপা চৎখিবা (মপোক লাংওন) তৌদুনা লৈ । ইকোন কোনবদা মহাক্কী ইশ্বর লৈবাক্তা হনখিগদবনি, মীওইবনা নিয়ম অসিবু খঙদুনা অমসুং মাগী থবক্কী ওইনা পোৎচাক্কী তাইবঙদগী লাম্থোকই । পরিং নাইনা শাংলবা মতম কর্মফলনা পোৎচাক্কী হকচাংদা ফাজিল্লম্বদগী লাম্থোকই । অরোইবদা মপৃং ফাবা থাক অমদা কাদুনা নুংগী ওইবা অমসুং থরায়না লোম্বা নাইদবা মফমদা তিনখী । মসিনি অহৌবা মপোক লাংওনগী নিয়মদু ।

হকচাংদা হিংবগী অথুবা ঙমখৈদগী লাম্থোকপা ওইথোকই অমসুং মালেমদা হিংনা হিংনা, লৌশিং, খঙবা ঙম্বা, ধ্যান্দা লৃপ্পা, থকসি-খাসি অমসুং কৎথোকপগী পাম্বৈনা মাগী ইশ্বরদগী ওইবা শক্লোন্দু খল্লকই ।

লমথুংফমগী নিয়ম ঐখোয়গীদমক শেম্বীখ্রবদু মেথিউগী রাপাউদা হায় : *"মরম অসিনা নখোয়গী স্বর্গগী নপানা মপৃং ফাবগুম্না নখোয়সু মপৃং ফাগদবনি"* । তৌইগুম্বসুং অরোইবদা ইশ্বরগী মচা ওইবগী অচুম্বা মাঙালদু ফংদ্রিঙৈ মমাঙদা মপৃংফাবগী লম্বীদু মপোক কয়ারক পোক্তুনা থোল্লি অদুগা যীশুনা লেল্লম্বা পুন্সিগুম লেনগদবনি । *"ঐনা ইপাদা লৈ অদুগা ইপান ঐঙোন্দা লৈ হায়বা ঐগী রাদু থাজৌ, নত্রগা ঐগী থবক অদুমক্কী মরম্না থাজৌ । ঐনা নখোয়দা থাঙ্গৈশেংনা হায়রিবনি, ঐবু থাজবা মহাক অদুনা ঐনা তোইনা তৌবা থবক অদু মহাক্কসু তৌগনি, অদুগা অসিশিংদগী হেল্লা চাউবা থবক মহাক্না তৌগনি মরমদি ঐনা ঐগী ইপাগী মফমদা চৎলী"* ।

## যীশুনা অমসুং ইন্দ্রিয়াদা পাঙথোকপা অঙকপশিং

তোঙান্না য়েংবদদি যীশুনা পাঙথোকপা অঙকপা থবকশিং তোপ তোপ্পা উই অমসুং অহানবা উবদা মমাঙদা থোকখিদ্রিবা মাল্লি । অচুম্বামক্তি, মীশিংনা মতমপুম্বদা অঙকপা, ময়ামগা মান্নদবা খঙনিঙ্গাই ওইবা অমসুং হৌরকফম খঙদবা, মী মরক্তগী হেন্দোক্লবা, মহৌশা ওইদবা অমসুং উৎনিঙাই

ওইবা অঙকপা থবক পাঙথোকপা ঙস্মী হায়না থাজনৈ, মদুনা মমল নাইদনা কান্নবা নত্রগনা খুদোংথিনিঙাই ওইবা অমসুং শাপ ফংবা য়াই । চাওখৎপা মঙাল ফংদ্রিঙৈগী অরিবা ধর্ম্মগী মতমদগী অহোংবা কয়া লাক্রবা ফাওবা হৌরকফম খঙদবা মরমগীদমক মীওইবনা মশাবু অদুক্কী মতিক কন্না মশাবু কৎথোক্লম্মী অমসুং অসুন্না অসুম চৎথরক্লি । যীশুগী মেজিক্কী মপাঙ্গলসি মাগী মতমদা লৈরম্বা ইতিহাসকার অমত্তনদি পনবদা মতিক চাবা ওইনা লৌরমদে । যীশুনা হিংলিঙৈদা অঙকপা পাঙথোকপা, লায়না কোকহনবা অমসুং থাউ নোইদুনা লায়না কোকহনবা ফাউবা মফম কয়ামুক্তা থোকই, যীশুগী মতাংদা খেৎনবদি মহাক্কী থবক অদুনা মিংচৎ হেঙ্গৎনবা নত্রগা লন হেঙ্গৎনবা তৌরমদে ।

নিউ তেস্তামেন্টতা অঙকপা পাঙথোকপগী থবক চাউরাক্লা মশিং কুম্ত্রারোম ফংই, অয়াম্বনা অপিকপা জগাদা মীতিনবদা পাঙথোকপা ধর্ম্ম ইনবা কাংবুগী ৱারী ওইনা তৌবনা ইতিহাসিক ওইনা শকথত্রিঙাই ওইদে । যীশুগী ভূৎ তাম্হোকপগী শিন্ফমসি য়াম্না লীরবা চৎনবী ওইরবসু যীশু হিংলিঙৈ মতমদদি কন্না চৎনরিবা শিন্ফম্নি । চহী লিশিং থরগী মমাঙদদি অঙকপা থবক তৌবসি ওইথোকপ্রা হায়না হংবগী ৱাখল্লোন লৈনরমদে, মালেম অমদি মাগী প্রজানা সাইন্সনা কূপ্পা খিজিনবা হৈরক্লবা কান্দা ইহান হান্না ৱাহং হংখী । তরাতরেৎ শুবা চহীচা য়ৌদ্রিঙৈ ফাওবা কনামত্তনা ৱাপাউদা য়াওবা অঙকপশিং নিয়ম নাইনা ব্যাখা তৌনবা হোৎনখিদে । অচুম্বা থাজবশিং নিয়ম নাইনা ব্যাখা তৌনবা হোৎনখিদে । অচুম্বা থাজবশিংদদি অদুম ওইনমক মহৌশাগী নিয়মনা য়াবা অমসুং সাইন্টিফিক নিয়মনা খিজিনবদা ফংবা মঙালদা নত্রবদি অচুম্বনি লৌরমদে । অঙকপা থবক হায়বসি মরম পীবা ঙমদে অমসুং ব্যাখা লৈতে । নুমিৎ খূদিংগী খূৎহৈবনা মহৌশাগী অতাবী নিয়ম অনৌবা কয়া পুথোরকই অমসুং অঙকপা কয়া কোকহল্লি, মথোয়শিংদু হান্না হৌরকফম খঙ্রমদবনি অমসুং ঙরাংদা অঙকপা ওইরম্বনি । লাইনিংমায়চৌশিংনা তাকপদা খৃষ্টানগী অঙকপশিং অসি "মহৌশাগী নিয়মবু ইশ্বর মশানা লৌথোকপনি হায়রম্মী ।"

ওন্ন তৈনবদা যাদু থাজবা মীনা মহৌশাগী নিয়ম লৌথোকপা হায়বসিদা থাজদে, তৌইশুম্বসুং অসুন্না হায় মদুদি অঙকপা পাঙথোকপা হায়বসি য়াম্না চয়েৎনবা ঙসি ফাওবা পুথোকপা ঙমদ্রিবা নিয়ম অমনি । তাইবঙসিদা থোক্লিবা খূদিংমক নিয়ম অমগী মখাদা থোকপনি অমসুং হৌরকফম অমা লৈগদবনি ।

অঙকপা থবক তৌবগী পাঙ্গল ফংবসি হৌফম নত্রগা থবক পাঙথোকপগী চপচাবা নিয়মদু খঙবনি, মদুনা নুংগী ওইবা তাইবঙপান ৱাংমগী লৌশিং লৈগদবনি । ওল্দ তেস্তামেন্ট অমসুং নিউ তেস্তামেন্ট অনিমকতা অঙকপা পাঙথোকপগী ৱাখল্লোনসি খঙবা ঙমদে, মদুগী মহুৎতা "খুদমশিং, পাঙ্গন, নত্রগা ইশ্বরগী অচৌবা থবক" হায়না শীংথাই ।

খুদমদা, হেব্রিউ ৱাহৈ ইল (ইলোহি) মসিবু থিগৎপদা সেমিতিক্কুগী হৌরকই, অলাহ(=পাঙ্গনবা) অর্থদি অচৌবা পাঙ্গল লৈবা হায়বনি । মেজিক্কী শেংথোইবা পাঙ্গনবু ইশ্বরমক্কী থবক্কা চপমান্ননা লৌনৈ । চপমান্নবা ৱাখল্লোনসি ইন্দো জর্মন লোন্দসু ফংই । সংস্কৃত ৱাহৈ ব্রাহ্মন হায়বসি থিগৎপদা ব্রহ (= পাঙ্গনবা/মঙাললৈবা) দগী হৌরকই ।

অঙকপা থবক পাঙথোকপদা যীশুনা মরুওইনা ৱাখন চোইবা অমসুং খোঙ তেক্কপবু ফহনবদা শীজিন্নবা উই । অদুম ওইনমক মহাক্কা অতোম্পা অঙকপা কয়া পাঙথোকই, খুদমদা, ঈশিংবু য়ু ওনহনবা, তল মশিং য়ামথোকহনবা, মশা মাঙবা, অসিবা হিঙ্গৎহনবা অমসুং ঈশিং মথক্তা খোঙ্রা চৎপা ।

নিউ তেস্তামেন্টতা য়াওরিবা অঙকপশিং, শন্না যীশুনা তৌরম্না থবকশিং অসি মাঙোন্দগী হান্না লৈরম্না নোংপোক্লমগী ৱারীশিংগা চপ মান্নে । প্লিনিনা পাউদম্বদা গ্রীক ডাক্তর এসক্লেপিয়াদেস (খৃঃ মমাঙ চহি ১২৪দা পোকখিবা) না মীশিংবু অঙকপা মওংদা অনাবা ফহনখিঃ তসিতস অমসুং স্বেতোন্না নিংথৌরেল ভেস্পাসিয়াননা অঙকপা থবক্কা অনাবা ফহনবগী ৱারী ইরম্মী । খৃষ্টান পাথোনচৎপশিংসু অহানবা খৃষ্ট মতুং চহীচাদা অঙকপা থবক তৌদুনা অনাবা ফহল্লম্মী, ত্যানাগী এপোলোনিয়সনা অঙকপা থবক কয়া তৌরম্মী অমসুং অতোম্পা কয়া অমা মশীংখঙদনা লৈখ্রে । যীশুনা পাঙথোক্লম্না অঙকপা থবক্কা চপমান্ননা পাঙথোকপা খ্বাইদগী লীবসি থিবদা বৈদিক লিতরেচরগী কৃষ্ণগী লাইৱারীনা ওই । কৃষ্ণসি হিন্দুইজমগী কনবীবা মপুনি অমসুং বিষ্ণুগী নিপানগুবা অবতারনি । বিষ্ণু (সংস্কৃত ৱাহৈ বিষ = ফাওজিনবা) হায়বসি হিন্দুগী লাই অহুমগী (ত্রিমূর্ত্তী) অনিগুবদা লৈ, অহুমদুদি ব্রাহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব । ঋগ বেদদা বিষ্ণুসি ইশ্বরগী শাইওল্লকপা অমা ওইনা থাদে অদুগা ইনর্জী পুথোকপা ওইনা থাই । অবতার হায়বসি (সংস্কৃত ৱাহৈ অব = মখারোমদা অমসুং ত্রি = কুমথবা) মীওইনা পোকপা অমনি, মাঙোন্দা

ইশ্বরদগী থৱায়গী মঙাল্লা থনগনি অমসুং ইশ্বরগী মহুৎশিনবা অমা ওইনা পোক্কনি। অসিগুম্বা অৱাংবা মপোকসি হন্না হন্না পোকপগী চক্রদগী লাপ্পা লৈ, অদুম ওইনমক শিবা নাইবা ইচম চম্বা হকচাংদা চঙদুনা পোকই, অদুম তৌরগা মালেমগী মীওইববু থৌজাল অমসুং মিনুংশিগা লোয়ননা অরান খুভম পীনবী।

কৃষ্ণনা পোকপা, অঙাং ওইরিঙৈ অমসুং মপুন্সি অসি নিউ তেস্তামেন্টকী অকৃপ্পা ৱারীশিংগা হকচিন্না মান্নবা লৈ (খুদমদা অঙাং হাৎপগী ৱারী) ধর্ম্মগী শেংথোইরবা লাইব্রারীদা কৃষ্ণ অমসুং খৃষ্ট অসি খ্বাইদগী অঙকপা পাঙথোক্লম্বা অনিনি। ভগৱান দাসনা কৃষ্ণনা পাঙথোক্লম্বা অঙকপা থবক্কী মখল তরেৎ পুথোকথী।

১) মীৎতা উহনবা

২) য়ান্না থাপ্পা লৈবা পোৎ উবা

৩) চীঙ্গাক খজিক্তং নত্রগা পোৎ খজিক্তংবু য়ামথৎহনবা

৪) মতম অমত্তদা মফম কয়ামুক্তা উবা

৫) খুৎনা শোকপদা লায়না কোকহনবা

৬) অশিবা হিঙ্গৎহনবা

৭) হিংচাবশিংবু মাঙহনবা

অঙকপা পাঙথোকপা মীশিংনা মখল অমা, অনি নত্রগা হেন্না পাঙথোকপা ঙম্মী। ইশ্বরদগী শক্তি ফংবা, লায়না কোকহনবা ঙম্বা নত্রগা অৱাংবা থাক্কী মমিং চৎলবা প্রোফেৎ কয়াগী পুন্সি মতম পুন্নমক্তা থোকপা থেংনৈ। ওইনিংবা ওইরসনু, ইন্দিয়া অসি অঙকপা থবক তৌবশিংগী ময়ুন্নি। শ্রী যুক্তেশ্বর মহাক্কী লাইরিক "হোলি সাইন্স" হায়বসিদা মীওইবনা তাইবঙদা হিংবগী অর্থদি ইশ্বর মনাক য়ৌননবনি হায়না ফোংদোকই। যুক্তেশ্বরনা মসিগীদমক হোৎনববু পূক্নিং চম্না শিংথাই" মরুওইবা মহৌশাগী ওইবা নিয়মপুম্বা অহিংবা পাঙ্গলবা পুন্নমক্কী মপা ইশ্বরগী থৌরাং ঙাক্তনি অমসুং মহাক্না তাইবঙপানগী খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা গুরুনি। শোয়ররোইদবা ফল ওইনা অসুন্না থাজে মদুদি তাইবঙপান্দা লৈরিবা পোৎপুম্বা চপমান্নবা পোৎচাক অমথক্তনা শারকপনি। মসিনা তাক্লিবদি ইশ্বর মশামক্না, মশামক্সি শক্লোন মশিং লাকঙমদনা লৌই মরমদি মহাক্কী মচিওইবদু মওং কয়াদা মফমপুন্নমক্তা অমসুং পোৎ খুদিঙমক্তা ফোংদোকই। বাইবলনা লাইশোন ঈশৈ ৮২ শ্লোক ৬ তা ফোংদোকই : .. ... ... নথোয় পুন্নমক ইশ্বরগী মচা ঙাক্তনি ...."।

লম্বোইবা যোহনগী মতুং ইন্না যিহুদিশিংনা মহাক্লা মশামক ইশ্বর ওইহন্নবা হোৎনরে হায়না মরাল শীরকপদা খুমথী : *"যীশুনা মখোয়দা খুম্লে, নখোয়গী ৱায়েল য়াথং অদুদা, ঐনা হায়রে, নখোয় ইশ্বরশিংনি হায়দুনা ইখিবা নত্রা ?"*

ৱাখল্লোনসি যুক্তেশ্বরগী লাইরিক্তা অসুন্না ই, অমদি সন্দোক্লা তাকই মদুদি তাইবঙপানবগী পোৎচাক্কী লন পুন্নমক্কী মথক্তা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবসু মহাক্লা ইশ্বর ফংবা নত্রগা অরান খুভম ফংবদা মশা মনুংদগী ফংগনি অদুগা মাবু কোয়শিল্লিবা মাগী মপানগী লম্খুমদগী ফংলোই । অসিগুম্বা লাইগুম্বা মীনা অকোনবদা পুন্সী অমসুং শিবা হায়বসি চঙথোন্না খল্লকই অমসুং তাইবঙপান লমজিংবা ওইরকই অমদি থবক খুদিঙমক পাঙথোকপা ঙল্লকই। মখোয়না ইশ্বরদগী ওইবা থাক নিপান ফংই (ঐশ্বর্য্য), পাম্বৈ অসিগী পাঙন্দা মখোয়না থবক খুদিংমক পাংথোকপা ঙম্মী ।

১) অনিমা = পোত্ অমবু মানা পাম্বগী মতুংইন্না য়াম্না পীকহনবা

২) মহিমা = অপাম্বগী মতুং ইন্না চাউহন্নিংবা চাউবা য়াবা

৩) লঘিমা = অপাম্বগী মতুং ইন্না য়াম্না য়াংহনবা

৪) গরিমা = অপাম্বগী মতুং ইন্না য়াম্না লূমহনবা

৫) প্রাপ্তি = "অপতি" গী মতেংনা অপাম্বা পোৎ ফংবা

৬) বসিত্ব = 'ৱস' কী মতেংনা পোৎ খুদিংমক্কী মথক্তা পাঙল ফংবা

৭) প্রক্যম্যা = অপাম্বাগী মতুংইন্না নীংবা পূম্বা থুংবা

৮) ইশিত্ব = পোৎ খুদিংমক্কী মথক্তা ইশা (মপু) ওইবা

যীশুগী তুংইনবশিংনা শেংদবা থৱায় অমবু তাম্বোকপদা ঙমদ্রবদা মহাক্লা মরমদু চৈদুনা তাকখী *"অমসুং ইবুঙোনা মখোয়দা হায়, নখোয়না থজিক্তা থাজবনি, মরমদি ঐনা নখোয়দা থাঙ্গে শেংনা হায়রিবনি, নখোয়দা হঙ্গাম মরু অমমুক থাজরবদি, নখোয়না চিংজাউ অসিদা হায়গনি, অসিদগী আদা হোংদোকউ অমসুং মদুনা হোংদোক্কনি, অদুগা নখোয়দা ওইথোক্তবা করিসু লৈরোই ।"* । *(মেথিউ ১৭:২০)*

হকচাংনা পাইথৎপগী উৎথোকপা অসি চর্চকী মনুং অমসুং মপান্দা লেপ্তুনা থোকখ্রবা থৌদোকনি । কেথোলিক লম্বোইবা চনিকুম্থ্রানা, থর হেনবা নত্রগা ৱাৎপা য়াই, পাইবা ঙম্বগী খল্লরি । মমাঙগী চহিচাদা দানিয়েল দোগ্লাস

হোন্না অয়েংবা ভাবক লিশিং কয়াগী মমাঙদা থৌদোক কয়াদা পাইদুনা উৎখী। অয়েংবশিংগী মরক্তা মমিং লৈরবশিংদি থাকরাই, বুলৱার লিতোন, নেপোলিয়ন অনিশুবা, রসকিন, রোসেৎতি অমসুং মার্ক ত্বেননি। হায়রিবা উৎপা অসি চহি নিফু হেন্ন হন্না হন্না উৎখ্রবনি। অমসুং য়েংশিন্দুনা থাজবা য়াবদু লেপখ্রবনি।

ফ্রেন্দিশ হিতচিংনা মহাক্কী রিপোর্ততা তোঙান তোঙানবা মথল মথাগী খূৎউৎ কুনমঙাগী পাউদম তমখি। মসিদগী হেন্না নৌবা পাইবগী খুদমসু উবা ফংই। তাইবঙপান ব্রাংমগী ব্রাখন থমদুনা ধ্যান তৌবা মতমদা মহর্ষি যোগীগী সেবকশিংনা দাবী তৌখি মদুদি মী খুদিংমক পাইবা তম্বা য়াই, হায়রিবসিদা গুরুগী নিয়ম য়াম্না কন্না ঙাকপা তাই, সেবকশিংনা কোয়পাই পাইবগী ফোতোশিং ৱার্লদ প্রেসকী মমাঙদা প্রমান ওইনা উৎখ্রবনি।

হকচাংগী থৌ পুম্ববু মহৌশা ওইদবা মওংদা চপয়ুংনা ব্রাখন লূপশিন্দুনা নত্রগা ধ্যান তৌদুনা লাকশিনবদগী হকচাংনা পাইথৎপসি থোকহল্লি নত্রগা ইশ্বরগী ব্রাখন্দা চপ য়ুংলিঙৈ মতম খর গ্রেভিতিগী নিয়ম য়ৈথোক্তুনা লৈহল্লি। অসিগুম্বা অপিকপা অঙকপা থবক্সি পৈশা তানবগী ফাওবা তৌবা লৈ, মথোয়না পূক্নিংলাংবা মীশিংবু পেনহল্লি। অশেংবা অচৌবা গুরুদি পৈশাগীদমক অঙকপসি পাঙথোকউ হায়বা য়াদে।

ইন্দিয়াগী অঙকপা পাঙথোকপা সাই ৱাবানা দাবী তৌই মদুদি মী খূ দিংমক্তা ইশ্বরদগী পাঙ্গলদু মশাদা লৈ, অদুবু ত্রেনিং তৌদুনা অমসুং নিয়ম নাইনা হিংদুনা চাওখৎহনবা য়াই। মহাক্তুনা মহাক্কী পাঙ্গন্দু ফত্তবগী মরু হুনবদা শীজিন্নরবদি ফত্তবা মহে লোকচগনি। অদুগা কনাগুম্বনা পাঙ্গলদু মশাগী ওইবগীদমক শীজিন্নরগা মহাক্না পাঙ্গন্দু মাঙজগনি। করিগুম্বা মতমদা পাঙ্গল অদুগী ঙমখৈ য়াম্না পীকই, মদুগী ফলসু পীকই নত্রগনা মরুওইনা অফবগীদমক, লৌশিংগীদমক অমসুং থৌজানগীদমক শীজিন্নবগী ব্রাখন চেন্দ্রবা মতমদা মদুম্না ওইরকপনি। ঙসিদগী চহী কয়াগী মমাঙদা অঙকপা পাঙথোকপনা ইশ্বরগী পাউ পুরক্তুনা নিয়মশিং শেম্লকপদা থাজফাত্তবশিংবু অমসুং পোৎচাক্কী তাইবঙপান্দা লূপ্লবা মীশিংবু ইশ্বর লোমদা নকশিনহন্নবা পাম্নে ওইরম্মী। যীশুগী মতাংদা লৈবা ৱারী পুম্বা অরিবা ইন্দিয়াগী লাইব্রারীগা চপ মান্নে। ইন্দিয়াগী অমসুং খৃষ্টানগী চৎনবীগা মান্নবসি খুত্তরমদবগী মরুওইবা মরমদি ইউরোপিয়ান অপুম্বনা অরিবা সংস্কৃত লাইব্রিকশিং পাবা থোক্তবননি।

ইকুই কুইদ্রিংঙেদা অনুবাদ তৌবা হৌরকপদগী নোংচুপ্পমদা কন্না পূক্লিং চঙশন্নরক্লে। ইশ্বরদগী লাকপা শায়োন পূন্নমক মখোইবু থাজদবশিংবু খঙহন্নবা নিয়ম লৈতবনা স্বর্গগী খুদম অমসুং অঙকপা পাঙথোকপনা শাক্তি ওইহল্লি । ইশ্বরগী মচা খুদিঙমক্তা মহাক্কী ইশ্বরগী ওইবা থাক অদু মীওইবদগী তোপ তোম্পা থবক্কী পান্নে না উৎথোকই ।

ইন্দিয়াগী ত্রিমূর্ত্তিদা ইশ্বরগী মচা কৃষ্ণ কৌবসিনা মহাক্কী মমিংগী হৌরকফম মরু খৃষ্ট হায়বগা মান্নে (ঐচঃ পিঃ ব্লাভাস্কিনা মতম পূম্বদা ময়েক শেংনা মমিংসি খৃষনা হায়না ই) । খৃষ্ট হায়বা ব্রাহৈসি গ্রিক ব্রাহৈ খ্রেস্তোসদগী লাকপনি, অর্থনা "থাউ নোইরবা" হায়বনি । খ্রেস্তোস হায়বা ব্রাহৈসিনা সংস্কৃত ব্রাহৈ কৃষ্ণ হায়বসিদগী লৌরকপনি (কৃষ্ণ = পূন্নমকপু চিংশিনবা), মসিনা অর্থদা 'কৃশতো'গা মান্নে । কৃশতো হায়বদি চিংশিনবা হায়বনি । মীসক অসিনা খুদিংমকপু চিংশিনবা হায়বসিনা ইশ্বরগী খুাইদগী থাক ব্রাংবা মগুন্নি ।

ব্রাহ্মনগী চৎনবীনা কৃষ্ণগী মরমদা হায ঃ "মী অহুন্না লোম্বা নাইদবা শান্তি লৈবা ইশ্বরদা অয়েৎপা লৈতনা পূনশিল্লি । ব্রহ্মানা পূন্নমক্কী মপানি (যুপিত্রি), পূন্নমকপু শেম্বনি ইশ্বরগী মচা কৃষ্ণনা তাইবঙপান্দা শায়োল্লকখী, মহাক্না তাইবঙপানগী মীওইববু ঙাকশেন্নবা লাকখি । শিব হায়বসিনা থব্রায় অশেংবনি অদুগা অহুমগুবনি । মহাক্তিনা লোম্বা নাইদবা পুন্সিগী নিয়মদু শেমবা থব্রায় অশেংবনি অমসুং অহিংবা পূম্বদা য়াউবা গুন অমসুং মহৌশাগী ওইবা অপুনবা ।"

কৃষ্ণ হায়বসি ইস্বরগী মচুনুপা, বিষ্ণুগী নিপানগুবা শায়োন্নি, মহাকনা অতোম্পা শক্লোন্দসু শায়োনখী । অসিগুম্বা শায়োনসি গৌতম বুদ্ধসু অমনি (সক্যমুনি/সিদ্ধার্থ), মহাক্না বিষ্ণুগী মাপনগুবা শায়োন্নি ।

# কৃষ্ণ অমসুং খৃষ্ট

খুাইদগী লিরবা ব্রারীদগী লৌখৎপদা বিষ্ণুনা খৃষ্ট মমাঙগী চহি ৪০০০ রোমদা লৈশাবী অশেংবা দেবনকী ( ইশ্বরনা শেম্বা নূপী) দা বিষ্ণুনা মীগী শকফমদা লাকুনা শকউৎপিখী, মহাক নিংথৌকোনগী ইমুংগী মীনি । দেবনকীনা

অঙকপগা লোয়ননা মথোঙদা তুজথী অমসুং ইশ্বরগী থব্রায়গী মমিনা ননবিখী, মহাক্লা ইশ্বরগা পুনশিন্নখী অমসুং লংলবা মঙান থোকখী, মাঙোন্দা অঙাং অমা মীয়োনখী। অথর্ব বেদগী লাইফাউ অমনা থৌদোক অদু অসুন্না পাউদম্মীখি, দেবনকী, নংবু বর পীরবনি, নুপীপুম্বগী মরক্তা, অশেংবা ঋষীশিংগী মরক্তা হরাউনা ওক্লবনি । নহাক্কি তাইবংপানগী অরান খুভমগীদমক থন্দোকপিগ্লবনি . ... .. ইশ্বরনা লংলবা লুহুপ উপতুনা লাক্কনি অমসুং স্বর্গমালেম অনিমক্লা হরাউবনা থনগনি . ... .. লৈসারীবা অমসুং মমা ওইবী, ঐখোয়না নঙবু থাগৎলি, নহাক্কি ঐখোয় পুম্বগী ইমা ওইরগনি, মরমদি ঐখোয়বু কনবীবা মপুবু পোক্লগদবীনি নহাকনা মহাকপু খৃষ্ণ কৌগনি ।

ভাগবতকী মতুং ইন্না, মাথুরাগী নিংথৌগী মঙদা ফত্তবা থুদম উরম্মী মদুদি মহাক্কী মচনগী মচানুপী লক্ষমীনা অঙাং অমা পোক্কনি মহাক্লা নিংথৌ মশামক্তগী হেন্না পাঙ্গল লৈগনি । লৈশারিবী দেবনকীনা পোকপদা ঙায়রিঙৈদা অঙাং অদু লক্কাংদা ষণ শেনবশিংগী মরক্তা লোৎলম্মী অমসুং অঙাং অদুবু অতোম্পা অঙাং পুন্নমক্তা লোয়ননা হাৎনবা থাখিবা নিংথৌগী লন্মীশিংদগী অঙকপা মওংদা অঙাংদু নাম্লোকখী ।

অথর্ব বেদনদি তোঙানবা মওং অমদা থৌদোক অদু পাউদম্মী, মাথুরাগী নিংথৌ কংশনা থব্রানমিচাক অমা তারকপা উরম্মী, মদুগীদমক মহাক্লা ব্রাহ্মন অমদা মসিগী মরুওইবদু হংলম্মী । মহে হৈবদুনা পাউথুমখী মদুদি মালেমসি ফত্তবনা থল্লে, মীশিংনা লম্বুমদমক মীহৌরে অমসুং মীসিংগী পাপ্পা থল্লবা পুন্সিদগী কন্নবা ইশ্বরনা কনবীবা মপু অমা থারক্কদৌরি । থব্রানমিচাক অদু বিষ্ণুনি, নংগী নচীননাউগী মচানুপী দেবনকীগী গর্ভদা মহাক্লা তোংসা ওইনা চঙগনি । শায়োন অদুনা পাপকী থবক পুন্নমক লমন খুমগনি অমসুং মিনুংশিগী অচুম্বা অনৌবা লম্বীদা লমজিংগনি । অশাউবনা মশাবু ঙমখিদুনা নিংথৌনা ব্রাহ্মন অদুবু নৌনা পোকপা অঙাংশিংগা পুম্না হাৎতোকখী । কৃষ্ণনা অঙাং ওইনা অঙকপা থবক খৃদিংমক পাঙথোক্লম্মী । মহাক্লা কঙশনা শীল্লকপা খুদোংথিবা কয়াদগী মশা কঞ্জরম্মী। মতাং অমদা লীন অমনা মপুক্লা শীৎতুনা নাউশুমদা কারক্লগা অঙাংগী মথৌরীদা য়েৎতুনা চপথায়রম্মী অদুম ওইনমক অঙাংদুনা মখুৎনা লিন্দু হাৎখি (সিঃএফঃ দি মাইথ ওফ দি য়ং হারকুলিস) । মতুংদা কৃষ্ণনা কলিয় কৌবা মকোকলোঙবা লিনগা লাম্থেংনখি, অদুগা ঙমখী অমসুং নমদুনা যমুনা তুরেন্দগী তাম্লোকখী । ইন্দিয়াগী অঙাং অদুগী থৌনাফবগী ঙক্লবা থবক্লা ভোল্যুমপুম্বা পীক থল্লী । মতুংদা কঞ্চনা মমাবু খাদোক্লম্মী

অদুগা মহাক্কী অনৌবা লাইনিংলম্মী গী পাউতাক ইন্দিয়া থুংনা শন্দোকপা চৎলম্মী। মহাক্না মীশিংগী অমদি কোনুংগী শেঙ্গা থুমজাগী মায়োক্তা ঙাঙলম্মী অমসুং হায়রম্মী মদুদি মহাক্না ... শান্দা লাক্লিবসি অহৌবগী পাপ হন্দোকপিননবনি, শেংদবা থব্বায়বু তাম্থোকপিনবা অদুগা অচুম্বগী নিংথৌলৈবাকপু হন্জিনহন্নবনি। মহাক্না অকনবা খুদোংথীবা কয়া লান্থোক্লম্মী, লানমীশিংগা মশামক্তা লাম্থেংনখি, অঙকপা থবক কয়া তৌখী, অশিবা হিঙ্গৎহনখী, কুষ্ঠি থুংবা ফহনখী, মিৎতাংবশিংবু উহনখী। মনাপঙববু তাহনখি অমসুং খোঙতেকপবু চৎহনখী।

অকোনবদা মহাক্না মহাকপু চেৎনা থাজবা তুংইনবশিংবু খোমজিনখী অদুগা মাগী থবক মখা চৎথখী। মকম পন্নবকতা মহাক্কী পাউতাক তাবা অমসুং অঙকপা থবক য়েংবা মীয়াম্না লাক্লম্মী। মহাকপু ইশ্বরমক্তি হায়না মীয়াম্না খন্নরম্মী অমসুং অশেংবা পাপ্তগী হন্দোকপিবা, হান্না মপা মপুনা লাইফাউবীগ্রবা অদুমক্তী নীংনবম্মী।

মরক মবক্তা কৃষ্ণনা লোয়নবাশং থাদোক্লম্মী, তুংইনবশিংবু থাদোক্লনা মখোযবু চাং যেংলম্মী, অদুগা মখোযনা খুদোংথীবা তাববদা অম্মক হল্লক্লম্মী। মহাক্কী ধর্ম্ম খোঙচৎ চাউখৎলকপদা নিংথৌশিংনা নুঙাইরমদে, মখোযনা কান্নদবদা মাবু নমথনবা হোৎনরম্মী।

কৃষ্ণসু খৃষ্টনা তৌবগুম অনৌবা ধর্ম্ম অমা শন্দোক্লবা হোৎনখিদে মদুগী মহুৎতা ইচম চম্বা হান্না লৈরম্বা ধর্ম্মবু নৌনা কনথৎনবা অমসুং পান্নদবা লৈবশিং শেমদোকপা অমদি শেংদোকপনা মাগী অপাম্বা ওইখী। মহাক্কী পাউতাকশিংদু যীশুনা তৌবগুম শৈবেং ওইবা পাউতাক ব্বারীশিং অমসুং লমচৎ শেমগৎপা ব্বারীশিংনি। ব্বারীশিং অমসুং মানা হায়রম্বশিং ভাগবত গীতাদা রেকোর্দ তৌখী, মদু লায়না খঙবা য়াবা মওংদা তাক্লম্বা লমচৎ শেংবগী কৃষ্ণনা মাপেম পৃম্ববু কোনশিল্লম্বা মীৎয়েংনি। কৃষ্ণনা মাগী তুংইনবশিংদা মীপৃম্বা মচীন মনাউমক্তি থন্না লোয়নবা, মশানা হাযদোকখিবা ঙাকপা, লাইরবা অতোনবগী অব্বাবা পুমিন্নবা, অফবা থবক তৌবা অমসুং শেমবিবা মপুগী লানবা লৈত্রবা অফবদা থাজবা থম্বা অসিনচিংবা পাউতাক পিখী। মহাক্না মাগী তুংইনবশিংদা ফত্তবগীদমক অফবনা হনবা অমসুং য়েক্লববু নুংশিয়ু হায়না পাউতাক্লম্মী অমসুং লমন খুম্বা থিংলম্মী। মহাক্না অশোনবশিংবু থেমজিনবীরম্মী, হিংচায়াইতম্বগী লীচৎপু হুন্থরম্মী অমসুং উপাই লৈত্রববু মতেং পাংবীরম্মী। মহাক মশা লায়রবগুম লৈরম্মী অমসুং মশামক লায়রবা

অমসুং তুহৎপিরবশিংবু শৌগৎপদা কৎথোক্লম্মী । মহাক মশাগী ইমুং মনুংগী মরীদগী নিংতম্লম্মী অমসুং য়ুমপানবগী মরীদগী লাপ্না লৈরম্মী। যীশুগুম্না মহাক্না কোয়চৎ চৎতুনা ধর্ম্মশন্দোকপগী পূন্সি লেপ্লম্মী ।

কৃষ্ণসু ইশ্বরগী মচাগী শক্রোন হোংদুনা মশাবু উৎখী, মহাকী অথুম্পা ইশ্বরগী শক্রোন কয়া মহাকী চাঙ্গরবা সেবক আর্জুনাদা উৎতুনা হায়খী, *"ঐগীদমকতা থবক তৌরিবা মহাক্ত ঐঙোন্দা মপুঙফানা কৎথোক্লবা মহাক্ত, পোৎচাকী তাইবঙপান্দগী নিংতম্লবা মহাক্ত অমসুং অহিংবা পুম্বদা য়েংথিদ্রবা মহাক্ত ঐগী ইফমদা থুংগনি (ভাগবত-গীতা ১১ শুবা শ্লোক)* ।

ওইবা য়াবদা কৃষ্ণগী লাইব্রারী অসিনা খৃষ্ণকী লাইগী শাবান লেপ্তুনা পুথোরক্লবা খ্বাইদগী হেন্না শিরবা হৌরকফম্নি । চপমান্নবা দাইওনিসোসকী লাইব্রারীদা (খৃঃ মমাঙ নিপানশুবা চহীদা)সু চপমান্ননা ঙক্লিংঙাই ওই । মদুম ওইনমক অরিবা গ্রীক অমসুং রোমগী অব্রাংবা সংস্কৃতিগী মমি খৃষ্টানিত্তিদা তাদে ঃ অরিবা ইরানগী কনবীবা মপুগী শাবান অমসুং শিরগা স্বর্গনোরোক্তা চৎপগী ব্রারী অমসুং তুংদা থোক্লগদবা হায়বগী মওং অসিনচিংবা খৃষ্টান লাইনিংদা অকনবা ইথিন পী । খ্বাইদগী তোমথিন ওইথিবা পার্সিয়া ধর্ম্মগী শুরুশিংদি জরাথুস্ত্রা অমসুং মিথ্রাজনি, লাইপোকশিং অসিনা হোংদোক হোংজিন য়াদবা ধর্ম্মগী চৎনবীশিংদা অহোংবা পুরকখী । জরাথুস্ত্রাগী মমাঙদদি ইরানগী ধর্ম্ম মিৎয়েংসি মরুওইনা অরিবা ইন্দিয়াগা চপ মান্নে ।

# যীশু শিবা

## বিচার অমসুং চৈরাক ফংবা

যীশুগী মতমগী জুদিয়াগী লৈঙাক্লোনগী ফিভম অসি চমন্নে অমসুং থৌদোক ব্রাথোক কয়ানা থল্লি । হেরোড দি গ্রেত (খৃষ্ট মমাঙ চহি ৩৭-৪) না পানবা হৌবদগী অরোইবা ফাওবা লৈবাক ইরাং অমসুং লালহৌ মায়োক্নবা তারম্মী । হেরোডনা মায়োক্নরিবা দাকাতিশিংদু অরৈবা পাঙ্গন অমদি পাম্নে শীজিন্নদুনা রোমানশিংগী লৈঙাক্কী মায়োক্তা লেম্পা ধর্ম্মদা লম্পা লৈবাক নীংবশিং ওইরম্মী । যোসেফসনা ইরম্বা মতুংইন্না য়াওল্লোয় লূচিংবা সোলিলি মচা জুদাসনা লূচিংবা লালহৌ কাংলূপ অসি ত্রশেংনমক ধর্ম্মকাংলূপকী মীনি, মখোয়না তৌরম্বদি মপা মপুগী লাইনিং অদু মীরৈবাক মচাশিংগী থৌইনশিনদগী কন্নবনি (যেবিস ১৮, ১১,৬) য়াওল্লোয় কাংলূপ ফরিসি, সদুক্কী, রেখাবাইত অমসুং ইসেন্স হায়না লৈবগী মনুংদা ইসেন হায়বসিনা মপৃঙ ফাবা ধর্ম্ম কাংলূপ অমা ওইনা হৌগৎলক্নম্মী অমসুং মখোয়সিগী মনুংদ অখঙ-অহৈগী কাংলূপ্পু নজারাইত নত্রগা নজারেন হায়না খংনৈ। সদুক্কী অমসুং ফরিসিশিংনা হেরোডকী মতুং তারকপশিংগা য়ানবা পূরক্নম্মী অদুগা মতুংদা অন্নাংবা লৈবাক্কী ফম্নচিংবা লৌখী, অদুবু রেখাবাইতশিংদি রোম্না তৌহন্নবা হোৎনবা অওনবা অদুবু য়ারমদে অমসুং মখোয়গী মপা মপুনা তৌরম্বগুম সহরগী ব্রাংমদা দম্বুর খন্দুনা লৈথরম্মী ।

হেরোডকী মচানুপা আর্কেলস শক্তী লৌথোকপ্পবা মতমদা ইসেন অমসুং নজারেনশিং আলেকজেন্দ্রিয়াদা লোই থাবদগী হল্লক্নম্মী হায়না থেংনৈ, মতমসিমক্তদা কুমরানগী মোনাস্তরি অমুকহন্না খুন্দা লৈতাখী ।

হেরোদেস এন্টিপাসনা পাল্লিঙৈ মতমদা রোমান লৈঙাক পামদবগী লান অমা লোন্না ইসেনশিংনা শৌগৎতুনা হৌরকখী । মতমসিদা ফরিসি সদুক্কীশিংদি রোমান লৈঙাক্তা লূপশিল্লম্মী, ইসেন অমসুং নজারেনশিংদি মীখা পোন্না হিংবা পামখিদে । হেরোড দি গ্রেট শিপ্পবা তুংদা লৈবাক অদু ব্রাথোক অমগী মথংদা অমা থোকপা হৌবম্মী ।

মতাং অম্বাইদা মীয়াম্না তুঙ্কচরম্বা মীরমগী লৈঙাক্তুগী নিংতম্মন্দুনা দেভিদ অমসুং সোলোমোনগী সম্রাজ্য অমুক হন্জিনহনগদবা ইশ্বরদগী থারকপা মীহুৎ অমা ঙাইনরম্মী ।

মার্ক, মেথিউ অমসুং লূক্না ইবা ৱাপাউদা যীশুনা মীয়াম মরক্তা থবক তৌরম্বগী মতম্মসি চাউরাক্না চহী অমা নত্রগা অনিথক্তা ওইনা উৎলি । লম্নোইবা যোহননা ইবা ইকোন কোনবা ৱাপাউ থক্তনদি যীশুনা অরান চাকথাং অহুমদা যেরুজালেমদা য়াওখিবগী মতাং পল্লি ঐখোয়না কোম্না খঙবা ঙম্মী মদুদি মহাক্না মীয়াম মরক্তা লেল্লম্বসি চহী অনিদগী অহুম ফাওবনি । হায়রিবা মতমসিদা যীশুনা পেলেস্টাইনগী ঙমখৈ লাম্ঘোক্তুনা লমদুগী সাসন ৱাংমদা তোয়না চৎখোক্লম্মী । মমৈদা যীশুনা য়েরুজালেমদা চৎতুনা মশাবু মীওৎপশিংদা করিগী পীথোকচবিবনো হায়বসি ভাবনা শাগত্তুনা লৌবা নত্তনা ময়েক শেংনা খঙবা ঙমদে ।

নজারেন অদুনা যেরুজালেম চঙবা মতমদা মহাকপু লানঙম্বগী হরাউ তয়াম্না ওকখী অমসুং মহাকপু ইশ্বরগী নিংথৌরৈবাক পুরক্কদবা নিংথৌনি হায়না লৌনখী । খৃষ্টানগী চৎনবী মতুং ইন্না ইশ্বরগী নিংথৌলৈবাক পুরকপা হায়বসি মীওই খূদিংবু ইশ্বরগী থৌজানবীবগী পাম্বৈনা থব্রায়গী থাক্তা পাপ্তগী কনবীবা অদুবুনি । তৌইশুম্বসুং যেরুজালেমগী মীয়াম্নদি তাইবঙপানগী ওইবা মওং অমদা ঙাইনরম্মী । যিহুদিশিংগী ইশ্বরনা থাবীরকপা মীশক অদুনা ইশ্বরগী নিংথৌলৈবাক ওইনা অচুম্বা ঙাকপা অমদি মপাঙ্গল কনবা ইজরেল লৈবাক অমা শেমগৎকনি হায়না নীংনরম্মী । অসুন্না যীশুনা দেভীদনা মমাংঙৈদা ইজরেলবু লমজিংখিবগুম্না লুচিংগনি অমসুং ফল ওইনা রোমানগী য়োহিলংদগী লৈবাক্তুবু নীংতম্মনগনি হায়না থাজনরম্মী । থাজনবা অসিগী পাউখুম লম্নোইবা লুক্কী ৱাপাউদা অসুন্না পল্লি *"অদুগা য়েংউ, মসিদা লৈ নত্রগা মদুদা লৈ মখোয়না হায়রোই, মরমদি ইশ্বরগী লৈবাক অদু নখোয়গী নরক্তা লৈ"* (লূক ১৭:২১) ।

যীশুনা যেরুজলেম সহরদা চঙলকপসি অমুক্তা থোকখিদ্রিবা মশাউ অমদা শাউনবা থবক অমা ওইখী । তাংকক অসিদা পাংথোক্লিবা থবক অসি মীরোৎ ওইননি অমদি অয়াওবা মী খূদিংমক মখোয় মশাবু রোমান সম্রাজ্যগী ঙমখৈ মনুংদা ফোংনা উহল্লমদে অবান চাকথাংবগী অচৌবা কুমৈগী হাপ্তা অমা ৱাংলিঙৈদা যীশুনা মাগী অরোনবা লৈফম থাদোক্তুনা ইফ্রাইম চীংজাউদা

চৎনবা লেপ্পল্মী অমসুং মহাক্কী সেবকশিংগা লোয়নননা জেরিকো ফাওনা চৎলগা কিলোমিতর ৪০ লাম্পা লমদা থৈরম্মী (যোহন ১১:৫৪) ।

মার্ককী ৱাপাউ মতুং ইন্না অঙকপা ৱারেপ অদু পল্লি *"অমহিকসুং মখোয়না যেরুজালেমদা কাগদবা লম্বীদা লৈরম্মী, অদুগা যীশুনা মখোয়গী মাঙদা লেপ্লম্মী, মদুদা মখোয়না ঙক্লম্মী, অদুগা তুংইনবা থরনদি কিরম্মী অমসুং ইবুঙোনা সেবকশিংবু অমুক পুখোক্লুনা ইবুঙোদা থোক্লগদবদু মখোয়দা তম্বা হৌরে । মদুদি য়েংউ, ঐখোয়না যেরুজালেম তান্না কারি অমসুং মীগী মচা নুপা অদুবু অখোইবা পুরোহিৎশিং শাস্ত্রগী ওঝাশিংদা পীথোক্কনি, অদুগা মখোয়না মহাকপু হাৎপা মতিক চায় হায়না উত্তুনা মহাকপু অতোপ্পা জাৎশিংদা পীথোক্কনি, অদুগা মখোয়না মহাকপু নোক্লগনি, মঙোন্দা তিন শীৎচিনগনি, মহাকপু থীনা য়ৈরগা হাৎকনি, অমসুং নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা মহাক্না হিঙ্গৎকনি" (মার্ক ১০:৩২-৩৪) ।*

অচৌবা উৎসব অদুগী নুমিৎ মঙানি ৱাৎলিঙৈদা মখোয়না যেরুজালেমদা থুংলম্মী । মখোয়না সহবগী হোজং লানশিল্লকপদা যীশুবু মীয়াম্না হৱাউ তয়ান্না ওক্লম্মী । যীশুনা মহাক্কী নোল্লুকপা, পূকচেল শেংবা শান্তি ওইবা অমদি কৎথোকপা উৎননবগীদমক লোলা তোংদুনা লাকপদা মদুনা মমৈদা ভাব তানদবগী অৱাবা পোলোই অমা ফংলম্মী । *"অমসুং মহাক্না যেরুজালেম য়ৌবদা সহর শীনবা থুংনা ইরাং হৌরদুনা ৱা হায়নরকই, মসি কনানো ?" (মেথিউ ২১:১০)* । যীশুগী অকনবা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা ঙাঙবা অমসুং নীংনশঙ শেংদোকপদা হকচাংগী ওইবা মুক্তবশিং অদু মনুংদা অর্থচেনবা ৱা ওইনা লৌবা য়াদে । যীশুনা মীয়ামদা আপিল তৌবা মওং অদু খৎননবা ইনশিনবনি হায়না খঙহল্লি : *"ঐনা পৃথিবীদা ঈংথবা পীবা লাকপনি হায়না খনগনু, ঐ ঈংথবা পীবা লাকপা নত্তে, তৌইশুম্বসুং থাংশাং পীবা লাকপনি" নত্রগা "ঐনা পৃথিবীদা মৈ হুনথবা লাক্লে, মৈ হৌজিক হৌরবদি ঐনা পাম্বা করিনো ?" (লূক ১২:৪৯)* ।

যীশুনা জেরুজালেমদা অহানবা তৌবা থবক্সি মমাঙদা অমুক্তা তৌথিদ্রিবা মওংদা নীংনশঙগী মকোক থোংবশিংগা অকনবা লানবা তৌনবনি, নীংনশঙগী আইন চলাইরিবাশিংগী ময়োক্তা যীশুনা থিংঙমদবা খোংথাংদা প্রতিবাদ তৌখী । মহাক্না তৌগে য়াওনা থৱায় য়াওনা নিংনশঙদা লাকপা মীয়াম মমাঙদা মানা য়েংথীবা মীশিংবু চৈথাংবা (মেথিউ ২৩) অসিনা অৱোইবদা

লুশন্না লৌরক্লম্মী । ব্রাপাউগী মতুং ইন্না মহাক্তা মথাতানা ললোনবশিং অমদি শেন অচোইবা কায়বশিংসু চৈ থাংখি অদুগা মখোয়বু নিত্রশঙদগী তাম্নোকথী। মমৈদা মানা নীংনশঙগী মকোক খোংবেশিংদা অসুন্না শীংনবা অসি লায়না লৌথোকপা য়াখিদে । মরম অসি লৈবনা মীয়াম পুন্না ঈহৌ অমা হৌরক্লম্মী *'ব্রাদু অথোইবা পুরোহিৎশিংগা শাস্ত্রগী ওঝাশিংগনা তারে অমসুং মখোয়না ইবুঙোবু করন্না মাঙহনসিগে হায়না থিরম্মী, মরমদি মখোয়না ইবুঙোবু কিরম্মী, মরমদি মীয়ামনা ইবুঙোগী তম্বীবদা ঙক্লম্মী'' (মার্ক ১১,১৮)* ।

ইশ্বরগী অশেংবা কুম্মৈগী নুমিৎশিংদা মীয়াম হৌরকপা অমদি অকায় অতোয় থোক্লকপা য়াবনা পিলাতনা মাগী লান্মী চামঙা পুদুনা কেসারিয়াদগী ইরাং থোক্লক্লবদি লাকশিন্নবা লাকখী । অসিগুম্বা ইরাংসি ব্রাপাউশিংদা থয়াইননা খরদং পল্লি মার্ককী ব্রাপাউদা ঐখোয়না খংঙি মদুদি *''অমসুং বারাবাস কৌবা অমনা লৈবাক ব্রাথোকহনবশিংগা লোয়ননা পুন্দুনা লৈরম্মী, ব্রা থোকহনবদুদা মীশিং অদুনা মী হাৎলম্মী'' (মার্ক ১৫:৭)* । ব্রাপাউ অসিদা ঐখোয়না অসুন্না খেংনৈ মদুদি *''অদুগা অথোইবা পুরোহিৎশিং অমসুং শাস্ত্র গী ওঝাশিংনা মরৈ মরা তৌদুনা ইবুঙোবু করন্না ফারগা হাৎকদগে হায়না থিরম্মী, মরমদি মীশিংগী মরক্তা নিন্নদনবা চাকখাংবা মতমদা তৌগনুসি হায়না মখোয়না হায়নৈ'' (মার্ক ১৪:১-২)* । যীশু হাৎপা তারবদি য়ান্না থুনা অদুগা চেকশিন্না তৌবা তারম্মী । ফরিসিশিংনা অহানবদা মীয়ামগা ব্রা খন্নবদা যীশু মশানা থুজহন্নবা হোৎনখী । মখোইনা মাঙোন্দা রোমান নিংথৌরেন্দা খাজনা কাবসি চুমগদ্রা হায়না হংলম্মী । যীশুনা ওন্নতৈনবরোমদা থুন্নমদ্রবদি মহাকপু রাজবিদ্রোহি অমনি হায়না ফোংনা মরাল শীরমগদবনি, অদুম ওইনমক মহাক্কী হৈশিংবনা খূৎথা অমুক্তা খুদোংথিবদুদগী লাম্নোক্লম্মী (মার্ক ১২:১৪-১৭) । মথংদা সদুক্কীশিংনা মহাক্কী মপোক লাংওনগী তম্বীবা অদুবু করেম্নরম্মী । অদুবু মমুৎ তানা খঙবগী পাউথুন্না শীংনবা অদুবু নমথরম্মী (মার্ক ১২:১৯-২৭) ।

যীশু পাংতিংবগী চপচাবা মতম খঙদবগী অব্রাবা হৌজিক ফাওবা লৈরি । চপচাবা থা নত্রগা চহী ব্রাপাউশিংদা করিমতা পন্দে । ভাবনা শাগৎপদা খৃষ্ট মতুং চহি ৩০দগী ৩৩ ফাউবদা ওইবা য়াই । ব্রাপাউ থুদিংমক্তা যীশুবু ইরাই নুমিৎত্তা পাং তিংখী হায়না য়ানরবসু থাগী থাবান্দদি য়ানবা ঙমদে । ব্রাপাউগী মতুং ইন্না (মেথিউ, মার্ক, লুক) যীশুনা অরান চাকখাঙবগী চাক্লেন মাগী সেবকশিংগা সগোলশেনগী নুংথিন্দা চামিন্নখী । যিউশিংগী কলেণ্ডর

মতুং ইন্না সাগোলশেন নুমিৎ অসিদি নিসান থাগী ১৪নি পানবা নুমিৎনি, হায়রিবা নুমিৎ অসিদি ইস্তর য়াউ চাবা নুমিৎনি অমসুং থংনবা নুমিৎ ইরাইদনা নিসানগী ১৫নি পানবনি, নুমিৎ অসি যিউশিংগী কুম্মৈ পাশাহ্-মজোথকী অহৌবা নুমিৎনি, হায়রিবা অশেংবা নুমিদাংসিদদি যীশুবু ফাবা অমদি সানহেড্রিন (যিহুদি নাগরিক ৭১ না শাবা) মেম্বরশিংগী মাঙদা পুথোক্লগা ব্রাহং পাউহংবসি ওইবা য়াবা য়াক্ষম ওইদে । আইন ঙাক্লিবশিংনা অসিগুম্বা অশেংবা যিহুদিগী আইন থুগায়বা খবক তৌবা ওইথোক্তে ।

নাকন অমদা লম্বোইবা যোহনগী ব্রাপাউদগী লৌথৎপা য়াবা অমা ফংই । মহাক্কী ব্রাপাউনা যীশুগী অরোইবা চাক্লেন অসি যিহুদিগী অরান চাকথাংবা নুমিৎতনি হায়না পন্দে অদুগা নিসান থাগী ১৪নি পানবদা যীশু পাং তিংখী হায়না ই । মতাংসিদা যীশুনা হামৈ য়াওদবা তন অমসুং শা হাৎপা তৌদনা কুম্মৈ পাঙথোক্লম্মী, মসি হৌজিকফাও অরান চাকখাঙবা নোংমা ব্রাৎলিঙেদা খৌরাং লাঙবা নুমিৎ হায়দুনা চৎনরি । যোহনগী পাউজেল অসিনা মরম চাবা হেল্লি, অদুম ওইনমক অসুন্না খনবা য়াই মদুদি যীশুনা যিহুদিশিংগী আইন্না পীবা চৎনবী অসি ঙাকপা পাল্লমদে ।

অরোইবা চাক্লেন শীনবা মফমদু ইসেনশিংগী লৈফম অমদা শীনখি হায়বা ময়েক শেংই । *"য়েংউ নখোয়না সহরদা চঙবদা নুপা অমনা ঈশিংপুল পুদুনা নখোয়গা ওক্লগনি, মহাক্লা চঙবা য়ুম অদুদা মতুং ইন্দুনা চঙউ" (লুক ২২:১০)* ঈশিং শোকপা হায়বসি মতম অদুগী জেরুজালেমদা নুপীশিংখক্তনা তৌই । পল্লিবা য়ুম অসিদদি মতমদুগী চৎনবীদু চেৎনা ঙাকপা উদে । চান থক্লবা লাঙলিবদুসু মতমদুগী চৎনবীদা লাঙদে অদুগা ইসেনশিংগী চাকচা ইথক্তা চপচানা লাঙই । বলি ককপা হায়েংশা চাক্লেন্দুদা চাদবগী মরমদা শেংনা ইরম্মী, মদুগী মহুৎতা মনামশিংখক্তা চাবা ইসেনশিংগী মওংদা তল চাখী । ইবোনাইতশিংগী এপোক্রাইফেল ব্রাপাউদা সেবকশিংনা মফম কদায়দা অরান চাকথাঙবদু শীনগদগে হায়না হংবদা যীশুনা খুম্মী *"অরান চাকথাঙবা অসিদদি ঐনা নখোয় লোয়নমক্তা শা চাদবা পাম্মী" (ইপিফানিয়স হেঅর ৩০:২০,৮) ।*

মতাংসি য়ৌরকপদা খ্বাইদগী থুদোংচাদবা মায়োক্লরিবদি অরোইবা চাক্লেন করম্না মতম লেপকদগে হায়বসিনি । অদুবু ব্রাহং অসি ইচম চম্না লেম্পা য়াবা অমনা ইসেনশিংগা মরী লৈননা থম্নরবদি মখোয় মশাগী কলেণ্ডর লৈজে, মদুদা য়ুম্ফম ওইরগা কুম্মৈ পাঙথোকই (লমাই ১০৬) । মরমদি

সোলর কলেগুরদা চহী অমসি নুমিৎ ৩৬৪ থোক্লা অদুগা হাপ্তা ৫২ থায়, মসিনা জাতিগী চৎনবী কলেগুরগী ওন্ন তৈনবদা চহিগী মতমসি মতম ফরক লৈহন্দে । **চহী হৌবা নুমিৎসি মতম পূম্বদা বসন্ত ঋতুগী য়ুমশকৈশ নুমিৎতা তাই** । মসিগী মতুংইন্না ইসেনশিংগী অরান চাকখাঙবসি নিসান থাগী ১৪নি পানবা য়ুমশকৈশ নুমিৎতা মতম পূম্বদা তাই অমসুং যিহুদিগী অরান চাখখাংবগী মাংওইনা নুমিৎ নিনি ঙনখৎলি । মরমসিনা যোহন্না ইরম্বসিনা নুমিৎ লেম্পদা চুম্মী মদুদি যীশু উকারন্দা নিশান থাগী ১৪নি পানবদা পাং তিংখি, মহাক্লা ইরম্বসি জাতিগী কলেগুরদা লৌবনি, মসিগী মতুংইন্না পাংতিংবসি অরান চাকখাঙবগী নোংমা ৱাৎলিঙৈনি । অৱাবগী থৌদোক অপূম্বদা নুমিৎ হুন্নি হেন্না চৎথখী অমদি মরমচানা অমসুং ৱারেপ অমা তাবা য়ানা লৌখৎপা য়াই । লৈবাকপোকপগী নুমিদাংৱাইরমদা অরোইবা চাক্লেল চাফমদা গেসমানিদা মহাকপু ফাবা, পুরোহিৎশিংনা ইহান হানবা ৱাহং পাউহং চৎথবা, পিতরনা যীশুবু য়াদবা, - য়ুমশকৈশগী অয়ুকতা ধর্ম্মগী আইন মতুং ইন্না যীশুবু অহল্লুপ মাঙদা ৱায়েনবা, পুরোহিৎ মকোক "কয়াফা" না শাক্কিশিংগী ৱা য়েংশিনবা, নুমিদাংদা যীশুবু কয়াফাগী কৈশুমশঙদা থল্লগা ওৎনৈবা, শাগোলসেনগী অয়ুক্তা অহল্লুপকী রাই লাউথোকপা, যীশুবু পিলাতকী মমাঙদা ৱাহংনবা পুথোকপা অদুগা হেরোড এন্টিপাসকী মনাক্তা ৱাহং পাউহংনবা থাবা অদুগা অহিংদুমা বোমান কৈশুমশঙদা থম্বা, ইরাই নুমিৎতা পিলাতকী মমাঙদা ৱায়েনবা পুথোকপা, হুগুিল্লকপা ৱাফম য়াজবা, তিংখংগী লুহুপ উম্পীবা ময়ান্না য়াদবা উৎপা, চাউবাক্লা পুং ৬ (নুমিৎ য়ুংবা) দা পাংতিবা ।

চাক্লেন চাববা মতুংদা নিংনশঙগী সিফাইশিংনা যীশু ফাবা মতমদা অঙকপা থৌদোক খব থোকখী "মরম অদুনা সিমোন পিতরনা কবাক থাং শৎলগা পুরোহিৎ লেনগী মনাইবু য়ান্দুনা মাগী য়েংথংবা মনা শোইদৎলে, অদুগা মীনাই অদুগী মমিংদি মালকসনি । মরম অদুনা যীশুনা পিতরদা হায় কবাকথাংদু মখুমদা হাপচিল্লু, ইপানা ঐঙোন্দা পীরবা তেঙ্গোৎ অদু ঐনা থক্লরোইদ্রা ? (যোহন ১৮ ১০ ১১) পিতরনা কবাকথাং পুরিবা কারিগীনো ?

অহল্লুপ (এসেম্বল্লী) অসি ধর্ম্মগী আইন মতুং ইন্না যিহুদিগী খ্বাইদগী থাক ৱাংবনি, রোমান সাসন লাক্ত্রিংঙৈদদি কাংলুপসি রাজনিতিগী শক্তিসু লৈরম্মী, অহন লমনশিং অমসুং পুবোহিৎশিং শাস্ত্রগী ওঝাশিং পুন্না মী ৭১ না শাবনি । ৱায়েনশঙ অদু পুরোহিৎ মকোক কয়াফা (ৱাহং হংখিবা মী) না ফমফম লৌদুনা পাঙথোকই । লুক্কী ৱাপাউ মতুং ইন্না তিল্লিবা অহনশিংগী

মরক্তা অরিমাথিয়াগী যোসেফ, ইনাক খুনবা অমদি মৱাচৎপা লৌয়াম চাবা মীশকসিনা অৱাংবো কাউন্সিলদা নজারেনবু হাৎনবা ৱারেপকী মায়োক্তা ভোৎ পীখি (লূক ২৩:৫০-৫১) । শাক্কিশিং ৱাহং পাউহং লোয়রবা তুংদা পুরোহিৎ মকোক কয়াফানা ৱা লোইশিন্দুনা লূরবা ৱাহংসি হংখি *"ইশ্বরগী মচানিপা খৃষ্ট অদু নঙলা, ঐখোয়দা হায়ননবা ঐনা নংবু অহিংবা ইশ্বর য়েংদুনা শরী শোলহল্লি" (মেথিউ ২৫:৫৩) । যীশুনা খুম্মী "নংনা হায়খিবদুমক্নি"*, কয়াফানা মদুদা শাক্কিশিংগী ৱা চুল্লে হায়না লৌরম্মী । মদুম তৌনা ইশ্বরগী মচানি হায়না ফংফম থোক্তবা দাবী তৌবসি য়ীহুদি আইনগী মতুংইন্না ইশ্বরবু সীংনবনি অমসুং হাৎকদবনি অদুগা অশিবা মশাদু উদা য়ান্দুনা থমগদবনি হায়না যিহুদি আইন্না পী । যীশু হাৎপা মতমদা মগুং অমা ওইনা হাৎখিবগী মরমদি রোমানগী অঙম অথৌশিংগী অয়াবা য়াথং য়াওদনা অহল্লূপ্না কানামত্তবু শিবগী দণ্ডি পীবা য়ারোই হায়না অনৌবা হুকুম ফংলম্মী অমসুং বিচার পাঙথোকপদা নীংনশঙগী লমদা নত্তনা মপান্দা তৌবসু য়াহল্লমদে । বীচার তৌবদু অয়ুক নুংথিল (নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবগী মতম) দা তৌবা তাই । অহল্লূপকী মেম্বর ৭১ মক কৌরবসু নুমিদাংদা লৌবা ৱারেপ্তি লোইনমক আইন কায়বা ওই । লুক্কী ৱাপাউদা ঐখোয়না থেংনবদা বিচার অদু নুংথিলগী মতমদা ফমখী (লূক ২২:২৬) । মীফম অদু মথং নুমিৎকী অয়ুক য়ৌদ্রিঙৈদা (শগোলশেন) হায়দোকখিদে *"অয়ুক ওইরবদা পুরোহিৎ মকোক অমদি অহল্লমনশিংনা যীশুবু হাৎনবা ৱা লেপ্নরে অদুগা মখোয়না ইবুঙোবু পুল্লগা পুথোকখিদুনা গোভর্নর পিলাততা পীখৎখি" (মেথিউ ২৭:১-২) ।*

পিলাতনা হৌবদগী হৌনা বীচার অদুগী মায়োক্তা লেপ্লম্মী (যোহন ১৮:৩১)। মহাক্না হায়, যীশুগী মরাল অমত্তা ফংদে, অদুনা মাবু থাদোক্লবা হোৎনখী অদুবু ময়ামদুনা হৌরকপা উবদা উপায় লৈরমদে (মেথিউ ২৭:২৪) মহাক্না অরুবা বীচার অদুগীদমক লমদুগী যীহুদি লৈঙাকপা হেরোড এন্টিপাসকী মনাক্তা পুথোকহনখী, মদুদসু কান্নখিদে । মরমদি যীশুনা পাউখুম অমত্তা পীয়ু য়ারমদে অমসুং অমুক হন্না পিলাতকী মফমদা হল্লক্লম্মী, মমৈদদি মীয়ামদুগী অনিংবা তৌজনবা পীথোক্লম্মী (চৈরক্তুদা কয়াফানা মীয়াম্বু লাঙহল্লম্মী), নজারেনবু হাৎলু হায়না ময়ান্না লাউরম্মী। ৱাপাউদা য়াওবা চয়েৎনবা অমসুং চমল্লবা খৌদোকশিংদু য়াম্না চম্বা মওঙ অমদা কোকহনবা য়াই অমদি যীশু অসি অনৌবা ধর্ম্মকাংলূপ ইসেনকী ইহৌ "অধিকার ঙাকপা" দা য়াওই হায়না লৌরবদি (সিওফ লমাই ৯৪) , ময়েক শেংলে মদুদি ওরথোদোক্ন যিহুদিশিংনা য়ীশুবু ওৎনৈবা অমসুং রাজনিতিগী বীচারদসু অৱাবা পীরিবদুগী

মতাংদা ঐখোয়না হায়নিংবদি, খুদম ন্বাৎলবসু য়ীশুগী ইতিহাসকী শক্রোন্দা(ন্বারীগী মতুং ইন্না) মখোঙ শেংনা অমদি চপচানা শন্দোক্লা তাকচরে ।

যীশুগী শিবদগী হিংগৎপা অমদি যীশুগী হকচাংগী মরমদা লৈরিবা ময়ামগী মোৎ অসিনা অমুক্কা হেন্না অশেংবো খঙবদা লুনা থোকহল্লি । ইরম্মা ন্বারীদগী লৌখৎপদা যীশুবু পাংতিংবা মতুং পূং থরগী মনুংদা শিরে হায়না করিগী লাউথোক্লিবনো অদুগা য়ীশুগা লোয়ননা পাং তিংমিন্নরিবা অনিদুগী মখোঙ য়ৈথেক্লগা (মখোঙ য়ৈথেকপসি ওৎনৈবগী মতম য়াম্না তেনশিনহন্নবা চৎনবী ওইনা তৌনবনি নত্রবদি উকারন্দা পাংতিংদুনা নুমিৎ মঙানি ফাওবা হিংই ) মহাক্কীনা করিগী য়ৈথেক্লমদ্রিবনো হায়বসি শেংনা তাক্কে । মরম অসিনা পিলাতনা অসিবা মশা নিরকপদা য়ামনা ঙকখী *"অদুগা হৌজিক ইবুঙো শিগ্নে হায়বদা পীলাৎনা ঙক্লে.."। (মার্ক ১৫:৪৪) ।*

কনামত্তা শিবদগী হিঙ্গৎপসি উহৌদে  ন্বারী খুদিংমক লৌখৎপদা ঐখোয় শিবদগী হিঙগৎপা উহৌই হায়বা শাক্সিগী ন্বারী থেংনদে । শিবদগী হিঙ্গৎখি হায়না লাউথোক্লিবসি থাজবগী পোৎথোক্নি । হিঙ্গৎপগী ন্বারীসি হৌথিবা ন্বারীদগী হৌই অমসুং থোক্লিবা থৌদোক্কী মওং য়েংলগা শেমজিনথিবনি । থৌদোক অসি যীশুনা হিঙ্গৎপদা থাজবা নত্রগনা থাজদবা হায়না মী কাংলূপ অনিগী মরক্তা ন্বাহং অমা ওইনা লৈহৌরে । শাংলবা চহী লিশিং অনিগী তুংদা অশেংবা খঙহনবা মৈরা অমা চুখৎপা মচাক পুথোকপদা ওইথোক্কবা ওইহল্লে । অদুম ওইনমক ওইথোক্কবা অসিদগী পাংতিংবগী মরী মখোং চপচানা পুথোক্লবা মতমসিগী খ্বাইদগী নৌবা চাংয়েংগী খুৎশু খুৎলাইশিংনা পুথোকপা য়াবা শাক্সিগী ঙক্লবা মচাক অমদি লৈহৌই । শাক্সি অদু যীশুগী মোংফমদগী ফংবা মংকৃপফি অদুনি ।

"অমসুং নুমিদাংন্বাই ওইরক্লবসু, পোথাবা নুমিৎ ওইদ্রিঙৈগী থৌরাং লাঙবা নুমিৎ ওইরবনিনা অহল্লূপকী ইকায়খুন্নবা মী মশানসু ইশ্বরগী লৈবাক ঙাইজরিবা অরিমাথিয়াগী যোসেফ অদু লাক্লে, মহাক্লা থৌনা ফনা পীলাৎকী মফমদা চংখিদুনা যীশুগী হকচাং নিজরে । অদুগা হৌজিক ইবুঙো শিগ্নে হায়বদা পীলাৎনা ঙক্লে, অমসুং লান্মী চামগী মপু কৌরদুনা, ইবুঙো শিবা কুইরব্রা হায়দুনা মঙোন্দা হংলে । অমসুং মহাক্লা লান্মী চামগী মপুদগী মদু খঙ্লবদা যোসেফতা অশিবা হকচাং অদু পীবীবে । অদুগা মহাক্লা অনানবা লীমোনগী ফি অমা লৈরগা ইবুঙোবু পুথদুনা লীমোন ফি অদুনা য়োম্লগা,

নুংজাউদা হুৎতোক্লবা মোংফমদা ইবুঙোবু থল্লে, অমসুং মহাক্না মোংফম অদুগী থোঙদা নূং অমনা ওনশিল্লে । অদুগা মাগদালিনি মরিয়ম অমসুং যোসেফকী মমা মারিয়ম্না ইবুঙোবু কদায়দা থম্লগে হায়বা উথিরম্মী (মার্ক ১৫:৪২-৪৭) । অতোম্পা ব্রাপাউশিংনা ইরম্লদগী ঐথোয়না থৌদোকসিগী মথা তাবা পাউ লৌখৎপা ঙম্মী । মেথিউ অমসুং যোহন্না ইরম্মী মদুদি মহাক্সি যীশুগী সেবক অমনি (লুক্না মহাক অসি ইশ্বরগী লৈবাক ঙাইরিবা মী অমনি) অমসুং যোহন্না মথা তারম্মী মদুদি মহাক্না যীশুগী সেবক ওইবসি তাইবঙগী মমাংদা অরোৎপা ওইনা লৈরম্মী । লূকী ব্রাপাউনা যোসেফনা অহল্লূপগী ব্রারেপ অমসুং যিহুদি অতৈগী থবক অদুবু য়ারমদে । মেথিউ, লুক অমসুং যোহন্না যীশুগী অশিবা মশা পিলাৎতগী নিজবা অমসুং মদু মহাক্না ফংবা চপচানা উৎলি । মেথিউ অমসুং লুক্না যীশুগী হকচাং কৃপ্পবা মংকৃপফিগী মতাংদা পল্লি । মেথিউগী পাউনা ফি অদু শীজিন্নদ্রিবনি হায়বা উৎলি অমসুং য়োহান্না ফি অদুনা ইবুঙোবু য়োমশিল্লি হায়বা তাকই । যোহন অমসুং লুক্না মথা তাবদা মোংফম অদু অনৌবনি অমদি হান্না লৈবনি হায়না খঙহল্লি । মেথিউনা মথা তানা অহাঙবা মোংফমদু যোসেফকীনি তাকই । লুক্না থাবদা মদু নূংদা হুৎলগা শেম্বনি অমসুং মেথিউনা মোংফমগী ময়ায়দু অচৌবা নূং অমনা ওনশিন্দুনা থম্মী হায়না পল্লি ।

মতাংসিদা পল্লিবা মংকৃপফি অসি তুরিন্দা ঙসি ফাওবা চেকশিন্না থল্লি অমসুং পৃথিবীগী ইতিহাসতা লৌখৎপা য়াবা সাক্ষি অমা ওইনা মালেমগী খ্বাইদগী মরুওইবা অঙকপা থৌদোক অমগী ব্রারী পুরদুনা তুংগী চারোনশিংগীদমক লৈরি অমসুং মসি ফোতো লৌহৌবগা চপ মান্নরি ।

মমিং চৎলবা তুরিনগী মংকৃপফি অসি ময়ুংদা মিটর ৪ ৩৬ শাংই, মরাক্তা ১.১ পাকই অমসুং অঙকপা মওংদা ময়েক শেংনা নুপা অমগী হকচাংগী ঈ-খূৎনম অমা উৎলি । শরুক তংখায় অমনা নঙ্গনগী শরুক উবা ফংই অদুগা ময়াইদা কোক্কী শরুক্তা য়েৎশিনবগী মমি লৈ, অতোম্পা তংখায় অমনা কুইদ্রিঙৈগী মমাঙদা পাং তিংখিবা মীগী মমাঙগী শরুক অদু উবা ফংই । মসিদা তারম্বা দাগ অদু লায়না কোক্কী, মায়গী, থবাক্কী, পাম্বোমগী, খূৎকী, খোঙগী অমসুং খোঙপাক্কী মফম পৃম্না লায়না খঙবা ঙম্মী । দাগশিং অদুগী অয়ামবা মফম সেপিয়া মচুনি, অদুম ওইনমক মফম থরদদি ব্রাউথোকই । ঐখোয়না ময়েক শেংনা ঙাংশং ঙাংনা ব্রাউথাংনবা ইগী লীক্লমশিংসু উবা ফংই ।

ঐখোয়না অহানবা হেক য়েংবদা মংকৃপফি অদুগী ময়ুংদা চুথেক নাইবা মুশিনবা দাগ অনিথক্কু উবা ফংই । দাগসিং অসি ৱাউথোকপা মচু শীজিন্নদুনা ফোংতুনা শেমজিনখিবা মৈ চাকপগী দাগফম্নি । মসিশিং অসিগী তোঙানবা নমুনা অসি ওইবগী মরমদি মংকৃপফিসি মরোন নিফুনিপান থোক্লা থূপ্লগা লুপাগী পাত্র অমদা হাপ্তুনা চেম্বরি (ফ্রান্স) কী লাইশংদা থম্লিঙৈদা ইং ১৫৩২দা মৈ চাকপদা য়াউরুবগীনি । লুপাগী পাত্রদু মৈশাদা শৌদোকরকপদা অথূম্পা ফি অদুদা জিওমিত্রিগী অয়েকপা মানবা দাগশিং লৈহৌবনি, থূংয়েক্তা য়েংবীয় । ফিদা তারিবা দাগ অসি যীশু মশামক্কী ওইরবদি অমসুং প্রমান তৌবা তারবদি মসিনা বিজ্ঞানগী হৈশিংবা উৎপদা নত্তনা বৈজ্ঞানিক ওইনা থিজিনবগী ঙসি ফাওবদা পাউখুম থুম্বা ঙমদ্রিবা ৱাহং অমগী পাউখুম পীবা ঙম্লগনি, **ৱাহং অদুদি যীশু সিবদগী হিঙ্গংখিবা হায়বসিনি।**

# মংকৃপফিগী মপুন্সি

অহানবা হংবা য়াবা ৱাহংদা অসুক শাংলবা চহী লিশিং অনি ফি অমবু অমাং অতা ইয়াও য়াওদনা লীদুনা থম্বা য়াব্রা হায়বসিনি । অদুম ওইনমক মতাংসিদা পনবা য়াবদি তুরিনগী মংকৃপফি অসিদগী হেন্না লিরবা ফি কয়া লীদুনা থম্নি । থুদম ওইনা ঐখোয়না থেংনবদা কাইরোগী ইজিপ্তসিয়ান ম্যুজিয়ম, ইজিপ্তসিয়ান ম্যুজিয়ম ওফ তুরিন, লোয়ননা ইজিপতোলেজি দিপার্টমেন্ট ওফ ম্যুজিয়ম, লন্দন, পেরিস, বর্লিন হিলদেসেম অসিনচিংবদা থোমজিন্দুনা থম্লিবা ফিশিংদা চহি ৩৫০০ দগী ৫০০০ ফাওবা লিরবা ফিশিং লৈ । নিয়ার ইষ্টকী অকংবা হৱানুংশিৎসি ফি অমদি মকোনশিং লীদুনা থম্বাদা য়াম্না চানৈ । পাম্বীগী মচাকশিং অসি মরুওইনা প্লাসতিক্কী মগুন য়াওবনা য়াম্না অচেৎপা ম্যুলেকুল ওই ।

সিন্দোন হায়বা ৱাহৈসি পুয়া ইবশিংগী ৱাহৈদা য়াম্না পাকপা ফি হায়বনি। মংকৃপফিসি লশিংফিনি, লং অদু মচা অহন্না অমথক্তা ওইনা ঙা মরুগী মওংগুম ফাইদুনা শাবনি । যীশুগী মতমদদি ফি থূংশা অসি অতাঙবা থূংশানি, থূংহৈবগী লৌশিং য়াম্না চংবা অদুগা য়াম্না মমন তাঙবা ওইরম্বা য়াই । মথল অসিগী হিংহৌরিবা থুদম লৌবা তারবদি ফিসা অসি অহানবা চহীচাদা সিরিয়াগী রোমান প্রোভিন্সতা ফংই, লম অসিদা মতমদুদা

পেলেসতাইন্সু মনুং চল্লম্মী । লং অশুংবা শাবগী থবক অসি নোংচুপ্লোমদদি ১৪ শুবা চহিচা থক্তদগী হৌখী ।

ইং ১৯৭৩দা বেলজিয়মগী ঘেন বিশ্ববিদ্যালয়গী প্রোফেসর রায়েজনা লং মচাশিং অদু ইলেক্ট্রোন মাইক্রোসকোপ অমদা চাংয়েং চৎথখি, মদুদা লংগী মচাকশিংদুগা মান্নবা লশিং পাম্বী মখন থর খন্দোকপা ঙমখি অদুবু হায়রিবা পাম্বীশিংদুদি যীশুগী মতমদা নোংপোক্লম মনাক্তা থানদে । সিরিয়া অমসুং মেসোপোতামিয়াদা ইন্দিয়াদগী লশিং পুশিল্লক্লগা ফি শান্নরম্মী, শাদ্রিঙৈ মমাঙদা লশিংশিং অদু ইয়োংগী খুৎশু খুৎলাইশিংনা শেম শারম্মী ।

ঙসিদি কার্বোনগী রেড়িওএক্তিভ আইসোতোপ নত্রগা কার্বোন-১৪গী চাং ওল্লগা ওর্গনিক মেটরিয়েলশিংগী চহী কয়া কুইনা লৈরক্লবা হায়বদু ইরাই লায়না লেম্পা য়ারে । শ্বর হোল্লিবা অহিংবা পাম্বী খুদিংমক নুংশিৎতগী কার্বোনডাই-ওক্সাইড চুপশিল্লগা পাম্বীগী মশা শাগৎলকপদা শীজিন্নে । মপুন্সী লোইবদা রেডিওএক্তিভ কার্বোনশিং তপ্না অসুম হন্থরকই, মসিনা চহি ৫৭৩০গী মতুংদা হান্না য়াওরম্বা রেডিওএক্তিভ কার্বোন-১৪গী তংখায়তমক লেমহৌই। কার্বোন আইসোতোপ চাং ওল্লগা অমদি মপুন্সী তংখায়গী (কার্বোন আইসোতোপ মাঙথরকপগী) নমুনা লৌরগা আর্কিয়োলোজিগী অরিবা পোৎশিং চাদা ± ১০% হাইদোক হাইজিন তৌরগা চহি লেম্পী । মৈচাকপদা য়াওরুরবসু ফিগী পোৎচাক অদু অয়াম্বা শোক্তে । খৃষ্টানিতিগী খ্বাইদগী মরুওইরবা নিংশিং খুদমগী অরিবা পোৎ অসিগী ব্বারীদা মৈ চাকপদা য়াওরস্ববসি পন্দনা কাম্থোকনীংদে। ওইনিংবা অমা ওইসনু কার্বোন ১৪গী চাংয়েং অসি চহি ২০০ গী হাইদোক হাইজিন লৈগনি মরমদি পোৎ অসি চহি লীশিং অনিরোম চাউরাক্লা শুরে ।

স্বিশ বোতানিষ্ট অমসুং ক্রিমিনোলোজিষ্ট ডাঃ মার্ক্স ফ্রৈনা পোল্লেন অনলাইসিস শীজিন্নদুনা চাংয়েং চথবদা মরুওইবা মচাক কয়া ফংখি । ডাঃ ফ্রৈনা মাংকৃপফি মশাদুদগী তোঙান তোঙানবা মফম ১২দগী এধেসিভ তেপ শীজিন্নদুনা সেমি ১০দগী ২০ ফাউবগী অশাংবা সেম্পলশিং লৌরম্মী । ইলেক্রোন মাইক্রোসকোপ্তা স্কেন তৌবদা স্কার সেমি খুদিংগী পাম্বীগী পোল্লেন মকৃপ ১-৪, উফুল অমদি মশিং মরক্তা য়াওবা উবদা মহাক্লা হরাউরম্মী । পোল্লেন মকৃপশিং অসিগী পাকচাউবসি ০-০০২৫ দগী ০ ২৫ মিমিঃ ফাওবনি অদুনা খুৎলাইগী মতেং নত্রবদি উবা ফংদে । তৌইগুম্বসুং অপিকপা মকৃপশিং অদু

মথক্তা কুরাংবান অনিরক য়োমশিল্লি, মদুগী কেমিকেল কম্পোজিসন ঙসিফাওবদা খঙবা ঙমদ্রি । মপানগী য়োল্লিবা কুরাংবান অসি অদুক্কী মতিক খাঙবা পোৎচাক্কি মদুদি অককুবা ফিভমদা পোল্লেনশিং অসি চহি লাখ কয়া অমাং অতা য়াওদনা লৈবা ঙম্মী । ঐখোয়না খনবদা ঙক্কা থোক্লবসু বসন্ত ঋতুদা মরাং কায়না থেংনবা হঙ্গামপান মচুগী পোল্লেন মকুপশিং অসি য়েংলগা করম্বা মখলগী পাম্বীগী পোল্লেন মকুপ্নো হায়বা মশক তোঙানবা মরল্লা ময়েক শেংনা য়াল্লা লায়না খঙবা ঙম্মী । ইং ১৯৭৬ তা ফ্রৈনা ফোঙলকপা থিজিন হুমজিনবগী রিপোর্টনা হায় মদুদি মহাক্কা মংকৃপফি অসিগী পোল্লেনগী মান্নবা লশিংপাম্বী মখল ৪৯ খন্দোক্লুনা তাকপা ঙল্লে । ইতিহাসকী ৱারীগী মতুংইন্না মংকৃপফি অদু থল্লমই হায়বা মকম খৃদিংমক্তা হৌবা পাম্বী পুখোক্লম্মী, খুদম ওইনা লেবানন সেদার (সেদ্রস লিবনি ) । মদুম ওইনমক মচংওইবা পাউদি পোল্লেন অদু য়াওবা পাম্বী মখন ১১দি ইউরোপ্তা হৌদে, নোপোক্লম মনাক্তা হৌবা হেলোফাইট ঙাক্তনি, হেলোফাইট হায়বসি থুমগী চাং ৱাংনা য়াওবা লৈহাউদা হৌবা পাম্বীনি, খুদম ওইনা দেদ সীগী অকোয়বা লম্নচিংবা মখলশিং অদুগী মবক্তা লৈকংলাদা হৌবা পাম্বী মখলশিং হায়বদি তমরিস্ক স্বেইদা অমসুং অর্তেমিসিয়ানি। হৌজিক ফাওবদা ফি অসিগী ৱারী লীখুন থিবদা ১৪ শুবা চাহীচা ফাওবগী ৱাবীতমক ফংবনা ফান্সতা শাবা ফি ওইগনি নিংনৈ অদুগা ফি অদু ফ্রান্স অমসুং ইত্রলিদা মতুংদা কোয়পু পুদুনা চৎলম্বা ওইবা য়াই তাযনা খরনা অমুক নীংনৈ । পোল্লেন অনলাইসিসনা মুন্না খঙহল্লি মদুদি ইউরোপ্তা পুরক্লিন্ডৈদা ফি অসি পেলেস্টাইন্দা লৈরম্বনি । অদুদা নত্তনা মংকৃপফিদা ফংলিবা পোল্লেন মখল অসি গেলিলি সমুদ্র খোঙবানগী হাজিনবা লৈরোনগী লৈবাক্তসু যীশুগী মতমদসু ফংই ।

পোল্লেনগী মখল অসিগী শাগৈগী পাম্বী মখল নিপান্দি এসিয়া মাইনরগী ষ্টেপিজনি, মরুওইনা ইদেশা (ঙসিগী তর্কীগী উর্ফা) গী অকোয়বা লমশিংসি। ডাঃ ফ্রৈনদি মতমদুদা মসিগী মরুওইবা মায়কৈসিদদি মায় ওনশিনলমদ্রে ।

মংকৃপফি অসিগী হৌরককমগী মতাংদা কন্না থিজিল্লবা ইংলিস ইতিহাসকার আইন ৱিলসন্না ইবা ইতিহাসতগী ঐখোয়না পাকশন্না লৌখৎপা য়াই । মাহাক্কা পীবগী মতুং ইন্না মরাং কায়রবা ইতিহাসকী শাক্কিগা লোয়ননা প্রমান তৌই মদুদি মংকৃপফি অসিগী মপুংফাবা ইতিহাস অসি য়াল্লা পুক্লীং থিংজিন্নিংঙাই ওইহল্লি, তশেংবমক অশেংবা ৱাখল্লা শাগৎপা ৱারীদগী হেন্না ঙকই ।

নজরাইটশিংনা শীজিন্নবা হেব্রিউগী এপোক্রাইফেল ব্রাপাউ মতুংইন্না যীশুনা মংকৃপফি অদু মানা মোংফমদগী হিঙ্গৎলবা তুংদা মাগী সেবক পুরোহিৎ অমদা পীরম্মী । ঐখোয়না লৌবা য়াই মদুদি ফি ফংহৌবা মীদু যীশুগী য়েক্লবা নত্রগা কুইদ্রিঙৈগী মমাঙদা মাবু হাৎনবা হোৎনখিবা মীদি ওইরোই । মসিনা অমুক্কা হেন্না চুশিন্নে মদুদি মমল নাইদ্রবা খুদোল অদু সেবক পুরোহিৎনা ফংলিবদু মশক নাইবা থবক অমা তৌবগীদমক মমল ওইনা খুদোল তৌরম্বনি।

খৃষ্ট মতুং ইং ৩২৫দা কৈসারিয়াগী বিসোপ ইউসেবিয়স ''হিস্তোরিয়া ইক্লোসিয়াস্তিকা'' দা ইরম্বদা ইদেশাগী নিংথৌ (অবগাব V, উকামা = খৃঃ মতুং ৯-৫৬ ফাউবা পাল্লম্বা অমুবা জাতিগী নিংথৌ) না পাউমী অমা য়েরুজালেমদা থারকখি অমসুং যীশুবু ইদেশাদা লাকপিনবা অদুগা মাগী মশাগী অরিবা অনাবা অমা লায়েংবীনবা বার্তোন তৌরম্মী । ইদেশাগী নিংথৌগী লীদুনা থনম্বা অরিবা পোৎচৈশিংদগী ফংবা পল্লদুনা ইউসেবীয়সনা যীশুগা অবগাবগা পাউ চংনবগী মতাং অমা অংথন্নবা পল্লম্মী অমসুং মতাং অদু অরিবা সিরিয়া লোন্দগী (অরামিয়েক) গ্রীক লোন্দা হন্দোক্লম্বনি । ব্রাবীদুগী মতুং ইন্না যীশু মশামক লাকপা ঙমদ্রদুনা মানা মহুৎ শিনবা অমা থারক্লর্ম্মী হায়বদি লুকী ব্রাপাউদা পল্লম্বা (লুক ১০ ১) সেবক ৭০গী মনুংদগী অমা থারক্লম্মী । সেবক অদু থাদিয়স হায়না গ্রীকী মমিং অমা কৌরম্মী (অদুবু পাখনচৎপা অমা ওইনদি মমিং অদুন্না কৌরমদে ) অমসুং সিরিয়ান লোন্দাদি অদ্দাই কৌরম্মী । যীশুনা অবগারদা অঙকপা অয়েকপা পোৎ অমা লোযননা থারক্লম্মী । পোৎ অদুগী অঙকপা শাক্তিনা নিংথৌ অদু খুদক্তে অনাবা ফরম্মী, অমসুং খুদক্তা যীশুগী সেবক ওইখিরম্মী । ইং ১৮৫০দা অরিবা সিরিয়াগী লাইরিক ময়াম অমা ইজিপ্তকী লেকংলা ব্রাদি ইল-নত্রন (নেত্রোন তম্পাক) গী মনাক নকপা মোনাস্তরি অমদগী ফংংম্মী মদুনা অবগাবগী ব্রারীশিং চুম্মী হায়না লেপ্লম্মী । ব্রাবীশিং অদুনা পনবদা অঙকপা থৌদোক্কুগী মতুংদা অদ্দাই থাদেয়সনা ইদেশাদা ব্রাপাউ অমা শন্দোক্লর্ম্মী অমসুং নিংথৌগা লোয়ননা প্রজা অয়াম্বা অনৌবা ধর্ম্মদা ওল্লম্মী ।

মতমদুদা মোংফমগী মংকৃপফিসি অমাংবা পোৎকুন্না থন্নবা মরম্না থাঙ্গৈশংনা অয়েকপা পোৎ হায়রম্বনি হায়বা খঙবা ঙম্মী । ফী অদু পনবা মতমদা ''একতা থাদৈ'' তেত্রাদিপ্লোন হায়বদি ''মরোন মরি থুপ্পা'' হায়না পল্লম্মী । কনাগুম্বনা মিটর '৪' হেন্না শাংবা ফি অদু ময়াইদা অহুল্লক থুপ্লবদি অচৌবা পোৎ অদু মিটর তংখায়রোমতগী পুথোক পুশিন নুঙাইবা সাইজ

ওইরে যীশুগী ঈগী খুৎফম্না য়েকপা মূর্ত্তিদুসু নিংথিজনা উহনবা য়ারে । চেকশিন্না থম্বা অমদি মওং অসুন্না উহনবা অসিনা খুৎয়েক অদু যীগী চপচাবা সাইজদা চিংননিঙাই লৈতনা ওইরে অমসুং অতৈ হকচাংগী শরুকশিংদুদি মমি শেংবা ঋাৎপনা পূক্লীং চংনরমদবা য়াই ।

খৃষ্ট মতুং ইং ৫৭তা অবগরগী মচা য়াইমা মনু-VI না ইদেশাগী নিংথৌ ওইবা মতমদা পগানিজম ধর্ম্মদা অমুক ওহ্লোকখিরম্মী অমসুং ইদেশাগী মীয়াম্বু নুংশিহৈতনা ওৎনৈরম্মী । মতাং অসিদা অয়েকপা লাইদু লোৎশিনাখিরম্মী অদুগা মতম খরদি তাবা ফংলমদে । অয়েকপা লাই অদুগী মরাইবক্তু য়াম্না ৎপ্না "হিস্তরি ওফ ইদেশান পোর্ট্রেৎ" হায়বসিদগী লৌখৎপা ঙম্মী, মসি খৃষ্ট মতুং ইং ৯৪৫দা বাইজানতিন নিংথৌরেন কোন্সতানতিন পোর্ফাইরোজেনেজোজগী দববারদা ইরম্বনি ।লাইরিক অসিনা পাউদম্বদা অসেংবা লাৎনপোৎ অদু নুংশিৎ চংদবা মখুম খুমজিল্লগা ইদেশা সহরগী নোংচূপথংবা হোজাঙদা মখুন হুৎতুনা লোৎশিল্লম্মী অমসুং খৃষ্ট মতুং ইং ৫৪০ ফাওবা সহরগী ফক্লাংদু রিপেয়র তৌদ্রিফাওবা ফংলমদে (শেমজনবগী মরমদি খৃষ্ট মতুং ৫২৫দা কাহেনবা ঈশিং ইচাউ নংবদগীনি ) মসি হান্নগী অচুম্বা লাৎনপোৎনি হায়বসি চিংনিঙাই লৈত্রে খঙ্গবদা চৎনবীগী মতুংইন্না নিংথৌ অবগাবগী মনাক্তা পুরকখি । খৃষ্ট মতুং ৫৪৪দা বিসোপ ইউলালিওসনা খুৎয়েক অদুবু অকাইবোপোই তোস হায়বদি "মীওইবগী খুৎকী খুৎশেম নত্তবা" লাৎনপোৎনি হায়না লাউথোকখি ।

অমুক হন্না ফংলবা খুৎয়েক অদুবু অচৌবা চর্চ (কেথড্রেল ওফ হায়গিযা সোফিয়া) দা থমখি অমসুং লুপাগী পাত্র অমদা শো লোন্দুনা চেকশিন্না লীদুনা থমখি । মতাং অদুদগী মতুং তারকপদা মংকূপফি অদু 'মন্দিলিওন' হাযনা কৌখি অমসুং অসুক শেংনা অমদি মমল য়াম্বা ওইনা লৌনখি মদুদ নসি খ্বাইদগী মকওইবা অশেংবা নুমিৎশিং খক্তদা নত্তনা পুথোক্লমদে, ১০শুবা চহিচাগী মংকুপফিগী ইতিহাস হাযবা লাইরিক্তা হায মদুদি অবগাবনা খুৎয়েক অদুবু সনানা ফ্রেম চনশিল্লম্মী অদুগা মায়গী শরুক্তদি খুমদনা ফাৎতোক্লম্মী । অঙকপদি তোঙান তোঙানবা ইবম্বশিংদগী লৌখৎপদা যীশুগী ১০শুবা চহিচাগী মমাঙদা যীশুগী ঈতৈ খুৎফম অসি চুথেক নাইবা ফম্বাক অমদা থমদুনা উবাক্কী উপুদা হাপ্লম্মী, অদুগা অকোয়বা মখুন মচা অমদগী য়েংনরম্মী । খুৎফম অদু চপচানা ফি অদু "মরোন মরিরক থূপ্লগা" থমদুনা য়েংবগা মান্নবা তাই । মতুং তারকপদদি ইকুই কুইদনা খুৎফম অদু অসুক পাক চাওই হাযবদুদগী হেন্না পাকপা ফ্রেম অমদা থমখি ।

"দি জেসুইট" হায়বা লাইরিক্তা অইবা ব্রার্নর বল্সনা থাজবা উৎলি মদুদি মন্দেলিয়ন হায়বা ব্রাহেসি অরাবি ব্রাহে মন্দিল অর্থদি খুদে হায়বসিদগী লাকপা ওইগনি। ঐনা থাজজবদি ইন্দিয়াগী অরিবা লোন সংস্কৃতকী মন্দলা হায়বা ব্রাহেসিগা মরী লৈনগনি খল্লি, মসিগী অর্থদি কোইরক কোয়বা হায়বনি। মসি তাইবঙপান ব্রারীগসু চুশিন্নে। মন্দলা অসি মরুওইনা তিবেততান বুদ্ধিসশিংনা ধর্ম্মগী খুদম অমা ওইনা সীজিন্নে। মখোয়না খুদম অসিনা অকক্লবা থব্রায়গী লম্বী অমসুং তাইবঙপানগী ওইবা অনিগী মরী অদুবু খঙহল্লি অমসুং ধ্যান তৌবা মতমদা থব্রায়না তাইবংপান ব্রাংমদা অমত্তা ওইনা তিন্নরুনবা পাম্মে অমা ওইনা শীজিন্নে। 'মন্দলা' ব্রাহেগী হৌরকফমগী মতাংদা গ্রীক অমদি লেতিন লোন্দসু ইবা থেংনৈ।

ওইনিংবা ওইরসনু, খৃষ্টকী য়েক্লম্বা মূর্ত্তিদা তরুকশুবা চহিচা অমদি মতুংদা হোংলকপশিংদু য়াম্না ময়েক শেংনা ফংই। মংকৃপফি অমুক হন্না ফংদুনা পুথোক্রিফাওবা যীশুঅসি অচুম্বগী গুরু ওইনা থাইনগী ফিলোসোফর নম্রগা ইশ্বরগী য়াউশেনবা নম্রগা ফিদম্নফম ওইবা, মকোই চোমদবা অমসুং শকহেনবা নহা অমা ওইনা লৌনরম্মী। নহা ওইবসিনা ইশ্বরগী খুদম ওইহল্লি। মন্দেলিয়ন অসি লাংনবা হৌরকপদা মংকৃপফিদা কোয়রপ্পা তাবা খৃৎফম অদুগা চপ মান্ননা যীশুগী মূর্ত্তি অসি য়েক্লরে। হায়রিবা অসুন্না যেকপা লাইসি খৃষ্টানশিংনা মখোয়গী মপু ইবুঙোনা মাঙদা তশেংনা লৈরিবগুম খন্নরম্মী। মতাং অসিদগী মাঙগী শাবান লৌদুনা পাক্শন্না য়েক্লরে. মমীৎ লাওই. মশম খাল্লগা ময়াই থাইনা হাৎলি, খদাং কোইসু ময়ায়দা খায়দোক্ই, মনাতোন চাউই, চহি লৈশিল্লে অমসুং কোঙ্কী মরুল্লোমদা মতম পৃম্বদা অকোয়বা কোকপু কোয়বা কাংগোই হেলো হায়বা অমা তরুকশুবা চহিচাদগীদি অসুক ফজনা য়েক্লে মদুদি কনাগুম্বা খৃৎয়েক অদু উবদা লাল্লমগনি হায়বগী চিংনবা অমত্তা পোকনখিদ্রে। মসিনা মরুওইবা মরম অমা ওইবা য়াই মদুদি ইদেশাগী মন্দেলিয়নগী খৃৎফম অসিনা মতুংদা য়েক্লকপা যীশুগী লাইয়েক খুদিংমক্কী হৌরকফম্নি হায়না ব্রিলসন্না থাজরম্মী।

খৃষ্ট মতুং চহি ৯৪৩দা রোম নিংথৌরেলগী বাইজান্তিন লাম্মীনা ইদেশা খুদুম চল্লম্মী। মথোইনা মন্দেলিয়ন অদু পীরবদি লাম্ফা চনি (২০০) থাদোকপিগনি অমসুং শহরদু মনিং তম্মনগনি হায়না তকশিল্লম্মী। মীওইবগী পুন্সী কন্নবা ইদেশাগী মীশিংনা তাল্লিবদু পীগে হায়না য়ান্নরম্মী অমসুং পীথোক্লনা সহরদু কল্লম্মী, মদুগী মথক্তা লুপাগী শেনয়েক লিশিং অনিসু নিংথৌরেলদগী



The complete figure of Jesus (photo by Enrie 1931, Turin)

ফংলম্মী । মতমদুগী ইতিহাসকারনা ইরম্বগী মতুংইন্না, ইদেশাগী মীশিংনা সাশিন্নবা মংকৃপফি অনিরক পীদুনা নাম্বোক্লবা হোৎনখি । অদুমওইনমক বিসোপ অন্রামিৎতসনা য়ুমখংনবা সহর সামোসতাদা লৈদুনা অশেংবা মংকৃপফি অদু নিংথৌরেল রোমানোসতা কন্সতেন্তিনোপলদা পুরক্কদবনি নম্রবদি য়ারোই হায়দুনা য়াথং পীরকখি ।

ইরম্বা রেকোর্ড কয়ামরুম্না তাকই মদুদি খৃষ্ট মতুং চহি ৯৪৪দা অকোনবদা মংকৃপফি অদু কন্সতেন্তিনোপলদা থুংলবদা মীয়াম্না য়াম্না হরাউনখি, মফমদুদা ফারাউস চাপেলদা চহিচা অনিমথায়রোম চেংনা থমখি ।

ইং ১২০৩দা ফ্রেন্স ক্রুসেদর রোবার্ত দে ক্লারিনা ইরম্মী মদুদি মহাক্না কন্সতেন্তিনোপলগী ব্লাচেরনিদা চর্চ ওকদি হোলি মেরি হায়বসিদা মংকৃপফি অদু উখি : "... .. ... মপু ইবুঙোগী হকচাংদা য়োমখিবা 'সিন্দোইন' অদু মথক্কগী মখাদা য়াম্বদুনা মায়োক্লনা ইরাই খুদিংদা উৎলি, মদুদা ইবুঙোগী শকওং অদু চুমদ্রিং উবা ফংই" । খুদম অসি লৌবদা মতমদুদা ফি অদু মশা থুংনা উহল্লম্মী, মদুনা মন্দলিওন অমসুং সিন্দোন হায়বসি থাঙ্গেশেংনা অমত্তনি হায়না তাকই ।

খৃঃ মতুং ১২০৪গী এপ্রিল থাদা কন্সতেন্তিনোপলদা পৈদুনা লৈবা লান্দাবশিংনা ইনাকখুল্লবা সহর অদুবু লুটপাৎ তৌরম্মী, মখোয়না অফং অফংবা পুম্বা মখোয়গী মখুত্তা মাঙ তাকহল্লম্মী । মখোয়না মমল য়াম্বা পোৎ কয়া লুট তৌরবা মতুংদা খৃষ্টান লাইনিংগী লন অমসুং লুনা য়োক্লনা থমজবাশিংসু পুখিরম্মী। থৌদোকশিংগী চমম্লবা মরক্তা মংকৃপফি অদু মাঙখিরম্মী অমসুং চহি ১৫০গী মতুংদা "দৈ চার্নি" ইমুং মনুংদা লৈরমদুনা নোংচূপ লৈবাক্তা ইহান হান্না পুথোক্লুনা উৎখি । হায়রিবা মতম অদুদা রোম সহরদা, জেনোৱা অমসুং পেরিসতা মথল মথাগী মন্দেলিয়নশিং উৎখি । অদুম ওইনমক শাশিন্নবা ফিশিংদু থওইনা লাইয়েকপশিংনা য়েকশিল্লগা পুথোরকপনি অশেংবা ফিদু নত্তে হায়বা খঙরম্মী । "তারেল ওফ ভেরোনিকা" হায়বা অমসু পুথোরকখি, মমিং অদু থিগৎপদা "ভেরা-ইকোন ( = চপমান্নবা খৃৎয়েক) হায়না মন্দেলিওনগা চপমান্ননা শেম্বনি হায়না খঙবা ঙম্মী ।

১৩শুবা চহিচা লোইরকপদা তোকঙা অমা কন্না শন্দোরকখি মদুদি অসিনি মরিশুবা ক্রুসেদতা শেনগী মতেংপীবা, নিংনশঙগী শক্তিলৈবা অমসুং মচীন চৎপা ফম্নাইবশিংনা মখোয়গী মবুঙোগী তৌবা অরোনবা মীতিংশিংদা



Jesus as an adolescent Apollo (early 3rd c ). The authentic Madylion portrait of Jesus was not yet known at this time.

অঙকপা মূর্ত্তি অমা লাৎলি । হায়রিবা মূর্ত্তি লাৎপসি ধর্ম্মগী নিয়ম কন্না থুগাইবনি অমসুং খৃঃ ১৩০৭তা ফিলিপ দি ফেয়র ওফ ফ্রান্সনা তোকঙা অদুবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নরগা নিংনশঙগী ফন্নাইবশিংগী কাংলূপ অদুবু ধর্ম্মথুগাইবগী মুথৎলম্মী । তোঙান তোঙানবা মতমদুদা ইরম্বা ব্রারীশিং অমসুং ব্রায়েনশঙগী শাক্তি পীখিবগী ব্রারোলনা শেংনা তাকই মদুদি নীংনশঙগী মূর্ত্তি অদু প্লেট অমদা য়েকপা লাই অমথক্তি, য়েংবদা ব্রাউথাংনরগা মচু মমেন য়াওদে, অহিংবা নুপা অমগী নাপ্তা য়েকপনি "নিংনশঙগী ফন্নাইবশিংনা তৌবগা মান্নরা খদাং কোই তংখায় থায়দোকই", মদুবু ফন্নাইবশিং অদুনা "ইশ্বরমক্কী অশেংবা শকফম্নি" হায়না থাজরম্মী ।

নিংনশঙ খরগী থবক শুফম কাদা মূর্ত্তি অসি চেকশিন্না য়োক্তুনা থমখি । থাইনা সোমর্সেতকী তেমপ্লেকোম্বে কাংলূপ্না শীজিন্নরম্বা পোৎচৈশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা মূর্ত্তি অমা ইং ১৯৫১ দা ফংখি, অয়েকপা লাই অদু মন্দিলিয়নমক্তা চপ মান্নরা য়েকথোকপনি ।

ইং ১৩১৪দা হায়রিবা কাংলূপ অসিগী অরোইবা ফন্নাইবা অনি ধর্ম্মনিয়ম থুগায়বগীদমক, মখোয় মরান লৈতে, খৃষ্টান ধর্ম্মগী থাজবসু চেৎনা লৈ হায়না কন্না পুখৎচরবসু পেরিসতা হিংনা মৈ থাদুনা হাৎখি । অদুদগী অমনা কাংলূপ্তুগী কোক্লেন লূচিংবা জেক্কেস দে মোলেনি । অতোম্পদুনা নোর্মন্দিগী ধর্ম্মগুরু জিওফ্রোয় দে চর্নি হায়বসিনি অদুম ওইনমক মখোয়বু হাৎপশিংনা ফনা কন্না থিরফাওবদা নিংনশঙগী লাইমূর্ত্তি অদু মফম কৈদসু ফংবা ঙমখিদে । চহি খর লৈরগা অমুক পুখোরকখি, অরিবা থিজিনবশিংনা ইরম্বগী মতুং ইন্না মহাক্সি হায়রিবা মিং অসিমক কৌবা নিংনশঙ অমগী ফন্নাইবগী মশেন নুপাগী মঙনুপানি । ইরম্বদগী খংবা ঙম্বদি দে চর্নিগী ইমুং মনুংনা মংকূপফি অদু কমদৌনা ফংলকপনো হায়বগী মরোন অকুম্পা পীবা ঙমখিদে । মখোয়বু ত্রোয় সহরগী কোলেজিয়েট চর্চ ওফ লিরিগী বিসোপ অনি হেনরি দে পোইতুয়রস অমসুং পিরে দে অর্সিসনা শাজিন্নবা মংকূপফি মীয়ামদা উৎপগী মরাল কন্না শীজিল্লম্মী । বিসোপ অনিদুনা মপুন্সিদা অশেংবা মংকূপফি অমুক ফাওবা উথিদ্রিবা ওইরবসু মীয়াম মাঙদা মংকূপফি উৎপা কয়াগী ময়োক্তা থবক লৌখৎলম্মী । দে চর্নি ইমুং মনুংনা লৌতুনবা কয়া মায়োক্পরবা মতুংদা মার্গরেতা দে চর্নিনা মংকূপফি অদু ফ্রান্স সহর ব্রাংমদা পুথোকখিবদা মায় পাক্রম্মী, মহাক্তা শেংথোইরবা সভোইগী দিউক লোরিসতা দলিল ইদুনা খুৎশিন্নখি, মহাক্কী মমল নাইদ্রবা থবক অসিগী অব্রামন

চাউনা ফংলম্মী । য়ানবা মতুং ইন্না দিউক্কা শিরিদা সনাগী শেনয়েক ৫০ পীখি।

ইং ১৫০২ দা মংকৃপফি অদু কাসল ওফ চেম্বরিগী লাইনিং হোলদা পুরক্নুনা থমখি, মফমদুদা ১৫৩২ গী মৈ চাকপদা অমাঙ অতা থোকখি, মদু ফি অসিগী মশাদাময়েক শেংনা উবা ফংই । ইং ১৫৭৮ দা মংকৃপফি অসি অরোইবা ওইনা তুরিন্দা পুরকখি, মফমদুদা হাউস ওফ সাভোইগী মরন ওইনা ঙসিফাওবা লৈখ্রে ।

# মংকৃপফিগী সাইন্তিফিক চাংয়েং

ইং ১৮৯৮ দা ইতালি জাতিগী চহিগী থৌরম পাঙথোকপদা মংকৃপফি অদু অমুক হন্না মীয়ামদা উৎখি । ফোতো নম্বগী থবক পামজবা ফোতোগ্রাফর সেকোন্দো পিয়ানা মংকৃপফি অসিগী ইতিহাসতা অহানবা ওইনা মসিবু ফোতো নম্নবা খুদোংচাবা ফংলম্মী । কয়ারক হোৎনরবা মতুংদা পিয়ানা মংকৃপফি অদুগী চপচাবা ফোতো অমা লৌবদা মায় পাকখি । মহাক্না মাগী অমম্বা কাদা দিভেলপ তৌরিঙৈদা এক্সপোজ গ্লাসপ্লেততা পৃক্লীং লাঙহনবা অনৌবা মওং অমা থেংনরম্মী, ফোতোগ্রাফিক প্লেততা তারিবা নেগেতিভ পিকচর অদু যীশুগী অশেংবা হিংলিঙৈগী শকফম্মক মান্না উরম্মী । ঐথোয়না তোয়না উনরবা যীশুগী অয়েকপা শক্তম অসি তুরিনগী মংকৃপফিগী ফোতোদা মসিগী অঙৌবগা অমুবগা ওয়োক্লবদ চপ মান্নে (ঈ পকপা খৃৎফম অদু মন্না উরবসু নেগেতিভতা অঙানবা ওইনা উই) । অচুম্বা অসিমক্না তাকই মদুদি ঈতৈবা খৃৎফমদু হৈশিংবা লায়েকপা অমনা য়েক্লম্বা নত্তে । অসুক মপৃঙ ফানা ওন্ন তৈনবা মওংদা তাবা মমি অসি হৌজিকানগী থম থেংনা খৃৎশাহৈরবা মতমসিদা ফাওবা ওইথোক্লিঙাই ওইদ্রি । পায়ানা লৌখিবা ফোতো নেগেতিভ অদুনা হৌজিক্কী মতমদা থাক ব্রাংনা ফি অসিগী থাজবা য়াবা অচুম্বশিং থিজিন হৃমজিনবগী হৌফম ওইখি । মতুং তারকপদা ইং ১৯৩১দা গিউসেপি এনরিনা লৌখিবা ফোতোগ্রাফনা ময়েক শেংনা লেম্পা ঙমখি মদুদি মংকৃপফিগী ঈ খৃৎফম অদু য়েকপা ঙম্বগী খৃদম অমত্তা লৈতে । অনৌ অনৌবা হেন্না মরিকচুম্বা ফোতো লৌরিমখৈ থিজিনবশিংদা অনৌবা লংজিন অসুম থোরকখি ঃ

১) ফোটো লৌবদা তাবা মমিদু মপৃংফানা ফি থোংদবা হকচাংনি। রোমানশিংগী আইনগী মতুংইন্না দাকুশিংবু চৈরাক পীবদা অমসুং



The Face of Jesus (photo by Enrie 1931 Turin

হাৎপদা মফি লোইনা লৌখোকই । লাই য়েক্কপনা য়েকপা ওইরবদি যীশুগী মপৃঙফানা মফি খোকপা থৃৎয়েক য়েকপদি ইশ্বরদা মতমপুম্বগী ওইনা ঙাকপিফম খোক্তবা মরান লঙশিনবা ওইনা লৌগনি ।

২) ঈ থৃৎকম অসি তশেংনা উকারন্দা য়োৎপি য়েদুনা পাংতিংলগা কনাগুম্বা অমা হাৎখিবগী থৃৎফমনি, শাউন্না পুল্লগা পাংতিংখিবগীদি নপ্রে (মসিসু অদুম চৎনৈ) । উকারন্দা পাংতিংবসি তোয়না খোকখিবা মরম্না পাংতিংবগী খুদম থক্তনা যীশুগী পাংতিংখিবগী মমিনি হায়বদি য়ারোই । অদুমওইনমক অহানবা খৃষ্টান রোমান নিংথৌরেল কন্সতেন্তিনোপলনা মিনুংশি য়াওদবা মীহাৎসি মৃৎথৎখিবা মরম্না মংকৃপফিসি খৃঃ মতৃং চহি ৩৩০ গী মমাঙগীনি হায়বসিমদি শোয়দ্রে হায়বা খঙবা ঙম্মী ।

৩) খদাং কোই অমদি শমথাক মওং য়েংলগা থৃৎফমসি রোমান সম্রাজ্যগী মনুংদা পেলেস্টাইনগী নত্তনা অতৈদি ওইনিঙাই লৈতে অমসুং হাৎখ্রিবা মীসি নজারেনশিংগী মেম্বর মরক্তগী অমনি অদুগা ইসেন কাংলৃপকী মীওইনি হায়বা চপচানা তাকই।

৪) মাংকৃপফি অসিনা ব্রাপাউ লাইরিকশিংদা ইবা মরুওইবা শাক্তি তরুকখক চপ চানৈ । অহানবদা মেদিকেল স্পেসিয়েলিসনা চপ চানা খঙবা ঙম্বদা য়েৎথংবা মীৎখাদা য়ান্না ব্রাংনা সিফাইশিংনা ফুবগী পোম্বা অমসুং অতৈ মায়গী অশোকপশিংগী খুদম ফংঙি।

৫) অনিশুবদা অপিকপা অদুগা য়ান্না ময়েক শেংবা শরিক বোলনা শোকহনবা মফমশিং তৃংলোমগী শরুক মখৈদা থুংনা উবা ফংই, থরদি হকচাং কোয়না তারক্লগা মাঙলোমগী শরুক্তসু খর উবা ফংই । অসিগুম্বা চৈফম অসি হকচাং শীম্বুংবদা মরিফুতরাদগী হেল্লি . মসিনা ঐথোয়না চৈফু কয়ারক হন্না ফুখি হায়বা থংবদা নত্তনা ফুবদা শীজিন্নবা চৈদু রোমান "ফ্লাক্রম" হায়বা শাজৈনা ফুবনি শাজৈসি অশাংবা শউন মপাক অহম্না শেমবনি অদুগা শউনদুগী মতোন্দা মিশি নত্রগা শরুগী শরিক বোল জুরা অমমম য়াউই ।

৬) অহুমশুবা শাক্তিগী থুদম্না লেংজুমগী শরুক্তা অরুম্বা অমনা তকথৎপা অশোকপনি, মসিনা শেংনা তাকপদি হাৎখিবা মীসি উকারনগী হোরাইজেন্টেল বিম অদু পুদুনা চৎহল্লমগনি ।

৭) মরিশুবা শাক্তিগী থুদম্না ইচাই চাইনা কোক্কী শরুক্তা মাঙতুং অনিমক্তা ঈ থোকপগী থূৎফম্নি শাক্তি অসিনা তিংখংগী লূহুপ উম্পগী থুদম্নি। অদুম ওইনমক থৃষ্টান লাইয়েকপশিং পুন্নমক্না য়েকপা তিংখংগী রিং অমথক্তদি নত্রে, মদুগী মহুৎতা নোংপোক্লমগী কোয়েৎ মান্না কোক পুন্নমক্তা য়োম্বা ওইগনি মী অমনা হেক্তা শাজিনখ্রগা মথং মথং তিংখংগী রিং ওইনা মতৌ তম্নখিবা ওইগনি।

৮) মঙাশুবা শাক্তিগী থুদম্না উকারন্দা য়োৎপি যৈবগী থূৎফম্নি, মদু মথোঙ অমদি মথূৎতগী ই য়াম্না থোকপগী ইফম্না ময়েক শেংনা তাক্কই । ঈ চেম্বরকপগী মমিনা তাকপগী মতুং ইন্না মপাম্বোম অদু দিগ্রী ৫৫দগী ৬৫ ফাওবদা তিংথোক্লুনা উকারন্দা য়ানখিবনি। মংকূপফিনা পীবা থ্বাইদগী ঙকপা পাউজেল অমনা অসিনি মদুদি য়োৎপি যৈফমসি থূৎকী থুজেংদনি, লায়েকপা থূদিঙমক্না ভাবনা সাদুনা থূবাক্তা যৈহনবদু অমসুং চপ মান্ননা পাংতিংবগী ব্রারীদা লৈবদু নত্তে। ফ্রেন্স সর্জেন্ট বার্দেতনা চাংয়েং তৌদুনা উৎখি মদুদি থূবাক ময়াইদা য়োৎপি যৈবা মতমদা কিলো নিফুদগী হেন্না লুল্লবদি থূবাক শেগাইরক্কনি ( মরমদি থূৎশাগী শরুশিং অদু থূবাক ফাওবা শন্দোকই ) ।

৯) তরুকশুবা শাক্তিগী থুদম্না সিঃএমঃ ৪-৫ পাকপা য়েৎথংবা থবাক্কী মঙাশুবা অমসুং তরুকশুবা শরু কারক্তা ফংবসিনি । অশোকপদু ঈ য়াম্না থোকখিবগী থুদম ফংই, মসি লম্মোইবা যোহনগী ব্রাপাউদা পনবা তানা থিনখিবগী ব্রাবীগা চপ মাম্নে, মতাংদুদা ঈ অমসুং ঈশিং য়াম্নদুনা চেম্বকই হায়না পল্লি ।

১০) ফৈগন নত্রগা থুবোমদা থীনা শোকপগী মফম লৈতে অদুনা থঙহনবদি তশেংনা মথোঙ থুদেক্লমদ্রে

মথক্কী থুদমশিংসিনা চপচানা তাকই মদুদি পাংতিংদুনা হাৎখিব মীশকশি অতোম্পা মীওই অমা নত্তে । ব্লারী মথল মথা অমসুং শাক্কি ওইবা য়াবা থুদমশিং অসি ব্লাপাউদা ইরম্বা পাংতিংবগী ব্লারীগা চপ মান্ননা থোকপনা অতোম্পা মী অমদা পানশিন্নিঙাই লৈতে । হরবার্ত হর্ত্তোন হায়বা, হান্নদি মংকৃপফি অসি শাশন্নবনি হায়না থাজরম্বা মীশকশিনা ইবা দি যেস্মুট এণ্ড হিস্তরিয়ান হায়বা লাইরিক্তা ইরম্মী ''　　ঈগী থৃৎকম অসিনা থৃষ্টকী নত্তবা তারবদি অশেংবা থৃৎকম মক্তগী চপমান্না শিন্দোকপা ওইগনি'' ।

মংকৃপফি অসি বৈজ্ঞানিক ওইনা থিজিন্নবা কমিসন অম শেন্নবা তুংদা হৌজিক কানগী থ্বাইদগী ফরবা বিজ্ঞানগী থৃৎলাই শীজিন্নদুনা য়ান্না কৃপথনা থিজিন-হুমজিনবা ঙমখি । ইং ১৯৬৯ দা মংকৃপফি অদুবু নিয়ম নাইনা থিজিন্নবগীদমক তুরিনগী কার্দিনেল পেলেগ্রিনোনা বৈজ্ঞানিক অখণ্ড অহৈ কাংলুপ অমা লাইনিঙ মায়চৌ কাংলূপ অমগা লোয়ননা থঙ্গৎলম্মী । অহৌবদা কাংলূপ অদু শুপ্নগী অখণ্ড অহৈ মশিং তরামাথোই থক্তা ওইরম্মী। মতুং তারকপদদি থিজিনবদা ফংলকপদা অসুক্কী মতিক মশক থোকখ্রে মদুদি মহৈ লোয়শঙ পূন্নমক, বিশ্ববিদ্যালয়শিং অমসুং এয়ার এন্দ স্পেস এডমিনিস্ত্রে সন (নাসা) ফাওবা ফি অদুগী থিজিনবদা হুপচিল্লকখি।

ইং ১৯৬৯ ফাওবদি থিজিন্নবদা মংকৃপফি অদুদগী লৌবা ফোতোগ্রাফ খক্তাদা তৌরম্মী । ইং ১৯৬৯ দদি মংকৃপফি মশামক্তা নুমিৎ নিনি চঙ্গা ইহান হানবা ওইনা চাংয়েং থৃদিংমক য়ান্না চেকশিন্না অরোনবা ওইহল্লম্মী, ইং ১৯৭৬ ফাওবা মীয়ামদা তাকথোক্তনা থম্লম্মী । অহানবা চাংয়েং অসিদদি মতিক চাবা ফল ফংবা ঙম্লমদে । মচুগী ফোতো কয়ামরুম লৌরম্মী অদুগা অচম্বা মঙান্দা অমসুং অলট্রা ভাইওলেৎ মঙান্দা মাইক্রোসকোপ শীজিন্নদুনা ফিগী মফম কযামরুম কৃপ্না য়েংলম্মী । মমৈদা পরীং নাইনা অকনবা বৈজ্ঞানিক চাংয়েং চখনবা অমসুং ফিদুগী মশাদগী অপিকপা সেমপল কয়া মথা তাবা থিজিন হুমজিনবা তৌনবা লৌবগী ব্লারোল য়াওবা রিপোর্ত পীখি । মতমদুদা আইনগী হক লৈবা মংকৃপফিগী মপু, ইতালিগী নিংথৌ উম্বর্তো - II ওফ সভোইনা মহাক্কী লোই থাদুনা লৈরিবা ময়ুমদগী অখণ্ড অহৈগী দাবী অদুবু য়ারক্লম্মী । ইং ১৯৭৩ তা নিয়ম নাইনা চাংয়েং চখখি অমদি লেপখিবগী মতুং ইন্না নুমিৎ হুন্নি চাংয়েং অদু চখরবা মতুংদা তেলিভিজন্দা লাইভ তেলিকাস তৌদুনা ভাবক লাখ তরা হেনবনা য়েংখি, মদুদা পোপ পোল - VI না ব্লাসু ভাংখি ।

হায়রিবা চাংয়েং অসি তৌগদবা চহি খরগী মমাঙদা জর্মন সিন্দোনোলোজিষ্ট (মংকৃপফি স্পেসিয়েলিষ্ট) অমনা পুখোরকপদা থন্নবা য়াবা চেফোং কয়া ফোংদুনা মীয়ামগী পূর্ক্লীং চিংশিনখি, মদুদি মংকৃপফি অসিনা চীংননিঙাইগী ব্রাংমদা প্রমান তৌই মদুদি যীশুসি উকারন্দাগী লৌথবা মতমদা তশেংনা শিদ্রি । হন্স নেবর (এলিয়াজরের্ন, এলিযাজ যোহন রেবর্ন) না খোঞ্জেল হৌনা মীয়াম মমাংদা লাউ থোকখি মদুদি অশিবা হকচাংদি ঈ থোক্তে অদুবু তুরিনগী মংকৃপফি অসিনা কৃম্পা হকচাং অসিদি ময়েক শেংনা মখাদা থাংথরবা মতুংদা ঈ থোকই । ঈং ১৯৪৭ তা পীবা নেবরগী মোৎ মতুংইন্না যীশুবু উকারন্দা পাংতিংবদা অশিবা মান্না মীয়ামদা উহনখিবনি অদুম ওইনমক অশেংবদি মখল অমগী কোমাদা লৈবনি অদুগা নুমিত হুন্নি লৈরগা অমুক জ্ঞান তারকপনি । থিজিন হুমজিনবগী ফল অমসুং মংকৃপফিগী ফোতোগ্রাফশিং ফোংলকপদগী নেবরনা পীবা লীক্লম অদু অচুম্বনি হায়বা থন্নরকখি অমসুং মংকৃপফিগী অখঙ অহৈ কয়ানা মাগী লীক্লম অদু শৌগৎখি । অদুম ওইনমক মরৈ কংয়েৎ য়েৎপা চর্চ লোয়শংগী লুচিংবশিংদি ব্রাফম অসিদা সুকয়া য়াবা ঙম্লমদে ।

হান্না থাজখিবা পূম্বা চুমহন্নবা হোংনবা লাইনিংমায়চৌ প্রোফেসর রার্নর বলস্তনা নেবরনা হায়খিবশিংদু পংশা শাজিনবনি হায়খি । মহাক্না নেবরবু মতিক চাদবা অমসুং মহৈ নত্রগা সাইন্টিফিক ত্রেনিং ব্রাপ্তুনা অসুন্না তৌরিবনি হায়দুনা কন্না চৈরম্মী । নেবরনা মালেমগী মীয়ান্না শকখংবীবা অমা ফংখ্রবসু মায়কৈ কয়াদগী ব্রাফম অদুবু ওইথোক্লরোইদবনি হায়না য়ৈরকখি । পোপ ফাওবনা ওফিসিয়েল এক্সপ্লেনেসন পীহনবা অমসুং লাল্লে হায়না শেংদোকহন্নিংবগী অপাম্বা উৎখি । নেবরনা মায়কৈ কয়াদগী কিহনবা অমসুং য়ান্না ব্রাথন ফত্তবা খন্নবগী চৈথেং ফংখি, মদুনা অরোইবদা হকচাং, ব্রাখন অমসুং শেস্তুমদা অমাঙবা ওইরকখি । পাকশন্না নেবরগী ব্রাফমদা চীংননবদু ইং ১৯৭৩দা থিজিন হুমজিনবগী অকোনবা ফল ফংলবা কান্দা চপচানা অচুম্বা ওইনা লেপখি । হৌজিক কানগী খুৎলাই ফরবা লৌশিং কাংলোন (সাইন্স) কী চাংয়েং শঙদা খ্বাইদগী কৃম্পা ঈগী খুৎফম ফাওবা কেমিকেল রিয়েক্সন থোকহন্দুনা লায়না খঙবা ঙম্লে । খ্বাইদগী তোয়না শীজিন্নবা মতৌ অমদি "পেরোক্সাইড রিয়েক্সন্নি" মসিদা খ্বাইদগী কৃম্পা ঈগী অঙাংবা মকুপ পকপা ফাওবা হেমোগ্লোবিন্না হায়দ্রোজেন পেরোওক্সাইটতগী ওক্সিজেন থোকহল্লি, মসিনা মরম ওইরগা মচু লৈতবা বেনজিদিন কেমিকেলবু ওক্সদাইজ তৌদুনা হিগোক মচু ওইহল্লি । হেমোগ্লোবিন অমসুং মসিগী কায়থরকপা মচন হেম অসি য়ান্না চেৎপা ম্যুলেকুলনি চহি চা কয়াগী তুংদসু নোরমেল

ওইনা মহৌশাগুম রীয়েক্সন থোকহল্লি । ঈ তৈবা মফম কয়াদগী য়াম্না চেকশিন্না লংজা কয়া লৌদুনা ইতালিগী তোঙানবা চাংয়েংশঙ অনিনা তোঙান তোঙান য়েংখী। অদুবু ফল অদুদি নিংবা কায়নিঙাই ওইখি, থিজিনবগী ফল পুম্বা ওন্ন তৈননা থোরকখি । ঈ মানবা খুৎফমশিং অদু ঈগী খুদম অমত্তা ফংদ্রে । যীশুগী মখোঙদগী চেম্বরকপা ইগী খুৎফম্না যীশুবু উকারন্দগী থাংথরবা মতুংদা ঈ থোকখিবগী খুদম্না নেবরগী লীথুন চুম্মী হায়না তাকচরবনি । যীশুবু উকারন্দগী লৌথরবা ফাওবা হিংলি হায়না য়াববুদি তশেংনা মংকুপফি অদু কনাগুম্বনা শেমজিন্দুনা পুথোকপনি হায়বনা অৱাবা কয়াদগী কনবা ওইনা উই।

ইং ১৯৭৬ তা কমিসনগী রিপোর্ত ফোঙলকপদা মংকুপফি অশাবগী ৱারীনা পৃথিবী শীম্বুংনা লানমৈ চাকপগুম্না শন্দোক্রম্মী । ফোঙবদা হেক য়াওখিদবা হায়ববু মংকুপফিগী খুৎফম অসি কনামত্তনা শেমজিন্বা ওইথোক্তে হায়বসিতনি । অখঙ অহৈ শিংনা মসিমগু পল্লম্বা কাউহৌরে মদুদি হেম অসি য়াম্না চেৎপা ম্যুলেকুল ওইরবগু অৱাংবা মৈশাদদি চেৎপগী গুন অদু মাঙই, ফি অসি ইং ১৫৩২ দা মৈ চাকপদা য়াওরুরবনি । মৈ চাকপদা য়াওরুবদুনা হেম কায়থরক্তুনা মঙোন্দা য়াওবা মচাক অদু থেংনদবনি ।

ইং ১৯৭৩ গী চাংযেংগী মতুং চহি কয়া ঈগী খুৎফম অদুগী মরমদা থাজবা য়াবা ৱারোল চপচানা খঙবা ঙম্লমদে । ইং ১৯৭৮ দা মংকুপফি অদু তুরিন্দা লৈরকপা চহি ৪০০ চপচানা ফারম্মী, মদুগীদমক পালন তৌবদা অমুক হন্না ফি অদু মীয়ামদা উৎখি । আগস্টকী তাং ২৮ দগী ওক্তোবরগী তাং ৮ ফাওবা মী লাখ ৩০ হেনবনা খৃস্টান কাংলুপকী খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা অরিবা পোৎ অদুবু খ্বাইদগী থাজনিঙাই ওইরবা যীশুগী ফোতোগা মান্নরবা ঈগী খুৎফম অদু য়েংনখি। পালন অদুগী অরোইবা নুমিৎকী নুমিদাংৱাইরমদা ফি অদু বুলেত প্রুফ দিসপ্লেদগী লৌথোকখি অদুগা অনেম অৱাং হোংহনবা য়াবা ফান অমদা থমখি । কেথদ্রেলগা থংননা পলাজো রিয়ালগী কা অমদা খ্বাইগী মকোকথোংবা লৌশিং কাংলোন হৈবশিং (সাইন্টিস) গী কাংলুপ অনিথক চয়োল অনি চাংয়েং চখনবা থৌরম পরেং অমগা লোয়ননা ঙাইদুনা লৈরম্মী। কাংলুপ অমদি ইউরোপিয়ান্না মশিং য়াম্লম্মী, কাংলুপ অদুদা তুরিনগী মাইক্রোকোপিগী স্পেসিয়েলিস্ট গিয়োভান্নি রিগিগ; মিলনগী পেথোলোজিস্ট বাইমা বোলোনে, তুরিনগী ফিজিসিস লুইগি গোনেলা অমসুং জুরিচকী ক্রিমিনোলোজিস্ট মেক্স ফ্রৈ য়াওরম্মী । অতোম্পা কাংলুপ অদুনা আমেরিকা মচা কুনমঙানা শারম্মী । মখোয়দু ফোতোগ্রাফি, স্পেক্ট্রোসকোপি, রেদিওগ্রাফি,

কম্প্যুটর তেক্নোলোজী, ওরগানিক কেমিস্ত্রি অমসুং ফিজিক্সকী লমদা খ্বাইদগী হেন্না শিংলবা মীওইশিংনি, অদুতসু নত্তনা পুমহেন হেন্না ফরবা তোপ তোম্পা খুৎলায়শিং মখোয়না লাকপদা লোয়নরকই । খুৎলায়শিং অদুগী মনুংদা খরদি শক্লাইরবা মংকুপফি অসিগী চাংয়েংগীদমক থওইনা শাবক্লবনি।

চাংয়েং চথবা নুমিৎ তরামরি অদুদা মশিং নাইদনা ফোতো নেগেতিভশিং, অথন্নরবা ফোতোগ্রাফ কয়া, ফল ফংলকপশিং ইশিন্নবা তেবুলেসন, কাথন নাইনা শেম্বা দাতাশিং থৌরাং তৌখি, থৌরাংশিংগী চপচাবা ফলদি আমেরিকাদা শক্তিলৈবা কম্প্যুটরশিংগী মতেংনা শাংলবা অমদি কুপথবদগী কুপথরবা থৌরম পরেং অমগী মতুংদা পুথোকখি । ফল পুথোকপগী থবক্তু থুনা লোইবা ঙমখিদে । ইং ১৯৮০ দগী হৌদুনা মপুং ফাদ্রিবা চাংয়েংগী রিপোর্ত তোঙান তোঙানবা চাংয়েংশঙদগী মচিৎ মচিৎ ফোঙলকখি, অয়াম্বনা লৌশিং কাংলোনগী চেফোঙশিংদনি ।

মংকুপফি অদু অহানবদা স্পেক্ট্রেল অমসুং ফোতোমিত্রিক চাংযেং চথবা য়ানবা কাদুপ হুম্ফু থোক্লা খাইদোক্তুনা গ্রীদ শেমখি । কাদুপ হুম্ফুগী অমমম্বু য়াম্না চেকশিন্না মখল মখাগী ফিলতবশিং শীজিন্নদুনা ফোতোগ্রাফ কয়া লৌরম্মী । লৌখিবা ফোতোগ্রাফ অমমমগী নেগেতিভ থুদিংমক যৌরম পবেংনাইনা ওপ্তিকেল এক্সপরিমেন্ট চথখি নাশাগী ফোতোগ্রাফিক চাংযেংশঙদা ফোতোগী তোন (অমম-অঙান) থুদিংমক দিজিতেলাইজ তৌখি, হায়বদি কম্প্যুটর মরোন্দা ওম্হোকখি, মশুম তৌবসিনা ফোতোগ্রাফশিংদু য়াম্না মযেক শেংহনবা ঙমখি । কুপথনা মীওইবগী মীৎনা চুমদ্রিং উবা ঙমদবা কয়া লায়না উবা ফংখি । চাংয়েংগী মওং অদুনা কম্প্যুতর থ্রি-দাইমেন্সন্দা যীশুগী হিংলিঙৈগী হকচাংগা চাউবা মান্নবা শাবান অমা চপচানা শেমগৎপা ঙমখি । করিগুম্বা শাশিন্নবা ওইরম্লবদি অসিগুম্বা শাবান অমা শাগৎপা ওইথোক্তে । পুথোক্লিবা শাবান অসিদা য়ুমফম ওইরগা চপচাবা শক্তম অমদি হকচাংগী অরুম্বা পুথোকখি · যীশু চাউরাক্লা মিটর ১৮ ব্রাংই অদুগা মশাগী অরুম্বনা কিলোগ্রাম ৭৯ নি ।

তোনেল্ল ভেল্যু শীজিন্নদুনা কম্প্যুটরনা বিন্দু থুদিংমক্তা হকচাং অমদি হাকচাংদা কুম্পা ফিগী অরাম্পা ওনখি খুৎফম অদু হকচাংগা ফিগা চপচানা থেংনবা মফম্না মমশিল্লি অদুগা ফিগা হকচাংগা লাপ্নবা হেঙ্গৎলিমখৈ মমশিনবা হৈম্বে (নেগেতিভ ইফেক্ট) । থিজিল্লিবনা ব্বারেপ অসি তাসি মদুদি মংকুপফি

অদুদা তাবা খুৎফম মনি অমশুং ফিগা হকচাংগগী মরক্তা লাপ্পবগা চুমদ্রিং মরী লৈনৈ  অদুনা ফীগী খুৎফম মনি অদু হকচাংগা থেংনবা মফমশিংনা শেম্না ওইগনি । মসিনা হান্না খুৎফম মমিগী মতাংদা চুমগনী খন্নরম্বদু চুম্মী হায়না উৎলি । ফিগী লংজাশিংদা ইলেক্ত্রন মাইক্রোসকোপ্তা য়েংদুনা চাংয়েংবদা খঙবা ঙম্মী মদুদী খুৎফম মমি অদু চাংয়েংদা খঙবা য়াবা পোৎ অমত্তনা ওইহল্লকপা নত্তে, খুৎফমদা তারিবা মমি উরিবা মফম মফমগী ফিমায়গী লংশিংদা মতোমতা মুশিঞ্জরকপনি ।

মংকুপফিমক্তা চথখিবা চাংয়েংশিংগী মনুংদা রেদিওফ্লোরেসেন্ট স্পেক্ট্রেল্ল অনালাইসিসশু অমনি অমশুং মসিনা অকোনবদা ফিদা ঈ তৈবনি হায়বগী চপচাবা প্রমান পীখী । ফিগী চাংয়েং চথবগী শরুক অমা ওইনা য়ান্না চাং ব্রাংবা এক্সেরে চাংয়েংফিদা অকক্লবা মতম থর থাজিনগনি, অদুম তৌবদা মঙান থক্তোরক্কনি অদুগা লংখৎকনি । মুলেকুল খুদিংমক অব্রাঙবা ইর্নর্জী অকক্লবা থৌরাং অমগী মথাদা থাজিনবদা লংখৎপসিনা ফ্লোরেসেন্স স্পেক্ত্রমগী মতেং লৌরগা পোৎগী এতোমিক স্ত্রকচর লেম্পা ঙম্মী । মার্কশিং অদুদা শীংথানবা য়ানা য়োৎকী ইলেমেন্টশিং য়াওই, মসিদি ঈগী মচল অমনি।

তুরিনগী মংকুপফি অসি আইরন ইলেমেন্ট য়াওবখক্তনা ঈনি হায়বা প্রমান তৌবা মতিক চাদে হায়দুনা ব্রার্লদ প্রেসকী মমাঙদা অমেরিকান এসোসিয়েসন ফোর দি এদভান্সমেন্ট ওফ সাইন্সকী মীফমদা কেমিস ডাঃ ব্রালতর মেকক্রোন্না হায়খি। মেকক্রোন্না তৌরিবা দাবীদি আইরন য়াওবগী খুদম ফংলিবসি আইরন ওক্সাইদ য়াওবা মচু অমনা য়েকপা ওইরম্বা য়াই হায়বসিনি, অদুবু অসিগুম্না মখলগী মচুসিদি খৃস্টমতুং তরামারিগুবা চহিচাগী মমাঙদা পুথোক্ত্রি । কেমিস মশাসি মংখুপফি অসি মপুন্সিগী উদ্রিবনি । অসিগুম্বা মরমচাদনা কক্লবা হোৎনবসিবু অতোম্পা চাংয়েংশিংগী ফল য়েংলগশু ককপা য়াই, চাংয়েং অমদা হাইদ্রাজিন অমশুং ফোর্মিক এসিদ ভেপর থাজিল্লগা অলত্রা ভাইওলেট মঙান্দা য়েংবদা লংনা উই । হায়রিবা ফিভম অসি পোর্ফাইরিন ম্যুলেকুলনা অঙাংবা মচুদা ঙানবননি । পোর্ফাইরিন হায়বসি হেম শুংলকপগী তাংকক অমদা থোকপা পোৎ অমনি অমশুং খৃৎফমদু ঈনি হায়বগী চপচাবা প্রমান্নি, অদুগা হেম মশাদুদি অকনবা মৈশাদা মাঙহনখ্রে । অলত্রা ভাইওলেত মঙান্দা ফোতো লৌবসিনা মখাতাবা অমসু খঙবা ঙম্মী মদুদি মৈশাদা খামদেকপা অসি মখল অনিথোক্না ফংই । ইং ১৫৩২দা চেম্বরিগী কোনুংগী লাইশোনফমদা লৈরিঙৈদা ফি অদু ওক্সিজেন য়াওদনা ওমদুনা চাকখি।

থামদেকপা মফমদা ঙাংনা লংথৎপা উরনা লুপাগী উপু মনুংদা মংকূপফিদু থল্লিগৈদা মুংশিং য়াওদনা চাকথি, মসি ইতিহাসতগী থঙবনি । অতোম্পা থামদেকপা মফম্না অতোম্পা মচুদা লংনা উই, মসিনা থঙহনবদি নুংশিংতো চাক্লুনা থামদেকপগী থুদন্নি (মেকক্লোনগী ব্রা অদু রেদিওএক্তিভ হায়পোথেসিস অসিনা শাক্সিগা কোন্ননা লায়না ককই) ।

মংকূপফিগী অখঙ অহৈ কয়ানা মংকূপফিদা তারিবা মমিসি ইশ্বরগী ওইবা মঙান অমনা তাহনবনি, খৃষ্টকী হকচাংদগী হিঙ্গৎপা মতমদা তোপ তোম্পা অকনবা শক্তি অমা থোরকখি, মদুগী পাঙ্গল্না ঈগী খুৎফম থুংনা ফিগী মচাক মনুং য়ৌনা কাথেকপনি । হকচাংগী তাবা মমি অকোয়বদা চাংযেং চথবদা লংথত্তবা মরল্লা যীশুগী হকচাংদগী অকনবা মৈশা থোকই হায়বসি নাতৈ চাদবনি । অদুদা নত্তনা অরাংবা ইনর্জিগী মঙান থুদিংমক ফিগী মচাক মনুংফাওবা ফাওজিনগদবনি । হকচাংগী মমিদুদি লংগী মথকথংবা শরুকখক্তা তাই । অদু ওইরবদি মমি খুৎফম অসি করম্না ওইখ্রিবনো ।

ব্রাহং অসি পাউখুম্নগী মতাংদা ময়েক শেংবা অঙকপা অমদি লৌথৎপা য়াবা হাযপোথেসিস কয়া ইং ১৮৯৮ দা সেকোন্দো পিয়ানা নেগেতিভ পোজিতিভ ফেনোমেনন থেংনরকখিবদগী হৌনা পুথোক্লরকখি । অদুম ওইনমক চাংযেং কয়াগী ফলদগী উৎলি মদুদি তুরিনগী মংকূপফিদা তারিবা খুৎফমসিগুম্বদি ইচম চম্না, মওংতানা অমসুং ময়েক্কী অতাবীদা তাইনবা য়াগনি । আমেরিকান অখঙ অহৈগী চাংয়েংগী ফলনা উৎলি মদুদি কোনা মচুনা খুৎফমগী মফমশিংদা মচু মকশিনবা পাম্বোকপা তৌদুনা থেন্নরিবসি ফিগী মশাগী পোৎচাক মচনগী কেমিকেল স্ত্রকচর হোংলকপননি । চাংয়েং পাঙথোকপদা মথল মথাগী ওক্সিদাইজিং এজেন্ট শীজিন্নদুনা সেলুলোজ দিকম্পোজ তৌহল্লগা খেৎনবা মচুশিং থোকহনবা ঙম্মী । ওক্সাইদেসন তৌরবা মমিশিং চহি য়াম্লগা হেন্না ময়েক শেংঙি ।

ঙল্লিগৈ ইং ১৯২৪দা ফ্রেন্চ বাইওলোজিস পোল ভিগনন্না মহাক্কী "ভেপোরোগ্রাফিক থিওরি" হায়বসিদা চাংয়েংদা য়াম্না চাউনা মায়পাকপা ফংলম্মী। ভিগনন্না প্রমান তৌথি মদুদি অপাবা থাউ অমসুং এলোগী তিঙ্কচর (এলো মেদিসিনালিস) চুপশল্লবা ফিনা হুমাং শৌবা হকচাংবু য়োম্লবদি মংকূপফিদা থোক্লিবা মচুশিমক থোকহল্লি, মরমদি হুমাংগী পোৎচাকশিং কায়থরকপদা এমোনিয়া মনিল শেম্মী, মদুনা সেলুলোজশিংদা ওক্সাইদেসন প্রোসেস অমা

থোকহল্লি। মচু ওনবশি হকচাংগা ফিগা চুমদ্রিং তাইনবদা খ্বাইদগী কনশিল্লি অদুগা ফিগা হকচাংগা লাপ্নবা হেঙ্গৎলিমথৈ অসুম পাথরকই (থিওরি অসিনা মৎকূপফিগী খুৎফমদু করিগী ফোতোগ্রাফিক নেগেতিভ মাল্লিবনো হায়বা পাউখুম্মী) । ভিগনন্না শন্দোকনা উৎলি মদুদি ফিগী খুৎফম অদু মরুওইনা এমোনিয়া মনিলনা ওইহনবনি, হায়রিবা মনিলদু হকচাংদগী থোরকপা য়ুরিকএসিদ অমসুং সলফর কমপাউন্দনা মনিল ওল্লকপদা শেল্লকপনি । ফিদা চুপশিনখিবা এলো অমসুং মায়রগী সোলুসন্না মনিলদুগা পুনশিন্নরকপা মতমদা এমোনিয়ম কার্বোনেট শেম্মী, মদুগী মনিলদুনা ফিগী মশিংশিংদা উনশাগা ফিগগী মবক্কী চোৎলি চোৎলিবা হব্বা নুংশিৎতা মচু ওনবশি থোকই । মচু ওনবশি হকচাংগী অকোয়বা অমসুং ফীগী মরক্তা চুমদ্রিং মরী লৈনৈ, ঈ তৈবা মফমদা খব হেন্না মুশিল্লিবগী মরমদি কেমিকেল রিএক্সন হেন্না থোকপা মফম ওইবননি । লম্বোইবা যোহনগী ব্রাপাউদা ইরম্বদা যিশুগী মোংফম থৌরাং তৌবদা এলো চাং য়াম্না শীজিন্নবগী ব্রা পাল্লি । " *মহাক্না লাত্তুনা যীশুগী হকচাং লৌররে । অমসুং নিকোদিমসসু লাক্লম্মী, মহাক্নি হান্নসু নুমিদাংদা যীশুগী মনাক্তা লাকপা মীনি অমসুং এলো অমসুং মায়রগী মিক্সর পাউন্দ চামরোম পুরক্লম্মী। মতুংদা মখোয়না যীশুগী হকচাংদু পুরক্লে অদুগা ফি শিজিন্নরগা মিক্সরদুগা লোয়নননা অতৈ যিহুদিশিংনা ফুম্বদা তৌবগুম য়োমশিল্লে ।" (যোহন ১৯; ৩৮-৪০)*

ভিগননগী চাংয়েংগী ফল য়াম্না ময়েক শেংলবসু ইং ১৯৩৩দা ফোংদোকপদগী মীয়ামগী চৈফম ওইবা মতাং অমা ওইখি । মসিগী অচম্বা মরমদি মনিল থোকহন্নবা অমসুং কেমিকেল রিয়েক্সন থোকহনবদা তঙাইফদবা মৈশাদু অশিবা হকচাংদগী থোকপা ঙম্লোই হায়বসিনি । অদুম ওইনমক মসিমদি খঙলে মদুদা এলো অমসুং মায়রগী য়ানশন্নবা চোৎলি চোৎলিবা হব্বা নুংশিৎতা অচেৎপা মচুগী খুৎফম থাঙ্গেশেংবমক থোকহনখ্রে । চাংয়েংনা উৎলি মদুদি হায়রিবা থৌরম পরেংসি থোকহন্দুনা অপাবা খুৎফম অমা ফিদা থোকহনবদা সেকেন্দ ৪৫ খক্তং চংই, মদুগী ফোতোগী নেগেতিভতা য়েংবদা খঙবা ঙম্বা পোজিতিভ ইমেজ অমা ওইনা উহল্লি ।

খুৎফম অসিগী ভেপোরোগ্রাফিক ওরিজিন পুথোরকপসিদা কনাগুম্বনা খনগনি মদুদি মওং অমদগী মওং অমদা চোংদুনা ভাবনা শারম্বশিংদু অরোইবা ওইহল্লগনি । অদুম ওইনমক মতাং অহমখক্তা চর্চ মিনিস্তরশিংনা থিওরি অসিবু ককই ।

অ) যিহুদিশিংগী অশিবা ফুম্বগী অকনবা নিয়ম্না অশিবা হকচাং হিদাক তৈদ্রিঙৈদা ঈশিংনা চামথোক্তুনা শেংদোকই । অদুনা ঈগী খুৎফম ফংবসি ওইথোক্তে।

আ) নিয়মগী মতুংইন্না মংকৃপফি অসি হকচাংদা চেৎনা য়েৎপা মরম্না ঈগী খৃৎফম মওংমরিল লৌবা য়ারোই, অমগা অমগা মনশিন্নদুনা অয়েকপা মানবা খৃৎফমগী মহুত্তা পৃমচাই চাইগনি।

হায়রিবা মরৈ অসি য়েৎননিঙাই য়াওদনা ককপা য়াই মরমদি মরেক চুপশল্লবা ফিদি চপ তিংখৎলি মরমদুনা ফিনা হকচাংগী মফম পূন্নমক থেংবগী মহুৎতা হেন্না মরুওইবা শরুক খক্তমক শোক্নে ।

ই) অহমশুবা ভিগননগী থিওরি অসিগী অশোয়বা পৃথোরকপনা য়ান্না কন্না য়েৎননিঙাই ওইরে, অশিবা হকচাংদি হুমাং অমদি মৈশা থোক্তে ।

প্রোফেসর ভিগনন্না চহি ৪৬ চংনা থিজিন হুমজিনবসি হায়রিবা মরৈ অসিদগী লেপ্পা তাখি । মরমদি অশিবা হকচাংদি হুমাং খক থোক্তে । অদু ওইরবদি মংকৃপফি কুপ্পা মতমফাওবা যীশু হিংলিবরা, মদুনা মরম ওইদুনা চৈনা থোন্না লাইহৌ হৌদুনা হুমাং কন্না থোক্লম্বগী ওইথোকপা লৈরে ।

# মহাক উকারন্দা শিখিদে

অরিবা ৱারীগী মতুংইন্না রোমান লোয়শংগী শিবগী চৈরাক অসি "ইবিস এন্দ ক্রসেম" হায়বদি "নহাক উকারন্দা পাং তিংগনি" হায়বসিনি । উকারন্দা পাং তিংবসি খ্বাইদগী মিংচৎথীবা অমসুং তমথিনা ওৎপা খৃৎশিনি। অসিগুম্বা চৈরাক অসি রোমান নাগরিকশিংদদি খক পীদে, রোমানশিংনা খৃদুমচনবা লম খৃদিংমক্তা উকারন্দা পাংতিংবসি রোমানগী য়োহিলংদা হায়বা ইনহন্দুনা লানহৌবা পাম্বা মীওইশিংবু তুমিন্না লৈহন্নব। তোয়না শীজিন্নবা পাম্বে অমনি। যিহুদিশিংদদি উকারন্দা পাংতিংবগী চৎনবী হান্না লৈরমদে, মদুগী মহুৎতা নৃংনা থাদুনা হাৎপা, হিংনা মৈ থাবা, মঙক ককপা অমসুং চরনমেৎপা হায়রিবশিংসি আইন্না পীবা শিবগী চৈবাক্সি । অদুম ওইনমক মোসেসকী আইন মতুং ইন্না ইশ্বরবু য়াদবশিংদি শিরবা মতমদা উথক্তগী য়াল্লম্মী মরমদি উদগী য়ান্নসি ইশ্বরগী শাপ অমনি হায়না লৌরম্মী (দিউতরোনোমি ২১, ২৩)।

উকাবন্দা পাং তিংবসি সবাথ (পোথাবা নুমিৎ) নুমিৎতদি থক তৌদে হাযবসিমদি তশেংনা চুম্মী অমসুং সবাথ অসি নোংমব্রাৎলিঙৈগী নুমিদাংব্রাইবমদগী থৌবাং লাঙবা নুমিৎ হাযদুনা তৌই নুমিৎতুদা যীশুবু পাং তিংখিবনি ।

বোমানশিংনা যিহুদিশিংগী চৎনবী অমদি লাইনিঙদা খুদোর্ংথবা কযাদগী নাম্বোক্লবগীদমক খুৎ থক থিংজল্লমদে মবমসিনা পাংতিংবদু নুমিদাংব্রাইবম যৌবক্তিলঙৈদা লোইশিন্নবা হাথু হাথু পাঙথোক্লম্মী । পাংতিংবসি যান্না কনবা ওৎনৈবনি চৈনাখোন খাঙহনবা অমসুং মতম শাংনা ব্রাহনবনি । থাঙ্গৈশেংনমক মখোযগী পান্দমদি লালহৌবা অমসুং মদুদা থৌজনবশিংবু নমথবনি ।

পাংতর্ংলিবা মীগী হকচাংগী অবস্থা পুন্নমক খুজেংনা পুববদি পুং মঙাদগী তরুক ফাউবগী মনুংদা ঈ থোকপদগী নত্তবা শ্বব ফুন্দুনা শি । ফিভম অসিদা শ্বব হোনবগী চাং অসি অসুক্কী মতিক হম্থবকই মদুদি শিদনবগী হকচাংগী দববাব লৈবা ওক্সিজেন অদু ফংবা ঙমহন্দে । হাযবিবা থুনা শির্বাস থোক্তনবা উকাবনগী উযুংদা ফৈনা পাংতিংলিবা মী অদুগী মখোঙ মখাদা শিংচেপ অমা হাপনৈ মদুম তৌদুনা শিগদৌবিবা মী অদুনা মপাঙ্গল লৈবিবনখে মশাবু ঙাকখৎচুনা থম্বা ঙম্মী । মখোঙগী যোৎপি যেফম অশোকপা মংকৃর্পাফিদগী ফংবা মবম্না হাৎকদবা মীগী মখোঙমখাদা শিংচেপ গাই হাযবা খুদম ফংদে মবনদি যোৎপীখক্তনা স্বব ফুন্দনবা চৈঙাক ওইবা ঙম্মী । গ্রীক্কী খুনুংচঙবা নাযেক্তা পাংতিংবসি মতম পুম্বদা শিংচেপ শীর্জিন্নবা ওইনা উংলি। কব্বিওম্বা কান্দা সেদাইস হাযনা খঙ্গবা উকক অমা মীদুগী নঙ্গলোনদা চৈঙাক থবদং ফংনবসু হাম্পা যাউই মদুনা অনাবা হম্থহল্লগা মতমদি শাংদোকহল্লি । নেবোগী দববাবগী ফিলোসোফব সেনেকানা চিঠি অমদা ইবম্মী *অসিগুম্বা মীহাৎসি চৈবাক ফংলবা মীদু মাগী পুন্সিদু মবিক অমমমদা ওইনা ওম্বোইনা শি (ইপিসচুলা ১০১, ১৪) ।*

ব্রাপাউগী ব্রাবী মতুংইন্না যীশু অসি পুং তরুক নত্রগা নুমিৎযুংবা মতমদা উকাবন্দা যোৎপি যৈখি অমসুং পুং মাপন হাযবদি নুংথিল পুং অহুমদা শি । মমশিল্লক্লবদা (লম্বোইবা লুক্লা ইবম্বদা মশেক অহুম নাইবা থবানমিচাক সবাথ হৌবে খঙ্গবা থোবকখি ) ঙল্লবদা নুংথিলগী পুং তরুক্তা হকচাং অদু শিবে হাযনা লৌদুনা উকাবন্দগী থাংথবে । ব্রাপাউগী ব্রাবীনা চুম্বা তাববদি, যীশু যামদ্রবদা পুং অহুমদি অশিবা ওইনা লৈবে । চৎনবীগী মতুং ইন্না উকাবন্দা বোর্ড অমসু থেৎনৈ মহৌশানা মখোঙগী মখাদা থেৎনৈ মদুদা

চৈরাক ফংবগী মিং অদুগা হাৎপগী মরম মীয়াম্না পানবা ই । চৎনবীগী মতুং ইন্না যীশুগী বোর্ড অদু লেতিন, গ্রীক অমসুং অরামেক লোন্দা ই "নজারেন যীশু, যিহুদিগী নিংথৌ" । পাংতিংবগী লাইয়েক্তদি লেতিন, গ্রীক অমসুং অরামেক লোন্দা ই "ঐসস নজারেনস, রেক্স লুদেওরম" আই এন আর আই । তশেংনা চার্জ অমথক্তমক যীশুগী ময়োক্তা পৃথৎলি মদুদি মহাক নজারেম্নি হায়বসিনি ।

যীশুবু উকারন্দা পাংতিংলবা মতুং পূং অহুম লৈরগা শিবনি হায়বসিসু মরম চাদবনি, মরমদি নজারেন হায়বসিদি (ইসেনশিংগী ওন্ন তৈনবদা) লম্বোইবা নত্তে (মেথিউ ১১,১৯) *"মীগী মচা অদুনা লাক্লগা চা-থক্লম্মী অমসুং মখোয়না হায় য়েংউ চাগনবা অমদি য়ুঙাউবা ...* " যীশুগী শাবানশি ৭৯ কিলোগ্রাম লূম্বা মরম্না মশা পাবা অশোনবনি হায়না শীংথাবা য়ারোই ।

যীশুগা পুন্না পাং তিংমিন্নবশিং অদু শীবগী মতাংদা ময়েক শেংনা লম্বোইবা যোহনগী বাপাউদা ইরি *"থৌরাং লাঙবা নুমিৎ ওইবা মরম্না যিহুদিশিংনা মরমদুনা পাংতিংবশিংদু উকারন্দা অদুমক লৈতনবা (মরমদি সবাথ নুমিৎসিদি অশেংবা নুমিৎনি ) পিলাটনা মখোয়গী মখোঙশিং থুদেক্লবা য়াথংপীরে অমসুং মদুদি মখোয়শিংদু লৌথোকখিবা য়ানবা । অদুদগী লান্মীশিংদু লাক্লে অমসুং মাগা পাংতিংমিন্নবা অহানবদুগী মখোঙ থুদেক্লে অদুগা অতোপ্পা অমদুসু (যোহন ১৯,৩১-৩২)"* বারীগী মতাংনা তাক্লিবদি দাকু অনিদু শ্বর ফুন্দুনা পুং থরগী মনুংদা শিরে, মখোঙ থুদেকখিবদগী মশাগী অরুম্বা ঙাকথৎপা ঙমদ্রবনা। *"মখোয়না যীশুগী মনাক্তা লাকপদা ইবুঙোদি হান্না শিরম্লে, মখোয়না ইবুঙোগী মখোঙ থুদেক্লে .. .." (যোহন ১৯:৩৩) ।*

যীশুগী শিবা মানবগী মরমদা অতোপ্পা মমাঙগী শ্লোক থরদসু ফংই, - শ্লোক ২৯ অমসুং ৩০ দা হায় "হৌজিক পাত্র অমা দ্রাক্ষা মহি পিক থন্না হাপ্লগা পুরক্তুনা মদুবু স্পোঞ্জ অমনা চূপথৎতুনা মচীনবান ময়াদা অমদি মচীন্দা থম্লে । যীশুনা দ্রাক্ষা মহি থকপগা হায় - ঐ লোইরে অমসুং মঙক লেকথদুনা থবায় থাম্লে।

মতাংসিদা বাহং অমা থোরকই মদুদি দ্রাক্ষা মহি অদুনা যীশুনা থুদক্তা থবায় থাবগী মরম্লা নত্রগনা পোৎশক অদু করি ওইবা য়াই ? সোল্টশিং মনম নম্বগুম্না দ্রাক্ষা মহিসিসু মতম থরগী ওইনা হকচাং তেকথৎহনবা পোৎনি

অদুগা হিহোনবা মীনাইশিংদসু তেকখৎনবা পীথক্লে । থীনা শোকপনবদসু তেকখৎনবা দ্রক্ষা মহি পীথক্লে । যীশুগী মতাংদনা ওন্নতৈনবা থোক্লিবা করিগীনো, মহাক্না "দ্রাক্ষা" মনিল চিংশিনবা নত্রগা থকপদা মানা মাগী অরোইবা ৱাহৈ হায়খি অদুগা মখায় থাখ্রে । রিএক্সন অসি ৱাখল্লোন্দা নাতৈ অমা হুক্তে ।

শিবগী চৈরাক ফংলবা মীদা য়ুদা মায়র নত্রগা ইনসেন্স য়ানশিন্দুনা পিথক্লগা নিশাগী ময়াইনা অনাবা হন্থহনবসি য়িহুদিশিংগী চৎনবীদা চপচানা তৌনৈ । য়িহুদিশিংগী তালমদকী পন্দুপ অমদা ইরি : *"শিবগী দণ্ডি ফংলবা হাৎকদৌরিবা মীদা য়ুদা ইনসেন্স খর য়াল্লগা বিকর অমদা পীথক্কনি, মদুম তৌবনা মহাক্কী জ্ঞান মাঙহনগনি" (সানহ : ৪৩)* । রোমান সিফাইশিংনা নিশা পিথকপসি য়েৎতবদা নত্তনা মখোয়শিং অদুগী মরক্তুগী অমনা যীশুদা নিশা মহি পীথক্লুনা মতেং পাংখি (মেথিউ ২৭:৪৮) মার্ক ১৫:৩৬ লূক ২৩:৩৬ যোহন ১৯:২৯) । অদুম ওইনমক ৱাপাউ খুদিংমক্না পীথকপদু দ্রাক্ষা মহি হায়না ইরম্মী, য়ু হায়রমদে । পীথকপদু মহাউদা দ্রাক্ষামহিগুম্না শীনবা অশুংবা অমনি ঃ লেতিন ৱাহৈদা দ্রাক্ষামহিবু 'এসেতম' কৌই অমসুং এসিদস হায়বা ৱাহৈদগী লাকপনি, অর্থদি অশিনবা অমসুং এসিয়র হায়বদি শীনগদবা হায়বনি।

অতোম্পা লৌখৎপা য়াবা লম্বী অমসু লৈ । পার্সিয়াগী মিথ্রাজ হায়দুনা খৃষ্টানগী উৎসবকা চপ মান্ননা পাওথোকপা অমা লৈ মদুদা হাউমা সেক্রিফাইস অসি তৌই । প্রোফেসর সিদেলনা ইরম্মী "হাউমাগী সেক্রিফাইস মতৌসি পার্সিয়াগী মশৈশা চৎনরকপা অশিবগী উৎসবকা চপ মান্নে । অশিকপা শেনযেকমুক্তা চাউবা অকোইবা তন কৎনৈ অদুগা হাউমা থক্লুনা চানৈ । হাউমা হায়বসিগী হৌরকফমদি সোমা পাম্বী "ঐসেলেপিয়াস এসিদা" দগী শেম্বনি । মসি বৈদিক আর্য্যশিংনা যজ্ঞগী মৈদা হৈনৈ । মসি ইশ্বরগী ওইবা খুদম্মু খঙনৈ, ইশ্বরগী থক্লবা মহি অমসুং সিবা নাইদবা হিংনবা থক্লবা মহি । অশেংবা ইন্দিয়াগী সোমা দ্রিঙ্ক অসিনা ঙম্বদি মহি অসি থকচিনথ্রবদি অশিবা মান্না নুমিৎ কয়ানি লৈ অমসুং মতুংদা নুমিৎ থরনি লৈরগা হরাউনা হৌগৎলকই । অসিগুম্বা ধর্ম্মগী থাজনবী অসিদা, হেন্না ৱাংবা ৱাখন ফংদুনা ঙানথোরক্কনি, অনৌবা পাঙ্গল, মীৎয়েং ফংবা উৎলক্কনি এসক্লেপিয়াজ এসিদা অমসুং ওইবা য়াবদা হেম্প (কন্নবিস ইন্দিকা) অমসুং অতৈ হিদাক পাম্বীশিংনা য়ান্নরগা সোমা দ্রিঙ্ক (জরাসথ্রুসতা দ্রিঙ্ক হায়না খঙবসিগা হিদাক মচন মান্ননা) শেম্বনি । রোমগী অহানবা খৃষ্টানগী লৈনুংগী মোংফমদা য়েক্লম্বা ইন্দিয়াগী পাম্বীগী মশক উৎলি । পাম্বীদু এসক্লেপিয়াজ এসিদানি, পাম্বী মথলসি অশাংবা

মহৈ পাল্লি, মসি ইউরোপকী মফম অমত্তদসু ফংদে । এসক্লেপিয়াজ এসিদাগী ইউরোপ্তা হৌবা মখলদি স্বেলোয়ার্তনি, লেতিন্দা 'ভিনসেতোক্সিয়ম' হিরুনদিনারিয়ানি । হিরুনদিনারিয়া হায়বনা স্বেলোবার্ত হায়বনি অমসুং ভিন্স তোক্সকম হায়বনা "হূবু ঙস্বা" হায়বনি (লেতিন্দা ভিন্স = জয় তৌবা, ভিনসিয়রগী ইম্পেরেতিভনি অমসুং গ্রীক লোন্দা তোক্সিকম = হূ হায়বনি) মসিনা তাকপদি "হূ ময়াই চক্নানবা" হায়বনি । অদুম ওইনমক পাম্বীসিবু চুন্না শীজিন্ননবা ঐখোয়না হিদাক মচন য়ানশিন্নবগী চাং খঙবা তাই । ইসেনশিংদি অনা লায়েংদা অমসুং হিদাক শেম্বদা নিংথিনা খঙলম্মী । কাহেন্না কনবা পাম্বীগী হূনা যীশুগী পুন্সি খুদোংথিহল্লম্বা য়াই । গ্রীক ফিজিসিয়ান অমসুং ফার্মাকোলোজিস (অহানবা চহিচাগী), ডিওসকুরিদেসনা মহাক্কী লাইরিক মেতরিয়া মেদিকা হায়বদুনা পাম্বী অসিবু "দোক চোকর কৌরম্মী অমসুং অসুন্না ইরম্মী মদুদি পাম্বী অসিগী মনাগা শাংদোংগা য়ান্নরগা পীজবদা হূই, কৈশাল অমসুং লমহূইশিং হাৎপা য়াই (মেত : মেদি ৪:৮০) । হায়রিবা হূসি অদুম ওইনমক হূ চেনবা শানা চীকপদা হূ হাৎনবা ওইনা শিজিন্নৈ (মেত : মেদ : ৩,৯২) । ইং ১৫৬৩ দা ইথিবা বোতানিগী লাইরিক (মেতিওলি) পেজ ৩৩৭) দা ঐখোয়না অসুন্না থেংনৈ, "মসি কান্নরবা, হূ খুদিঙমক্কী মায়োক্তা শীজিন্নবা য়াবা উরানি, মরম অসিননি লেতিন লোন্দা মসিবু ভিন্সে-তোক্সিকম কৌরিবা হায়বদি হূ খুদিঙমকপু লানঙম্বা হায়বনি । মসি প্লেগকী মায়োক্তাফাউ শীজিন্নবা য়াই, য়ুদা য়ান্দুনা পীথক্লবদি মতুংদা মীদু হুমাং য়াম্না থোকই" । হুমাং থোকমন্দুনা খনাউ কংই ( *"ঐখৌরাংই" যোহন ১৯,২৮)* হূ চাবগী লাইওংগা মান্নে । স্বিতজর্লেন্দদি স্বেল্লোব্রার্দ অসি "মাস্তর হর্ব" (জেমার্ত ব্রাল্লিস), অমসুং ওস্ট্রিয়াদদি যিহুদি হিদাকপাম্বী (লিনজ, তাইরোল) নম্রগা হব্রাইত ক্রোস হর্ব (কোরিনথিয়াদা) কৌনৈ । পাম্বী অসিগী অঙকপা মশুনশিং অসি মমাঙৈদগী নিংশিংনবনা হায়রিবা মমিংশিংসি খোনখিরম্বা য়াই। অসিগুম্বা যাদুগী হিদাক মচন অসিনা অহিংবা মীবু পংথহন্দুনা অশিবগুম অৈহনবসি তারম্লোই হায়বা ঙমদে অমদি সাহিত্যগী ব্রারী কয়াদসু ভত্তনা থেংনৈ । খ্রাইদগী মীনা খংনবা খুদমদি রোমিও অমসুং জুল্যেৎনি । হায়রিবা শিবা মানবা অসি জ্ঞান মাঙদুনা কন্না তূম্বগুন্না লৈ, মসিদা নুংশাশ্বর হোনবা, থম্মোই চোংবা, মিহুন হনবা পূন্নমক লেপ্পি ।

যীশু শিবা মানবগী হাইপোথেসিস অসিদা উকারন্দা থম্রায় থাথিবা অসি মপূঙ ফানা খন্দুনা য়েংবা য়াই অদুম ওইনমক যীশুগী হিংসহখিবা নত্তনা চপচাবা প্রমান্দি লৈতে । পোলনা যীশুনা উকারন্দা শিবসিবু খুদোংচাবা লৌরগা ফজনা শীজিন্নখি, মতাংসিদা মহাক্না খৃষ্টান মসাগী নত্তবা মহাক্কী ওইবা বল্লি



তৌবনা পাগুগী হন্দোকপিবা মদুনা মীওইবা পূম্ববু বলি অমসুং মদুদগী তারকপা ঈনা কনবীগনি হায়না ৱাশকপিবা অসিনচিংবগী দোক্ত্রিন শেমখি । যীশুবু মসানা পাম্না বলি তৌহঞ্জবগুম ৱারীদা উহল্লি । অদুমওইনমক যীশুনা শিবা কিবগী ৱা ৱাপাউগী মতাং কয়ানা উৎলি অদুনা মতাংসিদা মসি চাশিন্নদে । থোক্লবা য়াবা থৌদোক্কীদমক যীশুনা গেথসেমানিদা পার্থনা তৌখি, *"অববা (ইপা), পূন্নমক ইবুঙো নংগী নফমদ ঙমদবা লৈতবনি, তেঙ্গোৎ অসি ঐঙোন্দগী লৌথোকপিয়ু (মার্ক ১৪:৩৬ মেথিউ ২৬:২৯ লুক ২২:৪২)* । অমসুং ইবুঙোনা পূক্লিং ৱামনখ্রদুনা হেন্না কন্না হায়জরম্মী অদুগা ইবুঙোগী হুমাং অদু লৈবাক্তা তাবা ফমজিল্লবা ঈ মতুম মতুমগুম ওইরক্লে (লুক ২২:৪৪) । শিগে হায়না লেপখ্রবা সহিদতি শিনবগীদমক চঙশিনবদা য়াম্না পূক্নীং ঈংনা লৈগনি । অদুবু যীশুগী অরোইবা হায়জবদা *"ঐগী ঈশ্বর, ঐগী ঈশ্বর, ইবুঙো নহাক্না ঐবু করিগী লাক্লবিবগে ?"* **হায়বসিনা মতিক চাবা প্রামান্নি মদুদি পাংতিংবা অসি মহাক্কী অনিংবা থুংননবা নত্তে । তশেংবদি মানা তেংথাখিবদু য়ৌনা যীশুবু লাক্লখিদে হায়না থাজবা য়াই** (মতুং তারকপা থৌদোক্না উৎলক্কনি) । ৱাপাউ অহুমদা ইরম্বনা তাকই মদুদি যীশু অসি থৱায় থারমদাইদা য়াম্না হৌনা লাউরম্মী । লাউরম্বা অদুগা মরী লৈনবা মরম অমনা সিবা ওইগনি হায়না মেদিকেল এক্সপার্ত পুন্নমক্না য়ানৈ, অদুবু হকচাং কাহেন্না

চোকথবা নত্রগা শ্বর ফুন্দুনা লৈরিঙেদা শিরমদাইদা অহৌবা খোজেলনা লাউবসি ওইথোকপা শুকয়া য়ারোই ।

ঐখোয় মংকূপফিদা অমুক ওনশিল্লসি, মসিদি ঐখোয়না ব্রাথন্ন অচুম অয়ান থিবসিদগী হেন্না চূন্নবনি অমসুং মসিনা চহি ২০০০ রোমগী মতুংদা হংলকপা ইতিহাসকী ব্রাহং কয়াদা অনৌবা মঙান অমা পীবা ঙমগনি । হিস্তরিয়ান ব্রিলসন্না মহাক্কী তুরিনগী মংকূপফিগী মরমদা ইবা লাইরিক (১৯৭৮ দা ফোংবা) তা অসুন্না ব্রাহে পরেং অসিনা ব্রারোইশিনখি "... ... ... হৌজিক্ষু রোল কয়া লৌরকখিগনি অমসুং মাগী মতম শোয়দনা লাকখিগনি ।

মংকূপফিগী ঈগী থুৎফম অদু কূপ্পা য়েংশিনবদা ঐখোয়না শোয়দ্রে হায়বা মরম কয়ামুক খঙবা ঙম্মী মদুদি মসিদা অনৌবা ইতিহাস অমা শেমগৎনবা মচাক কয়া য়াওই । মখোয়শিং অদুগী মরক্তা অমদি (ঐনা উবদা) ফি অসিদা ঈ তৈরিবা অসিনি, করিগুম্বা যীশু অসি যিহুদিগী নিয়ম মতুংইন্না পাঙথোক্লম্লবদি অসিবা হকচাংদু ফুমদ্রিঙৈগী মমাঙদা ঈশিং অশাবনা চামথোক্লমগনি । মসি মতুংদা হকচাংদু থুনা পুমথদবা সালভ নত্রগা বালসম নোইগনি, অদুগা অরোইবাদা ফি থোংদবা হকচাং অদু ফি অমুক হন্না শেৎচিনগনি । নিয়মশিং অসি পাঙথোকখিদবগী মরম পীনবদি মতম অদু সবাথ হান্না হৌজিনখ্রে অদুনা ফুম্বগী নিয়ম পূম্বা পাঙথোক্নুনা লৈবা আইনগী ব্রাংমদনি হায়বসিনি, তৌইগুম্বসুং হায়রিবা অসিদি লানগনি মরমদি মিশ্না সববত ব্রেক্তেত (XXIII, ৫) কী মতুং ইন্না সবাথ নুমিৎমক্তসু অসিবগী থৌরম পাঙথোকপদি অদুমক অকায়বা লৈহন্দে । থাঙ্গৈশেংনা যীশু ফুম্বদা য়াওবশিংদুনা যীহুদিগী ফুম্বগী নিয়ম পূম্বা পাঙথোক্লমদ্রে । যীশুগী হকচাংগী লৈরম্লিবা অখন্নবা ফিভম অদুসু ফিদা তশেং তশেংনা উবা ফংই । তুরিনগী মংকূপফি অদুবু থাজনিঙাই ওইদবনি হায়না ইবা লাইরিক অমদা যোসেফ ব্লিজ্জরনা অসুন্না ইরম্মী "... ... ... থাজনিঙাই ওইদে মদুদি তুংইনবশিংনা মথূৎতু মওং চুমদনা অমসুং ওইথোক্লোইদবা মওংদা থম্লম্বগী মফম তুরিন মংকূপফিসিদা উবা ফংই, ইশ্বরগী পাউজেনবদুবু ফুম্বদা .. .. .." । মায়কৈ অনিথক্তা ব্লীঙ্গরগী ব্রাফমদুবু ককপা য়াই । অহানবদা, ফুম্ফমদা তুংইনবশিং য়াওখিবগী মতাং অমত্তা লৈতে অমসুং অনিশুবদা, **যীশুগী হকচাং অদুনা লৈরমলিবা মওংদু দেদসি মপান্দা কুমরান মোনাস্তরিগী থুন্দাবশিংগী মোংফমশিংদা ফংবা শরুপোলাংনা লৈরম্বা মওংগা চপ মান্নে ।** *"অশিবা হকচাংশিং মখোয়গী মোংফমদা লৈরম্বা মওংদু অমগা অমগা ইমান মান্নে ... ... .. নিয়ম অমা*

*ওইনা ঐখোয়না উবদা হকচাংশিংদু মকোক মখারোমদা ওন্নগা লোংনা হিম্পি অমসুং খূৎ অনিনা পুন্না চনিংদা থাজংতুনা থম্মী নত্রগা হকচাংগী নাকন অনিদা থম্মী ।"*

যীশু অসি শিরবা মতুং পূং অহল্লোম উকারন্দা য়ান্দুনা লৈখি । মসিগী ফলওইনা ফংকম খোকপদু চপ চানা শিংথাদবা য়ারোই । থানাতোলোজি (অশিবগী বিজ্ঞান) গী থ্মাইদগী নৌরিবা থিজিন হমজিনবগী ফলদা অসিবা হকচাংনা প্রোসেস অমা হৌদুনা তোংশাশিং চপ তিংখৎলি (রাইগর মোর্তিস)। প্রোসেস অসি শিবা মতুং মিনিৎ ৩০ রোমলৈরগা হৌই অদুগা অকোয়বগী মৈশাগী মতুং ইম্না পূং অহমদগী তরুক ফাওবদা মপূং ফায়, হেন্না শারগনা প্রোসেস থুজল্লি । রাইগর মোরতিস অসি থম্মোই মিহুন লেপখিবদগী এঃ তিঃ পিঃ (এদেনোসিন ত্রাই ফোসফেট) চাং অসুম হন্থরক্লগা কমপ্লেক্স বাইওকেমিকেল প্রোসেস অমনা থোকহল্লি । শরুদা য়োম্লিবা তোংশো খুদিংমক হকচাংগী লৈরিবা ফিভমদা কনশিল্লকই, অসুন্না তৌবসিনা হকচাংগী মওং হোংহনবদা নুমিৎ মরিনিদগী তরেৎনি চংঙি । শাদা লৌবা চাংয়েংদগী থঙবা ঙম্বদি হূ চাবদগী শিরবদি রাইগর মোর্তিস অসি শিবা সেকেন্দ থরগী তুংদা হৌই, অরোইবা শ্বর হোন্দোকপ্পবা তুংদা শাসি মপূংফানা কনশিল্লি ।

যীশুনা উকারন্দা য়াম্বদুনা জ্ঞান মাঙপ্পবা মতমদা মহাক্কী হকচাংদু চপয়ুংলম্বদগী পৈথগনি । (খোঙদা থাবা য়োৎপিনা ঙাকখত্তুনা অসুন্না তৌবদা মখোঙসু কোনগনি ।অদুদগী হকচাংগী অরুম্বা পূম্বা খূৎকী খুজেংদা য়ৈরিবা য়োৎপিনা পূগনি মহাক্কী মকোক্তু মাঙলোমদা পৈথগনি অমসুং থদাংনা থবাক্তা শৌগনি । পূং অহম নত্রগা মরিগী তুংদা হায়র্রিবা ফিভমসিদা কনশিল্লগনি । অদুবু মংকূপফিগী ঈগী খূৎফমদু য়েংবদদি অশিবা মশাগী নঙ্গনগী শরুক, কোক অমদি ফৈগন, খুবোম লোয়না মংকূপফিদা ফিভম চুন্না লৈ (খূৎয়েক্তা য়েংবিয়ু )



In this position Jesus lay under the linen. The forehead and wrists are the highest parts of the body. The legs lie flat on the surface.

চপমান্নবা ফিভমদা খুৎকী শরুকও উবা ফংই । যীশুগী পাম্নোমশিং চপ্প মান্নবা পাংতিংখিবা ফিভমদা হজিন্নবা ফিভমদা লৈগনি । সিন্দোনোলোজিস খরনা সজেসন পী মদুদি খুৎ অনিদু খুজেংদা চেংনা পুনশিল্লখা য়াই । অদুম ওইনমক, মদুন্না তৌবা তারবদি খুজেংদা ঈ থোক্লিবদু পুনবদা খুমজিনখিগনি। ঈ থোকফম অদুদি চুম্না অদুম লৈবা উই । মোন্সিগনোর গিউলেও রিসে, রোমান সেন্ট ওফ সিন্দোনোলোজিগী মেম্বরনা চপমান্নবা সোলুসন অমা পুথোকই, মহাক্না সজেসন তৌবদা মংকৃপফি অদুনা কনশিল্লবা অকোনবা হকচাং অদু ফিতা শীজিন্নদুনা চেংনা পুনবা ওইবা য়াই । হায়রিবা এক্সপ্লেনেসন সি মথোং হত্তবনি, মরমদি খুৎফম মমিনা শেংনা তাকই মদুদি মংকৃপফি অদু হকচাংগী মথক অমসুং মখাদা পাক্লা তিংথোকপনি । অদু নত্রবদি খুৎফমদা কাহেন্না নৈশিনবা উবা ফংগনি । রাইগর মোর্তিস থোকপগী খুদম অমত্তা তশেং তশেংনা উদবা অসি চপচানা অচুম্বা ওইনা ফংবা মরন্না মতিক চানা প্রামান ওইরে মদুদি যীশুবু উকারন্দগী লৌখবা মতমদা মহাক শিদ্রি ।

হেন্না মরমচাবা শাক্তি উবা ফংবদি ফিদা পকপা ঈ শিংদু য়েংলগনি। ঐখোয়না তোঙান তোঙান্না মশক তাকপা য়াবা ঈ খুৎথোক অনি মংকৃপফিদগী খঙবা ঙম্মী ঃ - পাংতিংবাকান্দা থোকপা হান্না কংশিল্লবা ঈ অমসুং যুংনা লৈবা ফিভমদগী থাংথরবা কান্দা ফৈনা মখাদা মংকৃপফিদা থল্লবা কান্দা নৌনা থোকপা ঈ অসিনি ।

অহানবদা ঐখোয়না কোক্তা থোকপা ঈদা য়েংসি । যীশুবু করেন্নদুনা উপখিবা তিংখং লুহুপকী অথৌবা তিংখং মতোন্না যীশুগী কোক্তা য়ুংবগী কোক্কী উনশাদা অপিকপা অদুগা লুনা শোকপগী দাগফম লৈ । তিংখং লুহুপ্না কোকতা লৈরিঙৈগী সেন্টিমিতর অমদগী অনি ফাওবগী দাইমিতরগা ফুনজিন্দুনা মপুঙফানা লৈ । তিংখংগী অকোয়বদা ঈ খজিক্তং থোকপদুদি খুনা নঙশিন্দুনা শমদা থাগৎতুনা লৈ, মংকৃপফিদুগী অপিকপা অশোকপগী মফমশিং য়েংবদা উবা ফংই । মংকৃপফিগী খুৎফম্না শেংনা উংলি মদুদি হেন্না য়াম্বা ঈগী মায়কৈ খুদিংমকতা চেম্ববা ঈচেন কয়ামুক কংশিল্লগা লৈবা উবা ফংই । হায়রিবা ঈশিদি মংকৃপফিদগী তিংখং লৌথোক্লি ফাওবা খেংনরোই, ফিদা হকচাংদু খমদ্রিঙৈদা ঙাইহাক্কী মমাঙ ফাওবা উনশাদা য়ান্না পীকপা ব্লড ভেসেলশিং য়াওই, সারকুলেতরি সিস্তেম্না মদুবু ঈ সপ্লাই তৌই । মিহুন চোংবা লেপখিবদগী উনশাসী মখাদা লৈবা অপিকপা ঈপুবা শিংলিশিংদা ঈ খর হন্দোকখি (সার্কুলেসনগী নেগেতিভ প্রেসরনা মরম ওইদুনা ঈনা মখাতানা হাটকী মখত্তা

কাদে) অসুন্না কুচু "অশিগুম তাইফেৎ তাই" । শিরবা মতুংদদি অসিগুম্বা অপিকপা মথুন্দা ইন্তাভসকুলার কোআগুলেসন্না মরম ওইদুনা ঈ থোক্তে ।

যীশুগী মমি অদু কনাগুম্বনা ফিগী মমাঙ থংবা শরুক্তগী য়েংলবদি থংবা ঙমগনি অদুদি লাইবক্তা থোকপা ঈনা নাকন্দা মফম অহুম থেক্লা চেম্নোকপা মফম লৈগনি । অসিগুম্বা তোঙানবা নমুনা অসি কোম্প্লি খিৎতং ঙামথবদগী ওইগনি, থুদম ওইনা হায়রবদা অপিকপা মোন অমদা থাঙবা ওইবা য়াই । অনংবা ঈনা যীশুগী লাইবক্কী মথুপ্তা চেম্থরকপা ওইগনি, মসিগী তুংদা অশোকপদগী ঈ লেপ্তনা থোকপা মরম্না খর পাকথোরক্লগা অনিগুবা মথুপ্তা য়ৌরক্লমগনি । লাইবক্তা শোকপদু তিংথং লুহুপ্লা ওইগনি অদুগা হকচাংগী থ্বাইদগী ব্রাংথৎনা লৈবা মফমসুনি । ফিভম অমদা অশিবা হকচাংগী হেন্না চাউনা শোকপা মফমদগী ঈ চেনশিনবা ওইরবসু লাইবক্তগীদি চেম্নোরক্রোই মরমদি হকচাংগী থ্বাইদগী ব্রাংথৎপা মফম্নি। ঈচেন কন্না চেনবা মতমদদা হায়রিবা ঈথোকপসি ওইথোকই ।

থুৎ অনি লোন্নদুনা লৈরম্লিবা মফমসিসু লাইবক্তা হায়রপ মান্ননা ব্রাংবা মফমনি । মফমসিদসু ঐথোয়না ময়েক শেংনা উগনি মদুদি হান্ন কংশিল্লবা ঈ অমসুং নৌনা থোকপা ঈগী খুদম্না ফিগা থেংনৈ । থুৎকী খুজেংদা ঈ চেম্নোকপা মফম অহুম ময়েক শেংনা উই (থুৎয়েক্তা য়েংবীয়ু), ঈ অদু মায়কৈ কয়াদা চেম্নোকই। ইচম চন্না এঙ্গল ওনবদা থঙবা ঙম্বদি ঈ থোকপদুগী ইচেন্দু কদাইদগী হৌরকপনো থঙবা ঙম্মী । ওইগী থুৎনা য়েৎকী থুৎ মথক্তা য়োৎপি য়ৈফম ননদুনা থাঙ্গৎলি, অদুনা অক্ক হোৎপদা থুৎ ওইগী অশোকপা উবথক্তগী লৌই । থোরক্লিবা ঈগী শরুক থরসু থুৎমাঙগী মশল কারক্তা হন্দুনা চেল্লি অদুগা অরোইবদা গ্রেভিতিগী লো মতুংইন্না মখাদা চেপ্থখি । অপাবা চপ য়ুংবা ঈ কংশিনবগী মমি পেরেলেল ওইনা লৈ অমসুং ঐথোয়না উকারনগী অফৈবা উগা থুৎকগী মরক্তা লৈবা এঙ্গল ওনবা য়াই চাউরাক্লা ২৫° রোমনি । কংশিনবা ঈচেন অনিথক চপয়ুংনা থুৎকী অশোকপগী চপচানা মখাদা লৈ অমসুং মথোয়দুগী মরক্তা লৈবা এঙ্গলনা ২০°নি, মদুনা তাকপদি হকচাংগা থুৎকী থুবোমগা উকারন্দা চপয়ুংনা অমদি পৈথদুনা লৈরিঙৈগী এঙ্গল অদু তাকই ।

মসি য়ান্না ঙকপা অমনি অদুবু অহুমগুবু ঈগী লীখুন 'অম' উর্বাসি চাংয়েং তৌখিবা সিন্দোনোসোজিষ্ট অমৎত্তনা পল্লমদে । অদুম ওইনমক

অহুমশুবা ঈগী লীথুন অসি যান্না মযেক শেংই মদুদি মীচম অমনসু হেক্তা শেংনা খঙবা ঙমগনি, মসি ইশম শন্না থওইনবমদবনি । মবমদি ইচম চন্বনি, অহুমশুবা ঈগী লীথুন সিনা মসিগী মওঙ অমসুং ঈ চেন্থোকপগী মাযকৈ যেংলগা প্রমান ওইবা ঙম্মী অমদি ঈ থোক্লিবদু অশোকপদগী যোংপী সংতোক্লবা কান্দা থোকপা ঈনি । ঈ অমুক হন্না যোংপি মথুন্দগী চেন্থোবকই মতম অসিদদি থূংকী মাযকৈ থূদিংম [illegible] চাইং [illegible] লেমাযদা হকচাং তিংথোক্কুনা থম্বদগীনি । মথাতানা ঐথোযনা [illegible] বা ফংলদি অহুম [illegible] বা ঈগী লীথুনসিনা অতোম্পা অনিদুদগী ঙমথৈশিংদু যান্না মযেক [illegible] মকওইনা ঈ থূংফম ক্লোত ১বদা । ঐথোযনা অবোইনা বা [illegible] বা [illegible] মদুদি ক্লোত ১ অসুং ২ অসি হকচাং অদু মংকূপফিদা [illegible] মপৃঙফানা কংশিল্লে অদুগা মংকূপফিগী এলোনা থোংতোকহন্দুনা থম্বা । [illegible] মতৈনবদা ক্লোত ৩ না নৌনা




Due to the sagging of the body after exhaustion, the blood flowed from the nail wounds in two directions separated by an angle of 20°



থোকপা ঈগী সিরম রিংশিং (নঙশিনবগী মপান কোয়বা) উবা ফংই। অসিগুম্বা সিরম রিংশিং অসি ঈদা য়াওবা ফিব্রীন্না এক্তিভ ওইরিঙৈদদা থোকই । হান্না কংশিনখ্রবা ঈদা মসি খক থোক্কে, অদুবু মদুগী মহুৎতা অকোয়বগী মপানগী ময়েক শেংবা মমিদি থনম্মী । করিগুম্বা ফিভম অমদা অশিবা মশাদগী ঈ চেম্লোকরকপদগী শিরবা মতুং ঈ থোকপা হায়বসি খন্ননিঙাই লৈতে, মরমদি মথূৎতু হকচাংদগী হেন্না ব্রাংনা লৈ, গ্রেভিতিগী মায়োক্তা ঈচেন কন্না চেল্লবকান্দতা অশোকপা অসিদগী ঈ থোকপা ওইথোকই ।

মংকূপফিসিদা য়েৎথংবা মপাম্বোন্না ওইথংবদগী খর হেন্না সাংবা মাল্লি । অসিগুম্বা খজিক্তং মাঙগী শরুক্তা হোংদোক হোংজিন লাক্লিবসিনা তাকপদি ফি অদু চপতিংবা বোর্দ অমগুম্না হকচাংগা থেংনদে, মদুগী মহুৎতা খজিক্তংথূপচিনবা নত্রগা ননশিন্নবা য়াওরম্বা য়াই । লাইগী নোংদম থীবদগী যীশু ফুম্বগী দায়িত্ব লৌবশিংনা হকচাংগী নাকন্দা লৈরিবা অশোকপা অদু উদবা তৌরোই । মসি মংকূপফিদা তশেংনা উত্তুনা লৈরে । লম্বোইবা যোহনগী ব্রাপাউ লাইরিক্তা অশোকপা অদু সিফাইগী তানা থিনবনি হায়না তাকই ঃ *"অদুবু লান্মীশিংগী মরক্তগী অমনা ইবুঙোগী পূক্লোপ্তা তানা থিল্লে অদুগা খুদক্তা মদুদগী ঈগা ঈশিংগা থোক্লক্লে" (যোহন ১৯:৩৪)* । মসিসু খন্নবদা




Streams 1 and 2 (=Blutbahn) are dried (sharp borders) and originated during the actual cruxifixion; but stream 3 only formed after the body had been placed in a horizontal position.

য়াম্না মক ওইবনি মদুদি লান্মীনা তানা থিনবসি গ্রীক্কী ওরিজিনেল তেক্সতদি মওং অমা ওইনা তাকই । লেত্তিন লোন্‌গী বাইবল হন্দোকপশিংফাওবা গ্রীক তেক্স অদু অর্থ লান্না হল্লি । মবমদি গ্রীক ভার্ব vuooειv হায়বসিনা খঙহনবদি খরদং খোৎপা হাযবনি, খেংবা নত্রগা য়ুবা তিংখৎতুনা থিনবা নত্তে, হকচাং মনুং থুন্না চংবা যাবা ওইদে । নাকন্দা লৈবা অশোকপা অদু সেঃমিঃ ৪৫ পাকই । অশোকপদু কবন্না ওইবনো হাযবদু লংলা থরা পী । মতমদুনা বোমান সিফাইশিংনা শিজিন্নবা ৩াদু হস্তা নত্রগা পিলম কৌই, মসি অপিকপা অপাবা ব্লেদনি তাজিন[illegible] [illegible] সেঃমিঃ ২[illegible]দগী ৪০ ফাওবনি অদুগা মখোক পানফম মযাদা [illegible]কই (খু[illegible] যক যেংবিয়)

অসিগুম্বা থাংমচা [illegible] [illegible] [illegible]সিনা থবদং লাযনা [illegible] [illegible]মগনি, মদুনা পাংকিংলিবদু [illegible] [illegible] [illegible] হাযবদ খঙ্গনিনি । থৌগী অসি ওফিসিয়েল ওইনা [illegible] [illegible] [illegible]নবনি অমসুং ওইবা যানা মমদি বাপা্উদা পনবা [illegible] মহ্ন [illegible] [illegible]যেং অদি পাঙথোকলদ যাই । হৈশিংলবা লান্মী অমনা যা[illegible] [illegible] [illegible]কা থিল্লোই মহাক্ক থ[illegible] তানা খিনগে হাযবর্দা যেংথংবা নাকন্দগী [illegible]ল্লাই, ওইনোমথংবদা মপা চম্না মাঙ্গলানগী চপ চানা ।খলবা যাগনি ।

অখণ্ড অহৈশিং কয়ানা "ঈশিংগা ঈগা" থোরকপা হায়বসিদা ব্যাখা মশিং নাইদনা তৌনরকই মদুদি লম্বোইবা যোহনগী মতুং ইন্নদি কামথোরকই হায়না পল্লি । ঈশিং হায়বদু ঈগী মচল কায়রকপদগী ওইরকপা ব্লদ সিরম ওইবা যাই অদুম ওইনমক মচল কায়রকপা অসিদি শিরবা মতুং যামদ্রবদা পূং তরুক্কী মতুং নত্রবদি হৌরোই । অতোম্পা মৎ অমনা ওদেমিক ফ্লুইদ হায়না খংনবা মহি থবোম্বী অমসুং থবোম্বী কূম্পা কুরাংবানগী মবক্তা লৈবা অহাঙবদগী থোরকপা ওইবা য়াই । থিওরি অসিসু লৌবা য়ারোই মরমদি থবাক ফাওনা থিনবনা থবোম্বীদি খুদক্তা শূপচিনখিগনি, মদুনা অহাঙবা মফম পীদুনা মহি কামথোরকপা ঙমহল্লোই। অহুম শুবা মোৎনা ঈশিং অসি থম্মোইগী থাউদগী মহি ওইগনি । থিওরি অসিগী মতুংইন্না তাজিন অদু উনশা ফাওবা হন্দোক্কনি, তা হকচাংদগী শৎথ্রগা হার্ত শোকহল্লমগনি । অকোনবা হাইপোথেসিস অনিসি লৌবদা যীশু অসি সহিদ ওইদ্রিঙৈদা য়াম্না কন্না নাবে হাযনা লৌবগীনি, নত্রবদি "ঈশিং" হায়বসি থোরক্লিংঙাই মরম অমফাওবা লৈতে ।

অদুম ওইনমক অচুম্বদুদি "ঈ অমসুং ঈশিং" হায়বসি পাউদম অদু চেৎশিন্নবা আইদিওমেতিক ওইনা শীজিন্নবনি কনাগুম্বা "ঈ অমসুং ঈশিংদা হমাং শৌরে" হায়বদি তুখোঙদগী ঈ চেম্ৰোরকএ হায়বা নত্তে । মীৎনা উবা শাক্ষিনা ব্রারী শীবদা থোক্লিবা ঈগী চাংদু অঙকপা পোক্লদুনা কাউঙমদবা অমা ওইহৌনবা খূৎফোংদোক অমনি । খৃষ্ট মতুং অনিগুবা চহিচা হৌগৎলকপদা লম্বোইবা যোহনগী ব্রাপাউ ইবা মীশকমক্লা শকথঙনদবা পাংতিংববু মমিৎনা উহৌবা অমগী মতাংদা ইরম্মী *"অমসুং নখোয়স থাজনবা, মমিৎনা উখিবা মহাক অদুনা শাক্ষী পীরে, অদুগা মহাক্কী সাক্ষিদু অচুম্বনি অমসুং মহাক্লা অচুম্বা হায়রিবনি হাযবা মহাক্লা খঙই (যোহন ১৯,৩৫)* । "শিবিবা মীগী" নাকন্দা শোকপা মফমদুদগী তশেংনা ঈ য়াম্না থোকখি । মসি মংকৃপফিগী চানবা খুদন্না ময়েক্লা শেংনা উৎলি । অশোকপদগী ঈদুনা চেম্বরক্লগা চাংয়াম্না নঙ্গন অমদি নিঙজোনগী মরক্তা তুংশিল্লি, মসি ফুল্লবা মতুংফাওবনি ।

থ্বাইদগী ঈ কামদুনা থোকপগী প্রমান্দি খোঙদা য়োৎপী য়ৈফম্নি । ঈচেন্না অশোকপা থাদোক্লম্লগা খূনিংলোমদা চেম্বরকই, মফমদুদা খোমজিল্লগা য়েৎলোমদা চেম্বোরকই, নৌনা থোরকপা লেপ্তুবা ঈচেলগী খুদম ফংই (খূৎযেক য়েংবিয়ু) । ঈচেন অদু সেঃমিঃ ১৭ শাংই অদুগা মফম অমদা মরক থৎম্রে, মফমদুদগী ঈ অদু মংকৃপফিগী থূপফম অমদা তাই, মতুংদা য়েৎথংবা নাকন্দা লেপ্তনা চেম্বোকখি । পূঙ কয়াগী মমাঙদগী শিববা অশিবা হকচাংদগী অসুন্না ঈ থোক্লোই অমসুং মওঙ অসুন্নাসু নঙশিন্দুনা লৈরোই । থম্মোই অমসুং ঈগী ঈচেন অসি করিমৎতা মপূংফানা কায়দ্রি, শ্বর হোনবা ফাউবা কায়নিঙাই ওইদে ।



The lances of the Roman legionaries at the time of Jesus were generally shaped like these

**ঈফমশিং অদুনা ফিদা পোজিতিভ ওইনা উবসিনা চিংনেনিঙাই লৈতনা তাকই মদুদি ফুমদ্রিকাউবা মংকৃপফি অদুগা ঈগা থেংনদে । মরমদি ফি অদু এলো (মেক্রুক্ৰুম্বা পোৎ) চুপশিল্লবনি , পোৎ অসিনা ঈ চুপশিল্লকপা থৃদিংগী, ঈগী মপৃঙওইবা মচাকশিংনা সিরমগী মপান অকোয়বদা নপশিম্নে ।**

প্রোসেস অসি লায়না গ্লাস স্লাইদতা ঈ মরিক অমা হাপ্লগা য়েংবা য়াই । মহি ওইরিবা সিরম্বু ঈগী পোৎচাকশিংনা লাইগী মঙান অকোয়বদৌনা কোযশিল্লি। হকচাংদা ঈ কংশিনবা থৃদিংদা চপশিনবা পোংচাকশিংগা থেংনবদা অমুক থোৎতোকহল্লি অদুগা তোপ তোম্পা খৃৎফম অমা ওইবকই হান্না কংসিল্লনা ঈফমশিংদা সিবমগী ঙমখৈ য়াওদে মসি অলনা ভাইওলেত মঙান্দা লৌবা ফোতোগ্রাফতা নিংথিজনা উই অদুগা ইলেক্ট্রনিকেল্লি প্রোসেস তৌই । ফিব্রিন্না খৃৎফমগী অকোয়বদা ঙমখৈ অনা শেম্মী ।

এৌনা মতাংসিদ [illegible] লেকি [illegible] লমা মি [illegible] তুরিন মলেপনি [illegible] মবমদা ফোংথিবা বিঙ্গানী [illegible] যাম্না কাম্না [illegible]বানী [illegible] চহি মরিফু হেন্না থিজিন [illegible] জল্লবপাশি [illegible] অনোবা [illegible]বোইশিং লৌবনি ফঙ্গশিং অসি অহানবদদি [illegible] যা[illegible] [illegible] ওইনবব [illegible] অনানগী রাখন লাক্কনি অমসু [illegible] [illegible] মও ওইনা হিঙ্গৎপগী মরমদা । হিদাক চাদুনা শিবগী মতাংদা ঙসিফাওবা ডাক্তরশিংনা অশেংবা পুথোকপদা অরান্বা ওইবি । খুদম অমদা হিদাক চাশিন্দুনা কন্না জ্ঞান মাওদুনা লৈবসি অরানবা লাই ওৎ ওইনা তাকপদা লায়না ওইথোকই । ময়াম্না পাকশন্না থংনববা শিবসি পুথোক্কবা নমুনাদি অপিকপা যোৎপিমখুন খুনিংদা অমসুং খৃৎকি খুজেংদা হুৎপসিনি । আর্তরিদগী ঈ চেল্লবদি, ঈগী ইচেনশিং মপৃঙ ফানা লৈবি । অসিবা হকচাংদি ঈ থোক্তে । যীশুগী মতাংদদি পুন্না অশোকপা কুপ্লিপান্দা উকাবন্দগী লৌথববা মতুংদা লেপ্তনা ঈ থোকই । মসি অচুম্বমক্কি হায়না লৌবা তাই মদুদি মোংফমদা ফুম্বা ফাওবদা যীশুসি শিদ্রি ।



The Budha Maitreya(the one to come), which marks the religious border between Islamic Kashmir and Buddhist Ladakh.



Above : the small river Sindh with the flooded Kashmir valley in the background.

Opposite : A Bodhisattva as the good shepherd.

Below : the Sun Temple of Martand (65 km southeast of Srinagar) a typically Jewish temple in Kashmir. Is this the temple referred to by Hesekied ?







Above : plaster cast of the 'footprint' relief of the prophet Yuz Asaf/Jesus One can clearly see what the sculptor was trying to stress : the marks of the crucifixition are represented as crescents below the toes.

Below : in this building 'Rozabal' (=tomb of the prophet) the burial place of Yuz Asaf (=Jesus) is found in the centre of the old town of Srinagar.



The blood traces on the feet most clearly show that the blood spread out in all directions on the surface of the cloth after the body had been taken down from the cross

# ইতিহাসকী মীৎয়েংদা যীশু অমুক হিঙ্গৎপা

যীশুবু পাংতিংবা অমসুং ফুম্বা মতমদা অনৌবা ধর্ম্মনিতিগী মেম্বব ওইদ্রিবশিং যাওখি । যীশুগী হিদাকমচন পীখিবা লান্মী চামগী লালোয় হঞ্জবদু মতাংসিদা মানা মরুওইবা ফল পীবি, তা পাযদুনা যীশুবু তশেংনা শিরবরা হায়বা খংনবা য়েংখিবা লান্মীদু অমসুং ব্রাহে অসি হাযখিবা লালোয চামগী লালোয় হঞ্জবা "*থাঙ্গৈশেংনা মহাক্সি ইশ্বরগী মচানি*" (মেথিউ ২৭·৫৪ মার্ক ১৫:৩৯ লূক ২৩:৪৭) অনিমক্সি অমত্তগুম উই অমদি মী অমথক্তনি । পিলাটকী এপোক্রাইফেল এক্টসতা মহাক্কী মমিং লোংগিনস হাযনা পল্লী, পাংতিংবা অদুগী য়েংশিন্নবা থৌদাংপীবা কেপ্তেন্নি । গ্রীক্কী থৌনাফবগী ব্রাবী "দি মারতাইরদম ওফ লোঙ্গিনস" হায়বসিদা পনবদা মহাক্সি কপ্পাদোসিয়াগী সন্দ্রাল (নপ্রগা সান্দিয়াল) দগী লাকপা গোলগোথাগী কেপতেন্নি। মঙোন্দা মোংফম শংবা লান্মীগীসু পান্ননবা থৌদাং পীবম্মী । ত্তিঙ্গৎল্লবা মতুংদা মমল

য়াম্লবা মংকৃপফিসি লোঙ্গিনসনা মনা ওইনা ফংলম্মী । (সিঃ এফঃ লমাই ১৩৪) অমসুং নাইসাগী গ্রেগোরীনা ইরম্বগী মতুং ইন্না মহাক কপ্পাদোসিয়াগী বিসোপ ফাওবা হাপখি । মহাক্কী মীৎয়েংদা থোরকপা অঙকপা থৌদোক্লা, যীশুগী য়েক্লবা ওইগদবদা বিসোপ ওইরক্লিবসিনা তাকপদি লালোয়হঞ্জবসি পাংতিংবা মমাঙদসু যীশু অমদি মাগী তুংইনবশিংগসু করিগুম্বা মরী অমা লৈনরম্বা তাই ।

শীজিন্নরিবা লান্মী পুন্নমক্কী থৌদাং লৌজরবসু যীশুবু য়াম্না নুংশিজবগী ইথিল্ল লৈবা রোমান ওফিসর অসিগী মথাদা পাংতিংবগী থবক্সি চৎথখিবনি হায়না ঐখোয়না লৌরবদি পাংতিংবগা মরী লৈনবা অঙকপা থৌদোকশিংসে লায়না ব্যাখা তৌবা ঙমগনি । থৌদোকশিং সি মখাতানা ব্রাথন্না হেন্না শাজিনবগী মহৈনি হায়না ককপা য়াররোই ।

যীশুবু পাংতিংবদগী লৌথবা অমসুং ফুম্বগী থবকপুম্বা যোসেফ ওফ অরিমাথিয়া কৌবা য়াম্না ইনাকখুনবা, মী শিংৎপা শক্লাইরবা ললোনবা নুপাসিনা শৌগৎপগা লোয়ননা পাঙথোকখি । মন্ত্রী অমা ওইনা অমসুং সেনহাদ্রিনগী মেম্বর অমা ওইনা মহাক্লা কান্নদবদা যীশুবু মরান পীবগী মায়োক্তা ভোৎ পীখি (সিঃ এফঃ লমাই ১২৯) । মহাক্লা রাজনিতিগী শক্তি য়াম্না লৈজদুনসু থৎ থিংজিনবা ঙমখিদে, অদুম ওইনমক মখা তারকপদদি মহাক্কী মরন অমদি মচীনচৎপদু মফম চানা সীজিন্নরকখি । যীশুগী অশিবা মশা পিলাৎতগী ফংখি, ওইবা য়াবদা থেল্লৌবগী মরৈশিং য়েৎনরবা তুংদা । যোসেফনা মংকৃপফি অদুগীদমক মমল পীখি, শোয়দনা মমল য়াম্না পীদুনা লৈরমগনি, অমসুং যীশুবু জ্ঞান তাদনা গোলগোথাগী মনাক্তা নৌনা নুঙদা তৌবা মোংফমদা পুখোকখি ( - লুকং চীং হায়দুনা চীংদুমদুগী মওং লৌরগা থোম্নবা) । মতুংদা যোসেফপু শিরবা মতুংদা সিদ্ধপুরষনি হায়না লাউথোকখি। রোমান কেথোলিক চচনা মহাক্কী থবকশিংবু নিংশিংবা উৎসব মার্চকী তাং ১৭তা পাঙথোকই । নিকোদেমসকী এপোক্রাইফেল ব্রাপাউদা ইরংগী মদুদি যোসেফসি মতুংদা যীশু মশানা যিহুদিগী ফাদোকশঙ অমদগী কল্লম্মী ( নিকঃ গোসঃ ১২.১৫)। নিকোদেমস অসি যীশু ফুম্বদা পাংখিবা যোসেফকী মরুপ্নি অমসুং এলোমায়রগী মিক্সর পাউণ্ড চামা পীখি । হায়রিবা নিকেদেমসসিমক লাম্বোইবা যোহনগী ব্রাপাউদতা পল্লি, মহাকসু যিহুদি মন্ত্রী অমনি অমসুং সাস্ত্রগী ওঝানি (যোহন ৩:২-১০) অমসুং অহিং অমা যীশুনা তম্বীখি ( যোহন ৩·১-১২) । নিকোদেমসসু নজারেনগী মরাল লৈতবদু হাই কাউন্সিলগী মমাঙদা লাউথোকখি ( যোহন ৭:৫০) ।

মন্ত্রী অনিনা যীশুগী হকচাং ফংনবা অন্নাবা খাল্লা হোৎনখিবদু নিয়মদি নত্তে, তসেংবদি মসি খ্রাইদগী নক্কবা মরী মতাংশিগী থবক্কি । অদুগা তুংইনবশিংনা খৌদোক অদুদা শুল্লাক লাক্লিব্বনা করিগীনো ? লম্মোইবা পোলগী বাপাউদা মচেৎ ওইনা ইরম্বনা মসিগী পাউখুম পীরি : *"ঐ(পিতর) গা ঐগী খোঙলোয়শিংগা য়াম্না থবায় নুঙাইরমদে অমসুং ঐখোয়না ঐখোয়গী লোৎফমদা থম্মোই কায়না চৎলম্মী, মরমদি অরানবা তৌবনি হায়না মরান পিশিল্লমই অমসুং ঐখোয়না থওইনা নীংনশঙবু তুম্না মৈ খাদোক্কবা খৌরাং তৌই হায় । ঐখোয় মতম পূম্বদ চরা হেল্লমই, সব্বাথ য়ৌদ্রিফাওবা অহিং নুংথিল ফল্লগা কপ্পুনা তেংথারম্মী"* । অতোম্পা যীশুগী মীচঙশিংসু পাংতিংবা মনাক নকশিল্লমদে, অথাম্পদগী য়েংদুনা লৈরম্মী ।

অরিমাথিয়াগী যোসেফ অমসুং নিকোদেমস অসি ইসেন ওর্দরগী অরোনবা মেম্বরশিংনি হায়না ঐখোয়না লৌরবদি, মসি হায়বদা মরম চায় মদুদি মখোয়না যীশুগী অশোকপা লায়েংবদা অদুগা থুনা ফগৎহনবদা মতেং পাংবদা য়াম্না চানগনি। ইসেনশিংসি লায়েংবদা য়াম্না হৈবা অমদি অফবা হিদাক মখল মথা অমসুং লায়েং পথাপ খঙবা ঙাক্তনি ।

এলো অমসুং মায়র অসি ঙসিফাওবদা অশোক অপন লায়েংবদা অফবা হিদাক ওইনা শীজিন্নরি । লম্মোইবা যোহনগী বাপাউদা পল্লিবা এলো অসি হিদাক্কি, মসি মনা পাকপা লিলিয়াসিয়স পাম্বীদগী শুংবনি অমসুং এলো কৌবা উপাম্বীদু নত্তে, মসিবু কুপ্পা তকথায়রগা মনম চেনবা মফোল অমা ফংই. মসিবু ওলদ তেস্তামেন্টদা অহলিম কৌই । হিদাক এলো মখোম অসি ইন্দিয়াদা খৃষ্টমমাঙগী চহি লিশিং অহুমদগী অনিগী মরক্তগী শীজিন্নরে । দিওসকুরিদিস অমসুং প্লিনি দি ইলদরগী মতুং ইন্না পেলেষ্টাইন্দা শীজিন্নরিবা এলো অয়াম্বা ইন্দিয়াদগী পুশিল্লকপনি । ময়ায়চনবা যুগতা এলো অসি ইউরোপ্তা পুশিল্লকতুনা অশোকপদা হাপ্পবা মলম ওইনা শীজিন্নরম্মী, মদুদগী ঙসিফাওবা হোমিওপেথিগী হিদাক ওইনা শীজিন্নরি ।

মায়র অসিসু উ মখোমগুম্বনি অমসুং চাদা ১০% ইথরিকওইল য়াওই । ময়ার অসি তিঙ্কচর ওইনা (য়ুদা য়াল্লগা) অপোম অতং লায়েংবদা শীজিম্নে । খ্রাইদগী খুল্লবা মায়রগী মওংদি "বদেল্লিয়ম" নি, মসি ইন্দিয়াদা হৌবা কোমিফোরা রোক্সবর্গকী হায়বা পাম্বীদগী শুংবনি । পোৎ অদুগী মশুন হেন্না ফজনা খুল্লবগীদমক ঐনা এলো অমসুং মায়রবু ইশানা চাং য়েংখি

অমসুং প্রোসেস অদুদগী য়াম্না নুঙাইবা পাউজেল অমসু ফংখি । এলোইন অসিসু এলো ২৫% য়াউই, মসি মঙান্দা সেন্সিতিভ ওই, মঙান অমসুং নুংশিৎতা থম্বদা মুশিল্লি । এলোনা অতোম্পা পোৎশিংগা কন্না রিএক্সন থোকল্লি। ঐনা থেংনখি মদুদি এলো রেজিন গ্রাম ৫ ঈশিং সিঃমিঃ ১৫দা তুক্কনবদা লাইনা তুম্মু হায়বা য়াদে । ঐনা রেজিন (এলো) মতুম অমা ঈশিং য়াওবা থক্নবা ঈশিং গ্লাস অমদা হাপ্লগা থম্লম্মী । গ্লাস অদু মচেৎ লিশিং থোক্লা কায়খ্রে অদুগা মিটর মরিগী অকোয়বদা চাইথোকখ্রে । রিএক্সন অদু কন্নামত্তনা শন্দোকনা তাকপা ঙম্লমদে ।

মস্রামচু চংলপ তাবনা মংকৃপফিগী থৃৎফম অদু ওক্সাইদেসন প্রোসেস অমা মথল মথাগী বাইওকেমিকেল রিএক্সন (মমাঙগী সেক্সনদা য়েংউ) থোকখ্রে হায়বা তাকই । ঐনসু ফি মচেৎ অমা এলো মায়রগী তিক্কচরদা লুপ্তুনা রবর মানবা রেজিন অমনা ফিদা য়োমশল্লকপদু উৎপা ঙম্মী । অসুন্না য়োমশিল্লকপসিনা মথা তানা চৃপশিনবা লেম্পি, মসিন মরম ওইদুনা হকচাংগী থৃৎফম অমসুং ঈ কংশিনবা অয়াম্বা ময়েক শেংনা উবনি অমসুং মংকৃপফিনা ঈ চৃপশিন্দবনি, কেমিকেলদুদা মংকৃপফিগী ময়ায়দা রিএক্সন থোকপনি । মরম অসিননি থৃৎফম অদু ফিমায়দতা উরিবা । নৌনা থোকপা ঈদুনা ফি মশাদা চৃপশিনবা ঙমদবা মরম্না ঈদু মংকৃপফিদা নঙশিন্দুনা সিরম রিং শেম্বনি - মওং অসি পাংতিংবদগী থাংথবা কান্দা হাম্লনা কংশিল্লবা ঈফমশিংদদি উবা ফংদে । অদুতসু নত্তনা রেজিম্না পোং অদুবু বোর্ড অমগী মওংগুম কনশিলহল্লি । ফিনা কনশিনবদু য়াম্না থাগৎনিঙাইনি অদুদি মদুনা মমি শেংনো অমদি হকচাংগী থৃৎফমদু চাইথোক্তনা মমি তাবদা ওইথোকহনবনি ।

মৈশানা অনালায়েংবদা থুনা ফজনহন্নবা মচাক অমা ওই, এলো মায়রগী মিক্সরনা মৈশা থোকহনবা ঙম্মী (গ্লাসনা য়োম্বদগী মংকৃপফিনা য়োম্বনা চাং থরদি হম্বগনি ) । অপাম্বা নমদুনা তৌহন্নবা ওৎনৈবদা শীংথাবা য়ানা যীগুসি মশা শোম্বরমগনি । অদুমওইনমক ঈ থোকখিবদুদি চাং য়াম্না য়ামদে । মংকৃপফিদা ফংবা মওংদা উৎপদা ঈ লিতর অমা য়ৌনিঙাই লৈতে । উকারন্দা য়োৎপি য়ৈবদা মরুওইবা ব্লদ ভেসেল নম্রগা শরু অমত্তা অমাং অতা থোক্তে। থৃৎকী থুজেংগী শরু নিপান তাইনফমদা য়োৎপীদু য়ৈবনা শরুশিংদু থর কাথোক্লহল্লি । থোংগী য়োৎপি মথুন্দি থোঙপাক্লা থুজেংগা তাইনফমদা থোঙপাকী শরু অনিশুবা ময়াদা লৈ, মসিনা তোংশাথক্তমক শোকই । হেন্না চাউনা য়াম্না ঈংনা লেংদনা লৈবগী থুদম ফংই, মদু ময়াইকাবা মহি পীথকপদগী ওইবা য়াই ।

নুমিৎ হুন্নিগী মতুংদা নুপী খর মোংফমদা চৎলম্মী । লম্বোইবা মার্ককী ৱাপাউদা হায় মেরী মেগদালিনি, যাকোবকী মমা মেরী, অমসুং সলোমিনা যীশুগী হকচাংদা তৈনবা বালসাম পুদুনা চৎলি । লম্বোইবা মেথিউগী ৱাপাউদনা নুপী অনিখক্তা মোংফম্লোমদা লাকই, অমসুং লম্বোইবা যোহনগী ৱাপাউদনা শূপ্নগী মেরী মেগদালিনি মথন্তা লাকই । অদুম ওইনমক ৱাপাউ মরিমক্তা মান্নবা পাউদম অমদি মোংফমদু লাকপদা হাঙলম্লে, মী অমা নত্রগা অমদগী হেনবা অঙৌবা মচুগী ফুরিৎ অচোনবা ফুরিৎ লীৎপশিং লৈরম্মী । 'স্বর্গদূত' হায়রিবা মখোয়শিংদু ইচম চন্না ইসেন ওর্দরগী মেম্বর ঙাক্তা ওইরমগনি, মখোয়দি মতমপুম্বদা ফিজোন অঙৌবাখক্তা শেৎলি (সিঃএফ লমাই ১০২) ।



At these points the nails were driven through the wrists and the feet No bones or main arteries were injured

মথক মখা ওন্নবা অমসুং লৌবা য়াদবা ক্লেম ৱাপাউগী অৱাবা থৌদোকশিংগী ৱারীদা য়াওরবসু. পাং তিংখ্রবা মতুংদা যীশুবু হিংনা উখিবা মীৎনা উবা শাক্ষি কযামরুম্মগী ৱারী ৱাপাউশিংদা ফংই । মেরী মেগদালিনিনা মহাকপু অহানবদা ইংখোল ঙাকপা মীনি খল্লম্মী (যোহন ২৪·১৪), তুংইনবা অনিনা ইমাউসতা লম্বীদা মহাকপু থেংনরম্মী মার্ক ১৬৬:৯ লূক ২৪.১৯) । অদুম ওইনমক মখোযনা নজারেনবু নুংথিন্দা মখোয়গা চামিন থকমিন্নদ্রিফাওবা মশক খঙবা ঙম্লমদে, অমসুং মহাক্কী তন থুগায়বগী মওং উদ্রিফাওবা থাজবা ঙম্লমদে *"অমসুং ইবুঙোনা মখোয়গা লোয়ননা চাননবা ফমথরবদা অসুম থোক্লরে, ইবুঙোনা তন্দুম অদু লৌরদুনা বোর পীবিরে অদুগা মদু থুগায়দুনা মখোয়দা পীরে, অমসুং মখোয়গী মমিৎ পাংথোকহল্লে, অদুগা মখোয়না ইবুঙোবু খঙ্লক্লে " (লূক ২৪·৩০-৩১)*

মোংকমদগী হৌগৎলবা মতুংগী থৌদোক হাখোক্কী মনুংসি মথক মখা ওন্নবা হারী কয়া থোকপনা মসিগী চপচাবা মতমগী অশাংবসি লেম্পা ওইখোক্তে । পাংতিংবা অমসুং অমুক হিঙ্গৎপা হুন্নি হৌখিবা হা পান্নি, অদুম ওইনমক অহুম হায়বসিদি লাইব্রারীগী নুমৎ মশিংনি, মদুনা মমাঙৈগী হিঙ্গৎপদা অচৌবা রোল অমা লৌই । ওইবা য়াবদি যীশুসি মতম শাংনা লায়েংলমগনি অদুগা মতুংদা তুংইনবশিংগা মথং মথং উন্নরকপা ওইরমগনি । ওইনিংবা ওইরবসু উন্নবা অদু মতম তেন্না অমসুং লোন্না উনে । থাঙ্গৈশেংনা যীশুসি মীয়াম মাঙদা ফোংনা থোকপা য়াদে মরমদি মহাকপু খুদক্তা অমুক ফাজিনখিবা য়াই ( অদু ওইরবসু মহাক্কী অশোকপশিং নত্রগা মহাক্কী অঙকপা মওংদা ফগৎলকপা নত্রগা মাগী ইশ্বরগী শুন্না হায়রবসু মহাক্কী মশক ওল্লম্বা য়াই, মসিনা মাগী তুংইনবশিংনা খঙবা হানা থোক্লম্বা য়াই ।

তুংইনবশিংদু নীংবা কায়না ধর্ম্মগী পুন্সিদগী হন্দোক্লরে অমসুং মখোয়গী হান্নগী শিক্ষমদু শূনরে সিমোন পিতর, থোমাস, নথানিয়ল ওফ কানা অমসুং জবেদিগী মচা শুাফাবদা শিক্ষম হজিল্লে - (যোহন ২১:২) । মখোয়গী অহানবগী হাখল্লোন অদু যীশুনা মখোয়বু গালিলদা উন্নবা পাউ পীদ্রিবা ফাওবা হল্লক্লমদে (মেথিউ ২৮.১০) । অদুদগী মহাক্না তুংইনবশিংদা শক উৎলম্মী, মহাকপু অহানবদা ভুৎনি খল্লম্মী অমসুং কিরম্মী । *"অমসুং ইবুঙোনা মখোয়দা হায়, নখোয়না করিগী লাংতক্লরিবগে, অদুগা নখোয়গী পুক্নীংদা কবি মরম্না খঙানবা থোকপনো ? ঐগী খূৎ অমসুং খোঙ য়েংউ, ঐমক্তি, ঐবু সোক্তুনা য়েংউ, মরমদি ঐগী লূতোংলৈবা নখোয়না উবগুন্না থব্রায়গীদি লৈতে। মদুদা ইবুঙোনা মসি হায়রগা মখূৎ অমসুং মখোঙ মখোয়দা উহল্লে । অদুগা মখোয়না হরাউবনা থাজদ্রিঙৈদা অমসুং ঙক্লিঙৈদা ইবুঙোনা মখোয়দা হায়, মসিদা নখোয়গী করিগুম্বা অচাপোৎ লৈব্রা ? অদুগা মখোয়না ইবুংঙোদা অরৌবা ঙা মচেৎ অমা (অমসুং খোইহীগী খোইরা অমা) পীরে । অদুগা ইবুঙোনা মদু লৌরগা মখোয়গী মাঙদা চারে ( লূক ২৪:৩৮-৪৩)।* অরোইবদা, যীশুনা "থাজদবা থোমাস" কী মনাক্তন চঙশিন্দুনা মহাক্কী মশাগী অশোকপশিংগী লাইজৌবা য়েংহল্লে, অরোইবদদি তুংইনবশিংনা মখোয়গী মবুঙোগী অহিংবা হকচাংদু খঙজরে ।

থৌদোক পুন্নমকসিগী মথক্তা, যীশুনা মখাতান্না মীয়ামদা তম্বীবা থোকপা য়াদ্রে, মাবু হাৎপশিংনা থুনা মাগী খোঙ্গুল লীরক্কনি । মহাক্কী অমত্তা ঙান্নরবা লম্বী হায়ববু মাগী য়েক্লবশিংনা পীবা অকিবসিদগী মতম পুম্বগী ওইনা নাম্মোকপা

*হায়বসিনি। "মতুং অদুদা তরামাথোই অদুনা চাবা ফল্লিডুদা ইবুঙোনা উহনবীরে, অদুগা মখোয়গী থাজদবা অমসুং থম্মোই কনবগী মরমদা মখোয়বু ব্রারক্লে, মরমদি হিঙ্গৎথিবা ইবুঙোবু উজরবশিংবু মখোয়না থাজরমদে অমসুং ইবুঙোনা মখোয়দা হায়রকই, নখোয়না তাইবঙপাল পুম্নমক্তা চৎতুনা তাইবঙমী মখেদা অফবা ব্রাপাউ শন্দোকউ। থাজদুনা বাপ্তাইজ লৌরবা মহাক অদুবু কনবীগনি, তৌইগুম্বসুং থাজদবা মহাক অদুবু লানহনগনি। অমসুং খুদমসিং অসিনা থাজবশিংগা লোয়নগনি, হায়বদি, ঐগী ইমিংদা মখোয়না ভুৎশিংবু তানথোকনি, অনৌ অনৌবা লোন ঙাংগনি, লিল পায়খৎকনি, অমসুং করিগুম্বা শিনবা হু মখোয়না থক্লবদি মদুনা মখোয়বু থক শোক্লোই, মখোয়না অনাবশিংগী মথক্তা খুৎ থম্মীরগা মখোয়গী অনাবা ফগনি" (মার্ক ১৫:১৪-১৮)*

*"অমসুং ইবুঙোনা মখোয়বু বেথনি মনাক ফাওবা লমজিংবীরক্লগা ইবুঙোগী খুৎ থাঙ্গৎতুনা মখোয়বু বোর পীবিরে। অমসুং ইবুঙোনা মখোয়বু বোর পীবিরিঙৈদা অসুম থোক্লরে, ইবুঙোনা মখোয়দগী থাইনদুনা, স্বর্গদা ইবুঙোবু পুখৎপীখ্রে। মদুদা মখোয়না ইবুঙোবু খুরুমজরে, অদুগা য়াম্না হরাউনা যেরুজালেমদা হল্লক্লে। অমসুং মখোয়না ইশ্বর নিংনশঙদা ইতৎ তৎতনা ইশ্বরবু থাগৎতুনা লৈরম্মী" (লুক ২৪:৫০-৫২)।*

কায়নবগী দৃশ্য অদু থোক্লিবা মফম অদুনা শাগৎপদা খ্বাইদগী লায়না থোকহল্লি। য়েরুজালেম সহর ব্রাংমগী ঙমখৈদগী বেথনি য়ৌবা ফাওবগী লম্বীদা মাউন্ট ওফ ওলিভ চীংজাউগী খ্বাইদগী থারোম থংবা চীং নাপোমদা চীংদোন য়ৌবা অঙম্বা লম্বীদু মথক্লোমদা য়াম্না ঙম্না কায়। চীংথক্তা চৎলিবা মী খুদিংমক খ্বাইদগী মতোন ময়াদা লেপ্তুনা লৈবা মীনা থুনা উবা ফংলোই অমদি মীৎয়েংদগী মাঙখিগনি।

যীশুনা মহাক্কী তুংইনবশিংদা মহাক্কী হকচাংদু তাইবঙপানবগীনি অমসুং তশেংনা অহিংবনি হায়না থাজহনবদা য়াম্না ব্রাখি। মহাক্না মহাক্কী হকচাংগী পোৎচাক্কী ওইবা মওংদু কন্না উৎপা লাক্লখি, মহাকপু পায়হন্দুনা, চীঞ্জাক চাদুনা। মহাক্না থওইন ভুৎনত্তে হায়দুনা হায়জরম্মী। মহাক্কী পাংতিংলবা মতুংগী অমুক শকউৎলকপদু মশক থঙদদুনা তৌবা নত্তে, মীনম্বা নত্তে, নত্রগা লান্না উবা নত্তে। মহাক্কী হকচাংদু অতোম্পা অমদা ওন্থোকখিবা নত্রগা আত্মা নত্তে, মহাক প্রেৎ নত্রগা স্বর্গগী জীব নত্তে।

মীৎনা উবা শাক্তি অমনা চীংননিঙাই লৈতনা যীশু সুকমাং মাঙখিদে হায়না উৎলি অমসুং মহাক অদুবু থাজবা য়াদবনি হায়না ককপসু ঙম্লোই । মরমদি মহাক পোলনি, মহাক অমত্তা ঙায়রবা নিউ তেস্তেমেন্টকী অয়াম্বা শরুক ইরম্লবা মীশক্তি । মহাক্না পাংতিংবগী থৌদোক্তু উহৌদ্রবসু, মহাকনা হিঙ্গৎল্লবা মতুংদা যীশুগা উন্নখি, উন্নবা অদুদগী মহাক্কী পুন্সিদু পূমহোং হোংখি ।

# পোলনা যীশুগা দমাসকসতা উন্নবা

পোল নত্রগা সোল হায়বসি "অনৌবা ধর্ম্মনিয়ম" গী মায়োক্তা খ্বাইদগী হকচন্না লৈবা অদুগা ধর্ম্মদা মীৎতাংবা মী অমনি । ওইবা য়াবদা মহাক্না যীশুগী ত্রিক থরনা পাংতিংবদুদগী হিংদুনা চৎখ্রে অমসুং খুদোংচাবা মফম অমদা লৈদুনা ওর্থোদোক্স যিউশিংগী মায়োক্তা লৌতুনবসি চথরি হায়বা তোকঙাদু তাবমবা য়াই। *"তৌইগুম্বসুং হৌজিক্সু প্রভুগী সেবকশিংবু কিহনগে অমসুং হাৎকে হোৎনবনা সোলগী নুংশাশ্বর হোনবগুম হোল্লমলিবা পুরোহিৎলেনগী মফমদা চৎলে অমসুং লম্বী অদুগী ওইবা নুপাশিংসু নুপীশিংসু কনাগুম্বাবু ফংলবদি মখোয়বু পুন্দুনা য়েরুজালেমদা পুরকপা য়ানবগীদমক দমাসকসকী লোয়শঙগী কাংলূপশিংদা পীনবা য়াথং লাইরিক পীয়ু হায়না মাঙোন্দগী নিজরে (এক্স ৯-১-২)*

কন্না অমদি পাকশন্না থি-হুমজিল্লবা মতুংদা সাইকিয়াত্রিস ব্রিল্ম হেল্ম লেঞ্জ-ঐচবৌমনা মহাক্কী মীয়াম্না খঙ্গরবা লাইরিক "জেনিয়স, মেদনেস এণ্ড ফেম" হায়বসিদা পোলগী লমচৎপু য়াম্না কৃপথনা শীংথাবা ঙমখি । পোল অসি মপাঙ্গল শোনবা, ইচম চম্বা অদুগা মী পীকপা অদুম ওইনমক মতমদুমক্তদা মহাক্সি কম্বা কলেংনবা, পৎ তৎপা, ফিংবা অদুগা থুনা শাউগনবা মী অমনি । খৃষ্টান ওৎনৈবা মহাক্না থব্বায় য়াওবসি মশাদা ব্বাথলদা অব্বাৎপা লৈবদু মেনখৎনবনি । পাকশন্না পোলির্নিজম্বু পান্নবগী ব্বাথনলোনসি পাপ্তগী হন্দোকপা অমসুং থব্বায়গী ওইবা পোৎলুম কোকপা অসিনি পোলগী ঙমখৈ নাইদবা পাঙ্গল অমসুং লানবা পাবগী নাপন লৈ । মহাক্সি য়াম্না শাথীনা মীনা য়েংশিনবা কয়া মায়োক্কে, মখোয় অদুবু মানা লাই ফত্তবা হায়না উৎলি মদুদি মরম অমা হেক লাকপদা মদুগীদমক মহাক্না "শদোংদা তিংখং য়ুবা", মহাক মশাগী

পাংতিংনবা উকারন হায়না শীংথাই । মহাক মশাগী হোমোসেক্সুয়েলিতি লৈবগী মরম্না ব্রাখন্দা চেংনা নুঙাইতবা লৈরম্বা য়াই । মহাক্কী খুদোংচাদবা অসিনা মরম ওইরগা মপুংফানা নুপা নুপীগী মরিবু কন্না য়েংখিবা পোক্লম্মী অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা লুহোংবগী নিয়ম শেম্বগী ব্রারেপ লৌখি, নুপী নুপাগী চৎকদবা নিয়মগী মচাক শেমগৎপদা মদুনা ইথিল চংখি অমসুং নুপীগীদমক হায়বসিনা মাগী খৃষ্টানগী ব্রাখল্লোন্দা মপুং ফাবা মমি তাহন্নবা হোৎনখি।

সাইকোলোজি অসিগী মঙান্দা ঐখোয়না দমাসকস মনাক্তা পোলনা থেংনখিবা অঙকপা থৌদোক্কী মমল অদু হেন্না ব্রাংনা লেম্পা ঙমগনি "অমসুং *মহাক্না অসুম চৎলিঙৈদা দমাসকস নকশিল্লকপদা অসুম থোক্লরে, খঙহৌদনা স্বর্গদগী মঙাল অমনা মহাক্কী অকোয়বদা ঙাল্লে । মদুদা মহাক্না লৈবাক্তা তুথরে, অদুগা সোল সোল নত্না ঐবু করিগী ওৎ নৈরিবগে হায়না মাঙোন্দা হায়বা খোঞ্জেল অমা মহাক্না তারে । অদুগা মহাক্না হায় ইবুঙো নহাক কনানো প্রভু ? মদুদা ইবুঙোনা হায়, ঐদি নত্না ওৎ লৈরিবা যীশুনি, অদুবু হৌগৎতুনা সহরদা চংউ, অদুগা নত্না করি কবি তৌবা তাবগে হাযবা নঙোন্দা তাকপিগনি* ( এক্ত ৯.৩-৬)

দমাসকস অসি সিরিয়াগী ময়ায়দা লৈবা লম্নি, মফমদু মক্কাবিজ (১৬৫ খৃঃ মমাঙ) গী ইবাং থোক্লকপদগী যীহুদিশিংনা তুঙ্কচদুনা লৈবনি অদুগা মফমদুদা ইসেন ওর্দবগী মখোযগী স্পিরিচুয়েল সেন্তর লৈ । ওইবা যাবদা যীশুগী ঙৌনা লংবা ফিজোন্না সোলবু মমিৎথকহল্লম্বা ওইথোকপ্রা ? ঐগী মোৎতা মসি ওইথোকপা য়াই মদুদি সোলনা লাইমিং লৌবগী ধর্ম্ম থৌরম য়াওবম্না য়াই অমসুং মদুনা নুমিৎহুম্নি থংননা মমিৎ উরুন্দবদু সোমা দ্রিঙ্ক থক্লুবদগী ওইবা য়াই (এক্ত ৯ ৮ ৯ য়েংউ)

**সোসিয়ানস হেরোক্লেস অসি খ্বাইদগী ব্রাংবা ফমপাইবা ফম্নাইবশিংগী মরক্তা অমনি, মহাক্নি ফোনেসিয়া, লেবানন, বিথাইনিয়া অমসুং ইজিপ্তকী গোভর্নরনি, মহাক্নিবু ঙল্লিঙৈগী খৃষ্টানশিংবু খ্বাইদগী তমখিনা ওৎখিবা মীশক্নি হায়না লৌনৈ** । মাহাকনা "খৃষ্টানশিংদা" হাযনা কৌবা লাইরিক অমা ইরম্মী, মসিগী মতাং অমদা অসুন্না ইরম্মী "যিহুদিশিংদগী চেনখ্রবা মতুংদা খৃষ্টনা দমাস্কসতা মী চামাপনমুক খোমজিল্লম্মী অদুগা অবোনবা থবক তৌহল্লম্মী" (ঐখোয়গী কমেন্টা কাংবু অদুবু 'রোবর্স' হাযরিবদুগা চাংদমনৌ। মসি চপচানা ওইবা য়াই মদুদি ইসেনশিংগী দমাস্কসতা মেম্বর চামাপন লৈরমগনি।

দমাস্কসতা পোলবু বাপ্তাইজ তৌহন্দুনা অনৌবা লাইনিঙ পথাপ তম্মীবগী থবক্সি যীশুগী তুংইনবা অনানিয়াজনা তৌরম্মী । ম্বারীগী মতুংইন্না অনানিয়াজ অসি যীশু মশানা সোলগা উন্নবা থানবা থন্দোক্লম্মী, অদুম ওইনমক মহাক্না অহানবদা যীশুৎপদুবু কিবদগী য়ারমদে । যীশুনা অনানিয়াজনা য়েৎপদু তারমদে, ম্বাহৈশিংসি হায়রম্মী, *"চৎলু, মরমদি অতোপ্পা জাৎশিংগী, নিংথৌশিংগী, অমসুং ইজরেল মচাশিংগী মাঙদা ঐন ঐগী মিং পুনবা নিপা অসি ঐগীদমক খন্দোকপা খুৎলাইনি ।" (এক্স ৯:১৫)* ।

হায়রিবা ম্বাক্তমসিদা, পোল অসি অনৌবা লাইনিং অসিগী খ্বাইদগী কৎথোকপা ধর্ম্মশন্দোকপা অমনি হায়না লৌনৈ । মহাক্না অরোইবদা যীশুগী গুন্না শুষ্কাৎলম্মী অদুনা খুদক্তা নজারেন্না মাঙোন্দা পীবা থবক অদু খঙদোক্লম্মী। যীশু অমদি মাগী তুংইনবশিংবু উৎথিবা অদুদগী হেন্না থব্বায় য়াওনা অনৌবা পথাপ অদুবু মশাগী ম্বাখনলোন হাপচিন্দুনা শন্দোকপগী থৌদাং লৌরম্মী । **পোলনা যীশুগা দমাস্কসতা থেংনখিবদু পাংতিংবা মতুং চহি অনিরোম লৈরগনি ।**

যেরুজালেমদগী কিলোমিতর ৩০০ লোম ফাভাৎতনা লৈবা মফমসিদা ইসেনশিংনা ঙাকশেন্দুনা খুদোংথিবা য়াওদনা লৈবা য়াগনি হায়না যীশুনা থল্লম্বা য়াই । কাংলুপ অমনা রোমান স্তেত রিলিজনসি লৌগদবনি হায়না পীরগসু রোমান গোভর্মেন্টনা মখোয়গী লাইনিং লোনচৎ পুম্বা অয়েৎপা লৈহল্লমদে । যিহুদিশিংসি রোমানগী স্তেতকী ধর্ম্মগী উৎসবশিংদা য়াওদবা ফাওবা য়াহল্লম্মী। অনৌবা লাইনিঙপথাপ চৎপশিংসু অহানবদদি হায়রিবা য়াওদবগী আইনগী খুদোংচাবা ফংলম্মী । অদুম ওইনমক রোমানশিংনা যীশুগী তুংইনবশিংসি ওর্থোদোক্স ওইবা যিহুদিগী চৎনবীগা মান্নবা অমৎতা লৈতনা পুমথেন থেননরে হায়বসি মুন্না খঙ্লকপা অমসুং অনৌবা পথাপ ইনবশিংগী মরক্তা রাজনিতিগী ইথিন চঙবা উরকপদগী খৃষ্টানশিংনা তোঙানবা খুদোংচাবা অদুগা ধর্ম্মদা য়েৎতবগী হক অদু লোইনা মাঙ্লম্মী অমসুং মুক্লবসি ফোংনা থোরক্লম্মী । অহৌবদদি খৃষ্টান মচাশিংবু শান্তি থুগায়বা কাংবুনি হায়না মরাল শীদুনা রোমান সরকারনা যিহুদিগী লমদদা ওৎনৈরম্মী । হেন্না পাক শন্না ওৎপা নৈবগী থবকসি অহুমগুবা চহি চাগী ময়াই চল্লকপা মতম ফাওবা হৌরমদে । পাং তিংবা কুইদ্রিঙৈ মতমদা যেরুজালেমগী যীহুদিনা য়েংশিনমনবদগী খৃষ্টানশিংবু রোমান সম্রাইজ্যগী যেরুজালেমগী ম্বাংমদা অরাপ্পা লমশিংদা ধর্ম্মশন্দোকপা তারম্মী ।

দমাস্কসতা যীশুনা ইসেনশিংনা ঙাকশেনবগী থুদোংচাবা ফংলম্মী। দমাস্কসকী হাংমদা কিলোমিতর মঙারোম চৎলগা হৌজিক ফাওবা মফম অমা লৈরি, ময়ুম-ই-ইসা হায়বদি "যীশুগী ময়ুম লৈরম্বা লম" হায়বনি। পার্সিয়াগী ইতিহাসকার মির কহান্দনা যীশুনা পাংতিংল্লবা মতুংদা লৈরম্বা অমদি ধর্ম্ম শন্দোক্লম্বা মফম কয়ামুক্কী হারী ইরম্মী।

যীশুগী মশাগী হোৎনজমন থক্তা নত্তনা অনৌবা ধর্ম্ম পথাপসি ইনবা মীশিং অসুম য়ামথৎলক্লম্মী। অদুম ওইনমক যীশু দমাস্কসতা লৈবগী পাউ শন্দোরক্নুনা পোলগী মনাকোং য়ৌথিরম্বা য়াই, মদুদগীসু হেন্না পাকশন্না তানরক্লম্বা য়াই, মরমসিনা যীশুনা রোমান সম্রাজ্যগী মনুংদা লৈবা সিরিয়াগী লমদা লৈবসি নজারেনগীদমক্তা অসুম লৈথবাসি থুদোংথিনিঙাই ওইরক্লম্লগনি।

# চেপ্তর তরুকওবা

# পাংতিংবা মতুং

# যীশুনা অমুক হন্না নোংপোক্লমদা চৎপা

পার্সিয়াগী অইবা ৱারীগী মতুংইন্না যীশুনা দমাস্কসতা লৈরিঙৈদা ইদেশা (ঙসিগী নুসাইবিন হায়বা সিরিয়াগা তর্কীগা লোন্নবা ঙমখৈদা লৈবা লম, খৃৎরেক্তা য়েংউ) গী মনাক্তা লৈবা নিসিবিস লৈবাক্কী নিংথৌদগী চিঠি অমা ফংলম্মী। নিংথৌনা যীশুবু নিসিবিসতা লাকপিনবা অদুগা মশাগী অনাববু লায়েংবীনবা হায়জরকই । যীশুনা তুংইনবা থোমাসবু মহাক্কু থুনা লাক্কনি হায়বা পাউগা লোয়নননা থাখি । মতুং ইকুই কুইদনা যীশুনা মমা পুদুনা চৎখি হায়নৈ । পার্সিয়াগী মায়চৌ ফকির মহম্মদনা মাগী লাইরিক "জামি-উত তৱারিক" তা ইরম্মী মদুদি যীশুনা মাগী লোযনবশিংগা লোয়নন্না নিসিবিসতা থুংবা মতমদা নিংথৌ অদু হান্ননা থোমাসনা লাযেংদুনা ফরম্লে । ইমাম অবু জাফর মুহম্মদনা মাগী ফাওরবা লাইরিক "তফসির-ইবন-ই জরিরঅত-তব্রী" দা ইরম্মী মদুদি যীশুনা নিসিবিসতা লৈবসি খুদোংথিরক্লম্মী. মহাক্না মীয়াম মাঙদা থোকপসি নজারেনগী পুন্সী ফাওবা মাঙবা যাবগী খুদোংথিবা ফাওবা লৈরম্মী ( ভোল্যুম ৩ লমাই ১৯৭) ।

লেহদা লৈরিঙৈদা ঐনা লুপ্লেমবর্গতগী ইথনোসোজিস্ট অমা থেংনরম্মী, মহাক্না চহী কয়া কুর্দিস উপজাতিশিংগা নোংপোক থংবা অনা তোলিয়াদা লৈমিন্নরম্মী । মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রম্মী মদুদি হৌজিক্কী নোংপোকথংবা তর্কীদা যীশুনা পাংতিংখ্রবা মতুংদা লৈরম্মী হায়দুনা ৱারী কয়া লেপ্তুনা লীনরি। হৌজিক ফাওবদা ৱারীশিং অসি কনামত্তনা পৃক্লীং চঙবা উৎত্রি ।

নিসিবিস থাদোক্লগা যীশুনা অৱাং নোংচুপ মায়কৈদা চৎলম্মী অমসুং থোমাসকী এপোক্রাইফেল এক্সতা লীরি মদুদি যীশুনা ইখঙ খঙহৌদনা নিংথৌ অন্দ্রপাগী দরবারদা রাজকুমারীগী লুহোংবগী উৎসবতা য়াওবা লাক্লম্মী । অন্দ্রপোলিস অসি পফ্লাগোনিয়া (ঙসিগী ইসকিলিপ, অনাতোলিয়াগী অৱাং ইথং থংবা) দনি অদুগা খৃষ্ট মমাঙ ৭শুবা চহিদগী রোমান, গলাতিয় প্রোভিন্সকী মনুং চন্না লৈবনি । পাখোন চৎপা থোমাস অমসুং যীশুনা অমুক হন্না লুহোংবগী উৎসব অদুদা উন্নখি, লাকপদি তোঙান তোঙান লাক্লখি ।

পথোনচৎপদু যীশুনা ইন্দিয়াদা চৎনবা থন্দোক্লম্মী । "অদুম ওইনমক মহাক্কা চৎপা শুম্লোই হায়দুনা য়ারমদে অমসুং মদুগী মথক্তা, "ঐনা হেব্রিউ ওইবা মরম্না চৎলগা অচুম্বদু কয়ন্না ইন্দিয়াদা শন্দোকলুগদগে?" কিগনু থোমাস, ইন্দিয়াদা চৎলু অদুগা ব্রাহ্মেশিংদু মফমদুদা শন্দোক্লু, মরমদি ঐগী বরনা নংগা লোয়নরি । অদুম ওইনমক মহাক্কা হায়বা ইন্দনা থুম্লম্মী, "ঐবু থানিংবা মফমদা হেক্তা থাবিয়ু, ঐ ইন্দিয়াদদি চৎচরোই" (এঃ থঃ ১বা লমাই ১০১) ।



Ruins of the king's palace in Nisibis Today Nusaybin, where the border between Turkey and Syria runs exactly across the historical site (see map)

এক্স ওফ থোমাসকী ব্রারী মতুংইন্না মতুংদা যীশুনা হায়বা ইন্দবা থোমাসপু ইন্দিয়াদগী লাকপা ললোনবা অববন্দা মিনায় ওইনা য়োনথোক্লম্মী, মহাক্তি নিংথৌ গুন্দাফোর (গোন্দা ফোরোস) না উশুবা মী থিরুনবা থারকপনি। অরিবা শেন য়েক্না থঙহনবদা নিংথৌ গুন্দাফোর অসি খৃষ্ট মতুং অহানবা চহিচাদা পার্থিয়া অমসুং ইন্দিযাদা পাল্লম্বনি । যীশুনা অববনগা দলিল অমা ইনরম্মী "লৈতেং শাদোক্তিংবা চান্দি পাউন্দ অহমগীবা" যীশুনা থোমাসপু অসুম্না তৌরবদি ইন্দিয়াদা শোয়দনা তোঙানবা পাম্বেসিনা য়ৌহনগনি হায়না লেপ্লম্মী ।

এক্ট ওফ থোমাস অসি এপোক্রাইফেল গোসপেল ওফ থোমাসকুন্না সিরিয়া লোন্দা ইরম্বনি অমসুং থোমাস মশামক মিসনরী ওইনা ইদেশাদা থবক তৌরম্বদু উবা ফংই, পাথোনচৎপনা থা ভারতকী মদ্রাজ মনাক্তা শিপ্রবা তুংদা মাগী শরুশিংদু মরিগুবা চহিচাদা ইদেশাদা অমুক হন্না পুরকখি ।

এক্ট ওফ থোমাস অমসুং এপোক্রাইফেল গোসপেল ওফ থোমাস অনিসি নকপবা মরী লৈনে । অনিমক য়াম্না কুপশিন্না অতৈদা ফংদবা ম্বারী কয়া য়াওবা লাইরিক্কি অমসুং অহুমগুবা চহিচা হৌগৎলকপদা মনিচিয়ানশিংনা শীজিন্নরম্বনি (মনি অসি খৃষ্ট মতুং চহি ২১৭ তা পোকপনি ) । গোসপেল ওফ থোমাস অসি ইহান হান্না হাইপোলাইত (রিফঃ ৭,২০) না মহাক্কী নাসানেস ওফ সিঃ ২৩ঃ এঃদিঃ হায়বসিদা পল্লম্বনি ।

পাথনচৎপগী মমিংসি "দিদাই মোস য়ুদাজ থোমাস" হায়বদি য়ুদাজ ফাইবোক হায়বনি (অরামেক ম্বাহৈদদি ফাইবোক হায়বসি তোমা হায়), অমসুং মসিনা মরুওইনা তাক্লিবদি যীশুগা য়াম্না নক্না মরী লৈনে হায়বনি । কোপতিক তেক্সতা ফাইবোক হায়বা ম্বাহৈসি তোয়না লোয়নবা মরুপ হায়না মহৎ শিজিল্লি। এক্ট ওফ থোমাস অসি থোমাসকা যীশুগা লৈনবা অথন্নবা মরীগী তেসতিমোনিনি। মহাক্না থাজবদা থোমাসনা যীশুগী খ্বাইদগী অরোনবা খত্নবা খুদোংচাবা ফংলম্মী। এক্ট ওফ থোমাসকী পন্দুপ ৩৯দা পাথোন চৎপনা অথন্নবা মিংথোল অমা ফং ই "খৃষ্টকী মচীনমনাউ ফাইবোক, খৃষ্টকী অরোনবা লৌশিংদা শরুক য়ামিন্নবা অথোইবা পাথোনচৎপা, মহাক্কী অথুপ্পা য়াথং ফংবা" । অতোপ্পা ম্বাহৈগী মিংগৌদনা "পুন্সিবু পীবিবা মহাক্কী অরোনবা ম্বাহৈদা শরুক য়ামিন্নবা নঙনি অমসুং নহাক ইশ্বরগী মচানুপাগী অথুপ্পা অঙকপশিংবু খঙবনি ।" থোমাস অসি অসুন্না যীশুগী অরোনবা খঙবনি ( = নজারেন, পেজ ৯৪ দা য়েংউ), খ্বাইদগী অরোনবা অতৈনা ফংঙমদবা ম্বাহৈশিং মঙোন্দদি ফোংদোকই । গোসপেল ওফ থোমাসতনা (নাগ হমাদিনা ফংখিবা অমদা ) মথাগী অসুন্না ইরম্মী ঃ "যীশুনা তুংইনবশিংদা হায়রকই "ঐবু কনাগুম্বগা চাংদন্নৌ অদুগা ঐঙোন্দা কনাগা মান্নৈ হায়ু : সিমোন পিতরনা মাঙোন্দা হায়, নংদি অশেংবা স্বর্গদূত মাল্লি, মেথিউনা অমুক হায় নহাক্তি শিংলবা ফিলোসোফর অমা মাল্লি। থোমাসনা মঙোন্দা হায়, গুরু ঐগী চীনসি পীকমনবনা নহাকপু কনাগা মান্নবগে হায়বা ঙমজদে । যীশুনা হায়রকই, "ঐদি নংগী ইবুঙো নত্তে মরমদি নং য়ু হেন্না ঙাওরে, নংদি ঐনা ওল্লগা পীব্বা বসন্তগী মরীকশিংনা ঙাওহল্লে । অমসুং মহাক্না মহাকপু পুথোক্লে অদুগা ম্বা অসুম শিন্নরে থোমাসনা মাগী

লোয়নবাশিংগী মনাক্তা হল্লকপা কান্দা মখোয়না হংখি, যীশুনা নঙোন্দা করি হায়বগে ? খোমাসনা মখোয়দা হায়, ইবুঙোনা ঐঙোন্দা হায়বা ব্রাদুগী মনুংদা অমত্তং ঐনা নখোয়দা হায়দোক্লুরবদি, নখোয়না নুঙ থাঙ্গৎতুনা ঐঙোন্দা থাগনি, নুঙদগী মৈ অমা থোরক্কনি অদুগা নখোয়বু চাকহনগনি । ( II - ২, লোগিওন ১৩) । খোমাসনা তশেংনা ব্রাবদগী ব্রাংলবা ব্রাখলগী মঙাল অমা ফংলম্মী অমসুং থৃষ্টগা হাইফেৎ মান্নবগুম লৈরম্মী ।

পাখন চৎপশিংনা ধর্ম্মদা নৌনা লাইমিং লৌহনবা মীশিংগী মতাংসি অচৌবা থৌদাং অমা ওইনা একস ওফ খোমাসতা পল্লী । ঐখোয়না লাইমিংলৌবগী উৎসব মপূংফানা পাঙথোকপগী মতাং হন্না হন্না থেংনৈ । লাইমিং লৌবসি থাউ নোইবা অদুগা শেংদোকপগী চাকলেন চাবদা অরোইবা ওইহল্লি । অশেংবা থৌরমদু তনখক্ত চায় অমসুং চলিস (মহি হাপ্পবা পাত্র) দা ঈশিংথক্তা হাপকনি । এক্স ওফ খোমাসকী অনিশুবা শরুক্তা, মিসদাই হায়বা ইন্দিয়াগী নিংথৌনা ইরম্মী মদুদি থাউ, ঈশিং অমসুং তন্না পাখোনচৎপগী যাদুগী শরুক অমা ওই । লাইমিং লৌরবা মীদুবু ঈশ্বরগী মনাই নত্রগা মনাইনুবী কৌরম্মী, অদুগা ইশ্বরদগী পাঙ্গল ফংলবনি হায়রম্মী অমসুং লাইনিং কাংলূপকী মেম্বর অমা ওইরবনি লৌরম্মী ।

অসুন্না খোমাসকী ব্রারীসি অতোম্পা অর্থদা লৌবসু য়াই যীশুনা খোমাসপু মীনাই ওইনা অব্বন (অব্বা = ইবা)দা য়োম্নোকখি । লাইমিং লৌবদু অচন্না ইসেন ওরদরগী মেম্বরদগী নজারেন ওইরকপগী হেন্না ব্রাংবা থাক্তা পুখৎনবা লাইমিং লৌবগী থাউ কোকথক্তগী হৈথরগা ফি থোংদবা হকচাংদা চাচন্দনগা লোয়ননা নোইবগী থবক তৌরম্বা য়াই ।

নজারেন লোইনমক লায়না অমদা অমবু ওইরবোই নীংবা য়াবা লৈ, মরমদি মখোয় লোইনমক ফিঙৌ অচোনবী লীংলি, মখোয়গী থদাং কোই অমসুং শমথাক লোইনমক চপ মান্নে । মরম অদুনা 'ফাইবোক' হায়বা ব্রাহৈ শীজিন্নবসি খোমাসতা পানশিনবদা ইচম চন্না মখোয় অনিগী মান্নবশিংদুদা হায়নবা ব্রাহৈ ওইনা শীজিন্নরম্বসু য়াই । এক্স ওফ খোমাসতা মশক লান্না লৌবগী ব্রারিসি ফাগি মানবা অশোয়বনি, মরমদি খোমাস অসি যীশুদগী চহি তরা নৌরিবা নহানি ।

মমাঙদা হান্না পনথ্রবা লুহোংবগী অহিংদা নিংথৌ অন্দ্রপানা পাখোনচৎপা খোমাসপু লুহোংবগী মীয়াম তিন্ফমদা উরম্মী, মরমদি মহাক্লা

নৌনা লুহোংলকপা মতে মনাউবু লাইমিং লৌগদৌরি । থোমাসনা মতে মনাউগা পুন্না পার্থনা তৌরবা মতুংদা লুহোংফমগী মীয়ামদু মফমদু থাদোক্তুনা চৎনখিরম্মী। "মীপুম্বা থোকখ্রবদা থোং অদু থিংজিল্লে, বোর অদুনা লুহোংফম য়ুখন হায়দোক্লগা কৈন্যা উন্নবা চঙলকই । মতাংদুদা মহাক্লা প্রভু যীশুবু কৈন্যাদুদা ব্বা ঙাঙদুনা লৈবা উরম্মী, মানা হৌজিক্তা মখোয়দা বর পীরম্লগা চৎখিবদা ঙায়রিবা যুদাজ থোমাস ওইরবোই নিংলম্মী । বরনা যীশুদা হায়রকই, 'নংহাক চৎপিদ্রবরা ? মতৌ করন্না নহাক হন্না চঙলক্লিবনো ? মদুদা ইবুঙোনা খুম্লকই : ঐ থোমাস কৌবা যুদাজতু নত্তে, ঐ মাগী ময়াম্বনি অদুগা ইবুঙোনা ফমুং মথক্তা ফমথবে, মখোয়বুসু চৌকীদা ফম্ননবা য়াথং পীবিরম্মি, অদুগী তুংদা মখোযদা মখা তারক্লম্মী, "কাউগনু অঙাংশা নখোযদা ইনাউনুপানা হায়খিবশিংদু অমসুং নখোয়দা তাক্লম্বশিংদু " (এঃ থোঃ ৮,১১) । চপমান্নবা ব্বারী অমসু থোমাসকা হেক্ল নুপী অমগা, নুপীদুনা লুহোংবগী উৎসবতা বাশি খোংলিংঙেদা থেংনবগী মতাং থেংনৈ ।

ইজরেল মচাশিং অসি অহানবা লোইথাবা মতমদগী মখোয়গী খুনশিং নোংপোক মনাক্কী লমশিং থুংনা চাইথোক্তুনা লৈরক্লম্মী । ঐখোয়না লামশিনবা



Ruins of the king's palace in Andrapa
(Today Iskilip in Turkey see map)

ঙম্মী মদুদি যীশুনা নোংপোক্লোমদা চৎপা মতমদা মতমলৈবা খিবিক্তা লাপ্পা লৈখ্রবা ইজরেলগী চারোনশিংগী মনাক্তা নত্রগা ইজেরলমচাশিংবু পাংবিবশিংদগী চঙজফম কংলম্মী । পার্থিয়াদা (ঙসিগী ইরাক অমসুং ইরান) ইসথরগী লাইরিক্তা ইরম্বা মতুং ইন্না ইজরেল মচাগী খুন য়ান্না লৈরম্মী ।

ইজেরেলাইত লিগনা মতুংদা ত্রাজানগী লান্দারকপদা (খৃঃ মতুং ১১৫) কন্না লাম্থেংনদুনা খিংলম্মী । অরিবা সিল্ক রোডকী মপান মপান্দা যীশু নত্রগা মেরীগী মমিংদা মখোয়না পন্দুনা লৈরম্বা মফমশিংদু মমিং খোনখি । খুদম ওইনা হায়রবদা ইফেসোসকী মনাক্তা ঙসিগী তর্কীগী নোংপোকথংবা সমুদ্র খোঙবান্দা " মেরীগী ময়ুম" হায়ব মফম অমা লৈ, লংফৈ চৎপশিংদুনা নোংপোক্লমগীদমক হি তোংদ্রিঙৈদা মফমদুদা পল্লম্বা য়াই । তোঙান তোঙানবা খ্বারীদগী খোমজিনবদা ফংই মদুদি যীশুনা নোংচুপ্লোমদসু অরাম্পা মফম ফাওবা মহাক্কী মিসন থাদুনা মীয়াম পুনশিন্দুনা ধর্ম্ম পাউতাকশিং শন্দোকহনখি মদু ফ্রান্স অমসুং ইংলেণ্ডফাওবদা য়ৌরম্মী ।

খুদম কয়ানা উৎলি মদুদি যীশুনা পার্সিয়াদা লৈরম্মী । যীশুগী মমিং, মিংথোল অমসুং শিন্নম অসি লৈবাক অমদগী লৈবাক অমদা অমসুং লোন অমদগী লোন অমদা হোংই, মসি মফম মফমগী ফিভম অমসুং চৎন লোনচৎনা ওইহনবনি । যীশুনা মতম শাংনা লৈরম্বা মফমশিংদুগী মমিংশিং ঙসিফাওবা চহি কয়া ঙাক্নুনা থল্লক্লি । পুন্নমক্লিদা, যীশুবু পাং তিংখিবা অদুদগী মহাকনা মহাক্কী খোংবুগা ইন্দিয়াগী কাশ্মীরদা থুংলবসি চহি তরাতরুক হেন্না হৌখ্রে । মতম অসিদদি যীশুসু মমিং "য়ুজ আসফ" হায়না খঙ্গরে । মিং অসিগী অর্থদি "ফর্হাং-এসাফিয়া" (ভোল্যম-১) দা খ্বারীগী মতুংইন্না লাকপা উগনি, মসিদা পাউদম্মী মদুদি যীশু (হজরত ইসা) না কুষ্ঠি থুংবা থরবু ফহল্লি, মখোয়দুবু "আসফ" - শেংদোক্লবা মখোয়গী অবাবা কোক্লবা হায়না কৌরম্মী। "য়ুজ" হায়বদি লুচিংবা হায়বনি, মরমসিনা য়ুজ আসফ হায়বদি "লাইনা কোক্লবগী লুচিংবা" হায়বনি অমসুং মসি যীশুগী তোইনা কৌনবা মিং ওইরক্লম্মী। নাকন অমরোমদা যীশুগী খোংচৎশি মালেমগী শেংদবা থৱায়বু শেংহন্নবা, পুন্নমকপু অচুম্বা থাজবদা চৎহন্নবা ওইবনা খোনখিবসু ওইবা য়াই। অনৌবা মিং অসি শীজিন্নরগা যীশুনা খু দোংখিবা অমত্তা লৈতনা, মাবু ওৎনৈবশিংদগী লায়না নাম্থোক্নুনা চৎপা ঙল্লম্মী । মসিগী মথক্তা পার্সিয়াগী পুরোহিতনা মখোয়গী লমদা মমাঙদা মখোয় মশেন ইহান হান্না খেংনখিবদু কাউরমদবা য়াই (লমাই ১৮ দা য়েংউ) । মশাগী অতাবী ওইনা প্রোফেত অদুনা লৈবাক

অদুবু নোংচুপ্লোমদগী চঙ্খক্লম্মী অমসুং য়ুজ আসফকী সরমোন পীবদা যীশু খৃষ্টকী সরমোনগা থেন্নবা অমত্তা লৈরমদে । যীশুসি 'মশাং' দা লৈরম্মী হায়নৈ, মফমদুদা মহাক্কা নোঙ্গাগী মচানুপা শেমগী মোংফমদা চৎখি (জমিউফ-তৱারিক ভোল্যুম ২) । ৱারী কয়াদগী লৌবদা য়ুজ আসফনা পার্সিয়া (ইরান) শীন্নখুংনা ধর্ম্মশন্দোকলম্মী অমসুং মশিং য়াম্না মাবু থাজবা মীশিং মাঙোন্দা লাইমিং লৌরম্মী। য়াম্না কুপথবা ৱারীশিংদগী (শন্না হায়রবদা অঘা মুস্তাফাগী "অহৱালি অহল্যাউ-ই-পরস) চপচানা তাকই মদুদি য়ুজ আসফ অমসুং যীশু মী অমত্তনি অমসুং মসা অমত্তনি । ইন্দিয়াগী নিংথৌরেল অকবরগী দরবার-কবি না যীশুবু ঐ কি নাম-ই-তোঃ য়ুজ ও কৃষ্টো হাযবদি "নহাক্কী নমিংদি য়ুজ নত্রগা খৃষ্ট কৌবনি" হায়না তাক্লম্মী । গ্রীক্কী ম'মিং 'ক্রেস তোজ' হায়বসি নোংচুপ্লমদা মসিগী মওংসি মওল কযা ওনখ্রবসু, যুজ আসফ হায়বা মিংসিদি মওং কায়দনা মশাগী হান্নগী অশেংবা মওংদা লেঙদনা চহিচা কয়া লৈরক্লে । যীশুনা লাক্লম্বা অমদি ধর্ম্ম শন্দোক্লম্বা মফমগী মরী লৈনবশিংগী মনুংদা আফগানিস্তান অমসুং পাকিস্তান্দসু মায়ওনখি । নোংপোক আফগনিস্তান্দা ঘজনি অমসুং জলালবাদ কী মনাক্তা তম্পাক অনিখক প্রোফেত য়ুজ আসফকী মমিংদা থোল্লি । থৌদোক্কী মতুং ইন্না যীশুনা মফমসিদা তশেংনমক লৈরম্বনি।

এক্স ওফ থোমাসনা পাউদম্বদা যীশু অমসুং থোমাসনা তক্সিলা (হৌজিক্কা পাকিস্তান্দা লৈবা) দা নিংথৌ গুন্দাফোরনা পাল্লিঙৈদা লৈরম্বগী মতাং পল্লী । থোমাস অসি নিংথৌনা অচৌবা কোনুং অমা শানবা থৌদাং পীরমমী, অদুবু পাথোনচৎপনা শেনশিংদু লাইরবশিংদা য়েন্থোক্লম্মী । থোমাসনা যীশুনা অফবা থবক অসি তৌবা ফংনবা খুদোংচাবা পীবিবগীদমক মথাগী ৱাহৈশিসি হায়দুনা থাগৎখি : *"ঐনা নংবু থাগৎচরি হে ইবুঙো মায়কৈ খুদিংদগী, শিদ্রিঙৈ মতম থরসিদা । মসুম তৌহনবীয়ু ঐ অসি নঙোন্দা লোম্বা নাইদনা হিংসনু অমসুং ঐবু য়োনবীবগীদমক, মদুনা মীয়াম অমা ঐনা মরম ওইরগা অৱাবা কোক্লবা"। মহাক্কা তম্বীবা লেপ্লমদে অমসুং খুদোংথীবা নংবা মীদা ঈংথহনবীরম্মী, হায়রম্মী "ইবুঙোনা মসি নংগীদমক পীরবনি অদুগা মীপুম্ববু য়োকথাকপিনবা লেম্পিরবনি । মরমদি মহাক মমা মপা লৈত্রবা অঙাংশিংবু থাকপিগনি, অমসুং লুখ্রাবীশিংগী অৱাৎপা মেনবীবনি অমসুং অৱাবা লৌথোকপিদুনা শান্তি লৈহনবীবনি"* (এঃ থোমঃ ১৯) ।

নিংথৌদু অরোইবদা লাইমিং লৌরম্মী অমসুং মমৈদা স্বর্গদা "কোনুং অমা ফংলে" । গুন্দাফোর অমসুং মনাউনুপা গাডপু থোমাসনা লাইমিং




The path Jesus took to India

লৌরম্মী। মখোই ঈশিংদা বাপ্তাইজ তৌবা ওইনা উৎলি, থাউ নোইরগা অমসুং চাকলেন চারগা মখোয় প্রভুগী শীংলূপকী য়াউ ওইরম্মী । "মরমদি ঐখোয়না তাপ্পে মদুদি নখোয়না নীংবা ইশ্বরনা মাগী য়াউবু মখোয়গী মার্কনা খঙবা ঙম্মী" লাইমিং লৌবগী থৌরমদা যীশু মশামক লাক্লম্মী, মখোয়দা হায়রম্মী "ইচিন ইনাউশা নখোয় ইংথবা ফংজরো" ।

বারী মখা চখথি "মহাক্না (থোমাসনা) মখোয়বু বর পীরগা মহাক্না তল, থাউ, মনামশিং অমসুং থুম লৌরম্মী । পার্থনা তৌবীরগা মদু মখোয়দা পীজরম্মী। মহাক মশাদি মখা তানা চরা হেল্লম্মী মরমদি নোংঙাল্লকপদগী প্রভুগী নুমিৎ চঞ্লম্মী" ।

যীশুনা তোইনা হল্লক্লবসু নিংথৌদুগী দরবারদা লেংদনা লৈরমদবা য়াই । ওইনিংবা ওইরবসু ঙাইদুনা লৈরিবা থোমাসকী মনাক্তা থংনবা নুমিৎকী নুমিদাংদা মহাক লাকপিদুনা হায় থোমাস, ঙন্না হৌগৎলু, মীশিংবু বর পীয়ু অদুগা হায়জবা অমসুং থৌরম লোইরগা নোংপোক লোমদা লম্বী তুংইন্না মাইল অনি চৎলু অদুগা মফমদুদা ঐগী মীংচৎ নঙোন্দা উহনগে । মরমদি মীয়ামনা ঐঙোন্দা চঙজগনি, নংবু তৌরুনবা থারীবা থবক অদুগীদমক, অদুগা নহাক্না য়েক্লবগী মচত্ অমসুং পাঙ্গনবু মীয়ামদা হায়গদবনি " । যীশুনা তাকপা মফমদুদা পাখনচৎপনা শিরবা মানবা নুপামচা অমা ফংলে, মহাকপু লৈরম্বা মীয়াম মমাঙদা হিঙ্গৎহলে । নহাদুনা জ্ঞান তারক্লগা থোমাসতা মহাক্না যীশু উই হায়না পাউ তমলে । "মরমদি ঐনা মীদু উই, নংগী নরুমদা লেপ্লি অমসুং নঙোন্দা হায় ঐনা অঙকপা থবক কয়া নংগী খুৎথাংদা উৎকদবা লৈ অমসুং ঐগী চাউরবা থবক কয়া নংগী খুৎথাংদা পাঙথোকদবা লৈ . . .. .."।

নোংপোক্লমদা ওন্না চৎপগী লম্বীদা মথংগী লংজিন্দা তকসিলাগী নোংপোক্তা কিলোমিটর হুমদ্রা লাপ্লা চৎলগা লৈ । অপিকপা তাউন অদু মরি কোই । অপিকপা তাউন অসি খুঙ্গংগী লমওইনা তৌবা চীংগী লম্কোইফম অমনি, ইংলিস লোন্দা মুরিস কৌই । মফম অসিদা কাশ্মীরগা তাইনবদা মোংফম অমা ঙাকশেন্দুনা অমদি ইকাই খুম্ননা নিংশিংবা থোত্ত্রুবা মতমদগী থম্লক্লি, মাই মেরী অস্থান কৌই অর্থদি "ইমা মেরীগী অরোইবা পোথাফম" হায়বনি ।

যীশুনা মাগী খুৎপুগা মফমসি য়ৌরকপদা মমাগী চহি হুম্ফুতরা হেল্লম্লগনি অমসুং অশাংবা খোঙচৎনা বাহল্লমগনি । মেরীগী মোংফমগী লীথুন

মালেমগী মফম কৈদসু ফংদবা মরম্না (খৃষ্টানগী চৎনবীদা যীশুগী মমাদি স্বর্গদা কাপ্লে হায়, স্বর্গ হায়রবসি কাশ্মীরবুসু খংনবা য়াই, কাশ্মীর হেভন ওফ আর্থ) মসি থাজনিঙাই ওই মদুদি মেরী মফমসিদা ফুমখি । যীশুনা মাগী হকচাংগী মমাবু মপাম্লোংদা য়াম্না মরী নক্লবা উৎত্রগসু, মহাক্লা মমাবু ঙাকশেনবা য়াওদনা য়েক্লবগী লমদা হন্দোক্লম্বা পাম্লম্লোই । লৌশিনবা য়াবা মওং অমদি মোংফমসিগী মায়োনসিনি, ইসলামগী মোংফমগী ওন্ন তৈনবদা হায়বদি অন্নাংদগী মথাদা ওল্লি, মেরিগী মোংফমদি নোংপোক্তগী নোংচুপ্তা ওল্লি ( মসিদি য়িহুদিগী চৎনবী মায়োল্লি) । মসি ঙমথে ময়ামক্তা লৈ । খৃষ্টকী মতমদা মরিগী অকোয়বা লমদু হিন্দু নিংথৌগী মথাদা লৈরম্মী । হিন্দুশিংদি শিরগা মৈ থাই, উৎতু চাইখায়, অদুনা ফুম্বগী মোংফমগী কান্নবা লৈতে, মরম অসিদগী মোংফমদু হিন্দু নত্রগা ইস্লামগী ওইদে । অদুম ওইনমক অরিবা মোংফমদু ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা যীশুগী মমাগী অরোইবা পোথফমদুবু ইসলামশিংনা ঙাক্লি মরমদি যীশু (ইসা) অসিসু ইসলামগী থাজনবীদা ব্রাংথোইরবা প্রোফেৎ অমনি লৌনৈ ।



The tomb of Mary, mother of Jesus, in Mari/Pakistan

খৃষ্ট মতুং ৭শুবা চহিচাদা অন্নাং ইন্দিয়াদা ইসলাম গুম্মোকপদা. ফেনাতিক লানঙম্বশিংনা মথোয়গী ধর্ম্ম য়াদবা কাংবুগী অরিবা পোৎ পুন্নমক মাঙহল্লম্লে । মেরীগী মোংফমদুগী তোঙানবা মওং মতৌ য়েংলগা মুসলমানশিংনা

খুম্নমগনি মদুদি মোংফম অদু ''ইশ্বরগী লাইরিক্তা চনখ্রবা মীগী'' অরিবা লেমহৌখাক্লি, খৃষ্টান নত্রগা ইজরেলাইত ৺ই ।নি, মদুদগী মদুবু খাক্লম্বনি অমসুং ইকাই খুম্ননা তৌরম্বনি।

ইং ১৮৯৮ দা বৃতিশ কোলোনিয়েল আর্মিনা মোনুমেন্ট মনাক্তা দিফেন্স তব্রার অমা খুদক্তা শাগৎলম্মী । মসিনা মরম ওইদুনা তীর্থযাত্রিক কয়া খুরুম্বা চঙবা য়াহল্লমদে । ইং ১৯১৭ তা মোংফমদুগী অকোয়বদা শরুক খর কেপ্তেন রিচার্ডসনগী হুকুমদা থুগায়খি, মনমদি যাত্রিকশিংনা মিলিতরি জোন্দগী লাপ্না লৈননবনি । অকোযবগী মীযাম হৌবক্তুনা লাউনরকপদগী মফমদুগী তাবা ফম্নাইবশিংনা খুত্ থিংজিল্লর্কখি অমসুং লমদু পুবশিংনা নিংশিং ফুরা অদু পুম্মাং মাঙগদবদগী কল্লম্মী । মেবীগী মোংফমগী মতাংদা থোকখিবা থৌদোক্তুগী মরী মখোং আর্কাইভগী লোকেল এডমিনিস্ত্রেসন তাং ৩০ জুলাই, ১৯১৭ তা উবা ফংগনি । ই° ১৯৫০দা মোংফমদু শেমজিল্লে । পাকিস্তিনগী ওফিসিয়েল ঙমখৈনি হায়না সকখঙলবা ৺ংদা দিফেন্স তাব্রার অদু লৌথোক্লম্মী। মদুগী মহুৎতা মোংফমগী নাকন্দা তেলিভিজন ষ্টেসনগী এন্তেনা তিংশিল্লম্মী ।

ঙসিদি কিলোমিটব ১৭০ শাংবা মরিদগী কাশ্মীরগী কোনুং শ্রীনগর য়ৌবা লম্বী উ-হৌবা চীংগী দৃশ্য ফাওদুনা শেল্লে । শ্রীনগরদগী চাউরাক্তা কিলোমিটর ৪০ খারোমদা চৎলগা নাউগমগা নিলমার্গকা খুঙ্গং অনিগী মরক্তা য়ুজমার্গ হায়বদি ''যীশুগী লম্পাক'' হায়বা পাক্লবা লৈতেম মান্নবা লম অদু থেংনগনি । মফর্মসিদা বনি-ইজরেল হায়বদি ''ইজরেলগী চারোল'' না মফমদুদা খৃষ্ট মমাঙগী চহি ৭২২ দগী খুন্দাদুনা লৈরক্লে অমসুং য়াউশেনবা ওইনা ঙসিসু লৈরি, মখোয়না যীশুনা মফমদুদা ধর্ম্ম শন্দোক্লম্মী হায়না ঙসিফাওবা ব্রারী লীনরি ।

এক্স ওফ থোমাসনা পাউদম্বগী মতুংইন্না পাথোন চৎপা থোমাসনা খা-ভারতকী নিংথৌ মিসদাইগী দরবাবদা মিসনরী অমা ওইনা মতৌ করম্না লৈরম্বা হায়বদুগী ব্রারী পল্লি, মফমদুদা মহাক্লা মতুংইনবা য়ান্না ফংলম্মী অমসুং মী য়াম্না লাইমিং লৌরম্মী । মমৈদা মহাক পামদবশিংগী মথুৎতা তারম্মী অমসুং সহিদ ওইবগী লাইবক অদু ফংলম্মী । মারকো পোলোনা নোংপোক্লমদা চহি কুনমঙা লৈরুরগা ইউবোপ্তা হল্লক্লবা মতুংদা ইং ১২৯৫দা মহাক্লা নোংচুপ্লমদা পাউ তল্লম্মী মদুদি মশিং যাম্বা পাথোনচৎপা থোমাস লাৎপা খৃষ্টান কযামুক খা ভাবতকী নোংপোকথংবা তোর্বান্দা লৈ । (ঐখোয়না

হান্না পনখিবা পাখোনচৎপা থোমাসকী শরুক ইসেশাদা হান্না পুন্ত্রবসু খা ভারতকী মাদ্রাজ মনাক্তা লৈবা মিলাপুরদা মহাক্কী অহাংবা মোংফমদুবু ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা লাৎনরি ) । মারকোপোলোগী মতুং ইন্না "থোমাস খৃষ্টানশিংনা সহিদকী ঈনা চুশল্লবা অঙাংবা লৈবাক অমা অনাবা লায়েংবদা শীজিন্নরি । খা ভারতকী নোংচুপথংবা তোর্বান্দসু খৃষ্টানশিং লৈ (হৌজিক্কী কেরেলাগী মালাবর খোঙবান) । অচৌবা লমকোইবা অসিগী ব্বারীদা খৃষ্টানীতি অসি মফমদুদা য়ান্না শাংনা লৈরক্লে ।

ইন্দিয়াদা খৃষ্টান লৈবগী শাক্কি অসি হেন্না ঙনবা রেকোর্ড লৈ । তর্তুলিয়ান হায়বসিনা খৃষ্টান শন্দোক্লুনা লৈবা লমশিং মথং মনাউ শেম্বদা ইন্দিয়া য়াওরম্মী । ইফ্রায়েম (খৃঃ মতুং ৩০৫-৩৭৩) না থোমাসকী ইন্দিয়াদা ধর্ম্ম শন্দোকপগী ব্বারী ইরম্মী অমসুং অনোরবিয়স (খৃঃ মতুং ৩০৫) নসু ইন্দিয়াবু খৃষ্টান ব্বাখল্লোন শন্দোকপা লমনি হায়দুনা চনশিল্লম্মি । মী অমা "বিসোপ যোহন ওফ ওল পার্সিয়া এণ্ড গ্রেটর ইন্দিয়া" হায়না মিংথোন্দুনা ওমিনস কাউন্সিস ওফ নিকাদা শরুক য়াখি ।

ইং ১৯০০ দা ইংলিস মেগাজিন অমদা অতেনবা আর্তিকল অমা হাপখি, মদু লাইনিং লাম্বীগী শিন্ফমদা লৈবা পুম্বদা পুক্লীং চঙবীনবা অপিল তৌখি । মসিনা পাউদমখি মদুদি ফাতেহপুর শিক্রি (দেলিগী খাদা কিমি ১৭৫ চৎলগা লৈবা অমসুং আগ্রাদগীনা কিমি ২৫ লাপ্না লৈবা) হায়বা ইন্দিয়াগী তেক কায়রবা সহর অসিদা নোংচুপ ইউরোপ্লোমদা শুপথং খংনদ্রীবা যীশুনা হায়রম্বা ব্বা অমা অরিবা ফক্লাংদা হক্লম্বা থেংনরে । ফাতেহপুর শিক্রি অসি মতম তেন্না ব্বাৎত পাদনা পানখিবা ইন্দিয়াগী মুগোল নিংথৌরেল আকবর দি গ্রেট (১৫৮২-১৬০৫) না সহরসিবু নৌনা শাগৎলম্বনি । সহর অদু চহি থরগী তুংদা মী তাখিদ্রে । ইং ১৬০১ গী মে খাদা নিংথৌরেলনা মায়পাক্লা সহরসিদা চঙখি অমসুং মোক্কী খাথংবা হোজঙ (বুলগুদররাজা) দা ধর্ম্ম পাউজেল হকহনখি । ইং ১৫৮২দা অকবরনা ব্বাখন পরিং চুম্বা ঈশ্বর অমখক্তা লৈবা ধর্ম্ম অমা লাউথোকখি । মসিদা মতমগা চুনবা অমসুং অমত্তা ওইবা য়াবা (দিন ইলাহি) ইন্দিয়াগী ধর্ম্ম মখল য়ান্না লৈবা মরক্তা পুখৎনবা হোৎনখি । মহাক্লা পূকচেল শেংনা হিন্দুগী, পার্সিয়াগী, জৈনিজম ধর্ম্মবুসু খৃৎশল্লনবা হোৎলখি, মহাকপু মাগী দরবারদা লৈবা যীশুনিংবা পোর্তুগিজ অমনা ব্বাপাউশিং তম্বীহল্লম্মী । মহাক্কী থৌরাং মচেৎ মচেৎ খায়দোক্লুনা লৈরিবসি অমৎতা ওইবা ধর্ম্মময়ামগী অফবশিংদু লোয়না য়াওহল্লগা মসিবু অমৎতা ওয়বা অচুম্বনি হায়না লৌহনবনি । আকবরনা যীশুগী হায়রম্বা

অতম্না খনগৎলম্বা য়াই মরমদি মসিনা মানা খল্লিবা ৱাখল্লোন্দুগী খ্বাইদগী ফবা পাউজেলনি থাজরম্বা য়াই, অদু নত্রবদি মহাক্না মসিবু অসুক মরুওইনা লৌখৎনিঙাই লৈতে । মোঙ্ককী লম্মাং খাদোক্তুনা হোজঙ ফাওদুনা চঙবদা খুনুবোনশাবা অচৌবা চঙফমগী ওইথংবা নাকন্দা ঐথোয়না হক্লিবদু পাবা ফংগনি, মথাদনা খৌদোক্তু পাঙথোকপগী ৱারোল অমসুং তারিখ ই / *১- যীশু (মহাক শান্তী ওইসনু) না হায়খি মালেমসি থোং অমনি, মসি লাম্বোকউ অদুগা মসিগী মথক্তা য়ুম্লিংগনু ? ২- অনিশুবা খুৎহক্না খুনুবোন শাবা চংফমগী মোঙ্ককী অৱাংথংবা নাকন (লিৱান) দা পাউজেল অদু থরদং মওং খেন্ননা পীরি* "যীশু (মহাক শান্তি লৈসনু) না হায়খি . মালেমসি নাপনগী ময়ুম্নি, মসিবু ৱার্নিং ওইনা লৌ অমসুং মসিদা খুন্দাগনু" ।

ওইবা য়াবদা পোর্তুগিজ মিসনরিশিংনা আকবরদা অগ্রফা (গ্রীক = যীশুনা হায়খ্রনি হায়বা 'অদুগা বাইবলদদি য়াওদবা পাউতাক) অদু হায়রমদবা য়াই, মরমদি মথোয়শিং অদু খৃষ্টানগী ৱারী নতাং অমত্তদা ফংদে । যীশুগী



**The so-call Agraphon, engraved into the wall of the palace of Akbar in Fatehpur Sikri.**

পুন্সী শুগাইনা যোশুইত জেরোম সোভিয়রদা আকবরগীদমক ইরম্বদুদা পাউতাক অনিমকসি য়াওদে । মসি অসুন্না ওইখোকপা য়াই মদুদি অগ্রফাদু ঙল্লিঁঙেগী থোমাস খৃষ্টান্দগী লাকপা ওইগনি । হায়রম্বা ব্বা অনিদুগী মওং চপ মান্নে, মদু মতুংগী ইসলামিক লাইরিকশিংদা থেংনৈ, মরমসিনা নোংপোক্লম নৈনবশিংনা লৌনৈ মদুদি হায়রম্বা ব্বা অদু ইসলামগী খুথাংদা ইন্দিয়া য়ৌরকপা ওইগনি । অদুবু হায়রিবা ব্বা অসিদি চুমদে মরমদি হায়রল্লিবা ব্বা অসিগা ঙল্লিঁঙেগী এপোক্রাইফেল গোসপেল ওফ থোমাসকী যীশুগী পাউতাক ব্বারীগা তরং তরংনা নক্কবা লৈ, হায়রিবা মওং অনিমক্কী মওং মদুদা য়াওদুনা লৈ । থোমাসনা ইরম্বা ব্বাপাউ অসি হৌজিক্তি মপুম ওইনা লৌবা য়ারে, মসিবু ইং ১৯৪৫ দা হরাউনিঙাই ওইনা নাগ হমাদিনা ফংখিবসি থাগৎনিঙাইনি । ব্বাপাউ অসি সিনোপতিক গোসপেলগা মরী লৈননা ইদে তৌইশুম্বসুং যীশুগী হায়রম্বা ব্বা ১১৪ থোমজিন্দুনা নিংখা তন্না ই । অয়ামবা পাউতাক ব্বারিশিং চপমান্নবা মওংদা "যীশুনা হায়রম্মী" হায়না হৌদুনা ই । থোমজিন্দুনা ইবসি মওং অসুন্না পুশিল্লকই, "মখোয়শিং অসি অরোনবা হায়রম্বশিংদুনি, মসিদা অহিং যীশুনা ঙাংবিখি অদুগা দিডাইমোস যুদাজ থোমাসনা ইশিনখি । অমসুং মহাক্না হায়রম্মী, "হায়রম্বা ব্বাশিং অসিগী অর্থ খঙজরবা মহাক্নুনা থক শিরোই" ।

পাখোনচৎপা থোমাসনা ইন্দিয়াদা লৈরম্মী হায়না প্রামান পীনিঙাই লৈত্রফাওবদা, মহমদন শিংনা লৈবাক অদুদা লান্দাদ্রিঁঙে য়াম্না ব্বাংলিঁঙেদা ইন্দিয়া শীম্বুংনা মিসনরিগী থবক তৌরে হায়বগী শাক্তি কয়ামুক লৈ । মেথিউগী অরামেক লোন্দা ইবা ব্বাপাউ মতুং ইন্না (মসি খৃষ্টা মতুং চহি ১৮০ দা ইবা ওইগনি), অসুন্না ইরম্মী মদুদি ইন্দিয়া মচাশিংদা ধর্ম্ম শন্দোক্লুনবা পেন্টেন্স ওফ আলেকজেন্দ্রিয়ানা ঈশিংগী খোঙচৎ চৎখি ।

ক্রোনিকল ওফ শির ( I- ৮,২৫) না পাউদম্মী মদুদি বাসরাগী বিসোপ দেভিদ (খৃঃ মতুং ৩১৬ তা শিথিবা মেক্রোপোলাইত পাপাগী হৌমিন্নবা) না ইন্দিয়াদা চৎলম্মী অদুগা য়াম্না মায়পাক্না শন্দোক্লম্মী । চাউরাক্না চহি ৩৩৫ দা নিংথৌরেল কন্সতেনতিন্না বিসোপ থিওফিলোসপু ইন্দিয়াদা থাদুনা লাইনিং পথাপকী অহোংবা পুরক্কবা হোৎনহল্লম্মী, ব্বারীসি খৃঃ মতুং ৪৩৩গী মমাঙদা ইরমবা ফিলোস তোরগীসকী পাউদমনি । মরিশুবা চহিচা লোইশল্লকপদা মেসোপোতামিয়াগী সিমিওননা ইন্দিয়ান বার্বারিয়ানশিংনা খৃষ্টকীদমক্তা সহিদ ওইখিবগী ব্বারী পল্লম্মী । দি ক্রোনিকল ওফ শির II-৯ নসু পাউদম্মী মদুদি খৃষ্ট মতুং ৪৯০দা পার্সিয়াগী বিসোপ মাননা ইন্দিয়াদা অইবা লাইরিক থারম্মী।

কোসমাস ইন্দিকো প্লিউতাগী ৱারোল মতুং ইন্না ইন্দিয়ারোমদা হি হোন্দুনা চৎপগী অশম্বা ভৌগোলিক ওইবা মরী মখোঙ পল্লি, মসি খৃঃ মতুং ৫২৫দা চৎখিবনি। মহাক্না শ্রীলঙ্কা ইথৎ, ইন্দিয়াগী নোংচুপ তোর্বান মলেদা (মেফমদুদা মোরোক য়াম্না হৌবনা মলাবার কৌই) অমসুং কল্লিয়ানা ( = কল্যান, বোম্বে মনাক) কী সমশিংদা খৃষ্টান থেংনখি অমসুং মহাক্না পল্লম্মী মদুদি কল্লিয়ানা অসি পার্সিয়াদা লৈরম্বা বিসোপকী ফম্ফমনি।

শক্লপা ৱারীশিংসিনা যীশুসি মুসলিমশিংগী খুৎথাংদা শক্তাক্লদ্রিবা ফাওবা ইন্দিয়াদা খন্নরমদে হায়বা ইন্দোলোজিষ্টশিংনা পাকশন্না থাজরম্বা লীক্লমদু ককপদা মতিক চারগনি মদুগী মথক্তা মসিমসু হাপচিনবা য়াই মদুদি কুরান্না যীশুনা ইন্দিয়াদা লৈরম্মী হায়বগী হিরমসিদা পাকশন্না পাউ পীরি। কুরানগী মতুং ইন্না যীশু উকারন্দা শিখিদে, পাংতিংবদুদগী হিংখি অমসুং মতুং তারকপদা "হেম্পি ভেল্লিদা" লৈখি।

# ইসলামগী অচুম্বা যীশু

ইসা হায়বা মিংসি ইসলামনা যীশুগী মমিং ওইনা কৌনবা তোয়না শীজিন্নবা মিংনি, সিরিয়া লোনগী যেশুদগী থৈদোকরকপনি, থৈদোরক্তুনা মুসা (মোসেস) হায়। কুরান্দা য়াওরিবা প্রোফেৎ ইসাগী পাকশনবা অমসুং মনুং হুঞ্জিনবা ৱারী পুথোরকপগী মরমদি মাগী তুংইনবশিংনা থৈদোক থৈজিন কয়া তৌববু চুমথোক্লবনি। যীশু অসি ইজরেলগী অরোইবা থ্বাইদগী চাউবা প্রোফেটনি লৌনৈ অমসুং মহম্মদকী মাঙথাবনি লৌনৈ। মানা তুংদা থোক্লগদবা অদু অসুন্নফাউ হায়রম্মী *"প্রোফেৎ পুন্নমকতগী থ্বাইদগী চাউবা, ঐনা নখোয়দা হায়গদবা ৱা অমুক য়াম্না লৈ অদুবু নখোয়না হৌজিক মাদু খঙবা ঙম্লোই। তৌইশুম্নসুং ইবুঙো মহাক্না হায়বদি অচুম্বগী থ্বায় অদুনা লৈঙবীরক্লবা ইবুঙো মহাক্না নখোয়বু অচুম্বা পুন্নমক্তা চিংবীগনি, মরমদি ইবুঙো মহাক্না মথন্তগী ৱা ঙাংলোই, অদুবু অতা অতাবা অদু ঙাংবীগনি। অদুগা থোক্কদবা অদু নখোয়দা খঙহনবীগনি। ইবুঙো মহাক্না ঐবু মতিক মঙান্ চাউহনগনি, মরমদি ইবুঙো মহাক্না ঐগীদমক লৌদুনা নখোয়দা মাদু খঙহনবীগনি" (যোহন ১৬,১২-১৪)।*

মহম্মদনা মশাবু ব্রাশকপিগুবা "অচুম্বগী থব্রায়" অদুনি হায়না লৌজদুনা, মহাক্না থনখি মদুদি যীশুনা তাক্লম্বা মঙাল অদুবু চুন্না ফোংদোক্লবা অমসুং চর্চকী লীনরিবা ব্রারী, যীশুনা উকারন্দা শিখিবগী মরমদা মহাক অদুগী ইকাই খুম্নবা হঞ্জিন্নবা ব্রা অকক্লনা কৌবীবনি। উকারন্দা পাং তিংবগী মিংচৎ থীরবা মতুংদা ইসলাম কাংলুপ্পা মহম্মদকী মাঙথাবনি হায়না যীশুবু হরাউনা লৌশিনখি। ঙসিসু *"মেরীগী মচানুপা মেসায়া অসি ইশ্বরগী পাউজেনবনি শোয়দনমক মহাক্কী মমাঙদা পাউজেনবা কয়া লাকখ্রবনি" (কুরান V- ৭৯)।*

কুরান্দা অমুকসু হন্না যীশুবু থারকপগী ব্রা ঐখোয়না উবা ফংই *"মোসেসতা ঐখোয়না (অল্লানা) সাস্ত্র পীরে অদুগা মহাক্কী মতুংদা ঐখোয়না অতোম্পবু পাখন থাখ্রে। থাঙ্গৈশেংবা খুদম ওইনা ঐখোয়না মেরীগী মচানুপা যীশুবু পীবিরে অমসুং মহাকপু থব্রায় অসেংবনা পাঙ্গল পীবীরে" (কুরান-II, ৮৯)*

হায়রিবা ব্রাহৈশিং অসিদা ফোংদোক্তবা থরা লৈরি, মরমদি ইসলাম্না যীশুসি তাইবঙপান ব্রাংমদগী লাকপা মীওইবা মপোক্নি হায়বা ব্রাখল্লোনসি য়াম্না ময়েক শেংনা য়াদে "সাস্ত্রদা চনবা মীনা নংগী ধর্ম্মদা থক লামশিল্লোই। *অল্লাহগী মরমদা অচুম্বা হায়বা নত্তনা করিসু ঙাংলোই। মেরীগী মচা যীশুসি অল্লহাগী পাখনচৎপা ওইবদা নত্তনা ইবুঙো মহাক্কী ব্রাহৈ মেরীদা পীবীখ্রবনি, মাঙোন্দগী থব্রায় অমা। মরমসিনা অল্লাহবু থাজৌ অমসুং মহাক্কী পাখনচৎপবুসু থাজৌ অদুগা হায়গনু" অহম"*। ফোংদোক্লনু অমসুং মদুনা নংগী অক্লবা ওইগনি। অল্লাহসি অমত্তা ঙায়রবা ইশ্বরনি। অল্লাহনা থিংই মদুদি মহাক্কী মচা নুপা অমা লৈগদবনি হায়বসি। মহাক্তি স্বর্গ মালেমসি মাঙোন্দা য়াওরিবনি। অল্লাহদি ব্রাত্র পাদ্রবা ঙাকপি শেনবীবনি। মেসায়া অসিদি নত্রগা মাগা খ্বাইদগী নক্লবা স্বর্গদুত ফাওবা অল্লাহগী মনাই ওইবদা মতিক চাদ্রবনি ( IV - ১৬৯)। অতোম্পা শুগাইনা তাক্লবা পন্দুপ অমদা " .. মখোয়না লিরবা ধর্ম্ম থাজদবা মীগী মতৌ তম্মী .. .. মখোয়না মখোয়গী শুরুবু অমসুং লম্মোইববু লাৎলি অমসুং মেরীগী মচানুপা মেসায়াই, অল্লাহ নত্তবা ইশ্বর ওইরমদ্রবসু মখোয়না অমত্তা ঙাইরবা অলাহবু লাম্চনবা য়াথং পীরমগনি। মহাক নত্তনা ইশ্বর অমা লৈতে। মখোয়না মহাক নত্তনা অমবু লাই ওইহনলিবা পুন্নমক্কী মথক্তা মহাক্তি ব্রাং থোইরবনি। ( IX, ৩০,৩২)। কুরান্না ময়েক শেংনা হায়রি মদুদি যীশুসি উকারন্দা শিখিদে অমসুং যিহুদিশিংবু মীনম্লে *"অমসুং মরমদি মখোয় ধর্ম্মথাজদবনি অমসুং মেরীদা অকনবা মীথিঙ্গায় ঙাঙলে অমসুং মরমদি মখোয়না হায় - ঐখোয়গী মেসায়া যীশু মেরীগী মচানুপা ইশ্বরগী পাউজেনববু হাৎখ্রে, অদুম*

*ওইনমক মখোয়না মাবু ফুদুনা হাৎখিদে নত্রগা পাং তিংখিদে, অদুবু মখোয়দা মদুন্না উহনখি . . মতৌ অসুন্না ঐখোয়না মখোয়বু শাপ তৌখি অদুগা য়েংউ, হিরমসিদা পূক্লিং চপমান্নদর্বশিংনা তশেংনা চিংনরে, মরমদি শেংনা মখোয়না মহাকপু হাৎখিদে। ইশ্বরনা মহাকপু মণ্ডোনলোমদা পুখৎখি অমসুং ইশ্বরদি ইঙম ঙম্বনি, ঈশিং শিংবনি"।* অরাবিয়ান ব্রাহৈদো ক্রসিফিক্স অসি উকারন্দা শিববু খংনৈ, মতাংসিদা অসুন্না লৌগনি। য়োৎপি য়ৈরগা পাংতিংবদা শিহৌদবসিবু লৌরোই । অচুম্বমক, কুরান ইখিবা মতমদুদা যিহুদিশিংসি মখোয় মশানা তশেংবমক যীশুসি উকারন্দা শিখিবনি হায়বসি চপচানা হায়বা ঙমখিদে । কুরান্না যীশুনা পাং তিংখিবা মতুংদা কদায়দা চৎপগে হায়বদুগী পাউখুম পীরি *"ঐখোয়না ( = অল্লাহনা) মেরীগী মচানুপা অমসুং মাগী মমাবু মিনুংশিগী খুদম উৎপিখি অমসুং মখোয়গী লৈফম শান্তি লৈরবা চীংনাপোম অমদা অশেংবা ঈফুৎকী ঈশিং ফংবা মফমদা লৈহনখি। (XXIII, ৫৩)* । শৈথারিবা মফমসিগা কাশ্মীরগা মান্নবসি লৌশিনবা য়াই । অতোম্পা অনুবাদ অমদনা চীংলম অদুগী মমিং অদু "অশেংবা তম্পাক" হায়না পল্লী ।

ইং ১৮৩৫দা ইন্দিয়াদা পোকপা হজরত মিরজা ঘুলাম অহমদ অসি অহামাদিয়া ধর্ম্মকাংলুপকী হৌদোক্লম্বা মুসলিম অমনি, মহাক্কী অকনবা মোৎ লৈরম্মী মদুদি যীশুসি উকারন্দা পাং তিংবদগী হিংলকখি, শিরাপকী মশি অসি মাগীদমক্তা মতীক চাদবনি, অচুম্বা অসি কুরান্না চপচানা লেম্পি । ব্রাপাউগী লাইরিক্সু যীশুনা পাংতিংবদা শিখিদবসি চপচানা অচুম্বা ওইনা উৎলি, মসি যীশু মশানা মশামক্কা যোনাহনা অমুক হন্না থোরক্লিংফাও ঙাগী মবুক মনুংদা লৈবদা শিখিদবগা চাংদম্নে। যীশুনা মোংফমদা শিনা তাদুনা লৈরবদি ব্রারিসি চাংদম্নবদা করিগা ম্যান্নরিবগে ? *"মরমদি যোনাহনা অহিং অহম নুংথিল অহম অচৌবা ঙাগী মবুক মনুংদা লৈরম্বা অদুগুম্না মীগী মচা নুপা অদুনসু অহিং নুংথিল নুমিৎ হুন্নি লৈবাক্কী মবুক মনুংদা লৈগনি"* ।

অহমেদিয়া (হৌজিক ফাওবা য়ান্না পান্নরিবা ইসলামগী মওং অমনি) গী মতুং ইন্না যীশুনা পাংতিংবগী ওৎনৈবদা হিংদুনা লৈবসি ওলদ তেস্তামেন্টকী লাইফাও থুংহনবনি । প্রোফেৎ ইসায়াগী লাইরিক্তা ঐখোয়না থেংনৈ *"অদুবু লাইনিংথৌনা মহাক্কী অব্রাবা থাত্রবা মনাইদুগীদমক ব্রাখন তৌবীখি, পাপকী মরম্বদগী মহাক মশামক থৌ ওইনা কৎখিবা মনাইদুবু মহাক্কা য়াইফহনখি, মরমসিনা মহাক্কী মপান্না লাইনিংথৌনা নিংবা পুন্নমক থুংগনি "। (ইসায়া ৫৩:১০)* । প্রোফেৎ ইসায়াগী লাইরিক্কা দাবী তৌবা লৈতে মদুদি ব্রাশকপিথ্রবা

লাইনিংথৌগী মনাই অদুনা শোয়দনমক শিগদবনি । লাইশোল ইশৈ লাইফাউ ৩৪দা ফাওবা মেসায়াসি হাৎকদবনি হায়না পন্দে । "অফবা মীসু ফত্তবদা তাবা য়াই, অদুবু লাইনিংথৌনা খুদোংথীবা খুদিংদগী কনবী (লাঃ ইশৈ ৩৪:১৯)। ঐখোয়না অরোইবা ৱারেপ তাবা ঙম্লে মদুদি ইশ্বরনা পাংতিংবদগী শিরাপকী মশিদা যীশুবু শিহন্নবা থৌরাং তৌরম্বা লৈতে। অরাবিগী চৎনবী মতুংইন্না মী অসি শিরাপ ফংবসি ইশ্বরদগী লৈথোকলবা, 'অমুবা' হায়না কৌরে, ইশ্বরবু নুংশিদবসি ইশ্বরগী থৌজাল মতম লৈবদা ফংবা ঙমদে অমসুং ইশ্বরনা পাংবীবা লৈররোই, অদুদগী মহাক, শয়তানগুম্না মীনম্বগী হূনা থনগনি অমসুং মথাতানা নুংশিবগী মঙাল মরিক অমফাও ফংবা ঙম্লোই । মহাক্না ইশ্বরগী মরী পুম্বা থদংলবদি ইশ্বরগী মায়কৈদা তুরুচবা অমসুং য়েংথিবনা পীক থনগনি, মদুদগীদি মহাক্না ইশ্বরসি মাগী য়েরুবা ওইগনি অমসুং মাঙোন্দগী তুরুচনা লৈথোকথিগনি। মিরজা ঘুলামগী মোৎতা "উকারন্দা শিরাপ ফংবা" হায়বসিগী মরুওইবা অর্থদু খৃষ্টানশিংনা মুম্না খংলমদবা য়াই । অদু নত্রবদি মখোয়না কৈদৌঙেদসু হায়রিবা মওংসি পুন্যচেনবা য়ীশুগী পাউ শন্দোকপদা থক শীজিন্নরমলোইদবনি।

# কাশ্মীরদা যীশু

যীশুসি তশেংনা কাশ্মীরদা মতম শাংনা লৈরম্বা তারগদি মীশিংনা অরিবা ইন্দিয়াগী সাহিত্যদা লংল্য লংজিন পুথোক্রুবা লৈফম থোকই । ঐখোয়না মেসায়া অসি মশাগী চহি ৮০ হেন্না শ্রীনগরদা হিংলম্মী হায়না লৌরবদি মশান তানা মসি খল্কম থোকই মদুদি মহাক্না হৌখিবা চহি কুন্দ্রাদগী নিফুমুঙ্গি লৈরম্বগী শাক্তি লৈফম থোকই । অদুম ওইনমক ইন্দিয়াগী অরিবা লাইরিক ইবশিংসি মখোয়গী সংস্কৃতিগা চানদবা মীরৈবাক্কী ইথিনচঙবা ৱারী ইবা থিংলম্মী। খুদম ওইনা হায়রবদা আলেকজেন্দর দি গ্রিটকী ইন্দিয়া জয়তৌবসি ফাওবা অইবা ওইনা ফংদে, থৌদোক অদু মরু ওইনিংবা ওইবা য়াই । ইন্দোলোজিস্টশিংনা য়ানৈ অদুদি ইসলামনা লান্দাগ্নক্লিঙৈ মমাঙগী ইন্দিয়াগী নিয়ন্নাইনা ইরম্বা ইতিহাস অমত্তা লৈতে । অরিবা ৱারি ইবা হিন্দুগী লাইরিকসি পুরানা (অরিবা) অসিনি অমসুং মথাতানা ধর্মগী লাইরিকশিংনা খৃঃ মমাঙ চহিচা মঙাদগী পাংশিল্লি অদুগা খৃষ্ট মতুং চহি চা ১৭কী মমাঙ ফাওবা চথে। খোমজিনবা ৱারীপুম্বা শুন্না ভোল্যুম তরানিপান্নি, অমসুং মাপনগুবা ভোল্যুমদা

ভবিষ্যট মহা পুরানা হায়বসিদা মঙাণ্ডবা চহিচাদগী হৌবা যীশু ইন্দিয়াদা কমদৌনা লাকখিবগে হায়বগী ৱারী য়াওই । থৃত্ই অদু অসুক্কী মতিক ময়েক শেংনা ই মদুদি ঐখোয়না থংনিংলিবা মীদুগী শক্তাকপদা করিগুম্বা চিংনবা পোক্লিঙাই লৈতে । পুরানাদা পাউদম্মী মদুদি ইজরেলাইতশিংনা ইন্দিয়াদা খুন্দারম্মী, অমসুং শ্লোক ১৭-৩২ না যীশু উবগী দৃশ্য শিংথাই ।

বীক্রমজিৎকী মশুইবুঙো শালিবাহন্না লৈবাক্কী ভার লৌখি । মহাক্না লান্দারকপা চাইনিজ, পার্থিয়ান, স্কাইথিয়ান অমসুং বক্ত্রিয়ানগী লান্মী মপৈ মায়থিবা পীরম্মী । মহাক্না আর্য্যশিং অমসুং ম্লেশ ( = হিন্দু নত্তবশিং) শিংগী মরক্তা ঙমখৈ য়াৎথোক্লম্মী অদুগা ম্লেশশিংবু ইন্দিয়াগী ৱাংমদা হন্দোক্লবা য়াথং পীরম্মী । নোংমদি সক্যগী লুচিংবা শালিবাহন্না হিমালয়দা চৎলম্মী । হুনশিংনা লৈবা লমদা ( = লদাখ কুশান সম্রাজ্যগী মনুংদা লৈরম্মী), শক্তি লৈরবা নিংথৌনা চীংদা মী অমা ফমদুনা লৈবা উরম্মী, মহাক্কু য়েংবদা মঙ্গল পীবা মীশক মাল্লম্মী । কুচু পাল্লম্মী অমসুং অঙৌবা ফিজোন শেৎলম্মী । নিংথৌনা শেংথোইরবা মী অদুদা মহাক কনানো হায়না হংলম্মী ।অমদুনা খুল্লম্মী *"ঐসি ইশ্বরগী মচানিপা হায়রগা খঙনৈ, অশেংবা লৈশাবীনা পোকপনি, থাজদবশিংগী মিনিস্তরনি, পোখাবা লৈতনা অচুম্বতবু থিরিবা মীশক্নি"* অদুদগী *নিংথৌনা হংলম্মী, "নংগী ধর্ম্ম করিনো ?"* অতোম্পদুনা খুল্লম্মী,*"হে অচৌবা নিংথৌরেল, ঐ মীরৈবাক্লমদগী লাকপনি, মফমদুদা মখাতানা অচুম্বা লৈত্রে অমসুং মফমদু ফত্তবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে, থাজদবা মীগী লমদুদা ঐসি ইশ্বরগী পাউজেলবা ওইনা লৈরম্বনি । অদুবু দশ্যুশিংগী লাইহিংচাবা ইহমাসিনা মশামক অকিবগী শকফম লৌখ্রে, ঐ অসি ইশ্বর থাজদবা মীগুম্না ইহমাসিদা পীথোক্লে অমসুং ইহমাসিগী খুৎতা তারুরে ।*

*হে নিংথৌ, ঐনা থাজদবাশিংদা পুরক্লিবা ধর্ম্মসিদা সনা নাপদু থাংদোকপিয়ু, ইসেনদা শেংদোক্লবা তুংদা, শেংদবা হকচাং অমসুং ঙাইগামাগী পার্থনাদা চংজরবা তুংদা মীওইবনা লোম্না নাইদনা হিংবা ফংগনি, বিচার তৌদুনা, অচুম্বদা ধ্যান তৌবনা অমসুং অশেংবা থৱাই লোয়নরগা মীশক্লুনা মঙানগী ময়াইদা লৈরিবা ইসা য়ৌবা লম্বী ফংগনি । নুমিৎকুম্না লেঙদ্রবা ইশ্বরনা অরোইবদা লেংলি পাল্লিবা পূম্বগী থৱাইবু মশাদা পুম্নিনবীগনি, অসুন্না হে নিংথৌ ইহমাসিবু মাঙহনগনি, মঙ্গলগী মশক ওইরবা, নুঙাইববু পীনবীবা ইসাগী মূর্ত্তিনা থম্মোইদা মতমচুম্পগী লৈগনি, অমসুং ঐবু ইসা মশিহ হায়না কৌনৈ । ৱাহৈশিংসি তারগা নিংথৌনা থাজদবশিংগী গুরু অদুবু পুরক্লম্মী অদুগা মথোয়গী নুংশিবা লৈত্রিবা লমদা থাবম্মী"*।

বারী অসিদা (মতেকসি মশাগী লৈরম্বা চপচাবী হন্দোকপনি) মসিনা মরুওই মদুদি "থাজদবশিংগী গুরু" মশানা ঈসা মশিহ কৌবা, মসিনা ঈচম চম্না তাকই যেসস দি মেশায়া । লাইহিংচাবা ইহমাসিনা মতাংসিদা সধারন ওইনা ফত্তবা পুন্নমকপু মহৎ শিল্লম্বা য়াই, অদুম ওইনমক সাহিত্য অদুগী মফম অমত্তদা মমিং অসি শীজিন্নবদি থেংনদে । ঙাইগামা হায়বা বাহৈসি তশেংনা ধর্ম্মগী অশেংবা লাইরিকশিংনি, করম্বা লাইরিক্লো হাযবদুদি চপচাবা মতাংসিদা ফংবা ঙমদ্রে । প্রোফেসর হৈসনৈন্না হায়বদা নিংথৌ শালিবাহনসি কুসন ইবাদা খৃঃ মতুং চহি ৩৯দগী ৫০ ফাওবা পাল্লম্বনি ।

মথাতানা যীশুনা হিমালয়দা লৈরম্বসি প্রোফেসর নিকোলাস রোয়েরিককী "হার্ত ওফ এসিয়া" হায়বা ইং ১৯৩০দা ফোঙবসিদা মোংফম অমগা মরী লৈননা পল্লম্মী । মোংফম অসি লদাখকী অৱাংদা লোম্নরিবা তিবেবতকী প্রোভিন্স সিনকিযাং ( = সিনজিযান হাযনা মোদর্ন চীনাদা কৌনরে) দা হাযবপ চাউবা তাউন কসগাবদগী চাউরাক্লা মাইল তরুক চৎলগা লৈবনি অমসুং যীশুগী খোঙবু মরক্তা যাওবকপা অকক্পবা মেবীগী ওইগনি থনবা মোংফমসি লৈ । ফিলিপসকী এপোক্রাইফেল বাপাউনা পল্লম্বদা নুপী অহন্না যীশুবু পাংতিংখ্রবা মতুংদা শুংথা থাদোক্রমদে । অহুম অদুমক মেবী কৌই, মহাক্কী মমা, মহাক্কী মচননুপী (ক্লিযোপাজগী নুপী) অমসুং মেবী মেগদালিনি "মহাক্তুবু মাগী লোইনবী" কৌনৈ । অসুন্না মেবীগী কাশগব মনাক্তা লৈবা মোংফমসি যীশুগা মবী নিংথিনা লৈনৈ ।

Text from the Bahavishyat Maha Purana (here a new edition) where the stay of Jesus in Kashmir is mentioned

যীশুনা মাগী লেমহৌরিবা পুন্সি অদু ইন্দিয়াদা অকক্লবা মফম অমদা লৈরমদে । মহাক্লা মফম অমদগী মফম অমদা চৎতুনা ধর্ম্মপাউজেল পীদুনা চৎলম্মী । অকক্লবা য়ুম লৈতবা, পোথাফম থমদবা, মহাক্কী হকচাং পাঙ্গলনা য়ারীবা মতম ফাওবদি অসুন্না লেল্লম্মী ।

মহাক্লা কাশ্মীরদা কয়ারক হল্লকখিবগী ৱারী মশিং থঙদনা লৈ । শ্রীনগরগী থানোংপোক্তা কিমিঃ ৬০ চৎলগা লৈবা অদুগা বিজবিহারা (মোসেকী নূং লৈবা লম) দগীনা কিলোমিটর ১২ চৎলগা মিটর ১২ শাংবা চীংজাউদা মমায় ফাৎপা শুরুং অমা লৈ । শুরুং চংফম ময়াদা চাউরবা "ঐশ মুকাম" কৌবা শঙলেন অমা লৈ । অশেংবা শঙলেন্দুদা জায়নুদ্দিন ৱালিগী অরিবা পোৎ লৈ, মহাকসি ইসলামগী লমবোইবা অমনি মহাক সুলতান জায়নুল আবিদি বুদশাহ (১৪০৮-১৪৬১) না পাল্লিঙৈদা শুরুং অসিদা লৈরম্মী । লম্বোইবা অদুগী মমল য়াল্লবা চৈশাং অমা লৈরম্মী মদু মাঙোন্দা শৈখনুর্দিন ৱালিনা পীরম্বনি । চৈশাং অদু য়াম্না মমল লৈবা অরিবা পোৎনি, মোংফম শঙবশিংনা য়াম্না চেকশিন্না শেন্নে অমসুং মতম পুম্বদা অশংবা ফিনা কুপ্পুনা থম্মী । লমদমদুদা অচৌবা খুদোংথীবা নত্রগা লাইচৎনচিংবা লাক্লবদি ঐশ মুকামদা তীর্থ চখোক্কে, অদুন্না তৌরগা চৈ অদুগী অঙকপা মগুন্না অৱাবা কোকই হায়না থাজনৈ চৈশাং অদু মিটর ২৫ শাংই, চাউরাক্লা ডাইমিটর সেঃমিঃ ২৫ শুম্বা ওইগনি । মসি কোনা মচুদা মুশিল্লী, চোরফোন পাম্বীগী উনা শাবনি, অমসুং মদুবু মোসেস চৈশাং নত্রগা যীশুগী চৈশাং কৌই । অরিবা চৈশাং অসি খুরুম্বা মীশিংনা ৱারী অমা লী মদুদি চৈশাংদু অহানবদা মোসেসনা কাশ্মীরদা লাকপদা পুরকখিবনি অমসুং মতুংদা মোসেসকী চারোন্নি থংনবা খুদম ওইনা যীশুনা শীজিন্নরম্মী । চৈশাংদু ইশ মুকাম্মু চৈশিগী মমল য়াল্লবা পোথাফমনি থংদ্রিঙৈদা অহানবদা থংঘালি মৌলাদা (শ্রীনগর) লীদুনা থম্লম্মী। ঐশ মুকাম অসি যীশুগা চুমদ্রিং মরী লৈনে । ঐশ হায়বসি ইসাদগী লৌবনি অদুগা মুকাম হায়বনা পোথানবা মফম নত্রগা পোথাহনবা হায়বনি । ঐথোয়না ৱারেপ তাবা য়াই মদুদি যীশুনা কন্না ধ্যান তৌদুনা মী কনামত্তা উন্নদনা মফমসিদা মতম শাংনা শাংনা লৈরম্মী । মসিদি প্রমান তৌবদি ঙমদে ।

হেন্না চেৎশিনবা যীশুনা কাশ্মীরদা লৈরম্বগী অতৈশু লৈরি, মদু চহি চা কয়া লেপ্তুনা চেম্থরক্লবা মতমগী ইচেন্দা হিংলক্লবনি । অসিগুম্বা প্রামান অসি সোলোমোনগী সিংহাসন্দা যীশুগী মরমদা থয়াইননা হক্লম্বা নূংহক্লি । ইং ১৪১৩দা সুলতান জাইনুল আবিদিন্না পানবা মতমদা লৈরম্বা ইতিহাসকার



The so-call 'Rod of Jesus'

মুল্লাহ নাদিরিনা সিংহাসন্দগী ইতিহাসকী শরুক অমা অমুকহন্না ইথোক্লম্মী। মহাক্কী লাইরিক কাশ্মীরগী ইতিহাস (তরিক-ই কাশ্মীর) হায়বসিদা মহাক্না ইরম্মী মদুদি নিংথৌ অথকী মচানুপা গোপানন্দনা কাশ্মীরদা গোপদত্ত হায়বা মিংথোল লৌদুনা পানবা মতমদা মহাক্না সোলোমোন নীংনশঙ (খৃষ্টান ইরাগী চিংখৈ হল্লকপদা হান্নবা মনাঙদা চহি লিশিং লিরবা) পার্সিয়ান আর্কিতেক্ট অমবু শেমজিনহনখি। হিন্দুশিংনা খংলম্মী মদুদি পার্সিয়ান্দু লাইনিঙদুদা থাজদবা অমসুং তোঙানবা ধর্ম্মদা লৈবা মীনি। শেমজিনবগী থৌদোক্তা হায়রব্বা ব্রাহৈপরেং মরি অরিবা পার্থিয়া লোন্না থোংজিনগী সিরি নাকন্দা নুঙহল্লকম্মী।

১/ মায়মর ঈন সতুন রজ বিহিসতি জরগর, সল পনজা ব্রা চহর।
''নুংহক অদু শেম্বামীদু খ্বাইদগী তোল্লবা বিহিস্তি জগরনি. চাহি য়াংখৈগা মরিদনি।

২/ ঈন সতুন বর্দাস্ট খ্বাজা রুকুন বিন মুর্জান।
''কলম অসি সাখিবদুনা মুর্জানগী মচানুপা খ্বাজা রুকুন্নি।

৩/ দর ঈন ৱাগত আসফ দৱা-ই-পাইগম্বর-ই মিকুনদ ।
"মতম অসিদা য়ুজ আসফনা ঈশ্বরদগী লাকপা পাউজেল লাউথোক্রম্মী। চহি য়াংখৈগা মরিদনি" ।

৪/ ঐশন য়ুজু পাইগম্বর-ই-বনি ইজরল অষ্ট ।
"মহাক যীশুনি, ইজরেল মচাশিংগী প্রোফেৎনি ।



The ancient Persian incription at the 'Throne of Solomon' above the town of Srinagar.

ইতিহাসকার মুল্লাহ নাদিরিনা মথা চথরি, "গোপদত্তনা পানবা মতমদা, য়ুজ আসফনা অশেংবা লমদগী লাক্লগা তম্পাক অসিদা চৎলকখি অমসুং মহাক্না মশাবু প্রোফেৎনি হায়না লাউথোকখি । মহাক্না ধর্ম্মচেনবা অমসুং পুন্যচেনবগী অৱাংবা থুডম্বু থুদম পীদুনা তাক্লম্মী অমসুং মহাক্না পাউজেল পীবা লাকপনি লাউথোকখি । মহাক্না নুংথিল নুমিদাং ঈশ্বরনা লোয়নবি মরমদুনা কাশ্মীরগী মীয়াম্বু ঈশ্বর লাম্বা ফংহনগনি হায়রম্মী । মহাক্না মীয়াম্বু কৌথোক্রম্মী অদুগা তম্পাক্কী মী মখৈনা মাবু থাজরম্মী । হিন্দুশিংনা শাউদুনা গোপদত্তদা মী অদুবু ৱারক্লবা লাকপা মতমদা মখোইবু তাম্থোক্রম্মী ।

ঐনা হিন্দুগী লাইরিক অমা পাখি মদুদা প্রোফেৎ অসি তশেংনা হজরৎ ইসানি, ঈশ্বরদগী লাকপা অশেংবা থৱায়নি (ঈশ্বরগী শান্তি অমসুং চানবীবা মতোন্দা লৈ) অমসুং য়ুজ আসফ হায়বা মিংসি লৌই । অশেংবা লৌশিংদি ঈশ্বরদা লৈবনি। মহাক্না মহাক্কী মপুন্সিদু তম্পাক অসিদা লেনখি ।

মহাক শিরবা তুংদা মহাকপু মোহল্লা অঞ্জিৱারাদা ফুমখি । মসিসু হায়নৈ মদুদি লাইফাউগী মঙান প্রোফেৎ অসিগী মোংফমদগী থোরকখি । নিংথৌ গোপদত্তনা চহি হুম্ফু থা অনি পাল্লম্মী । মহাক শিপ্পবা মতুংদা মহাক্কী মচানুপা গোকরন্না সিংহাসন কারম্মী অমসুং চহি য়াংখৈনিপান পাল্লম্মী ।"
(তথ-ই-কাশ্মীর লমাই ৬৯)



A page from the history of Mullah Nadiri from the year 1413

নিংথৌ গোপদত্তনা কাশ্মীরদা চহি ৫৩ পানথি, লাইরিক্তা পীরল্লিবা গোপদত্তনা কাশ্মীরদা চহি ৫৪ হায়না পীরল্লিবসি ঐখোয়না পাবদা খৃষ্ট ইরাদা খৃষ্ট মতুং ১০৭ নি । অদুনা নিংথৌ অসিনা পানবা মতমসি কুসন শাগৈগী নিংথৌরেল কনিস্কনা পানবা মতম্নি ঐখোযনা লাইবিক্তগী খোমজনবা মতমদা যীশু মতমদু ফাওবা হিংলিবরা নত্রগা শিশ্লবরা হায়বা ফংবা ঙমদে ।

মায়কৈ খৃদিংমক্তম স্নেহবদা যীশুনা ইন্দিয়াদা লৈরম্বগী শাক্তি ওইনা যামদ্রবদা ইতিহাসকী মচাক কুনমাথোইদি ফংঙি । মখাতানা কাশ্মীরদা লৈবা লম ময়াম অমগী মমিংনা জিওগ্রাফিকেল প্রুভ পীবি (পন্দুপ অনি), খুদমনি

আর্য্য-ইসা, ইসা ব্রারি, যুজধা, য়ুজু ধারা, য়ুজুগম, য়ুজু হৎপুরা, ই-য়েস-ইসা, কলইসা য়ুজুকন, ইসাকুশ, যুজ মঙ্গলা, য়ুজু-মৈদান, য়ুজু মার্গ, ঐশ-মুকাম, ইসা-মতি, ইসা-ঐল, য়ুজ নাগ, রম-ইসা, যুজু পাবা, য়ুজু রাজা, ইসাতা, য়ুজু বর্মন, ই-যেস থ ইসা-ভরা, যুসু ।

যীশুনা কাশ্মীরদা লৈবিঙৈদা "হেপ্পি ভেল্লি" অসি চাউরবা ধর্ম্মগী, সংস্কৃতিগী, অখণ্ড অহে অমসুং রাজনিতিগী সেন্টব অমা ওইবম্বনি । কাশ্মীর নিংথৌলৈবাক অসি কুশন শাগৈগী নিংথৌরেল কনিস্ক-১ (খৃষ্ট মদুং ৭৮-১০৩)

পানবা মতমদা চাউরবা ইন্দো স্কাইথিয়া সম্রাজ্যগী কোনুং ওইরম্বনি । য়াম্না ফবা ৱাঙাংলোয়, থৌজাল হৈবা, অশিংবা নিংথৌ অমা ওইনা মহাক্না মহাক্কী লৈবাক্তা মখল মচুগী জাতিশিং পুম্বা খাংহৈবা অমসুং পুকচেল চাউথোকপনা থৌশিল ওইরগা পুনশিন্নবা হোৎনরম্মী । গন্ধরাগী সংস্কৃতিদা ইন্দিয়া অমসুং গ্রীক ৱাঙুলোন পুনশিন্নরকপা খ্বাইদগী ৱাংবা মতমনি । অসিগুম্বা নাৎ পুনশিনবগী মহৈ তম্ফম মপৃঙদি তক্সিলা বিশ্ববিদ্যালয়নি, মদু হান্নদগী পাকশন্না মমিং লৈরবনি ।

কনিস্কনা (মহাক্কী মমাঙদা পাল্লম্বা অশোক দি গ্রেট কুম্না ) বুদ্ধিজমগী ৱাখল্লোনবু মায়কৈ চুম্না পুখৎলকপা পাল্লম্মী অমসুং বৌদ্ধ লম্বোইবশিংগী পাউতাক অমসুং য়াথংশিং লৌরম্মী । অদুম ওইনমক তোঙান তোঙানবা স্কুলশিং অমসুং ধর্ম্ম কাংলূপশিংগী ইরাংনা য়ৈথায় থিনগায়বা পীরম্মী মদু পুম্বা বুদ্ধনা শিখ্রবা মতুং চহি চামঙাবোমশিদা শেমগৎলকপা মচেৎ শিংনা ওইহল্লকপনি । ৱাংঙুলোন হৈবা পর্শবাগী পাটিতাক মতুং ইন্না মহাক্না অচৌবা হরন (হরৱান) গী কাউন্সিল শগা কৌরম্মী মদুদা বুদ্ধিস মায়চৌ ১৫০০ না শরুক য়াখি । হবন (কাশ্মীর) গী কাউন্সিল অসি মরিশুবা কাউন্সিলনি মদুদা "মহায়না" বুদ্ধিজম্ব মীয়ামগী ধর্ম্ম ওইনা লাক্কদবা চহি চহমদা শাগৎনবা থন্নরম্মী । অবিবা তিনায়না বুদ্ধিজমগা অরোইবা পুরোহিৎশিংনা মখোয়গী খুদোংচাবা ফম্ফম্ব মীযামগা পুনশিন্নবদুদা যানিংলমদে অমসুং অরোইবা খোংথাং ওইনা কাউন্সিলদুদা সীংনরম্মী । অদুম ওইনমক থুনুংচংবা লম্বোইবশিংদুনা হরনগী কাউন্সিলগী শেমদোকপদ থিংনদা মায় পাক্রমদে, মদুদা বুদ্ধিজম্ব মীয়ামগী ধর্ম্মদা ওস্লোক্রম্মী । হবনগী চপাকপা মফমসি শ্রীনগরদগী কিলোমিটর ১২ থক লাম্পি, মসি হায়বদা মবম চাগ মর্দুদ যীশু মশাসি মরুওইবা মিতিন অদুদা শরুক যাখি ।

ওইনিংবা ওইনবসু নিংথৌবেল কনিস্কনা কাউন্সিল অদুগী ফল অদু মপুংফানা পেনখি মদুদা মহাক্না যাওবা লাকপশিংদা মমল য়াম্লবা খুদোন পোৎ কয়া যেম্লোকখি, মশামক বুদ্ধিজমদা লাইমিং লৌখি অমসুং মহাক্কী ধর্ম্মদা মীচং মীথায় নাইদবা ইথিলগা লোয়ননা ধর্ম্ম অদু শন্দোকপদা যাওখি । মহাক্না মহাক্কী লৈবাক ঙাকপদা বুদ্ধিস লম্বোইবা কাংবুদা শীন্নথোক্লম্মী, কাংলূপ্তুগী স্পিরিচুয়েল লীদরদি শীংলবা ৱাংঙুলোন হৈবা নগরজুনানা ওইরম্মী ।



This file (found in Haran) shows the meeting between King Kanishka(on the left with assyrian hair-style) and a monk with mongolian appearance. The Budhist lama presents a lotus flower (symbol of buddhism) to the king.

''রাজাতরঙ্গিনি'' লাইরিক্তা অরিবা কাশ্মীরদা লৈরম্বা যীশুগী ময়ুমগী মথাতাবা লংঙ্জিন পী । লাইরিক অদু কাশ্মীরগী ইতিহাসনি, পাণ্ডিত কলহনানা তারনিথোই শুবা চহিচাদা সংস্কৃত লোন্দা ইরম্বনি । সংস্কৃত লোন্দা ইরম্বশিং অসিনা তশেংনা ফংলিবা ইতিহাসকী খ্বাইদগী ওনবা রেকোর্ডনি । মসি সাধুশিংগী ৱারী কয়াগী মরমদা শম্না ইথোকপনি, মদু চীনহাইনা খুৎথাং য়েনা লীনরকপা ৱারীশিংদগী ইথোকপনি । অশেংবা ইতিহাসকী অচুম্বশিং শরুক থরদি মীরোন কয়া লাল্লকপদা ওস্থাং ওনশিন তৌথি মরমদি অসেংবা ৱারীগী মচি অদু ফিবাল থরদি শোয়দনা লোনশিল্লি । রাজাতরঙ্গিনিদ্দা গোডমেন অমগী ৱারী য়াওরি মহাক্না অঙকপশিং যীশুগা চপমান্নবা পাঙথোক্লি । লম্বোইবা অদুগী মমিং ইসনা কৌই । ইসনা অসি মচীনচৎপা ৱাঙাংফবা 'ভাজির' কৌবা অমনা উকারন্দা পাং তিংবদগী কল্লক্রুম্মী অদুগা হিঙ্গংলক্রুম্মী । ভাজির মমৈদা ইন্দিয়াগী নিংলৈ ওইদুনা চহি ৪৭ পানখি । কলহনানা ইরম্মী মদুদি লম্বোইবা ইসনা অসি কাশ্মীরগী ইরোই লোইবা খুন্নাই শেংদোকপনি অমসুং

অহানবা চহি চাদা মটীন চৎপা ওইরম্মী । মসি মাল্লি মদুদি লম্মোইবা ইসনা অসি অতে কনাসু নত্তে ইসা/যীশুনি ।

# শ্রীনগরদা যীশুগী মোংফম

ময়াইচনবা যুগতা "বারলাম অমসুং যোসাফট" কী ৱারীসি মালেমগী সাহিত্যদা অসুক্কী মতিক মরুওইগ্রে মদুদি লাইরিক হৈবা খুদিংগ্রা ৱারী অসি খঙদবা লৈখিদে । মথল মথাগী লোন্দা অনুবাদ তৌগ্রে অমসুং চপমান্নবা ৱারীদা কয়াম্নক হন্না ইউরোপ পুম্বদা অমসুং নিয়ার ইষ্টতা ইথোক্লম্রে, অদুম ওইনমক অহানবা অদুদি যোহন দমাসকেনোনা ইবনি হায়রে মহাক শক্লাইরবা অরাবিয়ান খৃষ্টান্নি অদুগা খৃঃ মতুং চহি ৭০০কী অদুৱাইদা যেরুজালেমদা লৈরম্বনি । লৈবাক খরদদি ৱারীদু "নিংথৌমচা অমসুং দেরভিশ" হায়না লৈ, ৱারীদু অসিনি ঃ অবানের, ইন্দিয়াগী খুৎকনবা নিংথৌনি, মাঙোন্দা নোংমা পাঙ্গি অমনা ফাওরম্মী মদুদি মহাক্কী শুন্যাচেনবা অমসুং অশিংবা মচানুপা যোসাফট (নত্রগা যোআসফ) না ইসলামদগী খৃষ্টানিতিদা ওনগনি । লাইফাও অদুগী লাংদগী নাম্হোক্লবা নিংথৌনা চাউরবা কোনুং অমা শারম্মী, মদুদা মজাইবুঙোবু য়োক্লম্মী অমসুং ময়ামগা তিন্নহন্দনা মহৈ তম্বানলমই । চেকশিন থৌরাংশিংদু তৌনা তৌনা যোসাফটনা হেক মমীৎতাংবা অমা, হনুবা অমা অমসুং অকোনবদা অশিবা অমা তোঙান তোঙানবা থৌদোক্তা উরম্মী । পাথং অদু নহা ওইরিবা অমসুং ফজবা কোনুংগী মী ঙাইহাক্তা কোয়শিন্দুনা লৈবা মরম্মা থৌদোকশিংদু পুম্নৌ নৌবা পরা অমা ওইরম্মী অমসুং পুন্সীগী অশেংবা মশক খঙদুনা মমীৎ পাল্লম্মী ।

মজাইবুঙোনা সাধু বার্লামগা থেংনখি, মহাক্না মহাকপু খৃষ্টানিতিদা লাইমিং লৌরম্মী । নিংথৌ অদুনা মচানুপাবু অনৌবা ধর্ম্মদা চঙদনবা থেল্লম্মী অমসুং মহাক্কী লৈবাক তংথায় অমা ফাওবা পীথোক্লম্মী, যোসাফটনা পীরিবা খুদিংমক লৌ হায়বা য়ারমদে । মথক্তা চৎথিদুনা মপুন্সিদু অশেংবা সাধু অমা ওইনা লেনখি ।

শুক্লাৎলবা ৱারীসি অসুক্কী মতিক ময়াই লৈগ্রে অমসুং পুমচুম চুমগ্রে মদুদি বারলাম অমসুং যোসাফটপু রোমান কেথোলিক চর্চনা ইং ১৫৮৩ দা

সিদ্ধ রূপষ ওইহনখি অদুগা সহিদশিংগী কলেন্দরদা মমিং হাপখি । নবেম্বর তাং ২৭তা মীয়াম্না পানরম্মী "ইন্দিয়াদা পার্সিয়াগী বোরদর ময়াদা সাধু বারলাম অমসুং যাআসফ" মখোইগী অঙকপা থবকশিংদু দমাস্কসকী লম্বোইবা যোহন্না শীংথাখি । তরাতরুক শুবা চহিচাফাওবা কনা মত্তনা খুৎমদবা য়াই মদুদি শম্না মজাইবুঙো সিদ্ধার্থগী ৱারীগা যোসাফটকী ৱারীগা চপ মান্নে, মহাক্না ইমুং মনুং পূম্বা থাদোক্লম্লগা ময়ুমলৈতবা ওইনা হিংদুনা বুদ্ধ ওইরকখি । যোসাফট নত্রগা যোসেফট হায়বা মিংগী খোম্লোকসি মপুং ওইনা যিহুদি মিংগা অসুক্কী মতিক মান্নে মদুদি মসিগী হৌবকফমসি চিংনবা পোকপা ঙমদে । অদুম ওইনমক অশেংবদি ইৱা ৱাদনা থিদোকপদা গ্রীক্কী মমিং যো আ সফ, অমনা অরাবিক মমিং যুদাসফ অদুগা অরোইবদা কাশ্মীর মমিং য়ুসাসফকা মান্নে, অরাবিক অমসুং পার্সিয়ান লোন্দা ঐখোয়না খঙবদা মিং বুদাসফ পাবদনা যুদাসফনি । বুদাসফ অসিদি অতে নত্তে বোদ্ধী সত্বানি, নত্রগা বুদ্ধ ওইরকপনি (সংস্কৃত মরুদা বুদ্ধ=খঙবা, সত্বা=অচুম্বা, অশেংবা, বুদ্ধ = মঙান ফংলবা) মীরমগী খোম্লোক লৈবা মমিং বারলাম অমসুং লোনগী থোঙদগী থিরগা মসিগী হৌরকফম অর্থ থিবা ফংগনি । অরাবিক লোন্দা বলাউহার অর্থদি সংস্কৃত ৱাহে ভগবানগা মান্নে, "ৱাংথোইবা মীরমলেন ৱাংমগী অহিংবা" হায়বনি । যু(বু)দাসফকী ৱাহৈগী মরুনা শেংনা তাকই মদুদি ইস্লামিক প্রোফেৎ যুজ আসফ অসি তশেংনা বুদ্ধিস বোদ্ধিসত্বানি, মহাক্কী নিতিদু মাঙহল্লগা নমদুনা পুকচেল চাউনা ইসলামগী থাজবদা পুশিনবনি । **বোদ্ধীসত্বা য়ুজ আসফসি যীশুগা অমত্তা ওইরবদি নোংপোক্লমগী মপিশিংনা তশেংনা অচুম্বা অবতারদু ফংখি ।**

বোদ্ধিসত্বাগী নিতি মশুন তাক্লকপদা যীশুগী শক্তাকপগা য়াম্না মান্নে। বোদ্ধিসত্বাগী মরুওইবা মশুন্দি থৌজাল অসুক হৈবনি মদুদি মহাক্না অতোম্পগী পোৎলুম লৌনবা থৌরাং তৌবা অমসুং পাপ চেনবশিংবু অরান খুভম ফংহনবা অসিনি । করিশুম্বা বোদ্ধী সত্বানা মাগী মথৌ পাঙথোকপদা লাল্লবদি নত্রগা থৌজালগী থবক নৎতবা তৌরবদি, মহাক্কী অহানবা মথৌদি অতোম্পবু অরান খুবম ফংনবা লম্বীদা পাঙদুনা লৈবনি । যীশুসু মসিগী ফিদমসি ইন্দুনা মালেমগী মীওইবপূম্বগী পাপপূম্বা মশানা য়ানা লৌশিল্লি মশাবু পীথোকখি । বোদ্ধিসত্বাগী মশুন পূন্নমক যীশুদা পানশিনবা চান্নে ।

বুদ্ধিজমদা, তাইবঙপান ৱাংমগী বোদ্ধিসত্বাগী শক্লোন অদুবু অৱলোকিতেশ্বর কৌই, মপান নাইদবা থৌজালগী শক্তম লৌবনি ।

অবলোকিতেশ্বর অসি ব্রাহে পুনশিন্নরগা ওইবনি ইশ্বর (= তাইবঙ মপু, পুন্নমক্কী মথক্তা পাল্লিবা) অমসুং অবালোকিত (= থৌজানগী মীৎয়েংনা মালেমদা য়েংথবীবা)। অবলোকিতেশ্বরদি বুদ্ধ মশামক্তুম মপূং ফারবনি অমসুং অঙকপা থবক কয়া তৌবা ঙম্মী, মদুগী মপান্না অরুবা অমদি খুদোংথিবা কয়া লাম্থোকপা ঙম্মী। অনিশুবা চহিচা হৌরকপদা অবলোকিতেশ্বরবু মহাক্কী মথূৎ অমসুং মখোঙদা তম্মীবগী চক্রনা খুদম ওইনা য়েক্লুনা খঙহনগনি । **লোংচূপ্পমগী অইবা কয়ানা যীশুগী চক্র খুদম য়েকপদা শকখংলম্মী অমসুং শাক্তি অসিনা তাকই মদুদি অবলোকিতেশ্বর অমসুং যীশু মশানি অমসুং মীশক অমৎতনি।**

শ্রীনগর মনাক্কী হরন্দা কাশ্মীরগী মরীশুবা মরুওইবা কাউন্সিল, কনিষ্ক দি গ্রেৎকি হোৎনবদগী পাঙথোকখিবদুগী মতমদা ঐখোয়না পনখিবদুদা যীশু অসি হিংলম্লবদি মশাগী চহি ৮০দগী হেল্লম্লগনি । ঐখোয়না মতাংসিদা হায়নিংবদি মালেমগী বুদ্ধিসশিংগী য়াম্না মরু ওইরবা থৌদোক্সিদা য়ীশু মশা য়াওরম্বা য়াই। অদুবু ব্রাথন্না শারিবশিংসি প্রামান তৌবদি ঙমদে, থোকখিবা অচুম্বা থবক্তা অসুন্না খলহনবনি। ওইনিংবা ওইরবসু কাউন্সিলনা তৌখিবা শেমদোক শেমজিন পুম্বা যীশুগী পাউতাক ব্রারী ঙাক্তনি।

**হদ্রদ ফতিমাহ অল-জহরা হায়না কৌবা মহম্মদকী মরী মতা অমনা প্রোফেৎ অদুগী মতাংদা লাউথোকখি মদুদি যীশু চহি ১২০ ফাউবা হিংলম্মী** । লাউথোকপসিগী আর্কিয়োলোজিগী শাক্তি লৈতে, অদুম ওইনমক অসুক য়াম্না পুনসিবসি মশক্লাইবা সাধুশিংদদি য়াম্না মরাং কায়না থোকই, মখোয়না মখোয়গী হকচাং অদু মপুংফানা পূক্নীংদা লাকশিন্দুনা থম্মী। তিবেবতান লম্বোইবশিংসু চহি ১৩০, ১৫০ নত্রগা হেন্না কুইনা পুন্সি। **শৈক অন-সয়িদ-উস-সদিক, অচৌবা নোংপোক্লমগী ইতিহাসকার, খৃঃ মতুং চহি ৯৬২ দা খুরাসন্দা শিখিবা, মহাক্তা যীশুনা ইন্দিয়াদা লাকপগী খোঙচৎ অনিমক অমসুং মহাক্তা য়ুজ আসফ ওইনা কাশ্মীরদা শিখিবগী ব্রারী মহাক্কী মমিং লৈরবা লাইরিক "ইকমল-উদ-দিন" দা ইরম্মী** । লাইরিক অদু ইং ১৮৮২দা ইরান্দা অমুক হন্না নমখি অদুগা জর্মনিদা ফাওরবা ওরেন্টলিস মেক্স মুল্লরনা অনুবাদ তৌখি। লাইরিক অদুদা য়ুজ আসফকী তম্মীবা সেম্পল অমা য়াওই মদুদি ব্রাপাউ লাইরিক্তা ইবদুমক্কি।

*"মীয়ামপুম্বা ঐগী ব্রা তাবীয়ু, লৌমী অমনা মাগী লৌবুক্তা মরু হুন্নবা থোক্লক্লে। উচেকশিংনা মরু অদু চারে। অতোম্পা থরনা লম্বীদা*

*তারে। অমসুং য়েংউ, মরু থরনা লৈবাক লৈতবা নুংলক্তা তারে অমসুং মদু হৌরক্লগা খুইখ্রে । থরনা তিংখং পাম্বী মখাগী লৈবাক্তা তাই অদুগা হৌবা ঙমদ্রে । অফবা লৈবাক্তা তাবা মরু অদুনা হৌরক্রে অমসুং মহৈ ফজনা য়াল্লে । লৌউবা মী অদুনা লম্বোইবনি অমসুং মরুশিং অদুনা লৌশিংগী ব্রাহৈশিংনি । উচেক্কা মরু চাথোকখিবা হায়দি ব্রাহৈশিংদুবু খঙবা ঙমদবশিংনি, নুং মরক্তা তাবা মরু অদুনা লৌশিংগী ব্রাহৈ অদু নাকোং অমদা চল্লগা নাকোং অমদা থোকখ্রে । তিংখং পাম্বী মখাগী লৈবাক্তা তাবা মরুদুনা তাদি তাবা, উসু উধা অদুগা মদুগী মতুং ইন্না চৎতবদুনি । অফবা লৈবাক্তা তাবা মরু হায়বনা লৌশিংগী ব্রাহৈ অতাবা মখোয়শিংদুনা ব্রাহৈশিংদুগী মতুং ইন্না থবক তৌই '' । ইকমলউদ-দীন লমাই ৩২৭, সিঃ এফঃ মেথিউ ১৩, ১-২৩, মার্ক ৪:১-২০, লূক ৮:৪-১৫) ।*

বারলাম অমসুং যোসেফটকী অরাবিক লোন্দা ইবদু মমিংনা বলৌহর অমসুং বুদাসফ (লমাই ২৮৫-২৮৬), অসি বোম্বেদা ফোংখি, মদুদা য়ুজ আসফ শিবগী ব্রারী অসুন্না পল্লী *''অমসুং মহাক্না কাশ্মীব য়ৌখি, মসি মহাক্কী ধর্ম্মশন্দোকপগী খ্বাইদগী লাম্পা মফম্নি অমসুং মফমদুদা মহাক্কী পুন্সি লোমখি । মহাক সংসার থাদোকখ্রে অমসুং মহাক্কী থবক মখা মহাক্কী অখন্নবা তুংইনবা মহাকপু সেবা তৌবা অমদা শীন্নরম্মী । মহাক্না তৌরম্বা খূদিংমক মপূং ফাখি । মহাক্না পাউতাক পীরম্মী অমসুং মাঙোন্দা হাযরম্মী, ''ঐনা মতিক চাবা নীংনশঙ অমা ফংলে অমসুং মসিবু মৈ থানগৎলু অমসুং শিগদৌরবগী থাংমৈ পুশিল্লকউ । ঐনা অচুম্বা মীশক্কী শঙ্গু খোমজিল্লে, চাইথোক্লুরবা মখোযশিংদো, অমসুং মখোয়দুগীদমক ঐবু থারকখিবনি । অমসুং ঐ হৌজিক তাইবঙপান্দগী হনখিনবা শ্বর অদু হোল্লগে, ঐগী হকচাংদগী ঐগী থব্রায় খাইদোক্লুনা । নঙোন্দা পীখিবা ইশ্বরগী য়াথংশিং ঙাক্না চৎলু অমসুং অচুম্বগী লম্বীদগী থক থৈদোকনু তৌইগুম্বসুং তৌবীমন খঙবগা লোয়ননা চেৎনা কোল্লু অমসুং মখা অসিদি অবাবিদনা লূচিংহৌরগনি'' । মহাক্না অদুদগী অবাবিদতা মহাক্কীদমক লৈবাক তেমথোকনবা য়াথং পীরম্মী অদুগা হিপথরম্মী মহাক্কী মকোক অব্রাংদা ওল্লগা মমায়না নোংপোক ওল্লগা অরোইবা য়াহিপ তানখ্রে''।*

প্রোফেৎ য়ুজ আসফকী মোংফমসি ঙসিগী শ্রীনগর ওল্দ তাউনগী ময়াইদা খনজাব কার্তরগী অঞ্জিমরদা লৈ । মোংফমনুং অদুগী অকোয়বদা মতুংদা শাখিবা য়ুমজাউ অদুগী মমিং রোজাবল হায়না কৌই ''রোজা বল''

দগী শমজিনখিবনি । রোজাগী অর্থদি প্রোফেৎকী মোংফম হায়বনি । য়ুম অদু মরাক ময়ুং মান্নে অমসুং চঙফমদা অপিকপা মাঙ্গোল অমা লৈ, মদু কোন্না হাপচিনখিবনি । অশেংবা ফুম্ফম কাগী মথক্কী চঙফমদা ঐখোয়না থৃংহক অমা উগনি, মদুদা য়ুজ আসফনা চহি চা কয়াগী মমাংদা কাশ্মীর তম্পাক্তা লাকখি অমসুং মহাক্না অচুম্বা খিবদা মপুন্সি কৎখোকখি হায়না থারি । মনুংগী ফুম্ফম কাগী লৈমায়দা অশাংবা মোংফমনুং অনি লৈ, অনিমক অরুম্বা ফিনা কৃপ্পগা উগী সম্বল থাজিল্লি । শম্বল অদুগী অকোয়বদা উনা উপুগুন্না অমুক চনশিল্লি । অচৌবা মোংফমনুং অদুনা য়ুজ আসফকীনি, অপিকপদুনা ইসলামগী সাধু সয়েদ নাসির-উদ-দিনগীনি, মহাক্তি তরমঙাগুবা চহিচা ফাওবা ফুমখিরমদে । মোংফমনূং অনিমক অদু মখারোমদা ওল্লি, মসি মূলসমানগী কন্তমনি । অদুম ওইনমক মোংফমনুংশিং অসিদি তশেংনা ইচম চম্বা কোভরনি অমসুং অশেংবা ফূমফমশিংদুদি লৈনুংগী কাদা য়ুমদুগী লৈমায় মখাদা লৈ । মখাগী অশেংবা ফুম্ফমকাদুদি অপিকপা থোঙমচা অমদা য়েংহল্লি । য়ুজ আসফকী তাইবঙপানগী লেমহৌখাক্তু হাপ্পুনা নুংগী কৃ অমদা য়াওদুনা যিহুদিগী হৌনবী মতুং ইন্না নোংপোক্তগী নোংচুপ ওল্লগা লৈ । ময়েক শেংনা মসিনা তাকই য়ুজ আসফসি ইসলামিক নত্রগা হিন্দু লম্বোইবা নত্তে ।

ফুম্বা মতমদগী হৌনা খুরুম্বা লাকপশিংনা মোংফমগী অকোয়বদা কেন্দল থাল্লম্মী । প্রোফেসর হসনৈন্না কুইরবা অথাবা ব্রেক্স অদু খোৎতোকপদা মহাক্না পূক্লিং লাংহনবা থৌদোক অমা থেংনরম্মী । আর্কিয়োলোজিস অদুনা নুংদা হকপা খোঙফম অমা অমসুং মদুগী নাকন্দা জোপমালা অমা য়ানবা উকারন্দা পাংতিংবা অমগী শকফম নুংদা হক্তুনা শেম্বা অমগা থেংনরম্মী । খোঙফম অদু শিরিবা মীদু শক্তাক্লবা শন্না ফিঙ্গরপ্রিন্ট কুম্বনি বুদ্ধগী খোঙফমদা স্বাস্তিকা লৈবগুম, চপমান্নবদু য়ুজ আসফকী খোংফমদসু চপমান্ননা লৈরম্বসি মরুওই অমসুং শোয়ররোইদবা শক্তাকপগী প্রামান্নি । নুংহকপা মিস্ত্রি অদুনা পাংতিংখিবগী দাগ অদু নিংশিং খুদম অদুদা ময়েক শেংনা উহল্লি । অশোকপগী লৈরিবা ফিভম অদসু খোঙয়েংকী মথক্তা খোঙওই থাঙ্গৎলগা য়োংপী য়ৈ, অচুম্বা অসিনা তুরিনগী মংকৃপফিগী ঈগী খৃংফমদু চুন্নে হায়বা তাক্লি । মরমদি উকারন্দা পাংতিংদুনা দণ্ডিগী মওংদা হাৎপসি এসিয়াদা খত্নমদে, ঐখোয়না চপচানা অরোইবা ব্বারেপ তাবা য়ারে মদুদি ফুম্ফম অসি যীগুমক্কী নত্তনা কনাগী ওইদ্রে । কাশ্মীরদা ইতিহাসকী মচাক মরাং কায়না য়ুজ আসফ অমসুং যীশু অমত্তনি অমসুং মশানি হায়বগী প্রামান তৌনিঙাই

লৈ । অরিবা নুংহক্না নিংশিং খুভম অসি ইসা রুহ-উ-ইলাহগী মোংফম্লি হায়না তাক্লি । চহি খুদিংগী অশেংবা থাজবা লিশিং লিশংনা মোংফমদুদা তীর্থ যাত্রা লাক্লি, মুসলিমশক্তা নত্তে, হিন্দু, বুদ্ধিস অমসুং খৃষ্টানশিংসুনি । ইজরেলগী অরিবা চারোম্না অচম্বা মোনুমেন্ট অদুগী অশেংবা মরু অদু নিংশিংলি । মথোয়ন অসেংবা মফম অদুবু "হজরত ইসা সাহিব" অর্থদি ইবুঙো যীশুগী মোংফম হায়না কৌনৈ । অরিবা দলিলনা তাকই মদুদি কুইরবা মতম খৃঃ মতুং ১১২ দা মোংফম অদুগী অকোয়বদা ঙাকশেন্নবা ওইনা বিলদিং অমা শাখি, অহল্লমনশিংনা খৃৎথাং য়ৈনা অমদি মরক তৎতনা মোংফমসি শেমখিবদগী ঙসিফাউ ঙাক্তুনা লাক্লি ইং ১৭৬৬তা মোংফম শেন্নবশিংনা অশেংবা খুভম অদুগী মরুওইবদু সরকারনা লেপখিবগী চে লাকখি । সরকারগী চেদুদা গ্রাণ্ড মুফতি (নত্রগা মোসলিম ক্লারিক) রহমন মিরনা ইরকখিঃ "*মফমসিদা য়ুজ আসফ ফুমখি, মহাক্না নিংথৌ গোপদত্ত পানবা মতমদা সোলোমোন লাইশঙ অমুকহন্না লিংখৎখি, অমসুং মহাক প্রোফেৎ ওইনা কাশ্মীরদা লাকখি। মহাক্না মীশিংদা পাউজেল পীখি, মহাক্না ইশ্বরগা লৈমিন্নবদু লাউথোকখি অমসুং মীশিংদা পাউজেল পীবম্মী । মদুগীদমক মহাক্কী মোংফমসি নিংথৌশিংনা, লৈবাক্কী ফম্নাইবশিংনা, মমিং লৈরবশিংনা অমসুং মীচমশিংনা ইকাই খুম্নরক্লি।*"




1. Gravestone of Jesus/Yuz Asaf
2. Gravestone of Syed Nasir-ud-Din
3. Chiselled footprints
4. Signboard
5. Walled-up entrance to crypt
6. Surrounding corridor
7. Entrance
8. Terrace
9. Moslem cemetery
10. Roadway



The original footprints illuminated by candles



The gravestone is covered by a cloth



Inside the Rozabal building there is a wooden shrine.



The gravestone (sample, so-called cenotaph) Below it is the tomb of Yuz Asaph situated

অরোইবা ৱাফোঙ

# নোংচুপ্পমগী মীওইপোক্কি মতৌসি হিংহন্নবা মপোক লাংওন থাজবগী চৎনবী হিঙ্গৎহনবদা মখা পোল্লে মীয়ামগী ৱাখল্লোন্দা পাকশন্না -।

পোল ব্রুতোন

হৌজিক ঐখোয়গী অপাবশিংনা নৌনা ফংবা লৌশিং অসি কমদৌনা শীজিন্নগদগে হায়বদু করিমৎতা হায়দনা ৱারী লোইশিল্লে । চৈবগী চিঠি কয়া ঐঙোন্দা লাক্লম্মী (জর্মন লোন্দা ফোংখ্রবা তুংদা) মদুদি ঐনা খৃষ্টানগী মীগী পুক্নীং থেন্নবা অরোইবা পাম্বে ওইরিবদুদগী মীয়ামগী পুক্নীং চিংথোক্লে হায়দুনা। পাম্বে অদু যীশুনা উশিন ওইনা শিবীবনা মঙোন্দা চঙজবা মীপূম খুদিং মালেম্বু ওৎলিবা পাপ অদুদগী হন্দোকপিবা অসিনি । অদুম ওইনমক চপচাবদি ত্রেদিস্নেল খৃষ্টানিতিগী অরান খুভমগী নিতি অসিদি পোলখক্তগী ৱাখল্লোন্নি, যীশুনা মওং অসুন্না থক হায়রম্বা লৈতে ।

পোলনা তম্বীরম্মী মদুদি যীশুগী থবক পূম্বা মাগী শিবদা শুম্পি, মদুনা মঙোন্দা থাজবশিংনা মখোয়গী পাপকী পোৎলুমদগী, মখোয়গী অব্রা অনাদগী অমসুং শয়তানগী পাঙ্গলদগী থাদোকপিগনি । তশেং তশেংনা হায়রবদা পোলনা ইথিবা চিঠিশিংদা যীশুনা তশেংনা তম্বীরম্বা পাউতাক্কী ৱাহৈ অমফাওবা য়াওদে নত্রগা যীশুগী পাউতাকৱারী পরেংশিংগী মরক্তগী অমাফাওবা লৌখৎখিবা লৈতে, মদুগী মহুৎতা মহাক মশাগী ৱাংঙুলোন অমসুং মশাগী মোৎতমক শন্দোকখি ।

পোলনা মী খুদিংমকপু অশাউবগী মচা ওইহনখি । হায়ৱদি ইশ্বরগী অশাউবনা মরম ওইদুনা (এফিসা ২, ৩ দা য়েংউ) পূন্নমক (খৎতোক্লম্বা লৈতনা) আশা য়াওদনা মাঙলে (খুদম রোমান্স ৫:১৮; কোরিন্থ ১৫,১৮), ইশ্বর য়াওদনা (এফিসা ২:১২) মরমদি শয়তান্না পূন্নমক্কী মথক্তা পাঙ্গল লৈরে (খত্তোক্লম্বা লৈতনা)

খুদম (রোমান :৩ : ৯ গলাতিয় ৩:২২ কোলিসিয়ান ২,১৪) নোরোক তাবগী দণ্ডিনা অৱাবগী থাংশাং অমা মী খুদিংমক্কী মথক্তা য়ান্দুনা লৈহল্লে খুদম (রোমান ৫:১৫)।

অসুম তৌনা পোলনা মীওইবগী ওঝা অমা ওইনা মহাক্কী কিহনবা পাউজেল অদুবু নুঙাইবগী পাউ ওহ্লোক্লে অমসুং অর্থ হন্দোক্লে মদুদি মহাক খক্তগীনা অরান খুভমগী লম্বী অদু পীবা ঙম্মী ফোঙদোক্লে । অদুম ওইনমক অসিগুম্বা শাজৎ অসিদগী মহৌশাগী ওইনা শিবগী মীৎয়েং অদু লৈহনদ্রে । মরমদি মসিনা শিববু পাপ কোক্লবগী ৱারোইফম ওইহল্লে ।

পোলাইন খৃষ্টানিতিদা তৌবগুম্না ধর্ম্ম অমত্তদা শিবা কিহল্লগা খুদোংচাবা লৌবসি উবা ফংদে । পোলগা লোয়নবা খৃষ্টানিতিদি অকিবনা লাকখুবা ধর্ম্ম অমা ওইহল্লে অকিবগী পোপুদা হায়রিমখৈ ইনবা ওইহল্লে । ধর্ম্ম অসি যীশুগী থৌজান্না থনবা, নুংশিবীবা, পুন্নমকপু অয়োন অরান ঙাকপিবা যীশুগী ইশ্বরদুদগী হান্ননা মায়কৈ ওহ্লোকখ্রে অমসুং পোলগী ৱাহৈশিংদগী তমথিবা শাউগনবা, ওল্দ তেস্তামেন্টকী লাইদুদা অমুক হঞ্জিলহল্লে ।

পোলগী হেঞ্জিনবা ৱাঙাঙদগী খ্বাইদগী হেন্না ফল তাবা মতাং অসিনি মদুদি মীওইবনা মতোমতা অরান খুভম ফংনবা করিমত্তা তৌবা ঙমদে, . .. (সিঃএফঃ রোম ৩:২৪/৩:২৮/৯:১১/৯:১৬/ ১ কোরিন্থ ১:২৯, গলাঃ ২:১৬) মরমদি পোলনা হায়বগী মতুং ইন্না অরান খুভম অসিদি মপূংফানা ইশ্বরগী থৌজানগী মখা পোল্লি . ... ... (এশিসা ২:৮-৯) । ২-তিমোথি ১:৯ তাইতস ৩:৫-৭) মতাংসিদা পোলনা হায়রিবসি য়ান্না ফজৈ মরমদি মসি নুঙাইনিঙাই ওই । ধর্ম্ম কাংলূপ্তা য়াওদুনা অরান খুভমসি মতোমতা মশানা তানা ফংজরে । পুন্সি পম্বুং য়ৌনবা মী অমনা হোৎনবগী কান্নবা লৈব্রে, যীশুনা গোলগোথাগী উকারন্দা শিবীবদগী খৃষ্টান পুন্নমক মতম পূম্বগী ওইনা কনবীরে ।

মসিনা তাকপদি মী অমনা কাংলূপ অদুদা মশাগী সহি তৌরগনি, মেম্বরশিপ শেনখায় থিরগনি অমসুং (য়েংউ) স্বর্গদা লোম্বা নাইদবা হিংলূনবা ফমফম অমা ফংনবগী থৌরাং পূম্বা লোইরে । মশানা অসিগুম্বা পরাসিনা তুংইনবা য়ান্না চিংশিনগনি অদুগা থুনসু শন্দোক্কনি । মতুং তারকপদা অৱাবা য়াওদনা অমসুং নুঙাইনা করিগুম্বা খরদা থাজশিনবা লায়না ঙমহনগনি ।

ইচম চন্না লাইমিং লৌবনা মী অদুবু পাপ্তগী হন্দোকপিরে, কনবীরে, ইশ্বরগী মচা ওইরে অমসুং পুম্নৌ নৌবা মীশ অমা ওইরে, পবাগী মতুংইন্না মী অমনা মশাগী অরান খুভমগীদমক হোৎনগদবদু যীশুগী থৌদাং ওইখ্রে হায়বশি অচৌবা পাপ অমনি মদুগী ওন্নতৈনবদা মহাক্তুনা করিগুম্বা উকাবন্দা পাং তিংদুনা শিবসি তৌবীমলগা লোয়ননা মহাক্কি মশাগী অরান খুভমগীদমক্কি হায়না লৌশিন্দ্রবদি ফিদম্নিঙাই ওইবা অমসুং অচুম্বা পুন্সী লেনবা মী পরা অসিগী মতুংইন্না পুন্নমক মাঙগদবনি হায়রি ।

অয়াম্বা খৃষ্টান্না মসিগী পরাসিগী অচুম। যান্না ব্রাংবা অমসুং তোপ তোপ্পা খৃষ্টানিতিগী মগুন্নি হায়না খঞ্জে । অদুম ওইনমক মুন্না য়েংশিল্লুবগদি যীশুনা তাক্রম্বা অশেংবা ব্রাখল্লোন্দগী থৈদোকক্তুনা পঙশেম শেমজিনবনি হাযবা থঙবা ঙম্মী । ব্রাপাউশিংদা খৃষ্টানগী অবান খুভম ফংনবা নিতি অমৎতগী লংলা লংজিন উবা ফংদে. চিংথঙা ৩স্নীবদা যীশুগী পাউজেলগী মচি ওইবশিংদা নত্রগনা, ঐখোযগী ইপাদা নত্রগা যীশুনা শ্রক্রম্বা পাউতাক ব্রাবিশিংদা। হায়রিবাশিংসিদি খ্বাইদগী মরু ওইবশিংনি, মসিদা মহাক্না বলিগী খূৎশিদা শিংবসি মীওইবগী অরান খুভমগীদমক্কি হাযবগী খুদম খজিক্তসু উৎলক্ষম থোকই । অচুম্ববু খংনা খংনা লোৎশিন্দুনা থম্বা হায়বসি তশেংনা মহাক্কী পুন্সীগী হৈনবী শাজৎ অমদি ওইরোই ।

যীশুনা পীবম্বা ব্রাখল্লোন, পাম্লম্বা লম্বী অমদি পাউতাকশিং অদু লাইরিক লাইগু থাক ব্রাংবশিংগী মিলদা মফোন তানা চপথায়নবা পীরম্বা নত্তে - **চপচাবা মহাক্কী পাউতাক্তি খাংহৈবা, অতোম্পশিংবু মলোম লৈতনা লৌশিনবা, লৌথোক লৌশিন তৌনবা, মীশিংনা অঙম্বা থাক্তা অতোম্পশিংগী অব্রা-অনা পুবা, অতোম্পা ব্রাহে অমদনা মপান নাইদবা নুংশিবা থবক্তা অতোম্পদা উৎপা- লম্বী অসিনি যীশুনা মীয়ামদা অরান খুভম ফংনবা উৎলম্লিবা লম্বীদি ।**

ঐনা ইশামক্তা যীশুদা বোদ্ধিসত্বাগী নিংথিরবা খুদম অমা উবা ফংই, মদুদি বুদ্ধ অমা ওইনবা মী অমনা থব্রায় হকচাং কথোক্তুনা তাইবঙপান ব্রাংমগী মঙান ফংনবা অমসুং মপূৎফানা অশেংবা মঙান অদুদা য়ুমওইনবা হোৎনগদবনি। যীশুনা মশাগী তাইবঙপানগী ওইবা মরী অমসুং মশাগী ওইবা অব্রাংবা অমত্তা তৌদনা নিংতম্না কোয়চৎ চৎলম্মী । মহাক্না ''অশেংবা তাইবঙপান'' অসিবু অব্রা অনা পূন্নমক্কী হৌবকফন্নি হায়না উরম্মী অমসুং মাগী তুংইনবশিংদা তাইবঙপানগী পুন্সী থাদোক্রবা তাক্লম্মী ।

বুদ্ধিসকী অসিগুম্বা ফিদম অসিগী মতুংইন্না লোয়বা নাইদবা পোকপা শিবগী চক্রদা মরু ওইরক্লিবদি মীওইবগী কর্ম্মসি লেম্পা লৈতনা মতিক চানা থবক্লা ফগৎহন্দুনা অরোইবদা ঈশ্বরগী লমদম য়ৌবা ঙমগনি । ঐনা হায়ননা নিউ তেস্তামেন্টতা মপোক হন্না হন্না পোকপা হায়বা মতাংদা শেংনা পনখ্রে মদুদি যীশু অমসুং মাগী মতুংদা লাকপা গুল্লিঙৈগী খৃষ্টান কাংলুপ পুন্নমক্লা মপোক কয়ারক হন্না পোকপগী ব্রাখল্লোন অসি, হায়বদি নোংপোক্কী মপোক লাংওনগী নিতিনা পীরিবসি থাজনরম্মী । মপোক লাংওনগী নিতিসি চাউরবা ইতিহাসকী অরানবা অমনা তরুকগুবা চহিচাদা ভিক্তিম করন্না ওইখিবনো হায়বদু য়াম্না নুঙাইনিঙাইনি।

হৌজিক ফাওবদা চর্চ ইতিহাসকার অপৃম্বনা মপোক লাংওনগী নিতি অসি ওফিসেয়েল ওইনা কন্সতেন্তিনোপলগী কাউন্সিলনা খৃঃ মতুং ৫৫৩দা ককথৎখি অমদি লৌবা য়াদবা খৃৎশেন্নি হায়না লাউথোকখিবনি থাজনৈ । অদুম ওইনমক তশেংনা মপোক লাংওনগী নিতি মুখৎখিবগী লংলা লংজিন পুথোকরকপদা নিংথৌরেল জস্তিনিয়াননা মরম্নাইগী অপাম্বা অমথক্কীদমক মুথৎহনখিবগী ব্রারম ফংই, মদু কাউন্সিলগী নিয়মগী ওন্নতৈনবদা তৌখিবা থবক্লি । জস্তিনিয়ানগী আশাচাউবী লোয়নবী, মরুমদা সাসনগী চূপ্লি পায়রিবী (ব্রারী অসি প্রোকোপিসকী মতুং ইন্ননি) অসি বাইজানতিন এম্পিথিয়েটরগী সওম সেন্নবা অমগী মচানুপীনি । মহাক্লা কসুবী ওইনা চৎলম্বদগী শক্তি পায়রকখি । ইকাইনিঙাই ওইবা মাগী হৌখিবা পুন্সিগী খোঙ্গুন মুখৎনবা মহাক্লা মতুংদা মহাক্কা হান্না লোয়নরম্বা মরুপ মপাং ৫০০ রোম্বু হাৎহনখি । মহাক্কী তমথিবা থবক অসিগী চপচাবা মহৈ অদু কর্ম্ম দোক্ত্রিন্নগী মতুং ইন্না মথংগী মপোক্তা ফংবা তায়, মসিগীদমক মরুওইরবা মপোক লাংওনগী পরা অসিবু লায়না মুখৎহনখি । চিংনবা অমৎতা য়াওদনা মাগী মায়পাকপদু ঈশ্বরগী য়াথং লৈবননি হায়না খনখি ।

নিংথৌরেল জস্তিনিয়ান্না অদুদগী মশাগী হান্নগী অচুম্বা তম্বীবগী ময়োক্তা খৃঃ মতুং ৫৪৩ দা পোপকী মোৎ লৌরম্দনা লান্দাখি অমসুং অথন্নবা সিনোদ ফমদুনা নিতিদুবু হুন্থখি । শীংথানরবা চর্চ ফাদর ওরিজেন (১৮৫-২৫৩ এঃদি) গী "দৈ প্রিন্সিপিয়াস এণ্ড কোন্ত্রা সেলসম" দা ময়েক শেংনা তাক্লি, মীওইবনা পোক্ত্রিন্‌ঙৈদা থব্রায় হান্না লৈরম্বা অমসুং পোক্লকপা মতমদা মমাঙগী মপোক্কী থবক্কী মখা পোন্না পোক্লকপা ময়েক শেংনা তাক্লি । মহাক্কী ব্রাখন্দা নিউ তেস্তামেন্টকী পেসেজ খরদা মপোক লাংওনগী ব্রাফম য়াওবগী শন্দোক্লা তাক্লিঙাই লৈ ।

জস্তিনিয়ান্না কৌথিবা কাউন্সিল নোংপোক্লোমগী খুনুং চংবা বিসোপ ঙাক্তনা য়াওখি, রোমদগী অমৎতা য়াওখিদে অমসুং পোপ মশামক কন্সতেন্টিনোপলদা লৈনা লৈনা য়াওখিদে । কন্সতেন্টিনোপলগী কাউন্সিলদু মঙারকশুবা কাউন্সিলনি, মদু তশেংনা জস্তিনিয়ন্না শীনবা মরন্নাইগী মীতিংনি, মদুদা (হান্নন মানা হায়বা ইল্লবা মীশিং) মহাক্না পোত্ত্রিন্ঙৈদা থব্বায়না হান্ননা লৈবগী পরাবু থিংজিনখি অমসুং শিরাপ তৌখি, পোপ্না 'অনা থেমাতা' হায়বা পব্লিকেসনগা লোয়ননা পোপ ভিজিলিয়সনা প্রোতেস তৌবদু তাখিদে ।

৮শুবা কাউন্সিলগী হাপ্তা মবি চৎথখিবগী সেসনগী ওফিসেয়েল রিপোর্ত অদু পোপকী অয়াবা লৌনবা পীখৎপা ৩াখি, অদুম ওইনমক অচুম্বদুদি অসিনি, দলিলশিং অদু (পন্দুপ অহুম হায়না খল্লবা) চহি মরিগী মমাঙদা জস্তিনিযান্না ঙম্মী হাযদুনা মথোঙ হুক্তবনি হায়না লাউথোকখ্রবা মদুগীদমক য়েৎনদুনা অখঙ অহৈ অহুমগা খৎনখি । মখোয়না ওবিজেনগী মিং পনবফাউ পল্লমদে । মতুংগী পোপশিং পেলাগিযস-১ (৫৫৬-৫৬১), পেলাগিযস-২শুবা (৫৭৯-৫৯০) অমসুং গ্রিগোরি (৫৯০-৬০৪) না পাস তৌবদসু মঙাশুবা কাউন্সিলতমক পল্লগা ওরিজেনগী মমিং পনবফাউ পল্লমদে ।

চর্চ দণ্ডি ফংবগা নপ্পনা লৈরম্মী মদুদি জস্তিনিয়ান্না ''পোত্ত্রিন্ঙৈদা থব্বায় হান্না লৈবা অঙকপসি'' তম্বীবা অমসুং মসিবু হঞ্জিনহনবগী অকিবা ফংবা থবক তৌবা মী মঙক কক্তুনা হাৎকনি হায়না লাউথোকপসিনা কাউন্সিলগী অরোইবা ব্বারেপ্পি । মপোক লাংওনগী দোত্ত্রিন্ন থিংখিবসি অসুন্না ইচম চন্না ইতিহাসকী অরানবনি অমসুং ধর্ম্মগী থবক্কী ওইবা য়াবদুদি ওইখিদে ।

কনাগুম্বনা মপোক লাংওনগী দোত্ত্রিন্ন অসিবু মশামক্না অমুক হন্না শকখল্লবা, অদুগা পাংতিখিবা যীশুগী হকচাংনা স্বর্গদা পুখৎখিবগী থাজবা থাদোক্লবা অদু ওইরবদি যীশু মশাগী অচুম্বা, মকত্রবা পাউতাকশিং অদু মহৌশাগী চৎনরকপা খৃষ্টানিতিদা যোকখৎলকপা মীফাউবা থাজবদু মাঙহনবা ঙল্লোই ।

হোলগর কর্স্তেন

ফ্রেবগ, সেপ্তেম্বর ১৯৮৫

POSTAL ADDRESS - HOLGER KERSTEN
G P O. BOX 961
D-7800 FREIBURG
W. GERMANY

## *ক্রোনোলোজি (ইন্দিয়া ইরা)*

**খৃষ্ট মমাঙ**

| | | |
|---|---|---|
| চহি ৬০০০ কী মমাঙ | - | ব্রাহ্মনশিংগী চৎনবী হৌবা |
| চহি ৪৫০০ কী মমাঙ | - | বেদ ইখিবা (ঐচ জেকোবীগী মতুংইন্না) |
| চহী ২৫০০ চাউরাক্লা | - | ইন্দস কলচর (হরাপ্পা) |
| চহি চা তরুকশুবা | - | ইজরেলগী মাঙখিবা উপজাতিশিং অৱাং ভারততা থুন্দাবা |
| চহিচা মঙাশুবা | - | শুত্রশিং ইখিবা |
| চহি ৫৬৩-৪৮৩ | - | বুদ্ধ |
| চহি চা ৪ শুবা | - | অহানবা বুদ্ধিসকী ধর্ম্মলাইরিক ইবা |
| চহি ২৫০ চাউরাক্লা | - | ইন্দিয়াগী নিংথৌরেল অশোক্লা মেদিতরিনিয়ান সমুদ্র খোঙবান্দা বুদ্ধিস মিসনরি থাবা |
| অহানবা চহিচা | - | মহায়না বুদ্ধিজম হৌদোকপা, বুদ্ধিজম্না কন্নীবগী ৱাখল্লোন শন্দোকপা (বোদ্ধিসত্বা) |

**খৃষ্টান ইরা - খৃঃ মতুং**

| | | |
|---|---|---|
| চহি ৫০গী মতুং | - | যীশুনা তক্সিলা ইউনিভর্সিতি তাউনদা লৈবা অমসুং ইন্দো পার্থিয়ান নিংথৌ গোন্দাফরেসকী দরবারদা চৎপা। |
| চহী ৫০ গী মতুং | - | যীশুনা য়ুজ আসফকী মমিং লৌদুনা কাশ্মীর অমসুং অনকপা লমশিংদা কোয়না চৎপা । |
| চহি ৭০গী মতুং | - | যীশুনা নিংথৌ (লোকেল) সালিবাহন উন্নবা । |
| চহি ৪৯-১০৯ | - | লোকেল নিংথৌ গোপদত্ত(গোপানন্দা) পানবা মতম |
| চহি ৭৮ | - | শ্রীনগরদা লৈবা সোলোমোন তেম্পলদা নুংহক পাঙথোকপা । |
| চহি ৭৮-১০৩ | - | নিংথৌরেল কনিস্ক পানবা |
| চাউরাক্লা চহি ৮০ | - | কাশ্মীরগী হরন (হরৱান) দা মরিশুবা বুদ্ধিস কাউন্সিল পাঙথোকপা । |
| চহি ৮০গী মতুং | - | যীশুনা শ্রীনগরদা চঙ্কখিবা । |

## ক্রোনোলোজি (নোংপোক্রম মনাকী ইরা) খৃঃ মমাঙ

| | |
|---|---|
| চহি ১৭৫০ | অব্রাহম্না মহাকী উপজাতিগা লোয়ননা হরন থাদোকপা |
| চহি ১৭৩০ | হেব্রিউ উপজাতিনা (যোসেফ) ইজিপ্ত চঙবা |
| চহি ১৫৬০ গী মতুং | হাইকসোসকী লৈঙাক লোইবা অমসুং ওৎনৈবা হৌবা |
| চহি ১২৫০ | মোসেস, ইজিপ্তগী খোঙশানবা |
| চহি ১২০০ | পেলেস্টাইন লৌশিনবা |
| চহি ৯৬৫-৯২৬ | নিংথৌ সোলোমোন |
| চহি ৯২৫ কী মতুং | খাইদোক্লরকপা অব্রাংবু ইজরেল অমসুং খাথংবনা যুদীয়া হায়না খায়দোকপা |
| চহি ৮৭০ | প্রোফেৎ এলিযাজ |
| চহি ৭২২ | এসিরিয়ান নিংথৌ সার্গোন ২শুবা না ইজরেল খুদম চনবা, ইজরেল উপজাতি মতম পূম্বগী ওইনা মাঙখিবা । |
| চহি ৬০০-৫৪০ | প্রোফেৎ ইজেকেলনা কাশ্মীবগী নীংনশঙ মওং মতৌ থাবা |
| চহি ৫৮৭ | নিংথৌপানবা লৈবাক যুদা লোইবা, বাবিলোন্দা লোই চৎপা (চহি ৫০) |
| চহি ৭ | যীশু পোকপা |
| চহি ৪ | হেরোড দি গ্রেট শিবা |

### খৃঃ মতুং

| | |
|---|---|
| চহি ৬শুবা | আর্কেলোসনা ওফিস থাদোকপা, যীশু আলেকজেন্দ্রিযাদগী হল্লকপা । |
| চহি ৬-৩০ | যীশুনা ইন্দিয়াদা অহানবা ওইনা চৎপা । |
| চহি ৩০ | ইন্দিয়াদগী হল্লক্রগা যেরুজালেমদা চঙবা । |
| চহি ৩১ | বাপ্তাইজ তৌবীবা যোহনবু হাৎপা |
| চহি ৩৩ | যীশুবু পাংতিংবা (এপ্রিল তাং ৭) |
| চহি ৩৪ | পোলনা দমাসকসতা যীশু উন্নবা অমসুং লাইমিং লৌরা |
| চহি ৩৫ | যীশুনা নিংথৌ অন্দ্রপাগী মনাক্তা লৈবা । |
| চহি ৩৫গী মতুং | যীশু নিসিবিসতা লৈবা (ইদেশাগী নিংথৌগা লৈমিন্নবা) |



**THE END**

তুংদা ফোঙগদবশিং ঃ-


১। মণিপুরগী চৎনবী, নাহ অমসুং লাইনীং।

২। হিন্দুইজম অমসুং খৃষ্টানিতি।

৩। মালেমদা লৈরিবা ধর্মশিংগী চৎনবী অমসুং থাজনবীশিং।

৪। পুয়া মৈ থাবা -
(ইতিহাসকী মীৎয়েংদা মৈনবা)

৫। অঙাঙগী গীতা।


মমল : লুপা ১০০/-




স্পিরিচুয়েল ষ্টডি সোসাইটি
ইম্ফাল, মণিপুর